# HISTORY OF MEETEI PEOPLE-HOLY BOOK



অইবা

এস: কংলৈঙানপা (কুলেশ্বর) খা- ঙানপা
খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাই

# History of Meetei People-Holy Book



অইবা

এস: কংলৈঙানপা (কুলেশ্বর) খা- ঙানপা
খুবাই লাইবিকযেংবম লৈকাই




লাইরিক মমিং

মীতৈ কংলৈ লোন্ পুয়া

(History of Meetei People-Holy Book)

অইবা
এস: কংলৈঙানপা (কুলেশ্বর) খা- ঙানপা
খুবাই লাইবিকযেংবম লৈকাই

ইবা হৌবা: পালচা কুমসিঙ ৩৪০৩ খৃ: ২০০৫ লাংপা (লাংবন) ইবা হৌবা: ৩৪০৯ খৃ: ২০১১ ইগুেন থানিল।

ফোংবা : অহানবা খুৎনম, কোপী মশিং: ১০০০, ২০১০ ইং,
ফোংবা : অনিশুবা খুৎনম অগষ্ট ২০১১ ইং,
কোপী মশিং: ১০০০

**মমল : লুপা ৩২০**

টাইপ সেটর : খাংঙেম্বম সুন্দর সিংহ
নাওরেমথোং এন. জি. কলেজ লৈরক।

লাইরিক ফংফম: লাইরিক যোনফম বুক ষ্টোবশিং
সু-কু-ব্রিং, লমলোং কৈথেল মমাঙ পোরোলপাৎ লম্বী

নম্ফম: চিং- তম প্রেস, উরিপোক নাওরেমথোং, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং ফোংদোকচবা

মীতৈ কংলৈলোন কৌবা লাইরিক অসি ইজবা হৌবা মতমদা মালেমদা মীতৈ ৱোইনা হিংজনিংই কাচা হিন্দু ৱোইনা হিংজনিংদে, হায়জবা নহারোন, অহল্লোন কয়ামকুমনা তাকপিরমই ১ মদুদি - হৌখিবা পুৱারিগী ৱারী লিখুনসিং মরি মখোঙ চুম্না ৱাহৈ ৱাতা হাপচিনবা লৌথোকপনচিংবা তৌবিদনা হান্না লৈজবম্বসিং, মপোপ কায়দনা উজনিংই হায়না।

মতাং অসিদা যাম্না লুরিবা অমনা লাইবিক্কী অনিসুবা তাংকক্তা মতম অদুগী মপুক ফৎতবা ফমনাইবা মসাগীদা খনবা সাগী লিচৎ চৎপা খবনা নিংথৌদা চিরোন তৌদুনা মীতৈ ফুক্কপকী যেলহৌঙৈদগী লৈজরম্বা, লোল, নাৎ অমদি লিকচৎ (ধর্ম্ম) মথক মখা পুমৱোন ৱোনখিবা, নিংথৌ খবনা মচা - মনাই নুপি নহাদা সা ঙানা ফাউবা চৎনদবা লিচৎ কয়ামকুম চৎখিবসিং তাবদা তুজুংবা, পনবদা হংগোইবা ৱাহৈ- ৱাতা কযামরুমদি লৌথোকতবা য়াদবনা হাপচদবে। মদুগীদমক্তা ৱাবৌবিরোই খনজৈ।

লাইবিক অসিদা অশোয়বা অবানব ৱাহৈ-ৱাতা নাতৈ চাদবা যাওবম্নবসু অপেন- পেন্দা ফোংদোকপিবক্লবদি হবাওনা খন্নজগনি লোইননা মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

অইবা

# ৱারোল অমা

মীতৈ কংলৈলেলোন হিষ্টোবি ওফ মীতৈ পিওপল অইবা সনচিলানপম কংলৈঙানপা (কুলেশ্বর) খা ঙানবা খুবাই লাইবিকযংবম লৈকাইদা লৈবিবা ইযাম্বা অসিনা ইবিবা লাইবিক পাদুনা নৈনজবে। তাংকক অহুমথোক্লা খায়দোকপা লাইবিকশিং অসিদা লৈপাক অসি ওইবকখিবা শেম্লর্কখিবা লৈশেম্লোন লাইনিং ৱাযেন্দা মীযাম্না ইং চিক্লা লৈমিন্নবমখিবা অমদি কংলৈপাক্তগী মনিপুব ওল্লকখিবা লোযননা লাইনিংদা চযেৎনবদগী থোকখিবা থৌদোক্লচিংবা মবিক চুম্না মাচা খাযনা ইবি। অইবগী মশাগী ওইবা বাখল্লোন ঈবিক অমত্তা মমি তাহন্দনা অচুম্বা অশেংবা তোঙানবা কাঙলুপকী লাইনিংগী মবি লৈনবা কযার্ৎশিং কাযখিবদগী থোর্কখি থোর্কখিবা থৌদোকশিং অদুখক্তবু থুগাযখিবদগী মুন্ন থিগৎতুনা ইবা লাইবির্ক্লি। "লৈপাক অমা খুদুম চনবদা মীওইবনা লাইনিংবু উপায ওইনা শিজন্নে"। ৱাফম অসিদা যুমফম ওইবগা লৈপাক অসিগী পানখিবা নিংথৌশিং লৈঙাকলোযশিং অমসুং মীযাম্না খঙখিদবা খন্থহৌদবা পুন্ন খুন্দালৈতামিন্নবর্মখিবা নুংশি চান্ননা লৈমিংনবর্মখিবা তেঙান তোঙানবা কাঙলুপশিং মচোয মচোয তানবগা যাম্না মক ওইবা মবম ওইখি, ওইবি অমদি ওইবক্দৌবি হাযবসি লাইবিক অসনা খুদোম্বীনা থীন্দনা তাক্লি। অচুম্বদা যুমফম ওইবগা নিংখা তম্বদা উপায ওইনা শিজিন্নখিবা এম. কে. গান্ধিগী ৱাখল্লোন "History should not be repeated" থাজবা লৈপাক অসিবু তশেংনা চুম্না নুংশিজবা ঙসিগী শুবোলগীদমকতি লাইবিক অসি যাম্না কান্নবা ওইগনি।

তাং ১০-১০ ২০১০ লাইবেল্লাকপম বিবাহাবি মীতৈ
নোংমাইজিং খুবাই, কোংপাল শাজোব লৈকাই ইম্ফাল, মণিপুব।

# থৌনিচপা

পামজদে অমাঙ- অতোঙ থিবগী ৱাখল,
পীনবিয়ু অচুম- অরান থিবগী ৱাখল।।

পামজদে তিনসিনবগী ৱাখন,
পিনবিয়ু খাইদোকপগী ৱাখন।।

পামজদে পুন্নইবগী (পুরিবা) ৱাখন,
পীনবিয়ু য়েনথোকপগী ৱাখন।।

মপোক লাংৱোন তরেৎলক্তা,
ফংজগে পলেমগী থৌকন,
পীনবিয়ু থৌজাল হৈবী ঈমান।।

-অইবা-




'কংলা' লৈসেমঙৈদগী মীতৈশিংগী ইনাৎকি (কলচব) হৌবকফম ওইবকই

'কংলা' লৈসেমঙৈদগী মীতৈ কংলৈগী কোনুং ওইদুনা লাকই।

'কংলা' মক ওইবা লাইফম কযাগী খুভম লৈবা মফমনি।

'কংলা লৈঙাক্লোনগীদমক্তা মীতৈ কংলৈগী ময়াইথোকপা মফমনি। হায়নবা লৈ কংলানা খোইদৌনি" কংলা কনশি মীতৈ লৈপাক্ কন্‌সি।

অনিসুবা কাংলা



'কংলা' লৈসেমখৈদগী মনিপুরীশিংগী ইনাৎকি (কলচর) হৌরকফম ওইরকই :
'কংলা' লৈসেমখৈদগী মনিপুরগী কোন্নুং ওইহন্না লাকই।
'কংলা' মঙ্গ ওইবা লাইফম কয়াগী খুন্তম লৈবা ফমমনি।
'কংলা' লৈঙাক্লোনগীদমক্তা মনিপুরগী ময়াইথোকপা মফমনি। হায়নবা লৈ:
"কংলানা থোইদোনি" কংলা কনশি—মনিপুর কনশি

# পুয়া লোৎফম তাকপা অহান্বা

*"কে কেকু মোইরাং কেকু, নচা নম্বা সঙাই নম্বা, য়োংকী পোৎলোই লাইগী সমজেৎ, লুপাক্ মখুম্ নায়দে, তমঙ্ কুসা মরোল্ থোক্লোই।"*

মথক্কী পুয়া লিরৌ অসিনা তাকলিবদি:- সান্তিদাসনা পুয়া মৈ থাবা মতমদা পাইখিবা পুয়াসিং অদুগী লোৎফম অমসুং ঈচেল অরুবা অদুবু তাকপনি। পুয়াবু কেকু লোৎলিবা অসি, মোইরাংদা কেকু লোৎপনি হায়বগীদমক "কে কেকু মোইরাং কেকু" হায়বনি। অদুগা পুয়া অদু লোৎলি হায়বা ব্রাখুন অসি নচা- নসু, সাগৈ - ঙাই পুম্নমক চীল নম্মো হায়দোক্কনু হায়বগীদমক "নচা নম্বা সঙাই নম্বা" হায়না হায়রিবনি। অদুগা পুয়া অদু য়োংকী উপুদা হাপ্লগুম য়াম্না চেৎনা লোৎলি। লোৎলিবা পুয়া অদু মতমগী মতুংইন্না চীংউবা লাইগী ব্রায়েল মতুংইন্না সম্জেৎনা সমবু সেৎনা- ফাক্লা হাৎপগুম মীয়াম চঙনা সেৎনা- ফাক্লা থিরক্কনি হায়বগা "য়োংকী পোৎলোই লাইগী সমজেৎ" হায়রিবনি। অদুগা মায়চৌসিংনা লোৎলমলিবা পুয়াসিং অদু লৈপাক চঙনা থিরকপদা সোইদনা ফংগনি, অদুবু পুয়াগী মনুংগী ঈচেল অদুনা অরুবা, পাক- চাউবা ঈচেল ওইবনা মীওইবগী কোকতা হেকমক হাপচিনবা (খঙবা) ঙমলোই হায়বগী

"লুপাক মখুম নায়দে" হায়না হায়রিবনি। অদুগা পুয়াশিং অদুগী ৱারোল অদুনা ঙসিগী লোলদা পুদাগা খরা তৈনরবনা তাবদা মঙ ওইনা থোক্লরগনি অমদি ঈখোয় (ঐখোয়) মীতৈনা কুরাংপানগী লাইনিং লম্বীদা তাউদুনা লৈরুরবনা থনুং লাইলোন (অধ্যাত্মিক) ঙাক্তা ওইবনা পুয়াগী ৱারোল অদু কিসি থোকপা ৱারগনি হায়বগীদমক" তামঙ কুসা মরোল থোকলোই" হায়না হায়রিবনি।

অসেংবা পুয়া অদু মোইরাং কনাদা লোৎলিবগে হায়বা অদু য়েংসি। ঈম্ফালদগী মাইল ২৭/২৮ লোম লাপনা লৈরিবা মোইরাং হায়বা অদুদরা? নত্তে, থোকচোম মোইরাং য়েক্তা লৈরমলিবা পুয়া অসিনি। থোকচোম মোইরাং য়েক্তা লৈরমলিবা পুয়া পুম্নমককী পুকোকনি হায়রিবা "ৱাকোকলোন থিলেল সালাই অমাইলোল পুকোক" হায়রিবা পুয়া অসিনি।

# পুয়া লোৎফম তাকপা অনিশুবা

*" ঈপা মচুম তারো, ঈপু মচুম তারো,*
*তীং তীং চাউরো। নুংসা লৈমা থোরকও,*
*উরুম লৈমা চঙখরো। হৌলৈপিগী হিংগোন্দা*
*লসিং পোলাং লৈবনি, হুইনা য়েন্না সোক্কনি"*

মথক্কী ৱাফম অসি মমা ওইবীসিংনা মচা ওইবসিংবু ঈরুজবদা সকপা সৈসকনি। সৈসক অসিনা তাকলিবদি ঈপা- ঈপুসিংগী ফজববা লীচৎ (ধর্ম্ম), থৌনা, মরৌশিং, খোয়জেল - লিংজেল, ঙাকপিহৈবা পুন্নমক অদু নৌৱা অঙাং অদুদা হাপপিরো অমদি মীগী লীচৎনা নমথদুনা অতোম্বা ফুরুপ অমা ওইদুনা মীগী খুয়াদা নোন্দুনা লৈরিবা অসি লৈরগনো, মীনম্বা লীচৎ (ধর্ম্ম)গী মায়েখুম হাংদোক্লুনা লাইগী মচা- মসু ওইবা অচৌবা ফুরুপ অমনি হায়বা অদু তীং ফুদোক্লুনা উৎথোকও হায়বগীদমক" ঈপা মচুম তারো, ঈপু মচুম তাবো তীং তীং চাউরো" হায়না হায়বিবনি। অদুগা নুমিৎকুম মঙাল চাউরম্বা মীতৈ ঈপা- ঈপুসিংগী ফজরবা লীচৎপু মীরাল লীচৎ (ধর্ম্ম)না অমঙবা নোং ওইদুনা কুপসিন্দুনা লৈরিবা অসি মাঙহন্বীদুনা ঈপা- ঈপুসিংগী মতীক মঙাল চাউরবা লীচৎ অদু অমুক হন্না হনজিনহন্বীয়ু হায়না মপুদা থৌনিজববু" নুংসা লৈমা থোরকও, উরুম লৈমা চঙখরো" হায়না হায়রিবনি। অমনা

লোইবী চীংলৈমা ঈমাগী মতমপাক্তা হিংদুনা লৈবিবা চীংমী ঈচিন ঈনাওগী মখুত্তা লাসিঙতমক চেনা চৈসিঙ ঈযেক্না ইবা, লামায মসিঙ ওইনা ইদবা পুয়া লৈবনি। পুযা অদু হুই লমচৎ ওইবা যেক্লবনা থেংনখ্রবদি মাঙহনখিনি চেকসিন্না সেন্নৌ হাযবগীদমক "হৌ লৈপীগী হিংগোন্দা লসিং পোলাং লৈবনি হুইনা যেন্না সোক্কনি" হাযনা হাযবনি। ব্রাফম অসিদা" লসিং পোলাং লৈবনি, হুইনা যেন্না সোক্কনি" হাযবা ব্রাফম অসি "লাসিঙ পুযা লৈবনি, হুই লমচৎ চৎপা যেক্লবনা সোক্কনি" হাযগদবনি অদুবু যেক্ল বসিংনা খঙখিনি হাযদুনা ব্রাযেক সেংনা হাযবা যাদবনা থৈদুনা হায়রম্বনি।

ব্রাফম অসিদগী ঈখোযনা খঙলে মদুদি- "লৈসেন সোংখুপ" লোঙা কোযবেংদগী ফংলিবা "ব্রাকোকলোন হীলেল থিলেল সালাই অমাইলোন পুকোক" হাযবা পুযা অসিবু লোৎফম খুৎ থিন্দুনা তাকপীবম্বনি। পুযা অসি লাসিঙ ওইনা চৈসিং ই, লামায ওইনা ইদে মসিবু লাসিঙ পুযা হাযবা ওইগনি। অদুগা লৈসেন সোংখুপ্তুগী ফংবা পুযাগা অনি অসি চপ মান্নবনি। থোকচোমদগী ফংবা পুযাদা "হীলোল" হাযবা ব্রাহ্য অসি অফোঙবা অদুদা চিৎথবা ওইগনি, অবিবা অদুদা হিলেল হাযবা ব্রাহৈ অসি সোযদনা যাউফম থোকই। অমনা পুযাগী তাংকক অহুম থোকপগী অনি ফাউবদা চপ মান্নে, তাংকক অহুমদগী অবোযবফাউবদা ব্রাহৈ খবা খেৎনৈ। লোঙা কোইবেংগীনা মবিক চুম্বা খবা হেল্লি।

লোঙা কোইবেংদা লৈবা এল: সোংকুপকী যুমদা মীতৈগী অবিবা পুযা লৈবে তানবকপদগী মাইচৌসিংনা লোৎসিন্দুনা থম্বীবম্বা পুযা লাইবিকসিংবু থিজিন্বা পান্বা মীওই কযানা পুযা অসিগী খোঙ্গুন লিবা চৎনকুই। খোঙ্গুন লিবা চৎনকুবা মীওইসিংদি:

**অহানবাদা খোংবু ওইবসিং:-** (১) সগোলসেম জিলা লৈবাকমচা) মবুধৌ মনত্রি লৈকাই (২) অযেকপমতোম্বা তেবা লৌক্রকপ লৈকাই

(৩) মুতুম থোইলেল সগোলবন্দ সলাম লৈকাই (৪) খুমুকচম ঈতো তেবা লৌক্রাকপম লৈকাই (৫) মঙাঙ লৌথিবা (বাবুসনা) সগোলবন্দ মবুধৌ মনত্রি লৈকাই (৬) সলাম পাউতাকচাউ (মুহোবী) সগোলবন্দ সলাম লৈকাই (৭) ব্রাহেংবম অঙাতোন তেবা সযাং লৈবক মচিন।

অনিসুবা খোংবু ওইবসিং:- (১) হঞ্জবম গৌবচন্দ্র কৈসামথোং এলাংবম লৈকাই (২) হিজম দোবেন সিংজমৈ ব্রাইখোম লৈকাই (৩) সনচিলানপম কংলৈ ঙানপা (কুলেশ্বব) খা ঙানপা খুবাই লাইবিক যেংবম লৈকাই (৪) নিংথৌজম জিলা সঙাইথেল কৈথেল। হাযবিবা মীওইসিং অসিনি।

............

# য়াকায়লোল

১। তেংপালপগী মপু ঈপুঙলোয়নবা অপকপা মপুনা, য়াইফলে।।

২। তাইপকপালপপু সেমপিপা লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপনা য়াইফলে।।

৩। মীতৈ য়েক- সলাই তলেৎপু পোকপিপা কোনচিন তুকথপা ঈপুথৌ পাখঙপনা য়াইফলে।।

৪। নুংসিৎ নোংসাপু সাথৌলিপা থব্রায়লেল সিতপা চেংঙাচানা য়াইফলে।।

৫। মীতৈ চীংমী-লোইয়ামী- তম্মী পু অহুম নাউকোনপী ঈমা লৈমলেল, মীতৈ লৈমনা য়াইফলে।।

৬। হে থব্রায় মঙামক লোয়নপা মীকা থানা তলুকনা য়াইফলে।।

# ফোংজবা

(১) কংলা প্রিজার্ভেসন ডিমান্দ কমিটি
খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাই ।

(২) মীতৈ ঈরোল-ঈনাৎ থৌকল লুপ
খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাই ।

(৩) কংলা কনবা লুপ
সোইবম লৈকাই (মীতৈ লৈপাক), ইম্ফাল ।

# নোল্লুকচবা

(১) লমজিং লমতাকপিবম্বা অমদি ৱাবী ৱাখোঙ কয়া লিবিবম্বা, লাইবম্লেন্দা তিনখ্রবা ঈযাম্বা যুম্লাম তমফাজাউগী মফমদা পুন্সিগী লমন তোনসিঞ্জবে।

(২) লাইরিক অসিবু মশক থোক্লা পুথোক্লবা হোৎনবদা মখল কযাগী মতেং

পাংবীরকখিবসিং :-

(ক) হঞ্জবম গৌরচন্দ্র,
কৈসামথোং এলাংবম লৈকাই।
অচুম- অরান, ৱাহৈ- ৱাতা চুমথোকপিবা

(খ) উসম সহদেব
চিংখু ময়ায় লৈকাই।
শিনদোকপা অমদি অরোইবা চুমথোকপিবা।

(গ) হিজম দোরেন্দ্রো
সিংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই।
শোক তারিখ য়েংশিনবা অমদি অশোয়- অঙাম চুমথোকপিপা।

অহুম্মক্কী মফমদসু পুন্সিগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনসিঞ্জরে।।

## য়াওফম তাকপা

## অনিশুবা তাংকক

অহুমশুবা তাংকক

# অহানবা তাংকক

## মীলাই চক ৱোইখরবা

## (মীতৈলোন)

# লৈশেমলোন, নোংসাপা চৈলাক

*অবাং কৌপলু অশুপ্পা,*

*লৈমায় লাই খুন্তা অহানপা ।*

*ঈলিক ঈপান থালিপা,*

*নোংথৈ মউ লিংলিপা ।*

নহাননোং ঈপুংলোইনপা অপকপা মপুনা মহাক্কী মনিংসা য়েৎলমতকী সলাইলেম্নচিংপা লাইলেলপসিং অমস্তুং ওইলমতকী লৈমলেলপীনচিংপী লাইলেলপীসিং পুথোক্লে। অতুতস্তু নত্তনা তুলিক তুখোংতকী সলোই কাংলুপস্তু পুথোক্লে। অস্তুম্না পুথোকখিপসিং অতুনা মফম মফম য়েংতুনা কৌপলু চিংতোনতা খুনতা লৈতানলে। লাইয়ামসিংকী লাইমিং ঈয়েক ঈপী পুম্নমকপু হায়লমলকা **ঈপুঙ লোইনপা অপকপা মপু** মহাক্তি তলঙনুংতা লৈখলে। মথংতা **শলাইলেন সিতপনা** লাইয়ামসিংকী মথক্তা লাইনিংথৌ ওইনা নুংঙাই-থোইনা পাল্লে। অস্তুম্না লৈলকপা মতমতা ঈপুং লোইকী হুমাং মলিকতকী ওনখিপা সলোই ফুলুপনা খুৎকন-পাংকল্নত্তুনা লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপা অমস্তুং লৈমলেল সিতপী অমতী লাইয়ামসিংকী মথক্তা লাল তালকলে। মতম অসিতা কলি পামপৈ লৈতলতুনা কৌইলৌথকতা য়েংখত্তুনা ঈপুংলোই সিতপতা কনপিয়ু হায়না হায়চলকলপতা ঈপুংলোই সিতপা অপকপা মপুনা "নোংসাপা" সাইওন

তৌতুনা সলোই তুমনা হাতপা হৌলকলে। ঈপুংলোইনা লাইনিংথৌ নোংসাপপু ওইতুনা সলোই ঙমনা হাৎখলে। লাইনিংথৌ নোংসাপকী চৈলোকনা সলোই খিপিক তুমখলে। নোংতোন থকনা পল ওইপা, সনচিংনা নাউকোনপা, একনা সলোই লাললোইপা অতুমকতনা নোংসাপা চৈলোক হায়খলে। মতম অসিতা চেংলৌ সকহেনপী সলোই চনু অমতী সলাইলেল সিতপকী মলুম থুপনা লৈচহৌপতকী কনপীহৌলে। লাইনিংথৌকী তালোয় অতোনপী ওইনলে। অস্তুমতৌনা সলোই তুমনা হাতলপা মতুংতা ঈপুংলোইনপা অপকপা মপুনা সাইওনপা নোংসাপা খঙহৌতনা মাঙখলে। ঙইহাক পুঙকৌইতা উহৌপা নোংসাপকী সকতমপু সলাইলেল সিতপকী থমোয়তা ঈকায় কায়তনা মমি তাহৌলে। অতুকুমপা নোংসাপকী সকতমপু চালোল সুলোলসিংনা কাউতলপা মথং মথং সিন্নতুনা থমপিলমলে।

## তমপাক লম সেমপা

তমপাক লম সেমপা মথংতা লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপনা তমপাক লমপু তাইপং চালোল-সুলোলসিংকীতমক্তা সেমপিলমলকে খনতুনা পামেল উতুপ অচৌপা অশাংপা অমা ঈলিতুনা লৈলিপা ঈপাকথকতা থাতালকা বাকয়ে উতুপথকতা তোংতুনা লংমাইচীং তমনা ঈলাম্নকে হায়না লাইনিংথৌ সলাইলেল অমতী লাইলেলপী লৈমলেল সিতপীনে সলোই চনুকা অহুমনা লাইয়ামসিংকা লোইননা চৈপী নৌলেল পায়তুনা হোম্নক্লে।

## হিয়াঙ

হিযাঙ অস্তুম্না হিঃ হিঃ লাউ-লাউতুনা হোনপনা উতুপ অতু য়াঙনা চৎলি হায়পতকী "হিয়াঙ" হায়না কোলোয়খলে। লাইচা ঈপাক অচৌপা অতুপু বাকয়ে হি অতুনা চায়নলকা সমতুনা চতলি হায়না হায়পকী

"হিয়াঙ সমচায়পা" হায়না কোলোয়খলে। অস্তুম্না হিয়াঙ সমচায়পা তোংতুনা হোল্লকপনা লোয়পী চীংতুম অমকী মখোঙ য়ৌলকলে, লমলেল মফম অতুতা ঙাইহাক পুংকোয় হিথাঙলে।

## হিয়াঙথাং

হিয়াঙথাং হি থাঙলিপা লমতম অতুপু হিয়াঙথাং হায়না কোলোইখলে। লৈমলেল সিতপীনা সাইওনপী ঈলৈমা লাইলেলপীকী মকাইফম ওইহনপীলে। হয়েং তাইপঙ চালোল-সুলোলকী ঈলম-খোঙলম চুমলক্তপা মতমতা ঈলৈমা নঙোনতা ঈলাত-থৌনিচলকা তিনকোক-লাইকোকপিয়ু হায়না পাউমেনপিলকা লাইনিংথৌমকনা য়াথং পীতুনা ঈলৈমা লাইলেলপীপু থমপিলমলে।

## নুমিত তলেতনিকী মমিং থোনখিপা -

নুমিত তলেতনিকী মমিং থোনখিবা অস্তুম্না য়াথং পিপিলকা ঈলৈমা তুংইন্না হিয়াঙ হোল্লকপনা লংমাইচীং চীংখোংতা থুংলে। কৌইলৌ নোংচা অতুপু "লংমাইচীং" হায়না মিংথোল্লে। ইনুঙ ঙাল্লকা লাইনিংথৌনাচিংনা লংমাইচীং চীংতোল কালকলে, কৌইলৌ নোংচা অতুপু লাইনিংথৌনা চীং কায় হায়পকী "নিংথৌকাপা" হায়না মীংথোল্লে। ইনুং ঙাল্লকা লাইনিংথৌ লাইলেলপী সলোই অতোনপী অমতী লাইয়ামসিংনা লংমাইচীংকী লৈচাক হোৎতখলে, মালেম লৈসা ফাউপা ঙমতলে। মতাং অতুতা লাইনিংথৌ পাঙকলপনা হুততংঙা সাইওন তৌতুনা চীংনুংহুতপু হুততোক্তুনা লাইচা ঈসিং চিথোক্লে, মালেম লৈসা ফাউলে। মালেম লৈসা ফাওপা কৌইলৌ নোংচা অতুপু লৈপাকপোকলে হায়পকী "লৈপাকপোকপা" হায়না মিংথোল্লে। মালেম লৈসা ফাউলপতা লাইনিংথৌ সিতপনা অকংপা লম থিলকলে, ময়েক লানা কংপা লমলেল লমতম

নিংথিপা থেল অমা থেংনলে। লমলেন লমতম অতুপু কংলা থেনপুঙ হায়না কোলোই মিংথোনখলে। কংলা থেনপুঙ মফমতা ইম্ফম সেমতুনা ঈম-কৈ সালে। ঈম-কৈ সাপা কৌইলৌ নোংচা অতুপু "ঈমসকৈসা" হায়না মিংথোনখলে। কংলা ঈমফমপু লাইয়ামসিংনা পানপা মফমনি হায়পকী কংলা লাইফম হায়না কৌখলে। মমৈতা কংলা লাইফমপু "**কংলৈপাক**" হায়না কৌনখলে। কংলৈপাক কৌপা মফমপু লাইনিংথৌনা তাইপঙ চালোন-সুলোনকী লৈপাক ওইহৌনপা সাকোন্নতুনা থমপিলে হায়পকী কৌইলৌ নোংচা অতুপু "সাকোনসেন" হায়না মিংথোল্লে। ইনুং ঙাল্লকা লাইচা ঈলাই লৈমনা খংকং কংথখি হায়পতকী কৌইলৌ নোংচা অতুপু "ঈলাই" হায়না মিংথোল্লে। ইনুঙ ঙাল্লকা লাইকী মহয়পু লৈমলেল সিতপীকী ফুহিং সিয়োমনুংতা চা (মচা) ওইনপা থাঙতোকখিপা কৌইলৌ নোংচা অতুপু "থাঙচা" হায়না মিংথোল্লে। অন্তম তৌনা লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপনা নমিত চৈওন তলেতকী মমিং থোনপিখি।

তুলেল তৌপা — অতুই মথং অমতা লাইয়ামসিংনা তু-খোং তৌতুনা কংলৈকাক্কী লমখৈ সেমপা হৌখি।

(১) নিংথি তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিথিপনা তৌপনে।
(২) থৌপাল তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিঙাংপনা তৌপনে।
(৩) ঈলিল তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিঙৌপনা তৌপনে।
(৪) ঈম্ফাল তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিমুপনা তৌপানে।
(৫) লুবাংলি তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং হইনইপনা তৌপনে।
(৬) নমপুল তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিতেনপনা তৌপনে।
(৭) মাকলং তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং কানৈপনা তৌপনে।
(৮) থোংচাউলোক তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিলাংপনা তৌপনে।
(৯) ঈলং তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং হাইনইপনা তৌপনে।
(১০) মকু তুলেল তৌপা লাইতী চিলোং চিপংপনা তৌপনে।

(১১) চিনি তুন্নেল তৌপা লাইতী চিলোং চিকোনপনা তৌপনে।

(১২) তুন্নেল অচৌপা (বরাক) তৌপা লাইতী চিলোং চিসাংপনা তৌপনে।

অস্তুম্না লাইয়ামসিংনা তুখোংসিং তৌতুনা কংলৈপাক্কী লমখে সেমখি।

## কংলা থোনখিপা

কংলা থোনখিপা অস্তুম্না কংলৈপাক্কী লমখে সেমপা লোইলপতা "কংলা থেনপুং" ময়োল অসিতা লাইয়ামসিংনা কয়াৎলোন পথাপ কয়া য়েংতুনা কংলা ঈম্ফম কৌতুনা লাইয়ামসিংকী "ঈম" (য়ুম) সাখি। হায়লিপা কংলা ঈমফম মফমতা লৈলোল নোংলোল কয়াত ১৪ (তলামলি) কী লাইফম সেমখি। মতৌ অস্তুম্না সেমখিপা মফমতা লাইয়ামসিংনা নিংথি থোইনা পানখি। লাইয়ামনা পানখিপা মফমনি হায়তুনা মফম অসিপু "কংলা লাইফম" হায়নস্তু খঙনখি। অস্তুম ওইলকপা লাইফম অসিনা লৈপা মফম কংলা লাইফমতা ঈম-কৈ সাতুনা কোনুং ওইনা পাল্লে। অস্তুম তৌনা পাল্লপতা অনীকী "তাইপকপান" কুমহৈতো লাইকী মহৈপু "তাইপক মী" (তাইবঙমী) ওইনা মীতমলে।

লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপকী সাঈওন ১০ (তলা) — লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপকী নুংপুং ব্রাখলনা তাতুনা থোকখিপা ঈলিক (ঈরিক) অতুপু ঈমা লৈমিলেল সিতপীকী পিপুক্নুংতা লোইতাম থাচা ১০ (তলা) লৈলকপতা থা-থা খুতিংকী সকওঙ হোংলকপপু সা (হকচাং)কী সকওঙ ওল্লকই হায়পকী "সাইওন" কৌই। থা খুতিংকী সাকী সকতম ওল্লকপা অসি থা ১০ (তলা) শুই। মসিপু ঈনুংলোলতা "সাইওন তলা" কৌই। মখোয় অতুতী ঃ-

(১) সাইওন অহানপপু "নোংপোক চিংখৈ অপানপা" কৌই ।

(২) অনীশুপা থাতা ওল্লকপা সাইওনকী সকতমপু "অবাঙপা কৌপলু" কৌই ।

(৩) অহুমশুপা থাতা ওল্লকপা সাইওনকী সকতমপু "থাংচীং কৌইলেল লাই সিতপা" কৌই।

(৪) মলিশুপা থাতা ওল্লকপা সাওনকী সকতমপু "খানা চাউপা বাঙপুলেল লাই সিতপা" কৌই।

(৫) মঙাশুপা থাতা ওল্লকপা সকতমপু "ঈলাই পুলেল পুলিংলাই সিতপা" কৌই ।

(৬) তলুকশুপা থাতা ওল্লকপা সাইওনপু "লাইনিংথৌ পাংকনপা" কৌই ।

(৭) তলেৎশুপা থাতা ওল্লকপা সাইওনপু "সলাইলেল সিতপা" কৌই ।

(৮) নিপালশুপা ওল্লকপা সাইওনপু "কোনসেন তুলৈসেংপা সনা ঈ মহী" কৌই ।

(৯) মপলশুপা থাতা ওল্লকপা সাইওন সকতমপু "মী খলৌপা" কৌই ।

(১০) তলাশুপতা ওল্লকপা সাইওন সকতমপু "কোনচীন তুকথাপা ঈপু অথৌপা পাখঙপা" কৌই ।

অস্থুম তৌনা ঈমা লৈমলেল সিতপিকী পিপুকনুংতা লোইতাম থাচা তলা সাইওন মপুং ফালক্কুনা ওইপা লাইকী মহৈপু লাইকিতী মমৈ তাইপঙ মীকিতী পুকোক ওই কোনচিন তুকথপা ঈপুথৌ পাখঙপা সাইওন লাংওন ফোংলক্লে।

# থা ১২ কী মমিং

থা ১২ (তলানিথোঁই) কী মমিং অতুই মতুং তালকপতা "কোনচিন তুকথপা ঈপুথৌ পাখঙপা" না লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপকী ৱাকোনপুংতা অমতী মীৎনহাতা থা অনী ফাইতুনা লৈলকা ঈমা লৈমালেল সিতপিকী নৌপিফমতা লোইতাম থাচা তালা (থাজ তরা) পুন্না থা তলানিথোঁই লাংওন থাসিংকী মমিং থোনপিখি। খুনুঙলোলতা অস্তুম্না ইলি মতুতি ঃ

১। **ৱাকচিং** – থৌৱাই মিলেল হনপা মপুনা তাইপঙ নাৱা অমা মিতমলকে হায়তুনা পা ওইপকী য়াইপী ঈলিকপু ৱাকোনতা (কোক্তা) চিংখৎতুনা থমপা লোইতাম থাচা মাকী মমিংপু লোইতাম "ৱাকচিং থা" কৌয়ে। পাললোমতস্থ কুমকী নোং চিংখৎতুনা ৱাকচিং থাতা তায়ে।

২। **ফাইলেল** – বাকোনতা চিংখৎখিপা য়াইপী ঈলিক অতুনা থৌৱাই মিলেল হনপা মপুনা ফমফাল লাংতুনা ৱাকোনতকী কুমথলক্তুনা পা ওইপকী মীৎ নহাতা থোকলক্তুনা নমু মীৎকী মসক ওইনা মীৎ নহা অনী লোংতুনা কৌইলৌ নুমিৎ ৫ (মঙা) নি ফাইতুনা লৈপা লোইতাম থাচা মাকী মমিংপু লোইতাম "ফাইলেল থা" কৌয়ে। পাললোমতস্থ ফাইলেল থাতা লৈচিলি নোংফাই ওইনা নোং ফাইতুনা লৈ। অতুকা নোং খোংতুনা কুমস্থ তমই।

৩। **লমতা** — পা ওইপকী মীৎ নহাতা নমু মীকী মসক ওইনা কোইলৌ নুমিৎ ৫ (মঙা)নি ফাইতুনা লৈলমপা নৌবা মালু (মরু) অতু পলেম ওইপীকী লৈহাউ লৈপা লমকী মসক ওইপী নৌপী ফমতা নৌবা মালু (মরু) তাখিপা থাচা মাকী মমিংপু লোইতাম "লমতা থা" কৌয়ে। পাললোমতা য়েংপতস্থু লমতা থাতা নোং চুতুনা কুমকী মহে-মরোং পুম্নমক্কী হী পিপা থানে। লমতা থাতা নোং চুলক্তলপতি কুম অতুকী মহয়-মরোং চুমতে। মলম অতুনা লমতা থাকী থানিন নুমিৎতা নোংলাউপা থৌলম তৌনলিপনি।

৪। **সাচিফু** — লমতা থাতা তাখিপা নৌবা মালু (মরু) অতুতী ঈলিক কোংকোলকী মসক্কি। অতুকুমপা ঈলিক কোংকোলকী মসক ওইপা নৌবা মালু (মরু) অতুতা সা (হকচাং) অমা ওইনপকীতমক চিসিলক্তুনা ফু (মতুম) অমা ওইলকপা লোইতাম থাচা মাকী মমিংপু লোইতাম "সাচিফু থা" কৌয়ে। পাললোমতস্থু মালেম লৈসা অসি ফু অমা মান্না লৈপা থানে।

৫। **কালেল** — ফু অমকী মসক ওইনা লৈললমপা নৌবা মলু (মরু) অতুপু কয়াৎকী কা ৬ (তল্পক) থোকনা য়াৎথোক্তুনা তাইপঙ সকতম সেমনা থানি হায়পকী লোইতাম থাচা মাকী মমিংপু "কালেল থা" কৌয়ে। পাললোমতস্থু খোংকং-খুৎকং থা ওইতুনা মালেমকী কয়াৎ মপুঙ ফানা লৈপা থানে।

৬। **ইঙা** — পলেমকী পীপুক্নুংতা লৈলিপা নৌবা অতুনা পলেমকী খোঙকাপ ঈতা ঙাতুনা চাকচা ওইনপা লোইতাম থাচা মাকী

মমিংপু "লৌইতাম ইঙা" থা কৌয়ে। পাল্লোমতস্তু ইঙা থাকী নোংলেল হীপু মালেমতা চুপসিনপা থানে।

৭। **ঈয়েল (ঈঙেল)** — পলেমকী পিপুকনুংতা লৈলিপা নৌবা অতুনা লু-তোং, সিংলি-নাউলী পোক্তুনা নৌবা মহকচাং ঈ চেল্লে। ঈনা সেমপা লু-তোং, সিংলি-নাউলিসিং অতুপু ঈকী য়েনতকী পোকপনি হায়না হায়পতকী লৌইতাম থাচা মাকী মমিংপু লৌইতাম "ঈয়েল (ঈঙেল) থা" কৌয়ে। পাল্লোমতস্তু নাপী-সিঙপী, মহয়-মলোং পুন্নমক মহৌ মকা লামনা হৌপা থানে।

৮। **থৌবায় (থবান)** — পলেম পিপুকনুংতা লৈলিপা নৌবা অতুকী মহকচাংতা ঈ চেল্লপনা ঈকী ঈচেলনা হোখায় থিংখায়তুনা নৌবাকী থোংলোল ৯ (মাপল) মক ফাউলে, নিংসা হোল্লে। অস্তুম্না নৌবানা নিংসা হোলপপু থৌবাই লৈলে হায়পকী লৌইতাম থাচা মাকী মমিংপু লৌইতাম "থৌবায় (থৌবান) থা" কৌয়ে। পাল্লোমতস্তু মহয় মলোং ফৌনচিংপনা মথবায় সুনা মহৌ-মকা লামনা হৌপা থানে।

৯। **লাংপা (লোংবন)** — পলেম পিপ্‌কনুংতা লৈলিপা নৌবা অঙাঙনা নিংসা হোল্লকপনা অলাম-খৌলাংপা পোক্রক্লে। নৌবা অঙাঙনা মপুক লামতুনা মপুক্লিং লাঙপা থানি হায়পকী লৌইতাম থাচা মাকী মমিংপু "লাংপা (লোংবন) থা" কৌয়ে। পাল্লোমতস্তু তাইপঙ থৌবাই ওইপা ফৌনচিংপা মহয়-মলোং কয়ানা লাঙপা ঈখোম ঙাইতুনা লৈপা থানে।

১০) **মেনতা (মেরা)** — পলেম পিপুকনুংতকী নৌবা অঙাঙনা অলাম-খৌলাংপনা মপুকনিং লাংলকপতা, তাইপংপালপা মপু সিতপকী থৌচালনা চাপা চিনচাক্কী মহাউ মচুমপু নৌবা অঙাংকী খোইলী নাউফমতা মালিক-মালিক (মেরিক-মরিক) তালক্তুনা খোয়না চাকচা ওইতুনা নৌবা চফম ফালে। নৌবা অঙাংনা মপুকনিং লাংলমপপু মপুক চফম ফারাতুনা নৌবা পুকনিং মেন তালে হায়পকী লৌইতাম থাচা মাকী মমিংপু লৌইতাম "মেনতা (মেরা) থা" কৌয়ে। নৌবা অঙাংনা মপুক্নিং মপুক্নিং মেন তালাতুনা পলেম পিপুকনুংতা চোংনা ফন্না সান্নচরে। মসিপু মেনতা (মেরা) হৌচোংপা কৌয়ে। পান্নোমতম্ব ফৌওইপী লাইলেমপীনা লাঙপা ঈখোমপা ফংচতুনা তৌলাং মপাল সানা সাৎকাইতুনা মোমোন-মোমোন নোকচলকলে। নুংসিৎকী ঈপোম খুতিংতা হাইনা হুমনা চকৌই সাচরে। ফৌওইপীনা মপুক হলাউচপা থানে।

১১। **হিয়াঙকে (হিয়াঙ্গে)** — পলেম পিপুকনুংতা লৈলিপা নৌবা অঙাংনা তাইপঙ চিনচাক ফংচালাপতা হী পোকতুনা হী অতুতা নৌবাকী য়াঙতা কাখিতুনা বাকোন (কোক) কৈতা তাইপঙ লৌসিং পৈতুনা থমপা থানি হায়তুনা লৌইতাম থাচা মাকী মমিংপু "হীয়াঙকে থা" কৌয়ে। পান্নোমতম্ব তাইপঙ থৌবাই ওইপা ফৌনা লাংপা ঈখোমপকী হী ফংচাতুনা মচেঙ চঙতুনা খোয়ঙাং সাপা থানে।

১২। **পৌইনু** — পলেম পিপুকনুংতকী নৌবা অঙাংনা তাইপঙ লৌসিং ফংলপতা পলেম পিপুকনুংতা লৈপা য়ালকতলতুনা

লু-নৌ ওনথলক্লে, পলেমকী নু (হেকচাং থোং/sex) তা পোইথোলক্তুনা লাংওন ফাউলকপা লোইতাম থাচা মাকী মমিংপু লোইতাম পোইনু থা কৌয়ে। পাল্লোমতম্বু মালেমকী নু-তকী পোক্লকপা নৌইনিং ফৌপু মীওইপনা লৌসিনপা থানে। অম্বুম্না মীতৈনা পলেম-পল্থৌ অনীতা লাকয়েন ফিয়ানপা থা ১২ (তলানিথোই), পাতা থা অনী পিতা থা তলাকী মমিংতকী লৌত্রনা থাসিং অসিকী মমিং থোনখি।

## মাইকৈ ঙাকপা লাই নিপান

কংলা লাইফম্লেন্তা লাইনিংথৌ সলাইলেলনা পীপালেল (নিংথৌ) ওইনা পাম্লপতা মাইকৈ নিপানতা লৈপাক ঙাকপা লাই ৮ (নিপান) পু লৈহনখি।

**মাইকৈ ঙাকপা লাই নিপান অতুতী –**

| | | |
|---|---|---|
| ১) নোংপোক ঙাকপা লাই | - | নোংপোক নিংথৌ |
| ২) চীংখৈ লাইচি ঙাকপা লাই | - | চীংখৈ নিংথৌ |
| ৩) অবাং মাইকৈ ঙাকপা লাই | - | মাল চীং |
| ৪) কৌপলু লাইচি ঙাকপা লাই | - | কৌপলু |
| ৫) নোংচুপ মাইকৈ ঙাকপা লাই | - | লোয়ালাকপা |
| ৬) মৌইলাং লাইচি ঙাকপা লাই | - | থাংচীং |
| ৭) মখা মাইকৈ ঙাকপা লাই | - | ৱাংপুলেল |
| ৮) মৈলম লাইচি ঙাকপা লাই | - | ঈলুম নিংথৌ |

**লাই হোই লাউপা (লৌই হরাওবা)** — মথং অমতা লাইয়ামসিংনা মাকী মাকী মথৌ পাংথোকলকা  লাইয়াম্না কংলা থেনপুংতা হোইলাউ কুমহৈ তৌখি। অতুকুমপা কুমহৈ অতুপু লাইয়াম্না হোই লাউপা হায়পকী লাই হোই লাউপা, লাই হলাউপা কৌখি।

**শকোল কাংচৈ (সেগোল কাংজৈ)** — লাই হোই লাউপা (লৌই হরাউবা) লৌইলপা মতুংতা পৌ চিংনপা, হিয়াং তান্নপা, মুক্না-কাংচৈ সান্নপনচিংপা কুমহৈ মখল মখল কয়া অমা তৌখি। মতম অতুতা মালচিংনা সকোল কাংচৈ সান্নপকী কাঙলোল খুৎপু অমমম ওই। মতম অতুতা কাংচৈলোয খুৎপু অনী থোকখিপা অতুতি ঃ—

**(ক) মখা য়েপা কাংচৈলোয় ঃ—**

(১) মালচিংনা পনঙাকপা

(২) খমলাংপনা পনঙাকচঙ

(৩) ঈলুম নিংথৌনা পল্লাকচঙ

(৪) ঈকোপ নিংথৌনা লাঙচৈ

(৫) ঈলোং নিংথৌনা পল্লাকচঙ

(৬) নোংসাপানা পনচেনচঙ

(৭) পানথোইপানা পনচেনপা

**(খ) অবাং য়েপা কাঙচৈলোয় ঃ—**

(১) থাংচীঙনা পনঙাকপা

(২) খোলিফাপানা পনঙাকচঙ

(৩) বাংপুলেলনা পল্লকচঙ

(৪) য়াংকোই নিংথৌনা লাঙচৈ

(৫) নমপুল লাকপনা পল্লাকচঙ

(৬) বোকনলেলনা পনচেনচঙ

(৭) লোয়ালাকপানা পনচেনপা

অসুম তৌনা লইকী চকতকী সকোল কাওচে সাল্লপা হৌলকখি।

কংলা ঈমফম মফমতা লৈলোল নোংলোল কায়াত ১৪ (তলামলি) কী লাইফম সেমতুনা লাইয়ামসিংনা পানপা মফমনে হায়তুনা কংলা লাইফম কৌখলে। কংলা লাইফম কৌপা মফমনা লৈপা লৈপাকপু "কংলৈপাক" হায়না কৌখিয়ে। কংলৈপাক কৌপা মফমতা লাইনিঙথৌ সনাইলেল সিতপনা চহি লিসিং কয়া পাল্লম্লকা মসানৌ ঈপুংঙো কোনচিন তুকথপা পাখঙপতা ফমপাল সিনালমলকা লাইলৈপাক কাখি। (মতম অসি ঙসিদগী চাওবাল্লা চহি ৪২,০০০ (চহি লিশিং নিফুনিথোই) রোমগী মমাংনি)

## মী - লাই নিংথৌগী অহানবা

## ১-কোনচিন তুকথপা ঈপুথৌ পাখঙপা

সনাইলেল সিতপনা নোংকাখলাপা মতুংতা সানৌ ঈপুংঙো কোনচিন তুকথপা ঈপুথৌ পাখঙপানা চহি ৮,০০০ (লিশিং নিপাল) লোম পিপালেল (নিংথৌ) ওইতুনা পাল্লমই।

**সনাই তলেং পোকপা** — সাপী লাইলুপ ৭ (তলেৎ) মাপু পাখঙপানা পানতুনা মতমকী খোঙলৈতা পোকখিপনা খোঙলৈকী মতুং ইম্না নুলা ইপেম্মা "লাইকোক হুইলৈ পুকসিখোমপী" না অয়ুক্কী খোংলৈ

মচুনা ঙাকপা মতমতা নাউসংতা পোকখিপনা নৌবাপু "মঙাঙ" মিংথোল ফংচখিয়ে, ওকসঙতা থমখিয়ে। নুপা ঈপেম্মা "হুইমুলৈম" না কৌইলৌ মমিনা বাংনা ঙৌনা য়ুংপা খোঙলে মতমতা নৌবানা তাইপঙপালতা ফাউলকপনা "লুবাং" মিংথোল ফংচখিয়ে। লুবাংপু নাউশুম সঙতা থমখিয়ে। নুপা ঈপেম্মা "লৌইখুমপী মবাই থোংঙাইলেলপি" না কৌইলৌ মমিনা খুনা মমপা মুপা খোঙলে মতমতা নৌবা অঙাংনা তাইপঙপালতা ফাউরকপনা "খুমন" মিংথোল ফংচৈয়ে। নুপা ঈপেম্মা "লাইয়েক পিথেক লৈমা" না নোংয়াই খোংলৈনা মেমানপা অচীকপা মতমতা নৌবানা তাইপঙপাল ফাউলকপনা "অঙোম অঙৌপালপা" হায়না মিংথোল ফংচৈয়ে। নুপা ঈপেম্মা "লৈমা উলুম খাউচাউ তোনপী" না কৌইলৌ মমিনা অয়ুক্কী ঈচীক অমম-অঙান মুনা ঙাঙনা সিম্না লাংপা মতমতা নৌবানা তাইপঙপালতা ফাউরকপনা "মৈইলাং" হায়না মিংথোল ফংচৈয়ে। নুপা ইপেম্মা "লৈথম তালি লৈমা" না কৌইলৌ মমিনা য়ুংনা থক-খা ঙানপা লুমনা ঙানপা খোঙলে মতমতা নৌবানা তাইপঙপালতা ফাউলকপনা "খা-ঙানপা" মিংথোল ফংচৈয়ে। নুপা ঈপেম্মা "নোংহাইনু লিলী লৈমা" না কৌইলৌ মমিনা অতিংঙা ওইনা য়াচঙলকপা খোঙলৈতা নৌবানা তাইপঙপালতা ফাউলকপা "সলাই লৈসাংথেম" মিংথোল ফংচৈয়ে। নোংহুম সঙতা পোকখিয়ে। মখোয় ৭ অসিপু য়েক-সলাই তলেৎ হায়না কৌখিয়ে। অতুকা মঙাঙকা লাইলেল খোমপীকা পান্নতুনা "লৈসংলেল অসং ঙাসাপা" পোকয়ে। লুবাংকা লাইলেলপী অঙাইপীকা পান্নতুনা "নোংতমলেল অবাঙপা" পোকয়ে। খুমনকা লাইলেলপী খুঙাইপীগা পান্নতুনা "নোংতমলেল অখুপা" পোকয়ে। অঙোমকা লাইলেলপী থিংপী লাইখোমপীকা পান্নতুনা "লৈসংলেল অসংপা" পোকয়ে। মৈইলাংকা লাইলেলপী থালৈমকা পান্নতুনা "ঈচেং" পোকয়ে। খা-ঙানপাকা লাইলেলপী কোংতিংলৈমকা পান্নতুনা "নোংতমলেল অঙানপা"

পোকয়ে। সলাই লৈসাংথেমকা লাইলেলপী চেংলৈমকা পান্নতুনা "খুমখুম নিংথৌ" পোকয়ে।

**সলাই ৭ (তলেৎ) কী লৈফম** — অস্থুম তৌনা চাতা নৌতালাপতা ঈপুথৌ পাখঙপনা মপালী ৭ (তলেৎ) কী কংলৈ তলেৎ থোকনা য়েনথোকপিলে। মঙাঙনা ঈমফাল কংলাতা লৈহল্লে। লুবাংনা লুবাংসংপম কংলাতা লৈহল্লে। খুমননা ময়ায় ঈমফম কংলাতা লৈহল্লে। অঙোমনা কোংপা কংলাতা লৈহল্লে। মোইলাংনা মোইলাং লৈকোইপুং কংলাতা লৈহল্লে। খা-ঙালপনা তাকন খা-পুলুপ সৌপী কংলাতা লৈহল্লে। সালাই লৈসাংথেমনা লৈসাংখোং কংলাতা লৈহল্লে। অস্থুম তৌনা মপালী তলেৎ অসি কংলৈ তলেৎ থোকনা খায়তোকতুনা নিংথৌ অমমম ওইহনতুনা পালহল্লে। মঙাঙ নিংথৌনা পীপালেল নিংথৌ ওইলে। তলুক অমানা পীপা নিংথৌ ওইতুনা থকসি-খাসি নায়না পাল্লে।

**সলাই তলেৎকী চাতা-নাউতানা লোয়ালমতা সনতোকপা** — অস্থুম তৌনা পাল্লকপনা চাতা-নৌতা মসিং য়ামলক্লে। অস্থুম্না মসিং য়ামখৎলকলপতা লোয়ালম (চীংগা-তমগা লোন্নবা/তায়নবা) মফমতস্থু পাক-সন্না খুনতা লৈতাতুনা পানপা হৌলকলে।

**সলাই তলেৎকী চাতা-নাউতানা লোয়লমতকী চীংতা সনতোলকপা** — মথং অমতা লোয়ালমতকী অমুক অস্থুম অস্থুম মথং মথং চাতা নাউতা সনতোকলত্তুনা মীসিং য়ামখৎলকপনা মলম ওইতুনা তু-খোং, পাৎ-কোম, সা-ঙা, উহৈ-বাহৈ মলাং কায়না ফংপা মফম য়েংতুনা লোইপী চীঙতা (হৌ-হৌ লাউনা) কাখিতুনা খুন তাপা হৌলকলে। চীঙতা খুন তাখিপা মীতে য়েক-সলাইচাসিংপু সলাইলেল সিতপকী তালোই অতোনপী

সলোই লৈমনা পুন্নমকপু য়োকখলে। য়োকচপকীতমক মচানি হায়না ইয়াখলে। লোলস্নু সলোই (সরেই) লোল য়ানতুনা লোনখলে। অস্নুম তৌনা মথং-মথং চোয়না-চোয়না খুনতাখিপনা লোলস্নু তোঙান-তোঙানখলে। মইকৈ-মইকৈ চংনখিপনা ফুলুপতকী কাংলুপ-কাংলুপ খায়তোকখিপনা কাংলুপকী মমিংস্নু য়ামখলে।

**মীতৈ কপুই (কবুই)** — কৌপলু লাইচি মইকৈতা কাখিপা ফুলুপ মখেৎপুনা মীতৈ কপুই হায়না খঙনখি। কপুইতকী লিয়াংমৈ, লোংমৈ, চেমৈ, মলেমমৈ, মাউমৈ, পুইমৈ, পাউমৈ, থাংকালমৈ হায়লিপাসিং অসিনি। অতুকা থিপোমৈ (কোহিমা) লোমতা চৎখিপা মীতৈ কপুইসিং অতুনা আউমৈ, অংকামৈ, লোথামৈ, লিয়াংমৈ, হায়লিপসিং অসিনি। অতুকা তেখাউ (আসাম) লোমতা চৎখিপসিংনা — লোংমৈ, চেমৈ (জেমৈ) নচিংপনি। অস্নুম্না কপুই ফুলুপতকী কাংলুপ-কাংলুপ থোকখি, লোলস্নু তোঙান তোঙানখি।

**কপুইকী য়েক-সলাইতি** ঃ— পামৈ, নিউমৈ, সিংপেমৈ, থিউমৈ, মালেমমৈ অমদি চলাংকতিংমৈনি।

**কপুই লোলতা থা ১২ কী মমিং অতুতি ঃ—**

১) চাপম (ৱাকচিং)

২) কেলে (ফাইলেল)

৩) কনাহ (লমতা)

৪) কচিং (সাচিফু)

৫) কলাম (কালেন)

৬) কফি (ইঙা)

৭) মপুম (ইঙেন)

৮)　নখমপ (থবান)

৯)　ঙিনহ (লাংপা/লাংবন)

১০)　চকা (মেন্ত/মেরা)

১১)　মতুইংকী (হিয়াংকৈ)

১২)　চকেক (পোইনু) অসিনচিংবনি।

**মীতে কোম** — মোইলাং লাইচি মইকৈতা কাখিপামখৈনা মীতে কোম হায়না খঙনখি। মীতে কোমতকী কৌইলেং, অনাল, চিলু, চোথে, পুলুম, খালম, আইমোন, সাকাং, কৌইলাউ, লমকাং, মোয়োন, মোনসাং অমতি তলাউ হাযপা ফুলুপসিং থোকখি। অস্মুন্না কোম ফুলুপতকীসু তোঙানপা কাংলুপ কাংলুপ থোকখি অতুকা লোলসু তোঙান তোঙানখি।

**কোমকী য়েক-সলাইতি** — থাউ, মলিম, পালপা, লাংসাই, মকল, লককুং হাযলিপশিং অসিনি।

**কোমকী থা ১২ কী মমিং** —

(১)　তপে (রাকাচং)

(২)　মপি (ফাইলেল)

(৩)　মতাই (লমতা)

(৪)　মলতুন (সচিফু)

(৫)　ফুলপা (কালেন)

(৬)　তোইপা হৈঙা)

(৭)　চিংপুই হৈঙেন)

(৮)　ঙলম (থবান)

(৯)　মলপা (লাংপা/লাংবন)

(১০) ঈলথা (মেন্তা/মেরা)

(১১) ফেপা (হিয়াংকৈ)

(১২) পিপা (পোইনু) অসিনচিংবা ।

**মীতে মলিং (মেরিং)** — মৈলম লাইচিতা কাখিপসিংনা মীতে মলিং হায়না খঙনখি। মলিংসিংতি কাংলুপ-কাংলুপ থোকখিতে। চোইনা-চোইনা খুনতাখলপস্থ মলিং ওইনা অতুম খুনতাখি। ফুলুপ অমতা ওইনা অতুম লৌখি।

**মলিংকী য়েক সলাইতি** — তললা, লচা, তিংথোই, চোংতুল, থোইতক, সমপাল অমতি থাঙঙা অসিনি।

**মলিংকী থা ১২ কী মমিংশিং** —

(১) ময়েউ (বাকচিং)

(২) কইং (ফাইলেল)

(৩) মখুই (লমতা)

(৪) খলম (সচিফু)

(৫) তুংথয়াং (কালেল)

(৬) তংমাসো হৈঙা)

(৭) থুনমা হৈঙোন)

(৮) কৈখাম (থবান)

(৯) য়লংকসি (লাংপা/লাংবন)

(১০) য়লাংপুই (মেন্তু/মেরা)

(১১) তোলপোল (হিয়াংকৈ)

(১২) ময়ুন (পোইনু) অসিনচিংপসিনি।

**মীতৈ তামখুল (তোমপা)** — চিংখৈ লাইচিতা কাখিপসিংতুনা মীতৈ তামখুল (খুল তামপা) হায়না খঙনখি।

মীতৈ তামখুলকী য়েক-সলাইতি তুইতাং, সাতাং, খোতাং, খাপুতাং, চৌতাং, সিথুতাং, কিংতাং, অসিনচিংপনি।

**তামখুলকী থা ১২ কী মমিংশিং —**

(১) থলাউ (রাকচিং)

(২) সলুন (ফাইলেল)

(৩) মেয়ো (লমতা)

(৪) খায়িং (শচিফু)

(৫) খলম (কালেন)

(৬) মখা (ইঙা)

(৭) মলাংফৈ (ইঙেন)

(৮) পি (থবান)

(৯) তাথলহ (লাংপা/লাংবন)

(১০) ঙাফৈ (মেন্তা/মেরা)

(১১) খয়োন (হিয়াংকৈ)

(১২) (পোইনু)

(মীতৈ তামখুলনা নাগা তাংখুল ওনখিবা — আসামগী নোংপোকথংবা নাকা পাহালা (নাগা পাহার) চীংশাংতকী নাকা (নাগা) কাংলুপ

খরা মীতৈ তামখুলসিংকী মলকতা তিনখি। (পেত্তিগ্রু সাহেবনা ১৯৩৮ দা উখ্রুলদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখি। মতম অদুদা নাগা পাহারদগী লাকখিবা নাগাশিং অদুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎলবা মতুংদা হান্নগী নাগা ওইরম্বা অদু অমুক নাগা ওইনিংদুনা নাগা হায়বা হৌরকখি। ১৯৪৪ গী জপান লাল মতুংদগীদি হান্না মীতৈ তামখুল ওইনা লৈরম্বশিংসু মথং মথং নাগানি হায়নখ্রে।)

(মীতৈ কংলৈ লমদমদা থাগী মমিং থীবা হৌখিবসি বাকচিং থাদগী হৌরগা পৌইনু থাদা লৌই। পামহৈবা নিংথৌনা পাম্বা মতমদা গুরু সান্তিদাস না মীতৈ কংলৈপাকপু "মনিপুর" হায়না কোলোয় মমিং ওনখিবদগী বাকচিং চৈহৌথাবু ময়াং বাঙ্গালগী বৈশাখি (শজিবু) হায়বা থাদগী চহি হৌহনখি। মীতৈ ঐখোয়গী অশেংবা চহি হৌবসি বাকচিং থাদনি। বাঙ্গালগী "চরক পুজা" নুমিৎপু মীতৈগী "চৈরাওবা" হায়না ওন্থোকহনখি। মীতৈগী অরিবা য়েক-সলাইদা লৈবা চীংদদি হৌজিকসু বাকচিং থাদগী হৌরগা পৌইনু থাদা অদুম লৌইরি।)

অসুম তৌনা তমতা লৈহৌপা ফুলুপমখৈপুনা "তমপুলোয়" অদুগা লোয়ালমতা (চীংগা তমগা লোন্নবা/তাইনবা) লৈপা ফুলুপমখৈপুনা লোয়াকী "লোয়পুলোয়" হায়না খঙনখি। লৌইপী চীঙতা কাতুনা খুনতা লৈতাখিপা ফুলুপ অতুপুনা "চীঙপুলোয়" হায়না খঙনখি। চীঙ, লোয়া অমতি তমতা লৈলিপা চীঙপুলোয়, লৌইপুলোয় অমতি তমপুলোয় অহুম্মক মীতৈ কংলাতকী হৌখিপা ঈপুথৌ পাখঙপকী য়েক-সলাই অমতি মচা-মগুশিং ঙাক্কনি।

## ২–মঙাঙপা

মঙাঙপকী কাংপুনা ফমপালতা চহি ৫,০০০ লোম পীপালেল ওইনা পাল্লমই। মঙাঙপানা মপা ঈপুংঙোতকী লাইনিং লিচৎ শুনা তমহৌপনা মঙাঙ লাইনিংহল পুনসিপা হায়রুবু খঙনখি। মহাকনা মচা ঈপুংঙো ঙাসাপতা মাংতা থোকখিপা থৌলম কয়া মহৈ-মশিং পুন্নমক মপুঙ ফানা বালী ওইনা তাকপি তমপিখি। অস্তুম্না চহি কয়া মতম শাংনা থকসি-খাসি নাইনা পাল্লমলকা মচা ঈপুংঙো লৈসংলেল অসং ঙাসাপতা নিংথৌ ফমপাল শিন্নলমলকা থুপখি।

## ৩–ঙাসাপা

মঙাঙপা নিংথৌনা থুপখলপা মতুংতা মচা ঈপুংঙো লৈসংলেল ঙাসাপকী কাংপুনা চহি ৩০০০ (লিশিং অহুমলোম) নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই। মহাক্কী মতমতা য়েক তলেৎকী পীপা তলুক কা তান্নতুনা কংলা পুঙ ময়োন্না তেংপালপা মপু তাইপঙ সেমপকী খুপম য়াচতুনা ঈলাৎ থৌনি পাঙথোকখি।

লাইনিংথৌ লাইলেলপী অনীকী লাইমাঙতা "পেনা" কী লাইলোল লৈসেমলোলনচিংপা কয়াম্বু শক্তুনা সলাই তলেৎকী ফিসেৎ চাকচা অমতি লৈতেং কয়াপু লাইনিংথৌ লাইলেলপী অনিকী লাইমাংতা থেন্নুনা চকৌইকী খুৎথেক কয়াম্বু কৎখি। তাউচিং হৈলাং-হৈলুক কাতুনা খুতোল তমখি। লৈপাক চাকহোং-ঙাহোংনা নুংঙাই থোইনা য়াইপী মালাং কায়না পানচপা ঙমপপু তাইপঙ মপুতা থৌনিচখি। লাইপৌ চকৌই সাতুনা মিকোল-থাকোনপা হৌতোকখি। তেংপালপা মপু তাইপঙপাল সেমপপু খুপম য়াচতুনা খুংকং

খুতিংতা লাৎনখি অমতি লাই হোই লাউপা (লৈই হরাওবা) থৌলম হৌলকখি। মসিপু লাই হলাউপা, ঈনুঙপুঙ লাই হলাউপা হায়না খঙনখি।

## পেনাকী হৌলকফম :-

পেনাকী হৌলকফম মীতে কংলৈকী লাইনিং ৱাখল ৮ (নিপাল) খক লৈ। মখোয়শিং অতুতি ঃ (১) নোলুকপা, (২) থাচপা, (৩) পুকচেলতিংপা, (৪) ঈংথপা, (৫) নুংশিহৈপা, (৬) ৱাখল ৱাংপা, (৭) খঙপা ঙমপা অমসুং (৮) পেনথোক্কহৈপা হাযপা ৱাখলশিং অসিনি। হাযলিপা ৱাখল নিপাল অসিতকী পেনথোক্কহৈপা হাযপা ৱাখল অসিনা অথৌইপনি। পেন্থোক্কহৈপা হায়পতি ঈমাকা মীকী ঈমাকা অনীপু চপ মান্ননা ঈমামক্কা মান্ননা খনপা ঙমপা অতুকা ঈপাকা মীকী মপাকা অনীপু চপ মান্ননা ইপামক্কি খনপা উপা ঙমপা মীপুম খুতিংমকপুম্বু ঈহাক (ঐহাক) ঈসাকুমনা খনপা অমতি সনাকা লৈঙৌইকা মমল চপ মান্ননা খনপা ঙমপা অতুপুনি। অসিকুমপা পেন্থোক্কহৈপা হায়পা বাখল অথোয়পা অসিতকী লৌতুনা সেমখিপা “পেনা” নি। পেন্থোক্কহৈপা হাযপা অথোয়পা বাখল অসি মীতে কংলৈ লিচৎ (ধর্ম্ম) কী লাইনিং লমপীতা পকতুনা লৈপা হী য়াইকুমপনি। পেনাকী নুংসিলপা মিলাপা (মিরবা) খোনচেল অতুকা পেন্থোক্কহৈপকী নৌলপা থোৎলপা ৱাখল অতুকা চপ মান্নপা পেনাপু পেন্থোক্কহৈপা হায়পা ৱাখলতকী লৌপা মমিংনি। পেনা অসি কংলৈপাক্তা নত্তনা তাইপকপালপকী অতৈ অতোপ্পা মফম অমত্তদা সিচিন্নতে।

অতুকা পেনাকী পুঙমায় (তুম্বা) অতুনা মীওইপকী কোককী মওং লৌতুনা সেমপনি। মসি মীওইপকী হকচাং লাংপুম অমনি। অতুকা

পেনাকী চৈচিং (চৈজিং) অতুনা মীওইপকী হকচাং মনুংতা য়াইপী থৌবাই ওইনা লৈলিপা মপু মাকী মসকনি। মলম অতুনা পেনাকী সৈহৌতা "হৈ-হা" হায়না হৌলিপা অতুনা থৌবাইনা হকচাং মনুংতা লৈলকা নিংসা হোতোক-হোনচিন তৌপতা "হৈ-হা" হায়না থোক্লিপা অতুনি। অতুকা পেনা চৈচিংতা সালিক য়াম্লিপা অতুনা মীতে কংলে লীচৎকী লাইনিংতা সা-হকচাংপু নিংপা লিকলমনি হায়পা তাকপকী সালিক য়াম্লিপনি। পেনাতা সাকোল (শগোল) সামৈ হাপলিপা অতুনা মপু মাকা সাকোণনপা সা (হকচাং) পুম্নমক্তকী অথোয়পা লাইকী মমৈ ওইপা তাইপঙ মীনি হায়পা তাক্লিপনি। অতুকা লাই য়াকাইপতা পেনানা য়াকাইলিপা লাই নাউথেমলিপা অতুনা পেন্থোকহৈপা হায়পা বাখল অতুনা লাইপু ফংননপা অথৌইপা বাখল ওইপনা পেন্থোকহৈপা বাখলতকী লৌতুনা সেমপা পেনানা লাইপু য়াকাইলিপনি অমতি নাউথেমলিপনি। পেনাতি মীতে কংলে লিচৎকী লাইনিং বাখল নিপানকী মনুংতকী অথোয়পা বাখল পেন্থোকহৈপতকী লৌতনা সেমখিপনি।

## লাই হোৈই লাউপা (লাই হরাউবা) :-

হৌই লাউপুঙ (হরাউবুঙ) — মীতৈকী লৈকাই খুতিং, খুংকং খুতিং "ঈনুংপুঙ লাই" হায়না খুপম য়াতুনা হৌই লাউপুঙ অমমম থমলিপা অসিগী মলমতি লাই হৌই লাউপা হায়পা অসি অচমপা থৌলম নৎতে। বাঙুলোনতনা তাসিনতুনা সেমলপা লাই হৌই লাউপকী কাঙলোন তমফম সঙনি। মলম অতুনা মীতৈসিংনা চহি কুমচা খুতিংকী থৌবায় য়াউনা লাই হৌই লাউনলিপনি।

১০। **তলাঙ ঈনুংপুঙ লাই ঃ—** "ঈনুংপুঙ লাই" হায়পতি সুকলপা তেংপ্পালপা ঈনুংপুঙ লাই মপুকী লিখুন খঙননপা মপু মহাকনা ঈনুংপুঙ লাই হায়না ফোংপিরি। হায়পতি তাইপঙ হকচাংকী মনুং কৌপা কাঙ্গলোল (অধ্যাত্মিক ইতিহাস) না পানতা খুপম য়াপপু তলাঙ "ঈনুংপুঙ লাই" হায়না কৌই।

**তলাঙ ঈনুংপুঙ লাই হায়পা অসি মথল অনী খোক্না খায়তোকই। মখোয়শিং অতুতি ঃ—**

(১) লাইনিংথৌ ওইনা খুপম য়াপা অমা ।

(২) লাইলেমপী ওইনা খুপম য়াপা অমা অসিনি।

মহৌসা কৌপী ইমাকী খুপম য়াপপু লাইলেমপী কৌই। অসিকুমপা ঈনুংপুঙ লাইকী খুপম অনীকী তাইপঙনি হায়পতি "অনীকী তাইপঙ" ওইনা লৈ হায়পা তাকই। মসিনা লাপা-অমোম, নুপা-নুপী, অমতি পী-পা হায়না খঙনলিপা অসিনি।

অমনা তেংপানপা মপু ঈপুংঙো মহাকতি লুমাং সমপুলকা পনথৌ হায়না কৌপতা "হৈ" হায়না পাউখুমই। লুতুং সমপুললকা পলেম হায়না কৌপতা "হা" হায়না পাউখুমই। হায়পতি ঈপুংঙো মহাকতি পনথৌস্সু ওই পলেমস্সু ওই। অতুনা "হৈ-হা" নিংসাকী ইবাই-ইনিলপু পলেম-পনথৌকী সিতপা মিংখৈনে হায়না পুয়ানা সৈথালি। অসিকুমপা তাঙলপা মিংলেন অসিপু থিন্নপা হায়তুনা ঈনুংপুঙ লাই খুপম অনী থোকলিপনি।

## লাই ঈকৌপা ঃ—

লাই ঈকৌপা হায়পতি ঈসিংতকী লাই কৌখৎপপু "লাই ঈকৌপা" হায়না কৌই। কলি মলমকী লাইপু ঈসিংতকী কৌখৎলিপা ? মতুতি — তাইপঙ ঈনুঙতা লাই লৈ হায়পতি তাইপঙ হকচাংনুংতা থৌবাই লৈ। অসিকুমপা ঈনুংপুঙ লাইকী অহাঙপা লাইসঙ অতুনা হকচাং কয়াত অমকী সকতম ওইনা লেপলি। ঈসিং মনুংতকী কৌখৎলিপা লাই অতুনা হকচাংকী মনুংতা লৈকাতপা থৌবাইকী সকতম ওইনা লেপলি। হায়পতি অহাঙপা লাইসঙ অতুতা লাইবা-তিনবানা লাইপু ঈসিংতকী কৌখৎতুনা থমলে। অহাংপা লাইসঙ অতুকী মনুংতা লাই লৈ। অসিপা থৌবাই য়াওলমতপা লাইসং অতু মথবাই হাপতুনা থবাই পান্নে। অহিংপা লাইসঙ ওইনা লেপলে। অস্তুম তৌনা অহাঙপা লাইসঙকী মথবাই হাপ্পকী থপক অতুপু লাই ঈকৌপা হায়লিপা অতুপুনি।

## লাই হৌই লাউপা (লৌই হরাউবা)ঃ—

লাই হৌই লাউপা (লৌই হরাউবা) মীওইপা য়াখোয়না পোকপতকী শিপাফাউপাগী পুন্সি মতেক অসিপু লাই হৌই লাউপা (লৌই হরাওবা) হায়না কৌই। মীওইপা য়াখোয়না হলাউ-তয়ামপকী লংলা মতৎ অমত্তা য়ানতুনা সোয়হৈতলপা অসিপপু কাউথোকনতুনা হিংনলি। মসিপুনা মীনা হলাউপা কৌই। লাই হৌই লাউপা হায়পা কুমহৈ অসি মীতে বাঙউসিংনা লাইনিং লমপী, লাইফঙ-লমপীতনা তাসিনতুনা সেমলমলপা কুমহৈ অমনি। মসিতা নত্তনা মীতে ইনাৎ-ইসিল, ফিচেৎ-চাকচা, লোয়না-

সিন্নোন, অমতি কংলৈলোল অসিনচিংপা সুনা য়াওলপা কুমহৈনি। শমনা হায়লপতা মীতৈকী লাই হৌইলাউপা হায়পা কুমহৈ অসিতি মীতৈপু মসক তাকপা কুমহৈনি।

## লাই হৌইলাউপতা মথাকী অসুমনা সৈসকলি ঃ—

"সিপু থৌইনা হলাউপা লৈপলা ? লৈপনে" হায়না হায়লিপা অসি কলি হায়না হায়লিপনো ? মতুতি মীনা হলাউ তোয়ামপা অসি নংতপা লাইনা হলাউপা অমা লৈ হায়পনি। মীওইপা য়াখোয়তি পানকী কুমহৈতো তাউথোক্তুনা লৈপনা লাই হৌই লাউপা হায়পা কুমহৈ অসিপু অচমপা অমা ওইনা লৌনপতনি।

## লাইলোই (লাইরোই) ঃ—

লাইলোই (লাইরোই) মীওইপকী লোমপা (সিপা) নুমিৎপু লাইলোই কৌই। হায়পতি মীওইপা য়াখোয়না নুমিৎ অসিপু লাইলোই হায়না খঙনৈ। মীওইপা য়াখোয়না হলাউ-তোয়ামপা অসি ঙাইহাকতং হিংচলিপা পুন্সি মতেক অসিপু লাইনা হলাউলিপনি হায়পকী লাই হলাউপা কৌলিপনি। মীওইপা য়াখোয়না হলাউ তোয়ামপনি হায়না খনচলিপা, হলাউলিপা অসিতি লাইনা হলাউপকী মমিনি। অতুনা মীওইপা য়াখোয়না হলাউলিপা অসি লাইনা হলাউপা ওয়পনা মীওইপকী পুন্সিনা খমপা নুমিৎতা লাই হলাউপা লোইলে। মীওইপনা ইমাকী পিপুকনুংতকী তাইপঙ লমচাউ ফাউলকপা নুমিৎ অসিপুনা লাইহৌ হায়না কৌই। হিংলিঙৈ পুন্সি মতেক অতুনা লাই হলাউপা হায়পা কৌই। পুন্সিকী নুমিৎনা য়াচঙখিপা নুমিৎ অসিপুনা লাইলোই কৌই। মীওইপকী পুন্সিনা য়াচঙথলাপতা হকচাংনা মালেমথকতা তাহৌলে, থৌবাই কৌপা নুংসি থৌইলপা চেকলা অসিনা কোয়লৌ নোংকাখলে। মসিপুনি য়াখোয়না লাইলোই অমতি লাই নোংকাপা হায়লিপা অতুনি।।

## ৪ - য়াইকোইপা

লৈসংলেল ঙাসাপনা থুপখালাপা মতুংতা য়াঙকৈইপকী কাংপুনা চহি ১০০০ (লিসিং) লোম নিংথৌ ওইতুনা পাম্নমই।

## ৫ - নোংইনপা

য়াঙকৈইপানা থুপখলাপতা নোংইনপকী কাংপুনা চহি ১১০০ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৬ - হেনপা

নোংইনপানা থুপখালাপতা হেনপকী কাংপুনা চহি ১৫০০ লোম মীতৈ কংলৈতা নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৭ - চীংখৈঙানপা

হেনপানা থুপখালাপতা চীংখৈঙানপাকী কাংপুনা চহি ১২০০ লোম নিংথৌ ওইনা পানখিলমই।

## ৮ - খুইনিংহনপা

চীংখৈঙানপানা থুপখালাপতা খুইনিংহনপাকী কাংপুনা চহি ১০০০ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৯ - ঙাঙোইপা

খুইনিংহনপানা থুপখালাপতা মীতৈ কংলৈকী ঙাঙৈইপাকী কাংপুনা চহি ৭৫০ লোম নিংথৌ ওইনা পানখিলমই।

## ১০ - নোংথাঙ ঙানপা

ঙাঙৈইপানা থুপখালাপা মতুংতা নোংথাং ঙানপাকী কাংপুনা চহি ৭১০ লোম নিংথৌ ওইতুনা পাম্নমই।

# ১১-লৈঙমপা

নোংথাঙ ঙানপানা থুপখালাপা মতুংতা লৈঙমপা কী কাংপুনা চহি ৫১৫ লোম মীতে কংলাতা নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

# ১২—লৈপানপা

লৈ পান পাকী কাংপুনা চহি ৪১০ লোম মীতে কংলৈতা নিংথৌ ওইনা পানতুনা লৈখিলমই।

# ১৩-খীকবায়পা

লৈপানপানা থুপখালাপতা খীকবায়পকী কাংপুনা চহি ৩১২ লোম মীতে কংলৈপাকতা নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। খীকবায়পনা পানপা মতম অসিনা মী-লাইকী চক লোমলে। মতুংততি মীকী চক্কী মতম অমুক হৌখলে।

**পোক্লৈতোন লমথোকপা ঃ—**

চীঙঙু লাইকী লাংবোন বোইনা মালেমতা খোঙ তালকলিপা পোকলৈতোন (পোইরৈতোন) লাইনৌতাপী অনিমক্তা তেংপানপকী মপু ঈপুঙলোয় সিতপা মহাক্না তাইপঙপালপনা চাননপা হিংনা মৈ চংতনা চাকতপা মলম ১০০ থোংলকা, লৌলকা, য়াইলাকা, মৈ চংলকা চাকতপা অচাপোৎ মলম ১০০ অসি সুনা পিলকা তাইপঙ পালপতা সনতোকলুনপা থোকহল্লকখি। হয়েং পোইলৈ চাতোন- সুতোন্না চীঙঙু লাইকী লাংবোন বোইপা পোকলৈতোন্না পুথোকপা ফৌনি হায়তুনা "চাকচাউ পোকলৈতোন" হায়না খঙনখি।

তাইপঙপালপতা লমচৎ লীচৎ- সাসেল, লাইনিং - লাইসোল তাকলুনপকীতমকতা চীঙউ লাংব্রোন ওইলপা ঈপুথৌনা য়াহিপ- ফমফম, চাকচা ঈথক তমপিলমই। তাইপকপানতা সাফোংলমলবা লোনচৎ ফিতম, সিনথা কয়া তাকপিলমলবা অমুক তন্না খমনুং অমমলোকতা চংখি, নোংকালকখি হায়তুনা খমচিংকোন কৌই। লাইকি নোংতম ব্রোইখলপা পোকলৈতোন কৌপা ঈপুথৌকী লাংব্রোন অসিতা মীব্রোইপনা ঈসা ঙাকনপা খুৎসু- খুৎলায়, মুকনা কাউচোং সাসেন কয়া ফিসেৎ মখল কয়া, অহাউ অথুম চিনচাক কয়া, মচু মমেন কয়া অলু- অনাল, লৈতেং কয়া, ঈনাৎ থৌনিপা, লাইপু নিঙপা- লাৎপা থৌব্রোং কয়া, অথেনপোৎ সেমপা, হিয়াঙ তান্নপকী কুমহৈ, থৌব্রায় মি চোইথোকখিপপু মিকোন থাকোন তাকপিতুনা কোনসিন্নপা লমপী কয়া তাকপিলমই। থোংপা থাকপনচিংপাকী চৎনলোন কয়া অমসু লৈমা লাইনৌতাপীনা সিনথা পিপিলমলে।। পোকলৈতোন্না ইহোং ইচাউ ইলাৎ থৌনি থোকহল্লে। হায়পকিদমক খামনিংপা হোংতে মীকোনপা হোংনতে। খামনিং মীকোন হায়বদি নয়ুবা চিংখোং পোকলৈতোন্না মখুল লেলপু কোনপনে হায়না খমওই য়াংওই কৌবদা হৈ: হা: হে: হায়না লাউতপনো। খম কৌবদি সিখি নাখিবা মখৈবু খম কৌএ। য়াং কৌবদি অপোক অসাৎপবু কৌএ। অদুগী লাইলিকপু খমওই য়াংওই কৌএ।

..............

# মীকী চক

## ১ - অঙৌপা

খীকবায়পানা থুপখালাপতা অঙৌপাকী কাংপুনা মীকী চক্কী অহানপা নিংথৌ ওইনা চহি ১৯০ লোম মীতে কংলৈতা পাল্লমই।

## ২ - পুনসিপা

অঙৌপানা থুপখালাপা মতুংতা পুনসিপকী কাংপুনা চহি ১৮৮ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। নিংথৌ অসিকী মতমতা লানমীকী তোঙান-তোঙানপা লাম্লোং কয়া পুথোক্তুনা য়োকখংখি।

## ৩ - লৌথিপা

পুন্সিপানা থুপখালাপাতা লৌথিপাকী কাংপুনা অমুক চহি ১৭২ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি। নিংথৌ অসিকী মতমতা নুপীকী ফিসেৎ লৈতেংকী অনৌপা ফচ-ফচলাপা মখল কয়া পুথোকপা হৌখি।

## ৪ - তাউথিঙপা

লৌথিপানা থুপখালাপতা তাউথিঙপাকী কাংপুনা অমুক মীতে কংলৈকী নিংথৌ ওইনা চহি ১৮২ লোম পাল্লমই।

## ৫ - অচিপা

তাউথিঙপানা থুপখালাপা মতুংতা অচিপাকী কাংপুনা অমুক চহি ১৬৫ লোম নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ৬- অপানবা

অপানপাকী কাংপুনা অচিপাকী মতুংতা চহি ১৭৮ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ৭- লৈহনপা

লৈহনপাকী কাংপুনা চহি ১৮১ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৮- লৈচিকথেমপা

লৈহনপানা থুপখালাপতা লৈচিকথেমপকী কাংপুনা চহি ১৭৮ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ৯- সংলৈতোনপা

সংলৈতোনপকী কাংপুনা চহি ১৮০ লোম মীতৈ কংলৈতা নিংথৌ ওইতুনা পান্নম্মই।

## ১০- পুলৈলোমপা

সংলৈতোনপনা থুপখালাপতা পুলৈলোমপকী কাংপুনা অমুক মীতৈ কংলৈকী নিংথৌ ওইদুনা চহি ১৭০ লোম পানখিলম্মই।

## ১১- নুংচেংপা

নুংচেংপাকী কাংপুনা চহি ১৬৫ লোম নিংথৌ ওইতুনা পান্নম্মই।

## ১২- লৈয়াইপা

লৈয়াইপানা চহি ১৬৩ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ১৩- লৈনুং লোনচাপা

লৈনুং লোনচাপানা চহি ১৫৪ লোম নিংথৌ ওইখি।

## ১৪- খবাই নুংচেংপা

খবাই নুংচেংপানা চহি ১৬৩ লোম নিংথৌ ওইনা পানখিলম্মই।

## ১৫- সলাই লেনপা

সলাই লেনপানা চহি ১৬২ লোম নিংথৌ ওইনা পান্নম্মই।

## ১৬- চীঙখাইপা

চীঙখায়পানা চহি ১৫৭ লোম নিংথৌ ওইখিলম্মই।

## ১৭- লৈচিক থেমপা

লৈচিক থেমপানা চহি ১৭২ লোম নিংথৌ ওইনা পানখি।

## ১৮- তিংকাই ঙমপা

তিংকাইঙমপানা চহি ১৭২ লোম নিংথৌ ওইনা পানখি।

## ১৯- কাউখমপা

কাউখমপানা চহি ১৫৫ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২০- হিয়াঙ ঙমপা

হিয়াঙ ঙমপানা চহি ১৬১ লোম নিংথৌ ওইনা পানখি।

## ২১- লানথা ঙমপা

লানথা ঙমপানা চহি ১৫৪ লোম নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ২২- লাঙমায় ঙমপা

লাঙমায় ঙমপানা চহি ১৬৮ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৩- লাঙমাই হনবা

লাঙমাই হনপনা চহি ১৫৯ লোম নিংথৌ ৱোইনা পাল্লমই।

## ২৪- কাকয়েনপা

কাকয়েনপানা চহি ১৭৩ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৫- লাঙহি ঙমপা

লাঙহি ঙমপানা চহি ১৬৩ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৬- হিয়াঙ সুমপা

হিয়াঙ সুমপানা চহি ১৬১ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৭- তাউথিংপা

তাউথিংপানা চহি ১৪৯ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৮- খিঙখিংপা

খিঙখিংপানা চহি ১৫৭ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৯- নোঙলৈসঙপা

নোংলৈসঙপানা চহি ১৭১ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৩০- থিঙখাপা

থিঙখাপানা চহি ১৯১ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৩১- থিঙখাউ ঙমপা

থিঙখাউ ঙমপানা চহি ১৬৯ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৩২- নোঙতমপা

নোঙতমপানা চহি ১৭২ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৩৩- হোঙসু ঙমপা

হোঙসু ঙমপানা চহি ১৪১ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৩৪- উকশু ঙমপা

উকশু ঙমপানা চহি ১৪৯ লোম নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৩৫- কাতামপা

কাতামপানা চহি ১৭৭ লোম মীতৈ কংলৈতা নিংথৌ ওইতুনা পানখি। কাতামপানা পাল্লিঙৈতা পুক্লিং নুংঙোনপা ঙালী অমা থোকখি।

মীতৈ কংলৈপাক্কী লৈতেংকী মঙোংকুম নোংপোক মাইকৈতা পুকনিং হুনপকী মসক্কুম লৈলিপা নিংথিচলাপা লংমাইচীং চীংকী নাপোম অমতা লোংচুমপাল, কৌপা মালিং (মেরিং) খুলাকপা অমকী নাইতোম তাংনা সাৎচপী মৈলৈ কৌপী নিংথিচলাপী মথোৎ কালকলিপী মমোম অমা লৈলমই। থোইতোক-হেনতোকনা মমোম অসিকী নিংথিচলাপা চেংলৌ সককৌই হেনপা অমতি মাকী মঙোং মতৌ অসি সিংথাপাতনা ঙাৎলাকনি।

অসিকুললপী নুচা মৈলৈ অসিনা নোংমা-নোংমাকী চাউলা য়াঙতম ফা, সালেপ লমঙান নাইনা নুচা মপুং-মলৈ ফালকলে। লাইকী নোঙতম কনানা খঙকনি, মতম অসিতা নুচা মাপু পোকচপী পলেম খুল্লাকপী য়ুমৈহনু মনুং মতম চাতনা নিংথিচরপী অমৎতা পোকচপী মমোম অমতি মলুপমপীচা পুন্নমকপু থাতোকলমলকা অমং নাইথোং কুম খমনুং সাবা তানখিলমই।

মতম অসিতা কাতামপা নিংথৌ অসিসু ঙম্না মপাপুংকী নিংথৌ খুফম ফংচতুনা মীতৈ কংলৈকী লৈপাক ঙাক সেল্লম্মী। নিংথৌ অসি মপুক মপাউ ফপা অমতি মীয়ামপু লুনা নিংপা মতিক ময়াই লৈপা নিংথৌ অমনি।

মহাক্কী মমাংকী হৌখিপা পুন্সিতা য়ালৌ-সা তান্নিংপকী ৱাখল অমা লাক্লমই। য়ালৌ-সা তানপকী অৱা-নুংঙাই থৌৱোং অতু কন্না অমুক্তং চাং য়েংনিংলমই। নোংমকী নুমিৎতা কাতামপা নিংথৌনা অঙম-অথৌ খোংলোই তলেৎ খক্কা লোইনতুনা নোংপোক মইকৈ পাংলক্তুনা নোংমাই নিকতা হাতা চীংতা য়ালৌ সা তান্নপকীতমক খোঙসান্নমই।

মখোয়না য়ালৌ-সা থিনা থিনা অস্নুম চীঙ কালকপনা অৱাংপা লোইপী চীংতোল অতুকী মতোল লোমলক্লে। অতু ফাউপতা মতা চাপা অমতি খুতোং চাপা করিস্নু ফংতপা য়ালৌ-সা অমফাউপা লমৱোকনখিতলে। মমৈথংতা কাতামপানা মপুক্লিংতা ইকাই-নুংসি পোক্লক্লে। উপায় নৈতালতুনা অঙম-অথৌসিং অতুতা ৱা তান্নলক্লে।

অস্নুম্না খন্নফম খঙতনা মইকৈ কতোমতা চঙসিকে হায়পা কাতামপা মতোমতকী মপুকনুংতা ৱাখল নুংপংননা মিৎকুপ খরতং লেপতুনা লৈলিঙৈতা লমলৈমনা কাতামপপু লক্কলকে নিংলতুনা য়ালৌ সচি অমকী পিপুকনুংতা চংলকা কাতামপা নিংথৌকী মমাংমক্ততা য়ামনা উসিৎ থৱৈইতপকী মৱোংতা তপনা-তপনা হংকৎ-হনতা চৎতুনা শান্নললে। য়ালৌ সচি অতুনা মমিৎ-মনা তথক-তথক, কিথি-কিলুম তৌনা লৈপা মৱোং অতু নিংথৌ কাতামপানা উলুলে। কাতামপানা য়ালৌ সচি অতপু হেক উপামক্ততা য়ালৌ মঙোনতা মখুৎ থিল্লকা নাসোন পিকনা খোংলোইসিংতা পাউতাকলমই।

য়েংউ অঙমপসিং, আতকী য়ালৌ সচি অসি উলাপালা ? মাকী সালম থৎলু, য়াকনা মতা চাপা খুফম অমতা য়েংলকা লুমতুনা লৈলকে। অস্নুম্না য়ালৌ মাপু ফাকতপকী সালম সিন্নলিঙৈতা য়ালৌ মানাস্নু সামিন হায়ফেৎ ফংলতুনা চেনকতপকী থৌলাং তৌলকলে। য়ালৌ সচি মানা মইকৈ কতোমতা চেনসিকে হায়পকী ৱাখলতা ঙাইহাক মিৎকুপ নুংপংননা লেপলিঙৈতা কাতামপস্নু য়ালৌ অসি চেনখিপনা হানপা তালে হায়না নিংলতুনা তেনপী য়াইয়েইপা অতু তেনকী তেনকা থোং, তেনপুক চোম্না

লিলি লাখোং ফংনা চিং, তেনপাললুলসনু মতাকুম তেনপী তেনচৈ থাতোকখিপতা য়ালৌ সচি মাস্থ খোংবাই লৌনা চেনকে হায়না নিংপতা ঙাইলিঙেতা তেনপী অতুনা খোংবাই হানখিপা মলমনা অয়াঙপা নুংসিংকী মমাং থানা পাইসিল্লক্তুনা য়ালৌ মাকী অথোৎপা ঙকলি লুসমতা তেনকী তেনথা য়েসিনখলে। য়ালৌ মানা তেনকী চৈনাখোল অতু ফংলপতা অলাক-অখঙননা মইকে সলাই খঙতনা খোংবাই থুনা য়ালৌ মাকী মথবাই হিংননপা চোং-চোংতুনা চেনখিলমই। অস্থুম্না ঙমপমখৈ চেল্লম্লকা অমুনপা হৈলাংনা পামেন মথক্তকী লৈমায়তা কেমপকুম যালৌ মাস্থ মালেমথক্তা হইথখলে। তেনপানখালাপা য়ালৌ মানা খোংবাই তমখালাপাতা কাতামপা নিংথৌনা অঙমপসিংতা কোলোয়ননা থৌতালকই, "অঙমপসিং পুম্নমক হৌচিব্বী যালৌ সাচি অতু লিচিং চুমনা তেনপানখালাপনি, কয়া লাপনা খোংতৌইলমলোই। অঙমপসিংনা কৌইচাইননা থিলুতুনা য়ালৌ সাচি অতু নিংথৌ য়াব্বী মাংতা পুপিলকউ।"

অঙম-অথৌসিং পুম্নমক কৌইচাইননা চৎনখিতুনা য়ালৌ মাপু থিপা হৌখলে। কাতামপা মতোমতা মফম অতুবাইতা অবা পোৎথাহৌলে। অতুপু কাতামপা নিংথৌ অতু মসা বোমচাকনলক্লে, অঈংপা লাইচা পাম্লক্লে, মলাং কায়পা উকী উলুম থিনিংলক্লে। অসিকুমপা অপামপা অসিপু মনিং থুংহল্লোইতপকী লমলৈমানা কাতামপাকী থম্মোয়তা চংখলাকা বোম্ন-তৈনপা অনিংপা বাখল মবোন-মবোন পোক্লক্লে। অস্থুক পাক-চাউখালাপা লোইপী চীংচাউ অসিতা য়াব্বী থবায় তানা পোৎথানিংপা মফম অমতি অচিকপা হাংচিৎ লাংপা মফম কলিকী লৈলোইতপকে । হায়না হায়না খল্লকা লোইপিতুকী অকোয়পা অতু, কৌইয়েং য়েংপা হৌলক্লে। অস্থুম্না ঙাইহাক লৈতুনা কৌইয়েং য়েংলমলকা মপুকতা বাখল অমুক পোক্লক্লে। ঈহাক্লা অস্থুম কোয়য়েং য়েংপসিতি কান্নতে, চত্তুনা কৌইথি থিলুপনা ফকতপামাল্লে নিংলক্তুনা ফমলমপতকী ফুক হৌকৎলক্তকা অচিকপা, অয়িংপা থিলিপনি হায়না লোইপী অতুকী মতোন লোমপমখৈ মফম-মলাং ইখঙ-খঙতনা

লমলৈমনা পুতুনা কাখৎলক্লে। অতু ফাউপতা মাকী মনিং থুংনা থবাই তানা পোৎথানিংপা মফম অমা ফাউপা থেংনন্নপকী খুতোং চাপা ফংহনতলে।

থবাই তানা পোৎথানিংপা উলুম লৈমা মাপু থিনা-থিনা লাকপনা লোইপী অতুকী নাপোম অমতা অমুক নুংঙাইপা বাখলনা লমচিং বোই, অবা-ঙমখে লৈতা, মাংকী থোকখিপা থৌতোক পুম্নমকসিংপু কাউথোকখিতুনা অতৎপা লৈতনা লাকলি কাতামপা নিংথৌ। অস্তুম্না খলা-খলা লাকপনা খুলাকপকী নিংথিচলাপা ফচলাপা, পুকনিং হুলাপা পাম অমাতা থুংললে। পাম অসিকী লৈতেংতি — মতমকী হৈ-লা অতুকা লৈ-শুতনা নিংথিচনা সেম সাতুনা মলাং কায়না সাৎচা-পানচানপা হায়তুনা লোংচুমপাল খুলাকপনা মথবাই য়াউনা অমতি মতম মাংপা পাম্মুতপমখে সিৎ নান্না থমচালিপা পাম অসি কাতামপানা হেক থেংনলুলে। পাম অতুকী ফচাপা অমতি নিংথিচাপানা পুকনিং হুপা অতুতা কাতামপা নিংথৌ নুংঙাই ঙমখে লৈতপনা পামপোম বাংনা থাংকৎলকা তাইপঙ সেমপীপা মপুতা খোনচেন থোকনা, নোকনা নোকনা লৈসি-লৈথোনচলকই। অঙকপনি খোয়য়ুম নংকী ননল কয়াতা মপান নাইখিতালাপনো। কয়াতা নিংথিচখালাপা থৌলাংনো বাখল চাউপা মলাইপক ফপা চীংপুলোয় কনাকী মচাইকোম্নো।

অস্তুম্না লাউলমলকা নিংথিনা চেকসিন্না খাতুনা লৈলিপা সমপল অতু কাতামপা চংপা চন্নপাফাউপা লৌথোক্লে। পাম মনুংতা চংতুনা থবাইনা পামপা লৈলাং খুতাপ-খুতাপ হেকচৈ, চানিং-চানিংপা তাউচিং খুৎনা লামপা ফংপামখৈতকী অমুন-অমুনপা খন্না হেকলকা উলুম লৈমনা নিংথিনা সাকোল্লিপা চীংপুলোয় খুলাকপা মানা পানতম লাকলকা নুংঙাই ফমপী মলাং কায়না অচিক-ইহুন লাংফম ওইলিপা মতাফপা তোংতক তৌপা লমলেন অতুতা কাতামপা নমখাংতকী নমখাং অতু লৌথোক্লকা ফচনা তিংথোক্তুনা উপালাকনা হিপলে। মখুৎমকনা হেকলক্লিপা তাউচিং মলক্তকী অহাউ-অহাউপা খন্না চাতুনা অলাম খৌলাংপা কোকখলে। সিংঙেল মাকী সকলৌ হেনপপু য়েং, লৈলাং লৈনম নুংসিপপু নম, মালং মাকী

সউমনা থম্মোয় ইলাং হৌনাতম, অচিক মাকা মায়য়োক্লনা মাংকী হৌখিপা থৌলম কয়াপু নিংসিংপা পোক্তনা নুংঙাইপা ৱাখল্লা অৱা ঙমখে তাল্লি। লি-লি হুমপা মালং মাকী মলক্তা খোমলেল লৈমা কাতামপা মাকী নাক্তা থুংললে। কাতামপাকী থম্মোয়নুংতা চংখিতুনা নুংঙাইনা খোমলেন তুমখুন তানতুনা লৈখলে। অমলোমতা ঙসাই য়ালৌ-সা থিলুনপা থৌসিল্লমপা অঙম-অথৌসিংতুনা য়ালৌ-সা অতু থেংনতুনা হলাউপকা লোইননা ইনিংথৌনা হলাউপকী মৱোং-মতৌ য়েংলুলসি হায়তুনা য়ালৌ-সা অতু লেংতা থোংতুনা অঙমপা চীংমাইতা সিল্লোন-সিনচিন তৌতুনা খোংতৌইলক্লমই। ঙসাই কাতামপা নিংথৌকা মাকী খোঙলোয় অঙম-অথৌসিংকা কায়নখিপা মফম অতু তমনা চংখংলক্লি। অসোমতনা চীংপুলোয় খুলাকপা মাস্তু মাকী অমত্তা সাংচপী মমোম মৈলৈকা মনাই খোংলোয় খলাকা লোইননা মাকী পামতকী হৈলাং নিংথিপা লৈলাং ফচপা হেক্লুসি হায়না ৱালী সালা-সালাতুনা পাম তমনা লাক্লি। মৈলৈনা হৌখিপা নুমিৎকী নুমিতাংতা মংলমপা মঙ অমকী ৱালী নিংসিংলক্লতুনা মপা খুলাকপা অমতি মপা খুলাকপকী মনাইসিংতা হংলক্লমই –

**মৈলৈ** — "পনথৌ অপোকপা অমস্তুং ইপুংসিং, ঙলাং অহিং মঙ অমা মঙলমই অতুপু লমপীনি হায়তুনা মঙকী ৱালী অতুপু তমহৈতপলা ?"

**খুলাকপা** — "ইচানা মঙলমপা মঙ অতু কলি মঙনো ? লিয়ু-লিয়ু ময়াম অসি কলিস্তু কায়তেতা।"

**মৈলৈ** — য়েংঙোই, পনথৌ অপোকপা, ইবুংসিং পুম্নমক, য়াখোয়কী খুলসিকী কনাকুমপা অমকী মলানয়াই ওইনা তৌই, অতুকা অমুকস্তু পনথৌকী মলুপ অমকী মলানয়াই ওইনস্তু তৌই। মতুতা ইপা-ইপু পোকপনি হায়পা লাই অমা লৈলমই। লাইতা কংননপনি হায়না হৈ-লৈ, অচা-অথক ময়াম অমা চীং অমস্তুং তমকী মীপুম খুতিং অমতি পাখঙ-লৈসাপী মসিং খঙতপমখে মানা-মানা কংনিং-কংনিংপা কংলুকতৌলিপনি হায়লতুনা পলেং-পলেং, মলী-মলী লাকনলমই। অতুতকী য়াকস্তু পনথৌকী পামতকী হৈলাং-লৈলাং খল হেকলকা লেংমান্নপী ইতালোই খালাকা লোইননা লাই

কৎলুকতৌলিপনি হায়না চৎলমই। লাইফম হেক য়ৌপকা মীয়ামনা নমোমপু লাইকী লাইমাঙতুতা লৈসেম চকোই সালমতপা য়াতে হায়না বা-বা লাউনলক্লে। অতুতা নমোমনা খুমচৈ, ইপা-ইপন অমতি ইচিন-ইনাওসিং পুম্নমক, ননাইতি চকোয়স্থু থোইনা হৈচতে। লাইকী হৈলুক কালকলিপী লেংমান্নপীসিংকী মলক্তা লৈসেম চকোয় হৈল-হৈলপা কয়া য়াউলি। মখোয়না থৌকল্লহনপনা ইপা-ইপু পোকপা ইপুংঙো মানস্থু পেনপিকনি। ঈপা-ইপলসিংনা মীৎয়েং তাপতস্থু অপেনপা ৱৈইকতলা নিংচৈতো নমোমনা। অস্থুম্না নমোমনা পাউখুমচলপতা ময়ামনা মখোয়স্থু অতুম মথং-মথং কৎহনসি, অহানপতা য়াখোয়কী চীংমীকী লুচিংলীপী অমা ৱৈইনা ইপেম্মনা হান্না চকোই খুৎথেক অমা অনিতং কৎহনচনিংতুনা হায়চপনি।

অস্থুম হায়না হায়লকপতকী নমোমস্থু ইপা-ইপলসিংকী য়াথংতকী ইপা-ইপু পোকপা ইপুংঙো মাকী থৌকলসি নমোমনা লাইপক ফপী অমা ওইনা হান্না ফংচৌ তাকপিলপনিনা নয়াথংপু লবাই কোকলেন্তা থোন্না ফিকাউ সানা য়াঙমচলকে হায়না হায়লমলকা নমোমস্থু চকোয় সাকতপকী ফিচেৎ-লৈতেংলে। অতুকা লাইমাঙতা চংলকা চকোয় সাথেক কৎচপা হৌলে। নমোমনা সাচাপা চকোয় অতুতা মীয়াম পুম্নমক্না মমিৎ কুপতমখৈ তুমিন-তুমিন চেক-মোক লাউতনা য়েংনলি। অতুতা নমোমস্থু নমোমনা খঙচ হৈচপমখৈ অৱামক্তপু খঙতনা থৱাই য়াউনা চকোয় সাচালে। চকোয় সাপা লোইলপতা ময়ামনা থম্মোয় পেনপকা লোইননা খুপাক পোলোক-পোলোক খুনখি, বা-বা নিনখি। অতুতকীতি নমোমস্থু মপানতা থোকলক্লে। মথং অতোপ্পা অমনা অমুক কৎকতৌলিপনি হায়নবা লাইমাঙ তমনা চঙলকপতা মঙাইলি। ময়াম মলক্তকী তমকী মীতে অঙমপনি হায়তুনা নিপা অমা ফুক-হৌকৎলক্লকা লাউলকই, ঙাইখো ঙাইখো ইপেম্মা চকোয় কৎকতপকী চংলক্লিপা ইচল নংপু, মথংতা ইচলনা অতুম কৎপিয়ু। হৌচিক সাখিপা ইপেম্মা মৈলে অতু চকোয় খুৎথেক অমা অনিতং অমুকতংকা কৎহনখিসি। য়াকনা য়েংপতা অপেনপা অমা ৱৈইলে; মনা-মথুম চাউনা পিচলমকে। বাহে অসি তাপাতা ময়াম পুম্নমকস্থু বা-বা নিনলকই। হোয়-হোয় ইপেম্মা

মৈলৈকী চকোয় অতু য়াখোয় পুমপন্থু পেলহৌতলে, অমুক্তংকা কৎহনখিসি। ময়ামনা অস্তুম্না বা-বা নিনলকলপতা নমোম মৈলৈ লোৎপা য়ালক্তলতুনা অমুক হন্না সাতাপা য়াতালাতুনা লাইমাঙ তমনা চংসিনতুনা চকোয় অমুক সাপা হৌলে। অস্তুম্না সাপা হৌকৎলকপা চকোয় অতু তংখায়তমক চল্লকপতা ঙাইলি। খঙহৌতনা অমমপকী মৱোংকুম নোংলৈ-নুংসিৎ অকনপা অমা হৌলক্তুনা চকোয় অতু মপুঙফানা লৌইনা সাচাপা ফংচহৌতলে। মফম অতুতা তিল্লমল্লিপা মীয়াম খুতিংমক মাইকৈ-সনাই খঙতমখৈ মানা মানা থোকপা পংচেনতা চেন্নখিলমই। অস্তুম্না ৱালী লীনা লীনা লাকপনা খুলাকপা মাকী পামনুংতা চংলক্লে।

অমলোমতা, ঙসাইকী য়ালৌ সাচি পুলাকা লাকপা অঙম-অথৌসিং অতুস্থু কাতামপা নিংথৌকা মখোয়কা কায়নপা মফম অতু য়ৌলে। পুলক্লিপা য়ালৌ সাচি অতু লৈমায়থক্তা থল্লকা অৱা পোৎথা ওই, হুমাং ইলিক ইচিক ৱায়না ঙাই, ইনিংথৌ কাতামপা মাইকৈ কতোমতা খোঙতোয়লমকতকে হায়পকী ৱাখলনা তুফক-তুফাই চনতুনা কাতামপা নিংথৌ লাক্কতলা হায়না ঙাইনলি।

চিংপুলৌইসিংতুস্থু অস্তুম-অস্তুম হৈলাং অসং য়েং তাউচিং অমুন খল্ল-খল্লতুনা পামকী অকোয়পতা অস্তুম অস্তুম লাকপনা কাতামপা নিংথৌনা খোমলেন তুমখুন তাল্লিপা মকাইফমতা ৱায়থুংললে। তাঙনা সাৎচপী মৈলৈনা কাতামপনা খোমলেল তুমখুন তাল্লিপা অতুপু উলুলাপতা খংপৌই লাকপৌই মপা খুল্লাকপতা তাক্লমই, “পনথৌ অপোকপা আতা পনথৌকী পামতা সকখঙতপা তমপা নুপা অমা লৈলে, য়েংপীয়ু।”

## ৩৬- য়োইলেনপা

য়োইলেনপানা চহি ১৫৮ লোম নিংথৌ ওইনা পানখিলমই।

## ৩৭- লৈখাওমপা

লৈখাওমপানা য়োইলেনপাকী মতুংতা চহি ১৫৩ লোম মীতে কংলৈকী নিংথৌ ওইনা পাল্লমই।

## ৩৮- নুংকাংপা

লৈখামপানা নোংকা খালাপতা নুংকাংপানা নিংথৌ ওইতুনা মীতে কংলৈতা পানখি। নুংকাংপানা নিংথৌ ওইলাপা মতুং চহি ৮৬ শুলকপতা মালিয়াফম পালচা পোকই। পালচানা নুমিৎ, থা, মালেম অমতি থবানমিচাকনচিংপকী খোংচৎ খঙতুনা চহি কুমসিং পাপা (পাবা/থীবা) হৌখি। মতৌ অস্থম্না পালচানা পোকপা কুমতকী থীপা (পাবা) হৌলাকা মীতৈসিংনা পালচা কুমসিং হায়না চহি মসিং থীপা হৌখি। মসি খৃষ্টকী মমাং চহি ১৩৯৮ অতুবইতনি। (সেলাই লৈসাংথেম নোংহুম সঙতা লৈলকপা খুম খুম নিংথৌকী চাতা নৌতা তৌইলকপা, মালিয়াফম পালচাপু ইংঙা কুমতম ইঙেল কুমখায়পা মতম লৌতুনা মসিতকী কুমচৎ সিঙথালোল (অঙ্ক) লাইলিক লাচইদ, নুমিৎ, থাসিং, চহি-চৈচৎ হৌহনখিয়ে।) নুংকাংপানা পালচা কুমসিং ৬৫ ফাউপা পানতুনা চহি ১৫৯ নিংথৌ ওইনা পানখি।

••••••

## চৈসিং থীপা

| | |
|---|---|
| অমা | ১ |
| তালা | ১০ |
| চা | ১০০ |
| লিসিং | ১০০০ |
| লিসিং তালা | ১০০০০ |
| লিচা | ১০০০০ |
| লিচা তলা | ১০০০০০ |
| লিপুন | ১০০০০০০ |
| লিপুন তালা | ১০০০০০০০ |
| লিপোত | ১০০০০০০০০ |
| লিপোত তালা | ১০০০০০০০০০ |
| লিকৈ | ১০০০০০০০০০০ |
| লিকৈ তালা | ১০০০০০০০০০০০ |
| পু | ১০০০০০০০০০০০০ |

মীতৈ ঈয়েক ঈপী

## ঈয়েক মপী

| | | |
|---|---|---|
| ꯀ | ꯁ | ꯂ |
| ꯃ | ꯄ | ꯅ |
| ꯆ | ꯇ | ꯈ |
| ꯉ | ꯊ | ꯋ |
| ꯌ | ꯍ | ꯎ |
| ꯏ | ꯐ | ꯑ |

### মীতে চৈসিঙ ঈয়েক

꯱ ꯲ ꯳ ꯴ ꯵
꯶ ꯷ ꯸ ꯹ ꯱꯰

## চৈনপ ঈয়েক

ꯨ ꯣ ꯧ ꯪ
ꯦ ꯤ ꯩ ꯥ

(•)লোমনা লোমপা ঈয়েক

| | | |
|---|---|---|
| ꯀ· | ꯁ· | ꯂ· |
| গ) | (ঝ) | (র) |
| ꯄ· | ꯆ· | ꯇ· |
| (ব) | (জ) | (দ) |
| ꯈ· | ꯊ· | ꯐ· |
| (ঘ) | (ধ) | (ভ) |

মণিপুর গেজেট নং ৩৩ লৈপাকপোকপা,
এপ্রিল ২২. ১৯৮০

| | | |
|---|---|---|
| ꯀ | ꯁ | ꯂ |
| (কোক) | (সম) | (লাই) |
| ꯃ | ꯄ | ꯅ |
| (মিৎ) | (পা) | (না) |
| ꯆ | ꯇ | ꯈ |
| (চিল) | (তীল) | (খৌ) |
| ꯉ | ꯊ | ꯋ |
| (ঙৌ) | (থৌ) | (ৱাই) |
| ꯌ | ꯍ | ꯎ |
| (যাং) | (হুক) | (ঊন) |
| ꯏ | ꯐ | ꯑ |
| (ঈ) | (ফম) | (অতিয়া) |
| ꯒ | ꯓ | ꯔ |
| (গোক) | (ঝম) | (বাই) |
| ꯕ | ꯖ | ꯗ |
| (বা) | (জিল) | (দিল) |
| ꯘ | ꯙ | ꯚ |
| (ঘৌ) | (ধৌ) | (ভম) |

## - লোনসুম ঈয়েক -

ꯛ (কোক লোনসুম), ꯜ (লাই লোনসুম) ꯝ (মিৎ লোনসুম) ꯞ (পা লোনসুম)
ꯟ (না লোনসুম) ꯠ (তিল লোনসুম) ꯡ (ঙৌ লোনসুম) ꯢ (ঈ লোনসুম)

## - চৈতপ ঈয়েক -

ꯣ=ও নপ(ো), ꯤ=ইনপ (ি), ꯥ=আ নপ (+),

ꯦ=যেনপ (ে), ꯧ=সৌনপ (ৌ), ꯨ=উনপ (ু),

ꯩ=চৈনপ (ৈ), ꯪ=নুং (ং) ॥

## ৩৯-খুম্লোমপা

খুম্লোমপানা পালচা কুমসিং ৬৫ তা চহি ১৪৯ নিংথৌ ওইতুনা পালখিলমই।

## ৪০-থাঙমপা

থাঙমপানা পালচা কুমসিং ২১৪ তা চহি ১৪৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪১–লানথাপা

লানথাপানা পালচা কুমসিং ৩৫৯ শুপতা চহি ১৪৪ মীতে কংলৈতা নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪২–য়াংলৈহনপা

য়াংলৈহনপানা পালচা কুমসিং ৫০৩ তা চহি ১৪০ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ৪৩–য়াংখৈপা

য়াংখৈপানা পালচা কুমসিং ৬৪৩ তা চহি ১৪১ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৪৪–খুনিংঙমপা

খুনিংঙমপানা পালচা কুমসিং ৭৮৪ তা চহি ১৪২ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ৪৫–লানথৌপা

লানথৌপানা পালচা কুমসিং ৯২৬ তা চহি ১০৬ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ৪৬–হৌলোংপা

হৌলোংপানা পালচা কুমসিং ১০৩২ তা চহি ১৩৩ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ৪৭-য়োইখোমপা

য়োইখোমপানা পালচা কুমসিং ১১৬৫ শুপতা চহি ১৩৫ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ৪৮-য়েংখোইপা

য়েংখোইপানা পালচা কুমসিং ১৩০০ শুপতা চহি ১৩১ নিংথৌ ওইতুনা মীতে কংলাতা পাল্লমই। *নিংথৌ অসিনা পানপা চহি ৯৮ শুপা মতমতা চিশু খৃষ্ট পোক্রে।*

## ১-পাখঙপা (নাউফোংপা)

পাখঙপানা পালচা কুমসিং ১৪৩১ (খৃষ্টঃ৩৩) তা চহি ১২০ মীতে কংলাতা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই।

## ২-খোই তোমপোকপা

খোই তোমপোকপানা পালচা কুমসিং ১৫৫১ (খৃষ্টঃ১৫৩) শুপতা চহি ১১১ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। খোই তোমপোকপানা ইপেম্মা নোংমাইনু লৌতুনা লৈমা ওইনা হাপলমই। নোংমাইনু মচানুপী অমা পোক্লমই। অঙাং অসি থা অহুম লৈলম্লকা সিখিলমই। হকচাং অতু কংলাকী সংলেন্দো ফুমলমই। নুমিৎ মঙানি লৈলকা মোংফম অতুতা তিল মচা অঙাংপা য়ামনা থোক্লকমই। মমানা মচানুপী অতুকী মোংফমতকী থোক্লকপা তিল মচাসিং অতু নুংসিতুনা মনাইসিংপু য়োকহল্লমই। তিল অসিনা কাপালংচাক হায়পা উ অতুকী মনা চায় অমম্বুং পীচতুনা য়োকই। মানা চাউলক্লকা মতিম্না লৈ-লৈতুনা মহুম সাই। মহুম মনুংতা মকু হুৎতুনা থনম্লকা পাইখি

হায়পকী কুলাক কৌখি। হায়লিপা তিল অসিকী মহুমতকী লং মখল অমা পুথোকখি। য়ুম কা অমা সাতুনা মাপু-য়োকই। হায়লিপা কা অতুতকী থোকপা লংনি হায়পকী কা-পা-লং/কাব্রং) হায়না কৌনখিলমই। নিংথৌ অসিকী সনা হাকতক্তা কাপালংকী মুকালং অসি মলাং কায়না ফংনপা মফল কয়াকী ফি সাপা তমপীখি।

## ৩-তাউথিঙমাংপা

তাউথিঙমাংপানা পালচা কুমসিং ১৬৬২ (খৃঃ২৬৪) শুপতা চহি ১০০ মীতে কংলাতা নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। মপা ইপুংঙো খোইতোমপোকপা হাকতক্তা মেলা (মেরা) থাকী ১০নি পানপাতা "উকায় কাপ্পা (ক্বাক তান্বা)" হায়পা কুমহে অসি হৌতোক্লমই। মপা ইপুংঙোনা হৌতোক্লমপা কুমহে অসি মহাক্কী হাংতক্তা চাউখৎনপা হায়তুনা লৈপাক্কী অঙম-অথৌ ময়াম তিনতুনা থাঙ তা, তেনতোঙ তা লংপা, মুক্না-কাঙচৈ, লীলুং-তেন পায়তুনা খুৎ চুমপা তান্নহনপা, কপোক চাইথোক্তুনা উচেক চাক্তাহল্লকা পাইখিপা মাইকৈ য়েংতুনা লৈপাক্কী অফা-ফত্তা খুতম পিপা, মতুতা মীথোই-মীহেনপতা মনা পিপা অস্তুম্না তৌতুনা কুমহে অসি য়াম্না চাউখৎহল্লমই।

মমাংঙৈতা নমপুল তুলেল অসি নাউলেম ফাইপোক থোংতকী (নাউরেম ফাইবোক থোং) তেলা কৈথেল লোমতকী কোবাক কৈথেলতা চেন্নক্তুনা হিয়াংথাং মনিংতা বাইসেন তুলেলকা তিন্নতুনা লোক্তাক্তা তাখিলমই। তাউথিঙমাংপা নিংথৌনা হিয়াংথাং অমম্বং হৈপোক অনী তিন্নপসি ফংতে হায়তুনা নমপুল তুলেল অসি খাবাইলমপন লোমতা পুলক্তুনা হিয়াংথাংকা হৈপোক্কা অনীকী মলক্তা পুতুনা লোক্তাক পাক্তা তাহলখিলমই। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা তুলেল অমতি তুখোং কয়া য়াম্না ফচহনখি।

## ৪-খুইনিংঙোমপা

খুইনিংঙোমপানা পালচা কুমসিং ১৭৬২ (খৃঃ৩৬৪) শুপতা চহি ১৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। নিংথৌ অসিনা পানপা মতমতা উ-বা য়ানথোকহনতুনা য়ুম-কৈ সাপাকী মলমতা য়ামনা চাউখৎহল্লমই।

## ৫-পেংসিপা

পেংসিপানা পালচা কুমসিং ১৭৭৭ (খৃঃ৩৭৯) শুপতা চহি ১৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৬-কাউখংপা

পেংসিপা নিংথৌনা নোংকাখালাপা মতুংতা কাউখংপানা পালচা কুমসিং ১৭৯২ (খৃঃ৪১১) শুপতা চহি ১৭ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ৭-নাউখমপা

কাউখংপানা থুপখলপা মতুংতা নাউখমপনা পালচা কুমসিঙ ১৮০৯ (খৃ: ৪১১) সুপাতা চহি ১৭ নিংথৌ ওইতুনা পানখি। নিংথৌ অসিকী হাকতক অসিতকী নিংথৌ মচা খুতিংমক অতুকী মনুংতা নিংথৌ অতুনা পোকপা মচাসিং অতুমমা লৈমলেলনা পোকপা মচানা চাউপা হেনপা, লৈমলেল অতুনা পোকপা মচাসিং অতুকী মনুংতসু ফমফান তোংতলিঙৈতা পোকপা মচাসিংপুতি ফমপাল তোংলকা পোকপা মচানা চাউপা হেনপকী চৎনবী অসি হৌতোকখি।

## ৮ — নাউফংপা

নাউখমপনা নোংকাখালাপা মতুং পালচা কুমসিঙ ১৮২৬ (খৃ: ৪২৮) তা নাউফংপনা কংলাতা ফমপাল তোংতুনা চহি ৯০ নিংথৌ ওইতুনা পালমই। নিংথৌ অসিকী হাকতকতগী চহিকী অলোইপা নুমিৎ খঙনপা হাযতুনা "চৈলাউপা" হাযপা অসি হৌতোকখি হাযনৈ। নিংথৌ অসিনা মনাই খলাপু (খববু) চৈ অমতা সালিক ফিন- চিংপা যানসিল্লকা হাই হাইতুনা, খিংখিংতুনা খুংকং খুদিং অমতি যুমথোঙ থুংনা চৎতুনা ঙসি অসে চৎলিপা চহি অসিকী অলোইপা নুমিৎনি, হযুেংতকী অনৌপা চহি অমুক হৌলকনি হাযতুনা লৈপাক মীযাম পুমনমকপু খঙহল্লমই। চহিকী অলোইপা নুমিৎ খঙননপা চৈ পাযতুনা পাউ লাউতুনা খঙহল্লি হাযপকী নুমিৎ অসিপু "চৈলাউপা" (চৈবাউবা) হাযনা কৌনখিলমই।।

## ৯-সামৈলাংপা

নাউফংপাকী মতুংতা পালচা কুমসিং ১৯১৬ (খৃঃ ৫১৮) তা সামৈলাংপানা নিংথৌ ওইতুনা চহি ৫০ পাল্লমই। নিংথৌ অসিনা নোংমকী নুমিৎতা সা তানপা লেঙপতা সচী ফচাপা অমা উতুনা থাং অমতি তাকা লোযননা সচী অতু তান্নলকপতা সচী অতুনা চেনফম লৈততুনা তুলেল অচৌপা অমাতা চোংথাখি। মতুতা নিংথৌ অতুম্ব অপনপা লৈতনা থাং তা অমতি সকোলকা লোয়ননা তুলেলতা চোংথখি। অতুপু হৌচিকফাউপা নিংথৌ তা ঈলেল হায়না খঙনলি। শুকুনুকী খা লোমতা লৈপা ঈমফাল তুলেলকী মালিল অসিপু তুলেল অচৌপা হায়নম্ব খঙনখলে।

## ১০-উলা কোনথৌপা

সামৈলাংপাকী মতুংতা পালচা কুমসিং ১৯৬৬ (খৃঃ৫৬৮) তা উলা কোনথৌপানা চহি ৯০ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। মীতে নিংথৌসিংনা

ফমফাল তোংলমতাইতা অকল-অথৌসিংকা লোয়ননা ফমফাল লাল হাতুনা চৎনলমই। নিংথৌ অসিস্থু হায়লিপা লাল অসি চৎলমই। লাল চৎপা অতুতা উলেল কোনথৌ হায়পা উচেক অমা ফাপতকী নিংথৌকী ফমফাল মিংহুনস্থু "উলা কোনথৌপা" হায়না থোনখি। উলা কোনথৌপা নিংথৌকী হাকতক্তা সকোল তোংপা লানমী য়ামনা চাউখৎলমই। নিংথৌ অসি মলৌসিং মথৌনা অমতি মপাংকল য়ামনা লৈলমই। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা আৱাকী কলে কৌপা লৈপাক অতু খুতুম চল্লমই। মতুংতা চহি ৪ লোম নিংথৌ পানখিতে।

## ১১-নাউথিংখোংপা

চহি ৪ নিংথৌ পাল্লুতলাপা মতুংতা পালচা কুমসিং ২০৬১ (খৃঃ৬৬৩) তা নাউথিংখোংপানা চহি ১০০ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। নিংথৌ অসিকী অতোপ্পা মমিং অমনা হোংনেম য়োইখুনচাউ কৌই। সেলোই লংমাই নিংঙোল "পেতাঙা" কৌপী অমা লৌতুনা নুপী ময়ুমতা যাওং ইনতুনা লৈলমই। মপা ঈপুংঙো লৈখিতালাপা মতুংতা নাউথিংখোংপাপু ফাতুনা হাৎকনি হায়না ৱা তান্নলমই। পাউ অসি পেতাঙানা তালাতুনা লৌসিং চাউপী ওইপনা নাউথিংখোংপাপু কল্লকা থাতোকখি।

মতৌ অস্থুম্না সেলোই লংমাইতকী চেনখালকা অমুক খুমন নিংথৌ পুনসিপকী মচানুপী "কৈলুংহনপী" লৌতুনা মকু নিংথৌকীতা য়াওং ইনতুনা অমুক লৈলমই। মতম খলা লৈলকা লুৱাং নিংথৌকীতা চঙতুনা হৌনলোল চৎনলোল তমতুনা লৈলিঙৈতা মমা ঈপেম্মনা নিংথৌ ওইললো হায়না কৌহল্লতুনা মসাকী চহি ৬১ শুপতা মীতে কংলৈকী নিংথৌ ওইতুনা ফমফাল তোংখিলমই। নিংথৌ অসিনা খুমন চনু কৈলুংহনপীকা লোয়ননা ফমফাল তোংতুনা লৈলিঙৈতা লংমাই নিংঙোল "পেতাঙা" কৌপী অতু লাক্লমই। নিংথৌনা পেতাঙাপু উপতা "ঈমা" হায়না কৌলমই। নিংথৌকী

মিংকৌ তাপতা নিংপা কায়লপী পেতাঙা হিকনা হিকনা কপতুনা লৈলমই। নিংথৌ অতুনা থাতোকখিপা নুমিত্তা মানা খলুংতা ফতিনা য়োমলকা ফুংখিপা নুঙ মচাসিং অতু ৱাকলম (ৱাক্রম) পনথোংতা হৈতোক্লকা হায়লকই, "হে নিংথৌ নংতি য়াকপু কাউলপেইহিলে। নহাকনা চৎখিপা নুমিৎ অতুতকী হৌলতুনা নঙকী মায়থোঙতি উচখিকে নিংচপনা অলাম-খৌলাং পুম্নমকপু খাঙতুনা লাকখিপনি, অতুপু তালোয় ওইপী য়াকপু "ঈমা" হায়না কৌপিলে। নিংথৌ পুক্নিং খঙচলে, ননাই ওইপী য়ক্তি থুপখালাকে। নিংথৌ নংকী অফা ফৎতা মতমতা নঙকী মায়থোং য়েংচকে। য়াক্কী খৱাংচেৎ নমখাং অসিনা খুতম খঙপা ওইচলো।" অস্তুম্না হায়লম্লকা পেতাঙা মফম খঙতনা মাঙখিলমই। মতৌ অস্তুম্না পেতাঙানা থুপখালাপাতা নিংথৌনা মাপু লাইকী মসক্তুমনা নিংচতুনা য়ুম অমা সালাকা মমিং "য়ুমচাউ লাইলেমপী" হায়না কৌতুনা খুপম য়ালাকা থমখিলমই। অসিকুমপী লাইলেমপী অসিনা মীতৈ কংলৈ নিংথৌসিংকী অফ-ফত্তা মতম পুমপাতা খুতম পী। নিংথৌনা থুপ্লমদাইদা ইপেম্মা অসিনা লাক্তুনা খুতম হেক্তা পিলে হায়তুনা য়াম্না চেকসিন্না ঈলাৎ-থৌনিচতুনা থম্লমই। অতুতকী ঙসিফাউপতা লাক্তুনা থম্লিপা অসিনি। নাউথিংখোংপাকী মতমতকী তেকপী ৱোক (ওক) না সালেন চনপা তোক্তুনা ঈসিংতকী ফাপা সালেংনা সালেন চনপা হৌতোকখি। মহাক্কী মতমতা পোংকী নিংথৌ সুকানফাকী মনাউ সমলুংনা মীতৈ কংলৈপাকতা লাকখিপকা লোযন্না য়ামনা লুনা চান্ননা সকখঙনখি। মহাক লৈপাকসিতা চহি ১০ চুপনা লৈলমই। মহাক্না লৈমপা মফমতুপু পোং ইংখোল হায়না খঙনখি।

## ১২-খোঙতেকচাপা

খোঙতেকচাপানা পালচা কুমসিং ২১৬১ (খৃঃ৭৬৩) তা চহি ১০ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। নিংথৌ অসিনা সিখালাপা মতুংতা চহি ১১ নিংথৌ পানখিতে।

## ১৩-কৈলেনচাপা

কৈলেনচাপানা পালচা কুমসিং ২১৮২ (খৃঃ৭৮৪) তা চহি ১৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ১৪-য়ালাপা

য়ালাপানা পালচা কুমসিং ২১৯৭ (খৃঃ৭৯৯) তা চহি ২২ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ১৫— অয়াঙপা

যালাপাকী মতুংদা অযাঙপনা পালচা কুমসিঙ ২২১৯ (খৃ: ৮২১) তা চহি ৮৯ নিংথৌ ওই তুনা পাললমই।

## ১৬-নিংথৌচেঙপা

অয়াঙপানা থুপখালাপতা পালচা কুমসিং ২৩০৮ (খৃঃ৯১০) তা চহি ৩৯ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ১৭-চেংলৈ ঈপান লানথাপা

চেংলৈ ঈপান লানথাপানা পালচা কুমসিং ২৩৪৭ (খৃঃ৯৪৯) তা চহি ২০ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই।

## ১৮-য়াংলৌ কৈফাপা

য়াংলৌ কৈফাপনা পালচা কুমসিং ২৩৬৭ (খৃঃ৯৬৯) তা চহি ৯৫ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লি। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা সা-কৈ তানথোক্তুনা লম তু ফচহল্লি। কৈ খুতুপ মঙা সাংপা অমা চঙনা ফালাকা কৈয়াং থেক্তুনা লৈনুংতা ফুমচিল্লি। মফম অতু হৌচিকফাউপা "কৈপুং" হায়না খঙনলি।

## ১৯-ঈলেংপা

ঈলেংপানা পালচা কুমসিং ২৩৮২ (খৃঃ৯৮৪) তা চহি ৯০ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই। নিংথৌ অসিনা চীংতাই নিংথৌ মচানুপী "তমহেপা" চনু লৌই। চীংতাই নিংথৌনা মচানুপী অমতি মমাকনুপা মীতে কংলে নিংথৌ অনিমকপু ঙাক-সেন্নপা তমপা নিপা ৩০ সঙ লিংতুনা সনা কোনুংতা থম্লমই। মতুতকী মীতে কংলে কোনুংতা " হৌ মচা" লোয়সঙ লিংপা হৌখি।

## ২০-লোয়মপা

লোয়মপানা পালচা কুমসিং ২৪৭২ (খৃঃ১০৭৮) তা চহি ৪৮ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলম্মই। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা মীতে কংলৈপাক্তা লৈপসিংনা মাকী মাকী য়ুম্নাক অমতি সলাইচী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানপা সিনফম শুহল্লি, অমনা অমকী মসিলতা তাংতুনা শুলমতে। অসিকুমপা সিনথা ৱায়েন অসিপু মহাকথক্তা সেমতোক্তুনা চৎনহনখি হায়পতকী নিংথৌ অসিকী মমিং লৌতুনা "লোয়মপা সিনয়েন" হায়না মীতেকী পুয়াতা ময়েক সেংনা ইতুনা থমলমই। লোযুম্পা হৌতোকলম্পা সা-লাল, অমতি লৈপাক ঙাকনপা সেম্লম্পা লুপতকী লাল্লুপনা সিল্লকই। লৈপাক অমকী মথৌ তাপা লান্মী, খুৎসু-খুৎলায, ফিসেৎ, লী-ৱাকী পোৎথোক্, লৈনুংকী পোৎলম্, উকী পোৎথোক পুথোকপা অমতি যুম-কৈ সাপা, থোং সাপা, তু-খোং তৌপা-তেংপা পুমনমক্ অসি চহী তলাতলেৎ সুলপা মীৱোইতকীনা চহি হুমফুফাউনা সুলপা মীৱোইনা মতম্ সিন্নতুনা নুমিৎ নিফুনিকী মনুংতা নুমিৎ তলনিতি লাল্লুপ কাহল্লমই। লাল্লুপ কালিঙৈকী মনুংতা মানা মানা হৈনপা থপক পাযনলকপা চৎনৈ। লাল্লুপ কালিপা মীয়াম অতু নিংথৌ পোংপা তলা হাযপা অতুকী মকোক নোংথোনপা হায়তুনা সিললকা মখা থাপা ফমনাইপা কয়ানা য়েংসিললি। লাললুপ কাপকী চৎনপী অসি সোয়লপতি

নিংথৌকী অকনপা চৈলাক ফংই। অসুম তৌনা লালকী অমতি সিন্ফমকী মহৈসিং অসি য়োইলেল লোয়সংনা মীয়ামতা তমপীপা অসি চৎললকই।

কনাকুমপা পামচপা মীব্রোইসিংনা মীথোই- মীহেনপ মীসকতা মহৈ তমপা পামলপতি মাইচৌ অমতি মাইনৌসিং খনপা হাযনা মযুমতা চৎতুনা তমনপা য়াউই। লোয়ুমপা সিনয়েনকি মতুং ইননা সাকৈকী নৎতলকা কাংলুপকি তৌকতপা সিনফম য়েনথোকতুনা চৎনলকই অমকা অমকা যেৎসিননপা য়াহললমতে। মহৈ মসিং অতুতি:-

১। সা- লাল, সাফা লালফকি মহৈ

২। অমাইপা অমসুং মাইপা সাপকী মহৈ

৩। মাইপী

৪। পেনা

৫। অসৈপা

৬। পুং- য়ৈপা

৭। চকোই- ঈসৈ

৮। ফিসা- লোনসা

৯। চফু- সাপা অসিনচিংপা।

লোইননা লানমী অমতি পুনসিতা চঙপা পোৎলম পুমনমককী মহৈসিং অসিনি।

## ২১-লৈইতোঙপা

লৈইতোঙপানা পালচা কুমসিং ২৫২০ (খৃঃ১১২২) তা চহি ২৮ নিংথৌ ওইতুনা পানখি। লৈইতোঙপাকী মতমতা মীতৈ কংলৈপাক্তা কাপালং (কাব্রং) মুকাকী ফি সাপা য়ামনা চাউখৎখি। মীতৈকী কাপালং অমতি মুকাকী ফি অসি য়ামনা ফচৈ অতুকা কুইনা সাংনা চৎলি হায়পকী খুতম

সাখি ফোংতোক্তলাপস্সু ঙসিফাউপতা চৎনলিপা অসিনা যাখোয খৱাইমকনা খঙনলিপা অসিনি। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা লানমীস্সু ৱানা সেমতুনা খুৎলায় পায়পা, তেন কাপ্পা, থাং তানচিংপা তমপীতুনা মীতে লৈপাক অসিকী চাউখৎনপা থৱাই যামনা য়াউনা হোৎনলমই। মাগী মতমদা "কাং" কৌবা মসান্না অসি হৌদোকলমখি।

## ২২-অতোম য়োইলেমপা

অতোম য়োইলেমপানা পালচা কুমসিং ২৫৪৮ (খৃঃ১১৫০) তা চহি ১৩ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৩-হেমতৌ ঈৱানথাপা

হেমতৌ ঈৱানথাপানা পালচা কুমসিং ২৫৬১ (খৃঃ১১৬৩) তা চহি ৩২ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৪-থৱান থাপা

থৱান থাপানা পালচা কুমসিং ২৫৯৩ (খৃঃ১১৯৫) তা চহি ৩৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৫-চীংথাঙ লানথাপা

চীংথাঙ লানথাপানা পালচা কুমসিং ২৬২৮ (খৃঃ১২৩১) তা চহি ১১ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৬-থিংপাই সেলহোঙপা

থিংপাই সেলহোঙপানা পালচা কুমসিং ২৬৩৯ (খৃঃ১২৪২) তা চহি ১৩ নিংথৌ ওইতুনা পানখি।

## ২৭-পুলাল থাপা

পুলাল থাপানা পালচা কুমসিং ২৬৪৪ (খৃঃ১২৪৭) তা চহি ১৬ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। পালচা কুমসিং ২৬৪৯ (খৃঃ১২৫২) শুপতা মতিক মকুন চাউলাপা খাকীকী য়ুনান নিংথৌনা মীতে কংলৈপাক অসিতা অকনপা লাল অমা তালকলমই। লালফম অসিতা পুলাল থাপা নিংথৌনা মায়থিপা পিতুনা খাকী লানমী পুমনমক ফাতুনা কমেংনচিংপা মফমতা খুন তাহনতুনা লৈহখিলমই। মতম অসিতা খাকীকী নিংথৌলেলপু মায়থিপা পিতুনা তালতাল (তারতার) সিংহনা মনিংতমনা খাকী লৈপাক্তা পাল্লমই। নিংথৌলেল অসিকী মনাউ কুকলাই খান্না অবা লৈপাক লৌলকা মীতে লৈপাক তমসিল্লকপতা পুলাল থাপানা নিংথি তুলেলকী নোংচুপথংপা তোলপানতা লানপন সাতুনা য়েকনপকী লানমী ঙাইতুনা লৈখি। মীতে নিংথৌনা খুপম চাপা অচেৎপা মফমতা লানপন সাতুনা লৈখিপকা, খাকী লৈপাকতস্মু ইলাং হৌপকা কুকলাই খান্না মাকী লানমী পুতুনা মাকী লৈপাক্তা অমুক হনখিলমই। মতৌ অস্মুন্না পিক্রুপস্মু, মীসিং য়ামতপা ওইলপস্মু মীতে লৈপাক অসি অতোপ্পা য়ুমলোন্নপা লৈপাক অমনা লাকচপা ঙমলমতে। মসিকী খুতম মীতৈকী অলিপা পুয়া কয়াতা ময়েক লানা ইতুনা থল্লমই।

## ২৮-খুমোমপা

খুমোমপানা পালচা কুমসিং ২৬৬০ (খৃঃ১২৬৩) তা চহি ১৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ২৯-মৌইলামপা

মৌইলামপানা পালচা কুমসিং ২৬৭৫ (খৃঃ১২৭৮) তা চহি ২৪ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৩০-থঙপি লানথাপা

থঙপি লানথাপানা পালচা কুমসিং ২৬৯৯ (খৃঃ১৩০২) তা চহি ২২ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৩১-কোংয়ামপা

কোংয়ামপানা পালচা কুমসিং ২৭২১ (খৃঃ১৩২৪) তা চহি ৯১ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৩২-তেলহৈপা

তেলহৈপনা পালচা কুমসিং ২৭৩২ (খৃঃ১৩৩৫) তা চহি ২০ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৩৩-তোনপা

তোনপানা পালচা কুমসিং ২৭৫২ (খৃঃ১৩৫৫) তা চহি ৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৩৪-তপুংপা

তপুংপানা পালচা কুমসিং ২৭৫৭ (খৃঃ১৩৬০) তা চহি ৩৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৩৫-লাইলেমপা

লাইলেমপানা পালচা কুমসিং ২৭৯২ (খৃঃ১৩৯৫) তা চহি ৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। চহি ৪ পালচা কুমসিং ২৭৯৭ ২৮০১ (খৃঃ১৪০০ ১৪০৪) তা মীতৈ কংলৈতা নিংথৌ অমত্তা পাল্লমতে।

## ৩৬-পুন্সিপা

**পুন্সিপানা** পালচা কুমসিং ২৮০১ (খৃ: ১৪০৪)তা নিংথৌ ওইতুনা চহি ২৮ পানখিলমই।

## ৩৭-নিংথৌখোমপা

নিংথৌখোমপানা পালচা কুমসিং ২৮২৯ (খৃঃ১৪৩২) তা চহি ৩৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। নিংথৌ অসিকী সনা হাকতক্তা নোংপোকলোমতকী কপো লাল হৌলক্লমই। পাউ অসি তালাতুনা নিংথৌনা লানমী তেংকোল পুতুনা কপো নিংথৌ অকলাকা লাল সোক্লখিলিঙৈকী মনুংতা অরাং-নোংপোক্লোমতকী তাংখুল নিংথৌ পুলিংপা অমসুং তুসেল নিংথৌকা অনী তিন্নতুনা কোনুংতা নিংথৌ লৈতে হায়পা খঙলতুনা মীতৈ কোনুং অসি লৌসিল্লকে হায়লতুনা লাল হৌলক্লে। মতম অতুতা লৈমলেল লিনথোই ঙানপীনা নিংথৌকী ফিচেৎ সেৎলকা নিংথৌ সাতুনা অতুকা নৈলিপা নুপী পুন্নমক মাকী মাকী মপুলোইপকী ফিচেৎ সেৎ-চালাকা নিপা সাতুনা তাংখুলসিংকা অকনপা লাল সোক্ললে। লৈমলেলনা লাল হৌলক্লিপা তাংখুল পুন্নমক ফাতুনা কোনুং তান্না পুলক্লে।

মতম অতুতা নিংথৌসু কপোকী লাল ঙমতুনা কপোসিংপু মায়থিপা পিতুনা মখোয়কী নিংথৌ অক্লাপু ফাতুনা মীতৈ সনা কোনুং তান্না পুলক্লে। নিংথৌনা লাল ঙম্লকপা অমসুং লৈমলেলনা অঙকপকী মসক ওইপা থৌনা ফপকী মতৌ অতু উপতা নিংথৌনা পুক্লিং পেল্লতুনা লৈপাক পুন্নমকপু কৌখত্তুনা হলাউ-কুমহৈ তৌখলে। অতুতকী মীয়াম পুন্নমক্লা লৈমালেলকী মমিংপু "পুলিংপা ফাপী" হায়পা মিংথোল পিখি। অতুকা নিংথৌনা ফালকপা কপোসিং অতুনা খুলাই (খুরাই) খুনতা লৈহনখি। অতুতকী মখোয়কী লৈকাই অতুপু খুলাই কপো লৈকাই হায়না মতুংতা খঙনখি। কপোনা ওইখিপা মীতৈসিং অতুপু নোংপোক হালম হায়না খঙনখি।

# ৩৮-কিয়ামপা

কিয়ামপানা পালচা কুমসিং ২৮৬৪ (খৃঃ১৪৬৭) তা চহি ৪১ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। পালচা কুমসিং ২৮৬৮ (খৃঃ১৪৭১) তা কিয়ামপানা কপো কিয়াংখমপাৎ লাল তাপতা পোং নিংথৌ চাউফা খিখোমপাকা লোইনন্না লাল তামিন্নে। মীতে সকোল তোংপা লানমী ১০০ থাচিনতুনা কিয়াংখমপাছ চাইখায়লে, লাল ঙমলে। লাল লোইলপতা মীতে নিংথৌকা পোং নিংথৌকা লম য়েন্নলমই। পোং নিংথৌকী অঙমপা চাপাকতা তে কৌপাকা মীতে নিংথৌকী অঙমপা "মহৌ ৱাংপীস্নুমপা" অনী অসিনা হায়লিপা লম অতু য়েন্নতুনা খুতম খঙনপা থনমখিলমই।

পোং নিংথৌকী লমতি হৈনৌ খোংনেমপী পোকপা লম মখেতনি হায়না খঙনখি। অতুকা পৌইলে মীতে নিংথৌকী লমতি মুংঙাইতকী হৌতুনা নোংপোকলোমতা লোয়চিলি চীংসাং য়ৌতুনা হৈনৌ খোঙনেমপী য়ৌপাফাউপাকী লম অসিনি হায়না খঙনলমই। হায়লিপা লম অসি কিয়ামপা নিংথৌকী মমিং লৌতুনা "কিয়ামপা তম্পাক" হায়নস্নু খঙনখি। মতম অতুকী মীতে লৈপাক্কী ঙমখৈতি মখা মাইকৈতা তখেলফাউপা, নোংচুপ মাইকৈতনা কাসালা (কছার) মালুকলাম অপুমপা, অৱাং মাইকৈলোমতনা তেখাউ, অসাম হেনতুনা মিসমি আলপ, লানথোক্লকা খাকীকা তাইনপা মফম অতু য়ৌনা পাক-চাউনা সনতোক্লমই।

কিয়ামপা নিংথৌকী হাকতক্তা মপুথৌসিংকী মতৌকুন্না অহল্লুপ; নহালুপ, খাফম অমস্নুং লাইফম হায়না পানা ৪ থোক্লা খায়তুনা লালুপ কাহল্লি। অতুকা লৈপাক অতোপ্পতকী মীস্নু খুল তাপা হৌহনখি। কৱাথা (ক্বাথা) হায়পা লমতা লৈপা মী অতু তখেল হায়পা লমতকী লাকপানি। মখোয়সি নিংথৌনা কৱা (ক্বা) থাপকী সিনফম পিলমই। মখোয় অতুপু মখা হালম হায়না খঙনখি। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা নোংচুপলোমতকী মীয়ান (ময়াং) মীতোপ মীতে কংলৈপাক্তা চংলকপা হৌখি।

## ৩৯-কৌইলেমপা

কৌইলেমপনা পালচা কুমসিং ২৯০৫ (খৃঃ১৫০৮) তা চহি ৪ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪০-লমকইঙমপা

লমকইঙমপানা পালচা কুমসিং ২৯০৯ (খৃঃ১৫১২) তা চহি ১১ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪১-নোংইন ফাপা

নোংইনফাপানা পালচা কুমসিং ২৯২০(খৃঃ১৫২৩) তা চহি ১ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪২-কপোমপা

কপোমপানা পালচা কুমসিং ২৯২১ (খৃঃ১৫২৪) তা চহি ১৮ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪৩-তাঙচামপা

তাঙচামপানা পালচা কুমসিং ২৯৩৯ (খৃঃ১৫৪২) তা চহি ৩ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

## ৪৪-চলামপা

চলামপানা পালচা কুমসিং ২৯৪২ (খৃঃ১৫৪৫) তা চহি ১৭ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই।

# ৪৫-মোঙয়ামপা

মোঙয়ামপানা পালচা কুমসিং ২৯৫৯ (খৃঃ১৫৬২) তা চহি ৩৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। চাঙপোমপী লৈমলেলনা মচা ইপুংঙো ৩ পোকই। মচা অহলনা (১) খাকেমপা, (২) চিঙসোনপা অমসুং (৩) সানোংপা হায়না কৌলমই। নিংথৌ অসিকী মমিংসু অহানপতা থাঙবাই নিংথৌ কিয়ামপা কৌলমই। নিংথৌ নুঙখোং মুঙয়ামপাপু লানথেংনপতা মায়থিপা পিখিপতকী মুঙয়ামঙমপা হায়না কৌনখি। খাকী লৈপাক্কী পিয়াংকু কৌপা নিংথৌনা মাকী লৈপাক্তা লাকঙম ফাঙমতপা হিংচাপকী মচৎ চৎপা মৌইতনা (মৌইদনা) কৌপা নিপা অমা মীতে নিংথৌ মোঙয়ামপতা হাৎপিনপা হায়তুনা থাল্লকমই। খাকী নিংথৌকী চেপাউ ফংলপতা লৈপাক্কী অঙম-অথৌ পুন্নমক কৌখৎতুনা বা তান্নলে। থপক অসি অলাইপা থপক নত্তপনা ঈপুথৌ পাখঙপতা লৈপাক্কী অমাইপা অমাইপী তান্নতুনা নিংথৌনা ঈলাৎ-থৌনি তৌচলে। নুমিৎ অসিমক্কী নোংয়াই মতুং ওইলকপা মতমতা কংলাকী অবাং থংপা ঈলেলতা ইখঙ খঙহৌতনা খোনচেল অমা তালমই। “নিংথৌ নংনা বালিপতু বালুকনু য়াকনা (ঐনা) থাঙ অমকা, তা অমকা থমপিলমকে। মসি সিচিন্নলাকা মসিকী মতেংনা হিংচাপকী মচৎ চৎপা নিপা অতু হাৎলু, সোয়তনা ঙমকনি।” নোংঙাম্লকপতা মফম অতুতা “থাঙ খৌপোমপা” অমকা “তা খাঙসুনহা” অমকা থমপীলমতুনা হায়লিপা খুৎলায় অনী অসি ফংচখি। “থাঙ” অমসুং “তা” অনী অসিপু ঈপুথৌ পাখঙপনা পিপিপনি হায়না খঙনলে। পাখঙপনা লাউতুনা তাক্লমই হায়তুনা ঈলেল অসিকী মমিং “পাউতাক ঈলেল” হায়না কৌনখলে। মথংকী নুমিত্তা কংলাকী খা-থংপা সনাথোঙতা “মৌইতনা হিংচাপা” থুংলালে। মৌইতানা হিংচাপাকা নিংথৌ মোঙয়ামপকা অকনপা লাল সোক্ললে। নিংথৌনা ঈপুথৌ পাখঙপনা পিপিপা থাঙ খৌপোমপনা মৌইতনা হিংচাপাকী মকোক অতু কক্তুনা হাৎলে। মৌইতনা হিংচাপকী মকোক অতু কংলাকী নুংকৌইপীতা চনসিনখি। মফম অতু মতুংতা খঙহৌনপা হায়তুনা নিংথৌনা নুংপাকনা ননসিন্নে।

মীতৈ নিংথৌনা মৈইতনা হাংখলে হায়পা পাউ অসি তাপাতা খাকী নিংথৌনা পেম্লতুনা মীতৈ নিংথৌতা কংননপা সনা লুপানচিংপা খুতোলপোৎ কয়াকা লোয়ননা "লৈহাউ" পামপী অমস্তু পুলক্তুনা খাকী নিংথৌনা মীতৈ নিংথৌ মনাক্তা লাক্লমই। নিংথৌ অনিনা বালী কয়া সানালমই। মীতৈ নিংথৌনা হলাউনা খাকী নিংথৌকী খুতোলপোৎ কয়া অতু লৌসিল্লমই। খাকী নিংথৌনা পুম্লকপা "লৈহাউ" অতু মীতৈ নিংথৌনা মাকী কোনুংতা থালমই। খাকী নিংথৌকী তৌপিমল কাউতনপা হায়তুনা "লৈহাউ" অসিপু মীতৈ নিংথৌনা "খাকী লৈহাউ" হায়না মমিং থোনখিপতকী ঙসিফাউপতা মীতৈসিংনা নিংসিংতুনা লৈনলি। অসিতস্তু নত্তুনা সনা কোনুংকী হোকাযপী হাযপা সননা থোঙ অসি খাকীনা সাপিলমই। কংলাকী মেন তোংফম মমাংতা নোংসা অনী সাতুনা কাউতনপা খুতম ওইনা থনমই। মফম অতুপু কংলা সা হায়না খবাই পুম্নমক্না খঙনলিপা অসিনি। অসিকুমপা চহি অসিমক্তুতা মোঙযামপকী মচাইপুংঙো অমা ফংচলমই। খাকী ঙমপা চহিতা ফংই হাযতুনা মচাইপুংঙো অসিকী মমিংপু খাকী ঙমপা (খাগেম্বা) হায়না মমিং থোনখিলমই। খাকী নিংথৌস্তু মতম খলা মীতৈ নিংথৌকিতা লৈলমই। মাকা লোযনলকপা খাকী মচাসিংনা মীতৈ অকন-অথৌ কয়াতকী থাঙ তাকী মহৈ কয়া তমখিলমই। খাকী মচা খলতি মীতৈ লৈপাক অসিতা অতুম্মক খুন্তা লৈতাতুনা লৈহলহৌখিলমই। মখোয় অসিনা কৌকলক (কৌএক), সেনচম (সেঞ্জম), কালতো অমস্তুং চিলাং (চিরাং) নচিংপা মফমতা খুল তাতুনা লৈখি। মখোয় অসি অহানপতা পৌথা (বৌধ) থলম্মা (ধর্ম্ম) চংলমই। মমৈথংতা মীতৈকী য়েক সলাইতা তিনখিলমই। মখোয অসিস্তু নোংপোক হালম হায়না খঙনখি। অসিকুমপা মীতৈকী অলিপা পুয়াকী বালোল অসিতকী খঙপা ঙমই মতুতি পালচা কুমসিং ২৯৬০ অসিকী মমাংতকীনা মতম অসিবাইফাউপতা খাকী লৈপাক্কী মীসিংতকী মীতৈ লৈপাক্কী মীসিং অসিনা থাঙ-তা হৈপা হেল্লি হায়পকী খুতম চাংতম কয়া ফংই।

নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা তুলেল অচৌপা (ইমফাল তুরেল) অসি থৈতোকপিলমই। মলমতি তুলেল অসিনা ঈসিং ঈহৌলকপা মতমতা কংলা কোনুংতা থেংই। অহানপতা চেলমপা কৌইলেংকৈ (কৌইরেঙ্গে) চীংয়াতা অম্থুম চেল্লক্তুনা চীংমৈলোংকী চীংঅনিকী মলক্তা লাকই। চীং অনি অসিকী কালক্তা অবাং চাউখোং ঈলেল হায়বা য়ামনা কিনলমই। মতুতকী চেল্লক্তুনা কপো লৈকাই (কবরখানা) কীমনিংতা চেল্লক্তুনা মিনুথোং অসিকী মনিংবাইতা অবাং সনা থোঙকী মমাংতা তালমই। অনৌপা থৈথলকপা ঈচেল অতৃতি কৌইলেংকৈতকীনা মাইপা খুন, হৈঙাং, কাইলং, লাইলিকয়েংপম লৈকাই, খুলাইলোমতা লাক্তুনা মিনুথোংতা তাল্লক্রমই। থিংলিপা মফম অতুপু উকলম (উএ্রম) থিংঙেল হায়না কৌখলে অতুকা অবাং ঈলোং হায়নস্থু খঙনৈ।

নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা অবাং কসালা (কাছার) হিলমপা তেস (হিরম্বা দেস) লাল, তৌতুনা খুতুম চল্লমই। মতুতকী ফালকপা মীসিং অতু তুলেল থৈখিপা মপান খুলাই (খুরাই) তা খুন্তা লৈতাতুনা লৈহনখি। মখোয় অসিপুনা অবাং হালম (হারম) হায়না খঙনখি। নিংথৌ অসিপু মৈয়াঙ ঙম্মি হায়পতকীস্থু মৈয়াঙ ঙমপা হাযনস্থু খঙনৈ। কিয়ামপা হাকতক্তকী হৌনা থোকলকপা মীয়ানসিং অসিকী চাতা নৌতানা কলিপনিবাচ (গরিবনিবাজ) কী মতম অতুততি অয়ামপনা পামোন (বামোন) ওইহনখি।

## ৪৬-খাকেমপা

খাকেমপানা পালচা কুমসিং ২৯৯৪ (খৃঃ১৫৯৭) তা চহি ৫৫ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা তখেলকী নিংথৌনা লোইপোৎ কালমই। মখোয়না খোং অমা তৌলমই মতুপু হৌচিকফাউপা তখেলনা তৌপা খোংনি হায়পতকী তখেলখোং হায়না খঙনলি। নিংথৌ খাকেমপকী মচিন-মনাউ ৩ শুই। মখোয়সিং অতুতি –

১) খাকেমপা (সানৌহল)

২) কৌইলেমপা (সানৌয়ায়মা)

৩) সানোংপা (সানৌতোন) অসিনি।

**হিকায়বা** – মতম অতুতা খাকেমপা নিংথৌকা মনাউ য়ায়মা কোয়লেমপা অনিনা হিয়াং তান্নপা তালাপতা কৌইলেমপকী হি অতু কয়া ফত্তলতুনা মনাউতোন সানোংপকী হি অতু বাইলম্মই। লাইকি নোংতমতকী হি অতু হিয়াং তান্নপতা থেংচিনতুনা কায়থোকখলে। কৌইলেমপনা মনাউতোন সানোংপতা হি অতু ফোংলকউলা হায়না হংলম্মই। মনুংকী নুংঙাইতপা অমতকী সানোংপনা চক্কলি (চক্রি) তৌলকলে। সানোংপনা মাকী হান্নকী হি অতুতা পিয়ু। অতোপ্পা অহনপা হিম্বু পামচতে অতুকা অফোংপা তাকফম লৈপা হিম্বু পামচতে হায়তুনতা অম্বুম লৈখলে। উপায় লৈতলতুনা বাফম অতু ময়ামপুং নিংথৌতা হংকংলে। নিংথৌনা সানোংপপু মাকী নিংঙাই অতু থাতোক্লপা বাফম কয়ামুক তাকপিলম্মই। অতুপু মনাউ ইপুংঙো সানোংপনা নিংথৌনা হায়পা বাফম অমতা য়াপা কৌপা লৈখিতলে। মমৈথংতিতি ইনিংথৌ খাকেমপা মৈ হৌনা সাউলক্লে। নিংথৌনা সানোংপপু লৈপাক অসিতা লৈপিলনু হায়তুনা তাম্থোকখলে। সানোংপনা মসেন নিপা ময়াং নিংথৌকী মফমতা তৌনলিপা মলম পুন্নমক তমখলে। মতম খুলা লৈলকা সানোংপনা মসেলনিপা ময়াং নিংথৌকা লানমী তেংকোল সেমতুনা খাকেমপা নিংথৌকী মথক্তা লাল তালক্লে। সেলোই লমাংতোংতা সানোংপকী লানপল সাখলে। লালকী পাউ অসি তালক্তুনা নিংথৌ খাকেমপনা সাউতুনা লমাংতোংতা অকনপা লাল সোকনখি। খাকেমপা নিংথৌনা ঙমতুনা মনাউ ইপুংঙো সানৌতোন হাৎলে, ময়াং নিংথৌনা মলৈপাক লমতা চেনখলে। মখোয়কী লানমী ১০০০ লোম ফাহৌলে, সামু ৩০ অমম্বু অতুকা নোংমৈ ১০০ লোম অমম্বু ফাতুনা মুলহৌলে। লাল অসিতকী “সানোংপা হিকায় বা” হায়পা পাউলৌ অসি থোকখি।

লালতকী ফালকপা মীসিং অতুকী মলক্তা হিনতু (হিন্দু) মখৈনা লমাংতোং চোথে য়াংপিতা খুল তাহল্লে অতুকা মুসলমানমখৈনা পাঙনতাপী (লিলোং) তা খুন তাহল্লে। সেলোই লমাংতোং চোথে য়াংপীতা লৈখিপা হিনতুসিং অতু অহানপতা সাকতা থল্লমা (শাক্ত ধর্ম্ম) চংলম্মই অতুপু মমৈতা মীতে লিকতা তিনখি। মীতে কংলৈকী মফম খুতিংতা মীতেকী

য়ুম্নাক সাকৈতা, সলাইতা তিনতুনা খুনতা-লৈতাহনখি। মখোয়সিং অতুপু নোংচুপ হালম হায়না খণ্ডনখি। লিলোংতা খুন তাহনখিপা মুসলমানসিং অতুপু পাংকালা (বাঙ্গলা) লৈপাক্তকী লাকপনি হায়তুনা মতম অতুতা পাঙলা (বাঙলা) হায়না কৌনৈ। মমৈতা মীতৈলোল চৎনপী মতুংইন্না লোল থৈখলক্তুনা "মীতৈ পাঙল" কৌনখি।

## মুসলমানসিংনা মীতৈ পাঙল ওনখিপা

সানোংপকী লাল লৌইলপা মতুংতা ফাহৌপা লানফা মুসলমানসিংপু মখোয়কী মলৈপাকতা হনখলো হায়না থাতোকপিখলাপতা মফম অসিকী লৈপাক লৈহাউ য়ামনা চেনপা অমস্তুং নিংথৌনা মীপুম খুতিংমকপু চপ মান্নবা চানপীপা মতৌ উপতকী মখোয়কী মমালৈপাক মলমতমতা হননিংখিতলে। মখোয়না ইনিংথৌ খাকেমপকী মফমতা মীতৈ লৈপাক অসিতা অস্তুম লৈচালাকে হায়না হায়চালকলপতা ইনিংথৌ খাকেমপানা য়াপ্পিলক্লে। নখোয়না মীতৈ কংলৈতা মুসলমান ওইনা খুন্ডা-লৈতাতুনা লৈপতি য়ালোই, মীতৈ ওইনা লৈপতি য়াকনি হায়না য়াথং পিপিখলে। ইনিংথৌ খাকেমপনা মপুথৌ লোয়মপাকী সিনফম য়েনপকী লাইলিক "লোয়মপা সিলয়েন" কী পথাপ মতুংইন্না মীতৈ কংলৈতা লৈলিপা মীতৈ পাঙলকী য়ুমনাক সাকৈসিং অসি মখোয়না লৈলুপা লম অমস্তুং মখোয়না তৌলিপা সিনফম য়েংতুনা লেপ্পলমই। ইনিংথৌনা মখোয়তা মীতৈ নুপীসিং পিতুনা মীতৈ কংলৈতা লৈতানা লৈনপা সিন্নপিখি। মখোয়সিং অতু হৌচিক হৌচিক্কী খণ্ডনলিপা লম পাঙনতাপী, ময়াংখাং অমস্তুং লিলোংতা লৈহনখি।

মীতে পাঙলসিং অসিকী য়ুম্নাক সাকেসিং ইনিংথৌ খাকেমপনা পীলমপসিং অতূতি মথাকীসিং অসিনি। ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১) অলিপম (অরিবম) | — | ঈহান হান্না মীতে কংলৈতা খুন্তাখিপা। |
| ২) ঈফম | — | ঈ ইংখোলতা লৈপতকী। |
| ৩) খুন্নাকপম | — | য়াংকেই কালোংতা মায়খীপা ফংখিপা লানমীকী লুচিংপা মুহমত সানীকী মচা-মগুসিং। |
| ৪) খুৎহৈপম | — | খুৎ-সা হৈপা কাংপুসিং। |
| ৫) সঙকোম শুমপম | — | নিংথৌতা সংকোম কৎপতকী। |
| ৬) য়ুমখায়পম | — | মচিন-মনাউ য়ুম খায়পতকী। |
| ৭) কেলিময়ুম | — | কোলি (কেরি) য়োমপা কইচাউ (দোলাই) অমা খাকেমপা নিংথৌতা কৎপকী। |
| ৮) হবাই ইংখোল | — | ইনিংথৌকী হবাই ঈংখোলতা লৈপতকী। |
| ৯) সাইলেম (সাইরেম) | — | শাইলেম সাকেবী নূপী অমনা পাঙলতা ময়ুম পানখিপা মখোয়কী মচা-মগুসিং। |
| ১০) মৈইচিং | — | মৈইচিং চীংকী চীংখোংতা তাপতকী। |
| ১১) লৈসাংখোং | — | লৈসাংখোংতা লৈপতকী। |
| ১২) সাচৌপম | — | মচা নৌই-চাউপা নিপা অমকী মচাসিং। |
| ১৩) উলুপময়ুম | — | উলুপতা লৈখি হায়পতকী। |
| ১৪) মইপম | — | মইপা সাপা নিপা অমকী মচাসিং। |
| ১৫) থৌপালময়ুম | — | থৌপাল তুলেল ময়াতা তাই হায়পতকী। |
| ১৬) মৈইনাম | — | নিংথৌতা উচেক মৈইনা কৎখি হায়পতকী। |
| ১৭) চেসম | — | চে সাই হায়পতকী। |
| ১৮) ফুনতলৈময়ুম | — | ফুনতলৈ খেৎতুনা উ শুঈ হায়পতকী। |

| | | |
|---|---|---|
| ১৯) পকিময়ুম | — | উলোক ফায় হায়পতকী। |
| ২০) থোংথোংময়ুম | — | থোংথোং সাই হায়পতকী। |
| ২১) নোংসা য়াইপম | — | নুংসাতা য়াইতুনা লৈ হায়পতকী। |
| ২২) সিংকা (সিংগা) খোংবম | — | সিংকা খোংপকী সিনফম তৌপকী। |
| ২৩) মনসম | — | মন তৌপা নিপা অমকী মচাসিং। |
| ২৪) কৈনৌময়ুম | — | কৈনৌতা লৈখি হায়পতকী। |
| ২৫) কলম ময়ুম | — | কোনোক নুপীনা পাঙলতা ওংখিপতকী। |
| ২৬) পাসি ময়ুম | — | পাসি (বাসি) খোংপতকী। |
| ২৭) ফুসম | — | চফু সাই হায়পতকী। |
| ২৮) পুখিময়ুম | — | ইনিংথৌকী পুখলি সগুতুনা লৈ হায়পতকী। |
| ২৯) তৌলাইপায়পম | — | তোলাই পায়পা লোয়সংতা থপক তৌলাই হায়পা মখোয়কী মচা-মগুসিং। |

## অনৌপা য়ুমনাক

| | | |
|---|---|---|
| ১) মককময়ুম | — | মোকলপুপা (মকক) তবী লাকই/থোকই হায়পতকীব পাইখোমপনা থোনখিপা। |
| ২) মেরাইময়ুম | — | মির সাহেবকী ধারা চলাইলোমপনা থোনখিপা। |
| ৩) য়াংখুপম | — | য়াংখমপা হায়পা অমকী মমিংতকী চলাইলোমপনা থোনখিপা। |
| ৪) ময়াংময়ুম অরিপা | — | বংলা লৈপাকতকী লাকই হায়পতকী কমফিসিংহনা থোনখিপা। |
| ৫) ময়াংময়ুম অনৌপা | — | সিলেটতকী থোরকই হায়পতকী চন্দ্রকীর্তিনা থোনখিপা। |
| ৬) লোংজাইময়ুম | — | লোংচাইতা লৈপতকী মালচিং সিংহনা থোনখিপা। |

নিংথৌ খাকেমপা সনা হাকতক্তা কংলা কোনুং উলেপ উয়ুং তমনপকীতমক্তা মাইচৌ কোনোক থেংকলা (গোনোক থেঙ্গ্রা)পু কৌতুনা উলেপ পুংফম য়েংহল্লি। মতুতা থেংকলানা নিংথৌতা হংকংলি। ইনিংথৌ ননাইনা হংকংচলিপা পুংফম অসিতা উলেপ উয়ুং তমলপতি সনাকী থমপান সোয়তনা সাংকনি। উলেপ য়ুংপা মতম খলা খেৎনপতকী সনাকী থমপান সাংতলে। মতুতা নিংথৌনা সাউতুনা থেংকলাপু শুকুনুতা থেংকলাপু শুকুনুতা অঙাং ওলহন্নপা সনা য়াথং থাখলে। থেংকলানা হায়পা পুংফম অতু চপ চানা মীতৈ পাঙল অমনা লফু পামপী অমা মাকী ইংখোলতা থালমই। খুতক্তা সনাকী থমপাল সাংখলে। পাঙল অতুনা সনাকী থমপাল অতু হেক্তুনা ইনিংথৌ খাকেমপাতা উপাতা অমসুং পাঙল অতুকী ব্রালী তালুপতকী নিংঙমততুনা খুতক্তা কোনোক থেংকলাপু কৌখৎলুনপা যাথং পিলমই। সনা য়াথং পুতুনা লাকপা নুপা অতুনা থেংকলানা ইসিংতকী ফাউকৎলকা উনলমই। নুপা অতুনা নিংথৌকী ব্রালম পুন্নমক মাইচৌতা তল্লমই অতুপু মাইচৌ মাতি ইনিংথৌকী যাথং লৈপাক তাহল্লমলোই হাযতুনা তুলেল অতুকী ঈলেলতা লুপথখিলমই। অমুক হন্না ফাউকৎলকখিতলে। মাইচৌনা লুপখিপা মফম অতুপু ঙসিফাউপতা মীযামনা থেংকলা ঈলেল (কোনোক ঈলেল) হাযনা খঙনলি।

**সনা লমচৈ** — নিংথৌ অসিকী সনা হাকতক্তা নিংথৌ অমসুং লৈপাক মীয়ামকী কান্ননপা লৌ ঈংখোল ওনপা হৌতোকখি। লম ওন্নপা সনা লমচৈ অসি নিংথৌসিকী মমাংতা পানখিপা নিংথৌ অতুনা লেপতুনা খুৎ য়েৎ থাংকৎলকা মতোনতা খুতোল মলি হাপলকা সনা লমচৈ অমা হায়না চৎনহলখি (চাউরাক্না ফুট ৬ লোম)। নোংমতা সন অমনা খোয়পা লম অতুপু লৌ সঙম অমা ওই। নিংথৌকী মচাসিংপু মতমতুতা পালী (পারী) কৌই। পালী অমনা চাপা ওকনপা লম অতুনা পলি (পরি) অমা ওইলমই। লৌকী লৌশাল লৌপতা সিচিন্ননপা ফৌ ওনপকী মওংসু হৌতোকলমই। ফৌ মুৎ (খুৎলাক/খুবাম) তলানিথোইনা উতোং অমা

সাই, উতোং তলাহুমতৌইনা লাইতং অমা, লাইতং মালিনা (মেরিনা) সংপাই অমা, সংপাই অনীনা ফৌ পোৎ অমা হায়না চংনহল্লি।

নিংথৌ খাকেমপা সনা হাকতক্তা তখেল (ত্রিপুরা) কী নিংথৌনা লোইপোৎ কালমই। মতম অতুতা তখেল নিংথৌনা খোং অমা তৌলমই। মতুপু হৌচিকফাউপা তখেলখোং হায়না খঙনলি। মতম অসিতা কপো খলান্নু খুল তাহনখি। কপোনা খুন তাপা মফম অতুপু কপো লৈকাই কৌই। মমৈতা মীতেকী য়েক-সলাইতা তিনখি। মখোয় অতুপু নোংপোক হালম (হারম) হায়না খঙনখি।

নোংপোক মৈলম মাইকৈতা মীতে মলিংকী খোইপুচীংতা লৈখুল-লৈহো (শুরুং) অমা ফাউই। মফম অতুপু পাখঙপকী লৈখুলনি হায়পা খঙনপকীতমক কিয়ামপা, মোংয়ামপা অমসুং খাকেমপা অহুম অসিনা নুঙ অহুম য়ুংতুনা থনমই।

**খাকেমপা পাল্লি** — খাকেমপনা খাকীকা লোয়ননা পল অমা থোল্লমই। অতুকুমপা পল অতুপু ঙসিফাউপতা খাকেমপা পাল্লি হায়না মীয়ামনা খঙনলকলি।

**বায়েনসঙ** — খাকেমপা সনা হাকতক্তা মীতে কংলৈপাক্তা বায়েন-থৌতা তৌনপকীতমক বায়েনসঙ য়ামনা লিংখৎলমই। ইনিংথৌনা লিংখৎলল্লিপা বায়েনসঙ ময়াম অতুপু খাকেমপা লোইসঙ হায়না খঙনৈ। লোইসঙ অতু মীয়ামনা খাঙচেং হায়নসু খঙনৈ। বায়েনপকী মতমতা বাসকপকী মওংসু চংনলমই। অতুনা কনাকুমপসিংকী বায়েন চংথপা মতমতা বাসকপতা খাংচেংনা খঙপা ওইসনু হায়নৈ মলমতি নিংথৌ খাকোমপনা মাকী লোইসঙসিংতা তৌপা বায়েন খুতিংমক অচুমপতা তৌলমই। চুমতপা অলানপা কৈতৌনুংতা তৌখিতে। অসিনা মলম ওইতুনা বাসকপা মতমতা খাঙচেংনা খঙপা ওইসনু হায়লিপনি।

নিংথৌ অসিকী পুন্সিতা মমালৈপাকপু ফন্নাপা চাউখৎননপতা খনপা খবাইতকী হেন্না ফপা নিংথৌ অমা ওইলমই। মলুওইনা সা-লানতা সিচিন্নপা থাঙ-তা, মুক্না-কাংচৈ অমসুং তা খৌসা লাল, তেনতোংতা

লংপা অসিনচিংপা কয়া কুপনা নৈনতুনা সিচিন্নপা, লৈপাক মীয়ামপু হৈনপা তমপীপা, সকোল তোংপা লানমীনা থাঙ-তা, তেনতোংতা লংপা তমপা, ঈসিংকী লালতা হৈসিংনপা হায়তুনা নিংথৌ মসামকনা হি হোনপা য়াওতুনা থবাই য়াওনা তমপীখি। মহাকনা থবাই য়াওনা হোৎনখিপা মলমতকী মীয়ামনা মহাকপু "সনা হিহোনপা" হায়না কৌলম্মই। হিয়াং তান্নপতা হিলৌইসিংপুন্থু লালকী লালওং ওইনা কুপনা য়েংসিল্লম্মই।

কংলাকী নোংপোক থংপা সন্নথোঙতকী ঈলিল তুলেলফাউপা থাঙনা পাৎ (তুলেল অহলপীস্থু কৌনে) তৌতুনা কংলা কোনুং অকোয়পকী থাঙনা পাৎ (হিনা পোৎথাঙ পুনপা পাৎ) কা সমনহনতুনা হিনা পোৎথাঙ পুপা য়ানপা অমতি সা-লালতা ঙাকথোকনপকীতমক সেমলম্মই। থাঙনা পাৎ অকোয়পতা ঈসিং থন্না পুসিল্লকা হিয়াং তান্নহন্নুনা ঈলৈপাক মচা অপুনপা কুমহৈ য়েংহল্লম্মই।

পালচা কুমসিং ৩০১২ শুপতা লৈপাক্কী ললোন-ইতিক, সেল-থুমকী লমতা চাউখৎনপা, খুৎ-সা হৈপা হেনকৎনপা নুমিৎ খুতিংকী নোংমকী লেপতনা কাপা কৈথেল ১০ (তলা) লিংখৎতুনা মতুতা মীয়ামকী পোৎথোক, খুৎ-সা হৈপতকী পোকপা পোৎলম কয়া লৈপা-য়োনপকী থপক তৌহলতুনা কৈথেল চাউখৎনপা হোৎনপতা পুক্লিং থৌকৎপিলম্মই।

সননা কৈথেল (কৈথেল অচৌপা) – ইনিংথৌ খাকেমপা সনা হাকতক্তা লৈসেমঙৈতকী লৈলক্লপা সননা কৈথেল অসি কংলাকী নোংচুপ থংপা সননাথোঙকী মনিং, ফৈতা পুঙকী মমাংথংপা, ফৈতা পুঙ, মপান কাংচৈপুঙ অসিকী অবাংলোমতা পাক-চাউনা কৈথেল সঙ মচা মচা কয়া পরেং-পরেং সাতুনা সননা কৈথেল (কৈথেল অচৌপা) কৌতুনা পাক-চাউনা সেমতুনা কাহল্লম্মই।

মচিনঙৈতকী মীতে কংলৈতা লৌ-ইংখোলকী কংকৎ (খাজনা) ওইনা লৌলিপা মহৈ-মলোংকী, ফৌ-চেংনচিংপকী মহৈ মলোং পোৎচৈ পুন্নমক

লৈপাক অসিকী খুংকং-খুংকং অয়ামপতা কোৎ (কৈ) সালাকা লৈতুনা থমলমই। মতুনা সনা কোনুংকীস্থু শিচিয়ে লোয়ননা সা-লান থোক্লকপা মতমতা লানমীসিংনা চেংচেল (চেংজেল) ওইনা পুনালমই। কলি-কলিকুমপা মতমতা চাক তাংতুনা লৈপাক মীয়ামকী ওইনা অৱাপা-খুতোংথিপা তালাপা মতমতা নিংথৌনা মমল য়াউতনা লেমনা লৈপাক মীয়ামতা য়েনপীতুনা অৱাৎপা খুতোংথিপা তালাপসিংতকী কনপিলমই।

**কংকৎ (খাজনা) লৌপাকী মওং ঃ- ফৌ ওনপা**

| | |
|---|---|
| মুৎ (খুৎলাক) | ১২ না = উতোং ১ |
| উতোং | ১৬ না = লইতং ১ |
| লইতং | ২ না = লিখায় ১ |
| লিখায় | ২ না = সঙপাই ১ (উতোং ৬৪) |
| সঙপাই | ২ না = পোৎ ১ |
| চেঙ ওনপা – মুৎ | ১২ না = উতোং ১ (উতোং মিলুক) |
| উতোং | ৩০না = চেঙকোক ১ (চেং ১) |

মী অমনা অয়ুক নুমিতাংতা চাউলাকপা চেঙ উতোং ২কী চাক চাকনি। অতু ওইলপতি মী ১না থা ১তা উতোং ৬০ চাপা তালে। ফৌ সঙপাই ১না (উতোং ৬৪) সমলপনা চেঙ উতোং ৩০ থোকই। অতু ওইলপতি ফৌ সঙপাই ১না চেঙ চেঙকোক ২ থোক্লনি। মী ১না থা ১তা ফৌ সঙপাই ২ চাউলাকনা চাকনি। অস্থুম্না লেপ্পলকা মী ১না চহি ১তা ফৌপোৎ ১২ হায়পতি সঙপাই ২৪ লোম চাকানি। অস্থুম হায়না লেপ্পলকা অতুকুমপা ফৌপোৎ ১২ অতুপু লৌ পলি (পরি) ১কী হায়পতি ফৌপোৎ ৪৮ (১২x৪) থোকপা মফম অতুকী কংকৎ (খাজনা) ওইনা লৌই। মসি খাকেমপা নিংথৌকী সনা হাকতক্তা হৌতোকখিপনি।

নিংথৌ অসিকী সনা হাকতক্তা কবাক (ক্বাক) তানপা মতমতা অথৌপা ফমনাইপসিংপু কাই (দোলাই) তোংপাকী চৎনপীসু হৌতোকখি। নিংথৌকী থৌকন তৌপা মতমতা কোকয়েৎ য়েৎপকী চৎনপিসু নিংথৌ অসিকী মতমতকী হৌখি। থপক শুপা মতমতা ব্বলাতুনা পোৎথাপা মতমতা হিতাক থক্কা পোৎথাপসু হৌতোকখি। ইনিংথৌ সনা হাকতক অসিতকী নোংমৈ সাপকী থপকসু হৌতোকখি। য়ুম অমতি সঙকৈইনচিংপা সাপাতা খুতোংচানপা সনা য়ুমপী হাপ্পকী থপকসু হৌখি। চেক্কী য়ুম সাপকী থপকসু হৌথোকখি লৈইননা সনা কোনুংকী অকোয়পতা চেকপন চনখৎতুনসু থমখি। মহৈ-মসিংতা হেন্না হৈপা মীসক্তা অথৈই-অহেনকী মনা পিতুনা পুক্লিং থৌকৎপকী থৌলম কয়াসু হৌতোকপিখি।

## ৪৭—খুনচাউপা

খুনচাউপনা পালচা কুমসিং ৩০৪৯ (খৃঃ ১৬৫২) তা চহি ১৪ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লমই। খুনচাউপা মচা পোকতে। মনাউ ঈপুংঙো তোনামপানা পালচা কুমসিং ৩০৫৪ শুপতা মচা ঈপুংঙো পাইখোমপা পোকই। মতুংতা মনাউ তোনসেনঙমপসু পোকই।

পালচা কুমসিং ৩০৫৭ শুপতা মনাউ ঈপুংঙো তোনামপকা থিংপা কালোংতা (থিংবা কারোং; মলাম কাংপুকা অকনপা লাল সোকল্লমই। মলামনা ঙমতুনা মনাউ তোনানপকী তাংচা লুলেল কক্তুনা পুখিলমই। মতুকীতমক মাকী পুন্সিতা নুংঙাইতপা অমা মতম চুপ্পতা লৈলমই। মহাক মসামকনা মনাউকী মংসৎ তানকে হায়পা মপুক্লিংতা চপ য়ুংনা খল্লমই। অতুপু মীনা নিংপনা অমা লাইনা তমপনা অমা হায়পতু তালমই। অসুম্না খন্না-খন্না পুন্সিকী মতম কয়া হৌখিলমই। নিংপা কায়লপা নিংথৌ মপুন্সি তেল্লকপনা মনাউকী লমন সিংপা ঙল্লমতনা পুন্সি পিখল্লমই। মহাকনা নোংকাতলিঙৈতা মনাউনুপা তোনামপনা পোকপা মচানুপা পাইখোমপপু মচা সকনা য়োক্তুনা লুনা-চান্না তৌপিলমই। সিলমতাই মিংকুপ্তা মচা সক্লপা

পাইখোমপতা মপা তোনামপকী মংসং তাম্নপা কম্না তাকপিলমই অতুকা লৌইননা নিংথৌ খুফমন্দু সিন্নখিলমই।

## ৪৮-পাইখোমপা

পাইখোমপনা পালচা কুমসিং ৩০৬৩ (খৃঃ ১৬৬৬) তা চহি ৩২ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। পাইখোমপা মচা পোক্তে। মনাউ তোনসেনঙমপপু ঙমথং হাপ্‌ই। পাইখোমপা মচা পোকতপা মলমনা মনাউ তোনসেন ঙমপনা পোকপা চলাই লোমপপু মচা ৱোইনা নিংথৌ খুফম পীলমই। পাইখোমপনা নিংথৌ ওইলপতা মপা ঈপুংঙো তোনামপকী তাংচা লুলেল মলাম খুলাকপনা পুখিপতু লৌইনপা মনাই-মসন কনা য়াউতনা মথন্তা চংখিতুনা মলাম খুম্নকপকীতা মচানুপী ঈঙালৈকা ৱাসক-পলৈ থমনতুনা মপা ঈপুংঙোকী মকোক্কা লোয়ননা ঈঙালৈপু পুতুনা মীতৈ সনা কোনুংতা হন্নক্রমই। পাইখোমপনা হায়নখিপা মতুংইগ্তা মলাম নিংঙোল ঈঙালৈপু লৈমলেল হাপকে হায়পতা লৈপাক মীয়ামনা য়াখিতে। মীয়ামনা ঈঙালৈ লাংকোন লাইলেমপীকা তিন্নতুনা নোংকাখি। ঈঙালৈনা নোংকাখিপা মফম অতুপু তলুঙ (তরুং) লাইলেলপী কৌতুনা খুপম য়াখিলমই।

## ৪৯-তুপী চলাইলোমপা

তুপী চলাইলোমপানা পালচা কুমসিং ৩০৯৫ (খৃঃ ১৬১৭) তা চহি ১২ নিংথৌ ওইতুনা পানখিলমই। মীতৈসিংনা নিংথৌপু লাইকী মতিক-ময়াই লৈপা লাইকী মচানি হায়না লৌনলমই। মলম অসিনা মইচৌসিংনা নিংথৌ অসিকী মমিং লাইকী মচা লোমপা (লৌইবা) চলাইলোমপা হায়না থোনখি।

কোইলৌ মঙান চায়লিঙে মীতৈ কংলৈতা ঈনিংথৌ তুপী চলাইলোমপা মতিক-মঙাল ফললমই। লাইকী নোংতম তালকঙে তুপী লাইলেল লমথোকপনে। নিংথৌ ৱালুম – সামু ৱালুম কিন্তপনা চোথে

খুল্লাকপা ঈনিংথৌকী লোইপোং থওইতলে। লোইপোং খোমকে খল্লা মাল্লং খমকোন কল্লা মেপী মেলেল থোকনা ঈনিংথৌ চলাইলোমপা মনাই-মসন খলাকা চোথে লম পাংলক্লে। চোথে চাংমাই বায়থুংলপতা খুল্লাকপাকা ঈনিংথৌকা মায়োক্লখলে। হৌনা-লোনচৎ, থৌকল্লোল-পেফলা (থৌগল্লোন-ব্যবহার) কায়নলকপতকী [illegible] হাকথেংনপা লাল তৌতুনা নুমিৎ হুমনি চুপনা সোক্ললে। হুমনি শুপ্রকী নুমিত্তা চোথে খুল্লাকপা মপুংফানা মায়থিপা পিখলে। থবায় মাপু পামুপতকী লোইপোং পিচলাকে খন খোঙলোয় খলাকা লোইননা ঈনিংথৌতা নোনচখলে।

চোথে মলানয়াইত্তা হুইনা কমনা সাংচলিপী "চাইপী" কৌপী মমোম ঈপেম্মা পামৈ সাওক্লা লেপলক্লে। নহা ওইপকী মলুক্লা থোইনা হেন্না মীথেঙ্ক-মীহেনলিপী মমোম ঈপেম্মাসি ঈনিংথৌ চলাইলোমপাকী প্লাক্লইতলপী-প্লাক্লইতলপা লমপাক্লম লাকলে। তপী চলাইলোমপা নুচা মাপু নক্লনা কনাপুল্ল উপ্পিতলে। পোইলেহাপু উনাপতা চোথে খুল্লাকপক্লে, মীংসনা থমপালদ্বা তলং লাইচ ঈনা সৌখলে। মথক্লা মচে অমা সাংচতলাপী মখাত্তা মনাও অমা পোমচতলাপী মমোমপু খুত্তাং হংলাক তোয়না ঈনিংথৌ চলাইলোমপত্তা খলাইথত্তা লৈহাপু, লৈলোং লাইত্রা কুংপুকুম কৎচখলে। চীংঙু থৌচাল্ল অকলপা অম্বুম থোক্লনি খনতেতো। নিংথৌ মনাই অচানপা চাউপনা খোঙলোয়তপু ওইচলে। ঈনিংথৌ চলাইলোমপনা মসানৌ ঈপেম্মা চাইপীকা খোঙলোয় ওইনা অঙমপসিংকা লোয়নতুনা কংলা তমনা হলবাইলক্লে। লৈপাক্কী কোলোয় ময়াথংনা চোথে খুল্লাকপকী মমোম ঈনিংথৌ চলাইলোমপকী লৈমা ওই লমলেল লমনুংসি কংলাতোংপী মফমতা মেনফমপু ওইহনখি। অতু নোংতকী লমলেল অতুপু কংলাতোংপীও কৌখি।

নিংথৌ নিরাং তৎফলোই মীতেলৈমা ওইনিংঙাই কনা লাইপাক চাউপী মীতে-চনু চলাইলোমপকা লুহোংনপা লৈপাক চংনা হোৎনপপু মালেমপুম্বা তাখলে। লৈপাক মীয়ামকী মীৎয়েং নিংথৌনা খাংঙমতে। নালেত্রা ফাক্লকপত্তি অনফানি লেপখিপনা লাইপক ফনা-ফনা লাইপক থীপী ওইলপী চাইপীপু লোংপোক ইংখোললতা মতম খলা ইয়োক্লনা থমপীক্লে।

নিংথৌক্রী থৌন্নাতি চিনখিপনা চাইপী মসাইকোন্তা তোয়না লাকখিতলে। অঙ্কপা থৌতৌনি, মহু চাউলপা ময়াংকী লুচিংপা পীসনু কোসামী (বৈষ্ণু গোস্বামী) থংলনে। পীসনু কোসামী পন্থপা তৌতনা চংচফম থিলখি। টানচা চালে খন্তুনা মীতেক-মীলৌ লৈচতন্নাপী লৈপাক্কা মাপু খমপন্নাপী "চাইপী" মসাইকোন্তা লোম্না থুপ্পা ময়াংনা চংচখি। চাইপী মাপু লৈপাক্কা লংনা-থোং থিংপীপা নত্তে, লানফা ওইলুপতিনা অস্থুম থোকউ তমখিপনে। ঈনিংথৌ তুপী চলাইলোমপনা লানফা নত্তে হায়খিতপনা অলালপপু থোকপনে। লৈপাক্কা বাঙোলন থেঙ্গাক্নে। শান্তিময় হিত্তেলখপাতা ফেতা হিতং মন্তমাঙতা তলেং সেনপুং য়েপতি বাংকোল পুন্তিচাউ ফুপতি সনা লিক্রাই মলুকী তুপী মলু থাপতি হৌতেতে। সেনপী মুকক্নে মলুমা থাপতি হৌনেতো সেনক্পা নাকোং খুতিং সীংচা য়েলনে। ফেতাসংতা বালকপতি (বারকপদি) নিংথৌ সনা কোনুং থাইচিল্লনে। নৈমা নিংথৌনা নাপ্পা চিক্রা বাতানলে। লিলন্থ সিনপা চেঙুন্থ তেত্তলপা মলমপু থিলক্নে। লৈপাক কনা খঙতনা মকেং থাংকাল খুন্নাকপিতা অলোলপা লমপী তাকপিখলে। লৈমনা নুপা পোক্নপতি খুন্নাকপি মংমা মতম থলা মচা সক্না নাউয়োকলকউকো। মতমকী খোংবাইনা ফলকপত্তা নিংথৌ এ্রনা লাঙ্তুনা লৌলকে হায়পিলে।

অঙ্কপকী থৌতৌনি চাইপী বাংকোলসঙ কুমলে, মপালি সকথৌইপা অমপু অহিংকী তাংলৌ পুংফমতা ফংচলে। থিনথপা তৌতনা নাবা ওইপা মহাকপুনা মকেং থংকাল খুন্না থৈথখলে। লৈপাক ঈসৌ কোক্নপা পোকখিপা অঙাংপু খৌতৌ নুংকুম্নে, অলেমপা ওইলে হায়চিনখি। লৈপাক খঙহন্তনা পাউলৌ-পানথৈ তৌনে। চাইপীনা খুন্নাকপিকী মফমতা হৈখিপা অঙাংপু হেক-হেক পাউ তৌইচে। নিংথৌ সেনপা সেলুংপা মাপু খঙহন্তনা য়েনপী য়েনাউ য়োকখিপা য়েনপা য়েনখোং তৌইলে, য়েনপা কাংতোং ফালক্নে অস্থুম্না অলোলপা বাপু ঙাঙনলে। লৈপাক মীয়ামনা কাউনলমলকনি খন্তুনা চলাইলোমপা নিংথৌনা থাংকাল খুন্না লৌইপোং থৌপা সাতুনা চংখলে। তুপী চলাইলোমপা থাংকাল চীংচাউ কাতুনা লৌইপোং থৌপা সাতুনা চাইপীনা পোকখিপা অঙাংপু মমান্নপা লৌইনপা খলাকা সনা কোনুংতা

পুলক্লে। কোনুংতা থাংকান মচা সাতুনা লোয়সঙ লিংতুনা থমখি। মতুকীতমক মখোয়না লৈননপা সাপা য়ুমপু "হৌমচা সংলেন" হায়না কৌনখলে। চাইপীকী মচা অসিপু নিংথৌনা যামনা থেইনা নুংসিখি। ঈনিংথৌ চলাইলোমপানা নবা অঙাং অসিপু পামতসিন্না পুলকপা হৈনা-সিংনা য়োকখিপনি খঙননপা "পামহৈপা" হায়নপু কোলোই মিংথোলপীলে। পামহৈপকা লোয়ননা থাংকাল মচা অনী অমস্থু মীতে য়ুমনাক ওম্থোকপিখলে।

পামহৈপা নোংমা নোংমকী চাউখৎলকপনা সালেপ কাংতোন ফালক্লে। লৈমা থৌকল তৌচখিপা সেলুংপনা নোংমকী কৌইলৌতা অঙাং মাকী অলোনপা লিখুনপুমপা খঙচখি। চাইপীকা সেলুংপকী খঙতোকনতুনা সেলুংপকী মমোম চনু নুমিৎ লৈমপু লোন্না পিনলে। লৈপাক্লা থাংকাল মচানি খঙনপসিতা নিংথৌ চলাইলোমপতি পায়মা বাখল লৈতাফম খঙখিতলে। অঙোম চনু মাকী থৌইনসিন্না চাইপীপু সনা কোনুংতকী খচিক লাপথোকহনপিলে। চাইপী পুক্লিং নুঙসি মৈওমতুনা সেলুংপকা চাইপীকা লোন্না বা তান্নলে। নোংমা অহিং তাংলৌ অথেংপতা সেলুংপকা চাইপীকনা বা তান্নফম সঙলেনতা বালম অচেৎপপু তান্নখলে। পামহৈপপু চলাইলোমপনা পোক্তে হায়পপু মসামক্তা খঙহন্নপতা মীতে কংলৈকী নিংথৌ ওইহন্নোইতৌপকী মলমতা ইনসিনপিলে। সেলুংপনা মমাকনুপা ওইপা পামহৈপপু নিংথৌ ওইহনকে খনপতনা মাকী মথৌ ওইখলে। চোথে খুন্নাকপকী মমোম লৈমলক্তকী ইন্থোকপিলপী চাইপীকা হন্না হন্না বা তান্নখলে। অফোংপা মলমততি ওইপা ঙমললোই খন্নতুনা অলোনপা লমপীতা ওইনা খন্নক্লে। লাইকী নোংতমখোন্না তন্নকপপু কনানা থৈপা ঙমলুকনি। চাইপী, সেলুংপা, পামহৈপা মখোয় অহুমনা অঙকপা থৌলাংপু তৌকতৌলি।

তুপী চলাইলোমপা নিংথৌতি মমাং কৌপা নুমিৎ হুমনি কৌইলৌ অমতা তাকনাখাতা থমচেং চাপা চৎলুপনি। তাকনাখাকী ঈলেল ঈপাক ময়ায়তা নালেং ঈপোম সাহমলকপতা খঙহৌতনা চলাইলোমপনা তেন কামপসিনখি। তেন্না থাপতা লাইচা ইলোন্নুংতা অকিপা খোম্থোক্কা লোইননা

ঙংলতুনা চিকমাংনখি। খবাই কেকুনা থৌতৌ অতু য়েংপতা নিংথৌ মফমতা তাকপিখি। ঈপুথৌ পাখঙপকী পাফল সাথোক্লিঙৈতো য়াখোয়না চংলুপনা তৌপনে। হৌচিক নপুথৌ সউম ফংলপনিনা নিংথৌ পুন্সি ময়েং তালাকনি। লমতম লমলেন অসিপু লমনুংসি তাকনাখা "পুলুক সৌপিও" তৌনা কৌখিয়ে। থৌতৌ অতুপু তিনকোক লাইকোক্লপা খবাই কেকু মাইচৌনা ঈলাৎ থৌপু তৌপিয়ে। ঙসিতকী কৌইলৌ সিংপুম নুমিৎ হুমনি সুচিনখলাপনি অতুপু কনানা খঙকনি লাইকী নোংতমতি সোয়তনা তেনপাম্লকনি, হৌচিক হৌচিকতি পাম্লক্তলি। তুশুক খুন্না কংলৈপাক্তা লাল তাম্লক্তুনা সনা কোনুংকী নোংচুপ থংপা সননাথোঙ য়ৌসিল্লকলে। কৌইলৌ নুমিৎ হুমনিকী পুংফম খলাতা মঙাইলক্লপতা সনা কোনুংকী মাঙলাক্তপা অতু উলক্লতুনা লাইনিঙফমতকী চলাইলোমপা নিংথৌস্না তুশুক্কী লাল তালকপা অতু মায়োক্লপা থোলকলে, অকনপা লাল লাম্নতুনা চায়নলক্লে। লাল অতুপুতি ঙম্লে, অতুপু পুংফম বাৎনা থোক্লকপতি কলম হায়না থোক্লকপা সনা কোনুংতা হনচিনতুনা লৈখি। অস্নুম খন্না হিপথখিপতকী খোমলেন মীকপ থোক্তলিঙৈতা তুমখুল হুল্লিঙৈতা পামহৈপনা মখুত্তা থাঙলেল পায়তুনা থচিন তম্না থিনথৎলে। মকু ঈপুংঙো সেলুংপস্না তা-পাংলালে। চলাইলোমপা নিংথৌনা সিলমতাইমক্তা সেলুংপপু নিংথৌ হাৎপলা হায়না হংপতা পামহৈপা মখুৎতা থাঙলেল ঈনা ইতৈ-তৈনা লেপ্লমপতু উলকলে। পামহৈপপু কৌসিন্নুনা নিংথৌ ময়াথং পিপিখি। "হয়েং তুংলমচংকী মতমতা নিংথৌ য়াকনা (ঐহাক্না) ওইখিপকুম নহাকস্না থোক্কনি হায়না পামহৈপতা তাকপিখলে। ঈপানা অবা তোংতৌই নিংথৌপু পলেমকী লমন সিংকে থৌলাংপা ঙমলমতলে। পালি (পারি) নংনা পলেম চকপা মখাউঙমপীকী লমন সিংলকউকো।" বাহৈসিং অসি হায়লমলকা ইনিংথৌ চলাইলোমপা নোংকাখলে।

নিংথৌ সনা হকচাং ঈলিলে হায়চিন্নুনা কোনুংতা কনামতা খঙহন-উহন্তনা থম্লুপপু মালং হাংচিক লাংকে হায়লে, তুশুক লমপী লমসিনকে হায়লে হায়চিন্নুনা মখা হোপা বাকী কাইথক (দোলাই) তা ফিঙৌনা কুপ্না

পুথোক্লক্লে। চমং হাপ্লে, পুং-সেন য়েরে। ছলাইলোমপকী সামু হকচাং অতু পুতুনা লাকপনা খবালমপল লাপ্লক্লে। নমপুন থোং লাপ্লমতাইতা নিংথৌকী সনা হকচাং মখাথংপা অহোপতকী তালক্লে। কলম হায়না তালক্লিপনো হায়নপতা নোংখোংতনা খাক-লাউপতা নোংমৈ-সিংচং (ব্রজা) তায়য়ে। তুপী চলাইলোমপস্থু থক্কী তেন্না পাপ্লে হায়না সৈসক্লে। কৈথেল কালকপসিংনা হায়খিপতি কনানস্থু থওইখিতে, থক্কী তেন্না থাপতি তুপী হকচাং নত্তেয়ে। নমপুন খোংপান্তা হৌপা পামেল উচাউ খোংনাও অতুপু থক্কী তেন্না থাপনে। য়েইপু য়েইহে কোনুংখনপা পুম্নমক্না বালম খিপিক অসিপু লোলনা থুপনা ফিপুনুংতা থনমখলে। থক্কী তেন্না পান্ডুনা খবাইলমপল লময়ায় সমকে হায়লপতা তুপী নিংথৌ য়াইপী থবাই থাপনে হায়চিনপিপনা লৈপাক্লা ঈসৌ লাংহৌলে। অতু নোংকী থবায় থানফম মফম অতুপু লমলেল "ঈসৌপুংও" তৌনা কৌয়ে।

লাইকী মতিক-ময়াই লৈলমপা মীতে কংলৈকী নিংথৌসিংকী লাংওন মতম মতাং অসিতা লৌইখলে।

••••••

# অনীশুবা তাংকক

(মেণিপুব নিংথৌসিংগী মতম হৌবে)

## ১—পামহৈপা (গোপালসিংহ, গরিবনিবাজ)

পামহৈপনা পালচা কুমসিং ৩১০৭ (খৃঃ ১৭০৯) তা চহি ৩৯ নিংথৌ ওইতুনা পালমই। নিংথৌ অসিকী হাকতক্তা নোংচুপলোমকী ময়াংমখৈ ফুম নোম্লে। সিলেত মপুংয়াইতকী লৈফম খঙতা চেল্লকপপু পোইলে মীতৈ কংলৈতা চংচফম ওইনখলে। কোসামী সাইওনপা সান্তিতাস থাকুলা (সান্তিদাস থাকুর) না নরানদাস, গোপালদাস নচিংবা অথৌইবা খোংলোই ওইরমই। ময়াং গোষাই অসিবু অহান্বা উবমক্তদা পামহৈপা নিংথৌ নুংঙাইবদা ঙমখৈ লৈখিদরে। য়ারে মফম চাবা অমা ফংলে হায়দুনা ময়াংগী মতাং তৌবা হৌরক্লে। পামহৈববু মতিক মগুন থাগৎলদুনা নত্ত নত্তবা থৌরম্বু তৌররে। ওইদ-ওইদবা বা ঙাক্তনা পরেং শাদুনা মীতৈ নিংথৌবু লান্না লমজিংবিগে খন্বনা মথৌতবু ওইখরে। ময়াংগী মচৎ উৎলক্লে, সান্তিদাস গোসাইনা নিংথৌগী মতেং লৌরগে হায়দুনা শেমজিন-শাজিন্বা বা ঙাক্তবু তাকপিরে। হে নিংথৌও পুক্লিং চংনা তাবিও, নিংথৌ নহাক্কী লৈপাক্কী অথৌইবনি হায়না হায়রিবা লাই সনামহিনা ঐবু কৌথোক্লরে। লম্মৈইবা ইঙক পায়না লাকচ খুদুম চন্না সনামহি অথৌইবনা পুরকপনে। ময়াং মহুচাউবা সান্তিদাস কৌবনা অরেপ্পা লৈতনা হায়রক্লি। হে নিংথৌও লৈপাক অসিগী তিনখোং-লাইখোং ফননবা নিংথৌ নংগী কোনুংদা লম্মৈইবা ঐবু থম্বীয়ু অদুম তৌরবদি নিংথৌ নমান্নবা মরক্তা নুমিৎকুম মশোং চাউনা নথন্তা ঙানগদবনি। ময়াং মতিক অরুববু নিংথৌ খজিক খঙখিদে।

কুমজা কুমসিং অয়াম্বা হৌখরে। ময়াং মতাং হৈবনা মীতৈগী মরোন নিংথিনা খঙলবগা মীতৈ মথক-মখা য়েংলক্লে। নিংথৌ মাগী মফমদা ওইদা পরেং শাবিরে। হে নিংথৌও নংগী লৈপাক্কী অরিবা লমচৎপু

হোংদোক্তুনাময়াং ঐগী ধর্ম্মবু চৎলগদবনে। নিংথৌবু হান্না ময়াংগী ধর্ম্মদা লাইমিং লৌহল্লে। নিংথৌ মাগা লোয়ননা লৈমা মখেবুস্থু ময়াংগী লোনচৎপু লৌহনখ্রে। শান্তিদাসকী মনাই অথোইবা গোপালদাস কৌবদা লাইমিংগী পথাপ লৌখিবনা গোপাল সিংহ হায়বা কোলোয় হোংজখরে। মীতৈ কংলৈদা "গোপাল সিংহ" হায়বা মিং অসিনা ইহান হান্বা বঙ্গালি ময়াংগী মিং থোন্বা হৌখিবনি।

পামহৈপা নিংথৌসি গোপাল সিংহ মিং লৌরুঙৈ লৈপাক্কী বাথিনগাইবু ওইররে। ময়াং মপৈ মপৈ লাকপবু মীয়োক-মীচান ফৈ হায়দুনা লাইর-অতোন-অতা তারবশিংবু নাউকোম্বীরে হায়দুনা নিংথৌ কোলোয়বু অমা অমুক "গরিবনিবাজ" হায়না সান্তিদাসনা থোনবিখি। ময়াংনা মনিংতৌনা থেম্ববু য়াদবা লৈখিদে। অদু নোংগীবু নোংচুপলোমগী ময়াংনা থেম্বা য়াই হায়দুনা খোংনাং থাবা মাইচৌনা মমিং অমা "নিংথেমজাও" তৌনা কৌখিয়ে। নিংথেম কোলোয় শৈশক্লবদি "পামহৈপা" ময়াং মশুংলাংগীনে খঙবীয়ো। নিংথৌ পামহৈপা ময়াং গুরু গোপালদাস গোসাইদা লাইমিং দিক্ষা ফংজরে। কোনুংগী লৈমরেল পুম্নমকস্থু ময়াংগী লাইমিং লোইনা লৌখরে। হাউবম সেলুংবদি খাইগী মচিন থংনবু লাইমিং অসি লৌজরে হায়বগী হাউবম মকোকপু কৌজখি। নিংথেম পামহৈপগী মকুইবুংঙো অথোইববু ওইখিবনা নিংথেম শঙ্গাইনুংদা অচিকপা ফম্বু পাইজখি। অরোম্বা অচেৎপা শারম-লাম্লমদা মহাক্কা কোম্নরা লৈবা ঙাক্তনি হায়বগী শগোল মকোকস্থু কৌয়ে। হাউবম শগোল মকোকনা ময়াংগী লাইমিং হান্না লৌবসি পামহৈপগী লৈমা অপাম্বীনা য়াবা কৌবা লৈখিদে। নিংথেম্না তৌরিবা ময়াং চৈথেং অকম্বা ওলাং ঈশৌ কম্না লাংজখি। নিংথেম পামহৈপনা লৈমা অপাম্বীবু বারক-চৈথেং লাংবিরে। লৈপাক কনা চংহন্দনা ইস্থোকপবু সান্তিদাসকী মনাই অচাম্বা গোপালদাস কৌবনা নিংথেমগী অখাবা মিৎয়েংবু চৈঙাক পীবিরে কনা হন্না য়েংবিনবা লৈত্রবদা।

মীতৈ কংলৈ মপুংয়াইদা নিংথৌ নদোম নুংঙাইনা লৈমা তরাগী মপু ওইয়ু তাকপিরে। ময়াংগী লিচৎ লৌরুবনা নিংথেম পামহৈপদি নত্তা লমচৎ

ওইররে। নত্তা লমচৎ মাংওইননা নিংথেম্না লৈমা তরা মাবু লোনখিবনি। লৈপাক্কী লোনচংপু থওইদনা ময়াং গুরু মবা তারগা মীতৈগী তুমন লুখাকমখেবু অপেম্বা মরমদা লৌজখি। মথং-মথং লৌরকপদা শকহেন্বী মীথোই-মীহেন্বী ঈরোম চাউবা মাগী মশানৌ থাশিং থাবুম মঙা খোইহজি খাগী মিহুল্লিবী থম্বাল মাবু থোক্লরে। লৈপাক বাথোক ওইনরে। কৌইরৌ শিংবুন তরেৎনি চংনা নিংথৌ মনাই অয়াম্বা চংনা মথংলেন মাঞ্জ মাবু হাত্তুনা থম্বাল মাবু কোনুংদা পুখরে। ঈরোম শাগৈ হৌরুবদা শাগৈ পিবা অহুম অমসু থবাই পিখম্নরে অরেম্ববু ওইরেদো। থম্বাল মাগী মবুংঙো চাউবা মথৌ মাগী তৌফম থোকপা তৌজদুনা নুপা থৌদাং উৎখিদো। নিংথেমগী গুরু মরুপ ওইরিবা নতুবা, কৃষ্ণদাস, বৈরাইগী, কলিকানচিংবা তম্বা মীকোক মঙা অমসু থাংলেলগী ময়াদা চংহল্লে। ঈরোম চাউববু য়াঙৈই শামুথক্তগী হুরান লাম্নাদা তাহুন তম্না হাৎতোক্লে। লাংবন থাগী ১০নি পান্বা নিংথৌকাবা নুমিত্তা ঈরোন তুমন মীরোম্লবীবু মশানা য়াবা লৈতনা নমদুনা লৈমলেল ফম্বাল কাহল্লে।

থম্বাল লাইবক থীবিনা লৈমলেল ফম্বাল কাদুনা সনা ফম্বাল তোংদুনসু কেরৌ অমত্তা মোমোন নোকচদে। অবাবা ফিরুক খুম্না পিবুক্লুংগী নবাবু খন্দুনতা লৈরকপনা লোইদাম থাবুম তরা শুরদুনা শকহেল্লবাম পারী অমা ফংজরে। লৈমলেলগী মচা অহলনি হায়দুনা নাবা মাগী কোলোয়বু "সনাহল" হায়না কোলোয় মিংথোম্বিরে। ঈরোম ঈশেংনা তোরৈ চুম্না চেল্লকপনা সনাহল অসি ঈরোম শকফম অসি কায়রক্তরে। নোংমা-নোংমগী মতম হৌখিবনা মপারী সনাহল চাউবা শারেপ ফারক্লে। মতম খোংবাই অসিদা থম্বালদা নওনা অতৈ তুমনশিংনসু মপারী মথং-মথং পোকচখি। শনাহল অসিনা ঈরোমগী ঈপান ওইনা নিংথেমকোন্দা শাৎলখি হায়দুনা কোলোই মিংলেন তোপ্পবু শৈশক্লখি। ঈয়াম্নদুনা পোকখি হায়কীদমক সনাহল মোরাম্ব অম্বুম্না শোম্নখি। পামহৈপা নিংথৌনা মচা নত্তে মচা শাই হায়দুনা সনাহল সাই হায়নসু মানবা মসেল ওইদুনা শাইলক্তবু তিঞ্জখি। ময়াং মতাৎ চাউবনা মীতৈ নিংথিবা মিংলেল সনাহলসিবু মুথৎতুনা নৌনা "চিৎসাই" হায়নবু অমুক থোনখিয়ে।

ফাইরেল থাগী ২১ নি পান্বা ইরাই নুমিত্তা তুপী নিংথৌ চলাইলোমপগী লুপুং থোম্ববু থৌ লোইদনা অবা লাল লুম্বা চংলে। লাল ঙম্লে, সেলুংবগী মনাই অচান্বা শুদ্রমচা নোংশামৈনা মপু শোক্লা থৌগঞ্জবগী মনা-মথুম ফংজখি। লৈপাক নিংথৌ তিল্লবদা মনা মথুমগী মশক লৌ কোনুংগী লাইরিক শংলেন্দা লাইরিক ইবগী ফম্বু ফংজরে। লাইরিক ইবা লোইশঙদা ইবা য়েংবগী থৌবু তৌই হায়দুনা লাইরিক যেংবা হায়নবু লৈপাক্লা খঙনবী। লাইরিকয়েংবা নোংশামে অঙকপবু ওইখি। লম্লেন লৈসাংখোংদা সনামহি খুবম থম্লিবা অদুবু মূর্ত্তি শকফম নাইহল্লে। খোংনা নিংথৌ গরিবনিবাজনা শেন্নজবা অমুদোম্বু মনা-মথুম চাউনা পিবিরে।

নিংথৌ পামহৈপসি মাংলমচত্তা তৌনরক্কবা অফবা ফত্তবা খিবিকপু মালং মৈবী মৈবাইনা মথৌ পাংথোকপা ঙমই হায়বগীদমক "নোংপোক বাইবং পামহৈপও" তৌনা কৌয়ে। নিংথেম পামহৈপগী কোলোই মিংচৎনবী ঈবোম তুমন থম্বালসে কোলোয় মিংহুন তমবদা "গোমতি" হায়নবু কৌবনে। থম্বালনা সনা কোনুংদা লৈরকপনা মপারী অতোম্বা মাকুস্থ ফংজরে। অতোম্বা মচানি খঙনবা তোলেন তোম্ববু কোলোয়বিবে। ময়াং মহু চাউবনা তোলেল তোম্ববু "সত্রুঘন সাই" হায়নবু কোলোয় মিংথোম্বিরে। মপারী অনীনা চাউরকপসিদা করম থোক্লগবা হায়না থম্বাল কৌবী পলেমনা নোংমগী নুমিৎ অমত্তবু পোৎথাফম খঙজরক্তে।

অস্তুম্না চৈরক অসিদা ময়াং গুরু অথোয়বা ওম্নোকপবু তৌরক্লে। হে নিংথৌও অথোয়বা নিংথৌ নংগী লৈপাক পুম্বা রামান্দি ধর্ম্ম অথৌইববু লৌহল্লসি। অরিবা লিচৎ হোংহন্দুনা অনৌবা ধর্ম্মবু চৎনরসি হায়নবু তাকপিরে। ময়াংনা হায়বদা য়াদুনতা লাক্লবা পামহৈপনা শগোল পাউবু চেলহন্দুনা মীয়াম পুম্নমকপু খঙহল্লে। মীতে কংলৈদা লৈবা কংলৈচা খুদিংমক ঐনা নিংথৌ অমা ওইনা ঐনা চৎপা রামান্দি ধর্ম্ম চৎকদবনি। কনাগুম্বনা য়াদবা থোক্লবদি নিংথৌ ঐগী অকম্বা চৈরাক ফংগনি। অস্তুম্না ইনিংথৌ পামহৈপনা কংলৈচা পুম্নমক মথং মথং রামান্দি ধর্ম্ম লৌহন্বা হৌরক্লে। মৌইরাং অহল লালহাম্বা কৌবা মহাকপুদি ধর্ম্ম অসি লৌ হায়বা য়াদে

*হায়দুনা ফৈন্দা পুংদা অহাম্বা ওইনা পুথোক্তুনা থৌরী য়াল্লগা হাংনবা হোৎনরক্লে।* লৈপাক ফিঙৌ ফৌনা তিল্লিবা মীয়াম মমাংদা মৈইরাং লালহাম্বা কৌবদি খোইয়ুম মশাইওন চীংউ খোংনাংথাববু শোন্দুনা করিস্তু নাচুংদনা লৈখি। চীংঙু মাগী লাংওন মমাংদা মচা-মনাই কয়াবু পাউমেন পাউতাক তৌবিবা খোংনাংথাবা অহলদি চীংঙু খোইয়ুম শরোইনা পুংজা-পুংজা লৈবনে। মীতৈমচাশিংনা মশানা য়াদনা ধর্ম্ম অসি খক নমদুনা পিফরোই হায়না লৈপাক মীয়ামদা লাউথোক্লগা খোংনাংথাবা অহলনা মচাশিংবু খঙহল্লক্লে।

নোংমা কৌবা মপুংয়াই নিংথৌ চৈরাক অকম্ববু থাদুনা লৈপাকপুম্বা লিলোংদা ঈরুপ্পহল্লে। বাকচিং থাগী থানিল য়ুমশকৈশা নুমিত্তা গুরুস্তু নিংথেমস্তু নুগুন (লুকুন) থাংনা লিলোংদা ঈরুপ্পবু য়াউররে। নুমিৎ অসিগী অহিংগী নোংয়াই পুংফমদা লিলোংদা ঈরুপ্পবু লৈপাক মীয়াম কংলা নুংশেং ঈকোমদা ঈরুপ্পহল্লে। মনুংগী ঈচেল খঙনবা "নুংখ্রঙ ঈরুপ্পা" হায়না কৌনখরে। লৈপাক বাখোক চাউরে, মীহাৎ-মীপুন্না মীয়াম্বু পুন্না ঈরুপ্পহল্লে। ময়াংগী ধর্ম্ম হায়বদি ঈ-ওনা পুন্সি পীখম্লসি হায়বা বাশক্করে। লৈপাক বাখোক ওইরবদা নিংথেম মমাংদা খঙহল্লে। লৈপাক মীয়াম্বু ব্বারক-চৈথেং পীদুনা মীহাৎ মীপুন তৌদুনা লিচং হোংহন্বদি মতম খরতগীনে। লৈপাক মীপুম পুম্বা ফাবা ওম্বা ওইথোক্লোই। নিংথেম নংগী ননিং থুংনবা হোৎনবদি লেপকনো, ওইবদি বাগনিয়ে। নিংথেম নংগী নরাইবক লৈবনা থবক অসিদি পাংথোক্লো, অদুগা মীপুম খুদিং খঙজহৌনবা নুংখ্রঙ ঈরুপ্পা কৌবসিদি নাকোং খুদিং য়ৌনা পাউজেল্লম্লগে হে নিংথৌও তাজৌও। অদুঙৈ ওইখিবা থৌদোক বাখোক্কী বানে ঃ –

*পাউনম হিতেন মপান্দা*
*ফৈতা হিতা মশুমাংদা,*
*তরেৎ শেনপুং য়ৈবদি*
*বাংলেন পুংজাউ ফুবদি*
*সনাগী লিক্লাই মরুগী*
*তুবী মরু থাবদি হৌদেদো*
*শেম্বী মুকাক্লে মরু*
*থাবদি হৌরেদো ।।*

লিলোং ঈরুপ্পা লৌইরুগা কংলাগী নুংশেং ঈকোন্দা মহৈ-মহৈ ঈরুপ্পরে। ওইনাম মরৈ, শেম্বাং খুৎলৈ কৌবদি অনীনা ঈরুপ-ঈশেং য়াউররোই হায়বগী অয়েংপবু থোক্লেদো। নিংথৌ মনাই অচাম্বা শেলুংবনা চৈরাক-চৈথেং পিরে, চৈশিং কত্তুনা ফুরক্লে। করিগী ঈরু-ঈশেং য়াউরোই হায়বনো হংবদা বাখুল্লে, "শঙ্গোম ননি পেতিচুৎ ঙানু সবী ঈবেম্মা" হায়ওল্লে। করি হায়না হায়রিবনো হংবদা ইনিংথৌ ইবুংঙো – ঙানু অচৌ-অচৌবা চাদুনা পাঙ্গল চৈঙাক লৈজববু, শঙ্গোম ননি চাদুনা মহুৎ শিন্নদি য়াউজরোই হায়রে। নিংথেম মশামক চংনা হায়বিরে, নখোয় অনীমক ঈরুরো নোংখ্রঙ মশা পায়না বাশক্লরো। নখোয় অনীগী অচেৎপা পুকচেলবু তুং কৌইনা কাউদনবা শৈশক্লরসনু হায়বগী নুংশেঙ ঈকোন্দা ঈরুপ্লে। লৈপাক মীয়াম খোম্লোক হৌনা লাউরক্লে, হে নিংথেম মপোক তরেৎলক্তি ঈরুপ বাশক ঙাক্লগেকো অদুগা মপোক লাংওন লৌইরগা কোরৌ নোংমা হেম্বদা মীতৈ ঈরমচৎ অরিব্বু হজিঞ্জগে হায়রবদা নিংথেম মান্নু গুরু মান্নু হোয় হায়না য়ারদুনা বাশক্লে। অদু নোংগীবু "নোংখ্রঙ বাশকও" তৌনা কৌরে।

ঈঙা থাগী ১৬নি পাম্বা লংমাইজিংদা সনা কৈথেন্দগী নুংজাউ অমবু হনুমানগী মুর্তি শায়ে। মথং-মথং ওইনা শ্রীরামজী প্রভু লিংখৎলে। কলিকা লাইবু শাহল্লে। হনুমানগী মুর্তি অসিদি কনানসু হন্না য়েংবিদ্রবদা হনুমান থাকুর পঞ্চমুখি হায়না মমিং অমুক ওন্থোক্লগা থোল্লক্লে। মতুংদদি মীপুম খুদিং চংনা খুরুম্লরক্লে। উমংলেল মোংবাহন্নবু হনুমানগী মমিং লৌদুনা মহাবলি হায়দুনা মিংথোল পীরে। মীতৈ লাইবু থওইদবনা তাইবং মপুগী মিৎয়েং লাক্লে। পামহৈপগী মচানিপা নিপান মাবু পুন্সি পিখম্লহল্লে। লৈমা-নিংথৌ গুরুনচিংবা শোকচিল্লক্লে। নিংথেম গুরুনচিংবনা কংলাগী ঈবুধৌ পাখঙবা লাইকোন্দা ঈরাৎ-থৌনিজরে। লাইনিংথৌ সনামহিবু অততাই ওইনা ঈরাৎচরে। মমৈথংদা খোংনাংথাবনা ঈরাৎ থৌনি পিবিরবদা লাইনিংথৌনা মমায় লৈবিখ্রে।

শান্তিদাস গোসাইনা হন্বা লৈতনা নিংথেম পামহৈপদা হায়রক্লি। লাইনিংথৌ সনামহিগী মুর্তি শাখিবসি ময়াংনা মতাৎ চাউবা গুরু সান্তিদাসনা লৌইনমক্তবু শিনবনি। মুর্তি থুগায়বসু ময়াংগী লম্বোইবা অসিনা শিনখিবা

থৌশিল ঙাক্তনি। হন্দক নৌনা মুর্তি অমুক শারিবা অসিস্তু মহাক্কনি। করিগীনো হায়রবদি মীতে কংলৈদা লাইগী মুর্তি চৎনহৌনবা মরম্মু শিনবনি। লাইগী মুর্তিবু হেক লিংখৎখিবদা মীতৈনা লাইবু হকথেংননা শোকহনখিদে। ময়াং বামোনমখেনা লাইগী সেবা লৌইনা তৌহনখ্রে। ময়াং মতাংপু মীতৈ কংলৈগী ইনিংথৌ মশামক অমদি মীয়াম পুম্নমক্কা উবা কৌবা লৈখিদ্রে। লাইশঙনুংগী মুর্তিবু ময়েক শেংনা উখিদনবা হায়দুনা মায়পুন্না (মাংওইন্না) য়েংহন্দে। নাকচেপ্তা পৈনা পৈনা খুরুমহনখি। ময়াং বামোন ঠাকুরমখেনা লৌচাবু লৈরে হায়দুনা হরাউ মথৌই কানা নুংঙাইজখি। মীতৈগী লাই সনামহিকুস্থ বামোন শ্রীহরিনরায়ন ঠাকুরবু লাৎহনখি।

ময়াং বামোন খিবিক্কা ফুরা লাইশংনুংদা লাইগী মুর্তি লাৎপদি মীতৈগী অকায়বা ওইখিয়ে। মীতৈগী লাইফম-লাইফমশিংদা মুর্তি শকফম নাইববু বারৈ পরৈ ঙম্নবু থাংনরে। মীতৈগী থনুং লাইফমশিংবু মুর্তি ওইনা কোমাই শেমজিন্দুনা মপাম্হোংদা ফৌররে। ময়াংগুরু অথৌইবনা বাখল পাম্বে পুথোক্তুনা মীতে মুৎনবা শিল্লক্রে। হে নিংথেম বারম অমবু হায়গে বিচার বায়েন তৌবিয়ো। মীতৈ ময়েক হায়বসি তোক্লসি লাইগী কাংলোন ঈবা মীতৈ ময়েক পুম্নমক লাইরিক পুম্নমক অদুগা কোন্নবা মুথৎলগা শ্রীরাম প্রভুগী মঙ্গল ওইননবা দেবা অক্ষর অসিবু চৎনহল্লসি হায়না তাকপিখরে। মীতৈ লৈপাক্তা শগোল পাউজেল তৌবিয়ো। হয়েংগী ঈনুংঙান্নদা মীতৈ ইপা-ইপুগী চৎনরম্বা লৈরম্বা লাইরিক-লাইশুমখে পুম্নমক পুখৎলক্লো, কংলা উত্রা মাংদা থুংলো লাউ, অমত্তা চিৎথ-নাম্থা থোক্রবদি য়াইবী মথবাই লৌগনি হায়না কোনুংগী সনা য়াথংবু পাউজেল চৎহনখরে। নিংথেম ময়াথং অহকপবু কিবনা অরৈবা লাইরিকশিংবু অমত্তা খাক্তনা পুখৎনরক্রে। পুরকপা লাইরিক পুম্নমক কংলা উত্রা মাংদা লৌইনমক পৈখরে। উচুক তরুক মাবু য়ুংশিল্লে, উচিবা মরি য়ুংদুনা থক্তা থাকল মথোল হাপকৎলে। নিংথেমনে গুরুনে লেংথোরক্রে, গুরুনা ঈশিং ঈশাইফু অমা লেংথোংনরে। মখুত্তা মৈহুম মচেৎ পায়দুনা তরেৎলক হন্না কোয়খরে। ফিঙৌনা থক্তা খন্দুনা চিথেক মরিদা থাঙনা লোয়না হকখরে। লাইজ ঈশিং হৈজিল্লে, মৈবী মৈরেন

চুরক্নে। মৈবায়রকপদা লাইরিকমখৈদি মৈনা লৌইনা চাকখরে। মীতৈগী লিকখুন ইবা পুয়ামখৈদি লৌইনমত্তবু পাইথোকখরে। পুয়া খিবিকনা মাইকৈ-মাইকৈ খুদিংদা পাইথোক্তুনা চাইথোকখিবা অসিদি মীতৈ পুন্নমক অমুক হন্না মীতৈগী মখুত্তমদা হজিনখরে। শান্তিদাস গোসাইনা তৌরম্নবদি হল্লরোই হায়দুনা মখাতানা হায়রক্নে, "হে নিংথৌও তাবিয়ো, হয়েং কৌবা নোংদগী মীশি-মীনা থোকপদা লাইরিক পুন্নমক মৈ থাবগুম পোৎশি-পোৎলোয় তৌগনি। মীতৈগী অরিবা লোনচত্তা অমত্তবু তৌফরোই" হায়না তাকপিখরে। মঙথোং মঙথোং খুদিংদা তৌথোক্তুনা শিখিবা পুন্নমক্কী শরু অদু লৌথোক্নে, "ঙসি পুরক্লিবা শরু পুন্নমক নিংথি তুরেল ঈচেলদা পুদুনা থাদরসরো। লুগী (লুমাংগী) শরু মচেৎ লৌদুনা লাইরৈপাক্তা পুদুনা থাদরসরো।" থৌশিল অশুম তৌহিক্লবদা মীতৈগী অহল ইবুংঙো চীংঙু খোংনাংথাবা সনা কোনুং কারক্নে। নবুথৌশিংগী হাকতক্তগী লৈশেম থৌবু পুরকবা খোংনাংথাবা ঈহাক্তা সনামাংদা হায়রগে তারোদো। হৌজিক্তি লৈপাকপুম্বা লোইনা অবা-তুরৈ চল্লবনি (চংলবনি)। লুগী মচেৎ পুদুনা নিংথি তুরেলগী ঈরেলদা থাদবদি মীতৈশিংনা অবা লৈপাক্কী মীখাবু পোল্লগনিদো। যেক্লা মীখাপোন থৌচৎহৈদে, মংলেম মঙথোং হাংদুনা শরু-ঙারু ফুকপদি নিংথেম নঙনা মদুগী মরাল ফংজগনিয়ে। বারম অমবু হায়বিগে, লাইরিক মচা খরা চাকখরবস্তু মীতৈগী পারী-পুরী ইবা পুয়াশিংদি অমত্তম্ভু মৈনা চাকত্রিয়ে। মাইকৈ-মাইকৈ খুদিংমক্তা পাইখিবনে। নিংথেম নংগী সনা মাংদা নোংখ্রং ঈরুপ্পা মীতৈ বাশক ওইনরিবা পামেল শিংজা মশা পায়দুনা ঈরু-বাশক লৌনখিবনা মতম খরদি ননিং তৌজরো। হে নিংথেমও তাবিও নিংথেম নংগী নরমগীদমক মীতৈ লৈরক কোনসাং খুদিংদা পুয়া লিরৈ লিশিল্লমগে। হয়েং পৌইরৈ লমদমসিদা বাশক ঈরুপ্পখিববু নুংখ্রং ঈহল্লগা নরু খুম্নসনো। ঙসি কৌবা নোংদি নিংথেম নংগী নথৌ তৌজরো। "পেম্মা য়েলহৌ ফবী তুংগী পোলোই য়েংনসি" হায়বা মতাংনা হায়বনে। মতম খোংবাই লাক্নে। মীতৈগী অহৈ-অশিং পুন্নমক মরাই ঙম্না লুক্নরে। মীতৈগী মরী মুত্তনবা অখণ্ডবা পুম্বদি নুংখ্রং ঈরপ্পবু য়াওবিদবনি। য়াকস্তু মতম খরদি তাইনরমখিগে নমিং থিংনা য়েংজহৌরো।

থৌগল লোনচং তাকপিবদা পামহৈবা বাখল থেন্না অশাউ শকফম উত্তুনা বাহে খজিক কাংলক্লে। নিংথৌ ঐগী ঈহাকথক গুরুগী য়াথং কায়ররোই। মীতৈগী বাচুমশুবা ঈপুনি, ঈপুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা খিবিক তাইনবিদুনা নিংজববু ফংজগে। হে মইচৌ অথৌইবাও, চীংউ মিংখে থোইফংলবা ঈপুনা নিংথৌ ঐগীদমক য়াংদৌ লম্বী ওইবীয়ু। গুরুগী মথক লাম্না চোংদুনা হাইহত্তুনা তুখরে। গুরু চংনা হোৎনবদা বাখল ফেনচি ফংদরে। নিংথেম কংলাগী থেনপুংদা বাখল ফংদা লৈখরে। শেলুংবনা নিংথৌ শেন্না পামহৈবগী থৌগল তৌজখিয়ে। করি তৌফম খঙদনা লুখম খোৎনা লৈখরে। গুরু সান্তিদাসনা মন্ত্র মুলাফংনা শোঙ্জববু থৌইনা হেন্না লুরক্লে, শিবা-চঙবা খঙলক্তরে। ময়াং গুরু অথোয়বনি হায়রিবা সান্তিদাসতি খুরু-খুদক শন শানা লৈমায়থক্তা য়াতুপরে থাংদুনা খোংনাংথাবদা হায়জরকই। মীতৈগুরু অথোয়বা ঐগী অচাম্বা পামহৈবনা অবাবা চংলিবসি অমুক্তদি কম্বিয়ু। ময়াং ঐগী ঈতিক লৈতবনা মীতৈ মইচৌ নওগী নখোং কোম্না হায়জবনি। হে ময়াং লম্বৌইবা মীতৈ ঐখোয়গী চৎনবীনি। নমিৎ পিরাং ঈরোইননা অদু য়ৌনা হায়জবা খোংনাংথাবা ঐহাক্না খঙবনি। তেংবাম্না মপু শিদবা চীংউ মাগী নোংদম্না মতম খরদি মীতৈ ঐখোয় বাখো হায়বনা ময়াং নথবাইদি কম্বিরম্লগে। ময়াং নংগী ঈ-মক্না মীতৈ কংলৈ লৈমায়দা "পামহৈপা" কৌনা শাৎপনি। মপুমাগী থৌশিল লৈখিবনা পামহৈবগী থবাইবু কৈদৌরোইয়ে। অস্তুম হায়না হায়বিরবদা পামহৈপা কৌবা নিংথৌনা তুম্মুগগুম হৌগৎলকএ। নিংথেম বাখল ফংলদুনা ঈপু খোংনাংথাববু খুরুম্লক্লে। বারম খজিক কাংলমদনা হায়নিংবা কোঙ্গায় লৈনা পামহৈপা তিংঙক্করিঙৈদা নিংথেম নথৌ ওম্না পাওথোকউ হায়রম্লগা খোংনাংথাবা হনখরে।

মতুং হাক্না কুইখিদে। ময়াং গুরু অথোয়বা করি উবা তৌদনা কনা সউম ফংদনা সনা কাজাউনুংদা মুর্সা ওইনা বাম্থখরে। অঙাউ চোইরোল তৌদুনা লৈরম্লগা ঙাইহাক পুঙ্গোয় মনুংদা লায়থুং মরম শুনা বাইথুংলরে। মনম হাক্না নমথিবা ইরোইননা মনাক নক্কুবা ওম্লখিদে। নিংথৌ পুক্রিং ওলাংলক্লে। গুরুবু সনা কোনুংদগী কপলাউনা ইস্থেক্লক্লে। নোংমইচিঙ চীংখোঙ বাখাদা লাইর-

হংচোক ঈরোইনবা ময়াঙ মদোম য়াতাখি। নোংমাইচিঙ চীংখোঙদা লৈরিঙে সান্তিদাস গোসায়না অন্দ্রো তুমন অমবু লৌদুনা য়ুমতিমবু লৌখ্রে। গুরুনা লৈখ্রবদা পাং অমসু নিংথেমমা উনবিখি। হৌজিকফাউবা গুরুপাং হায়দুনা য়ারল পাংকী লমদমদা লৈরি। লম্বোইকী মকোই-ময়াং চোম্বা অকিবগী মশক ফংলবা ফিজম অদু উরুবদা নুপী অঙাং কপ্পা ফংখি। অঙাংনা য়াম্না তোয়না কপ্লবদি "বাখা তাবা" কৌইজোম্বা লাক্রে হায়রবদি কপ্লম্বা হৈক্তা তোকখি। বখাদা লৈরবা মতম অসিদা মাগী মশাদা পক্রিবা লায়থুং অসি কৌক্রবা হায়দুনা লম্লেন কম্বোংপাং হায়বা পাং চীঙোয় তুরেলগী নোংচুপ পাংবদা লৈরিবা লমদম অসিদা হেক হেক ঈরুপ্পা লাক্লম্মী। কম্বোং পাম্বীনা ইকোয় কোয়না হৌরগা পাং মচা অমা ওইনা লৈরম্মী। মবম অদুনা মফম অদুবু কম্বোংপাং হায়না খঙনবনি। হায়রিবা পাং অসিদা ঈরুপচরবদি লায়থুং-তিস্তুং পকপা ফৈ হায়দুনা ময়াং গুরু সান্তিদাস নুমিং খুদিংগী বাখাদা ঈরুপ্পা লাক্লম্মী। মমেদা হায়রিবা মফম অসি কম্বোংবুং হায়না খঙনদুনা খুন পান্দুনা মী লৈবি। লোয়ননা সান্তিদাসনা লাক্লম্বা লমদম্মি খঙনবা "সান্তিপুর" হায়না কৌবা খুল অমসু পাং অসিগী নোংচুপ থংবা চীংয়াদা লৈরি। য়ারল পাং লাম্বোক্তুনা পৈইরে কম্বোংবুং তম্না নুমিং খুদিংগী ঈরুপ্পা লাকপা অসিদা মনাক অদুবাইদা চংপা অহল-লমন্না অমদি নুপী অঙাংশিংনা সান্তিদাস লম্বোবা কৌইজোম্বা শকথিবা লায়থুং পকপা অদু উবদা তিল হেক হেক শিংতোকই। মীপুম খুদিংনা তুক্কচবা তিন শিংতোকপা মফমগী লম্বীনি হায়না খঙনখিবদগী হৌজিকফাউবা কম্বোংবুং হায়না কৌবা খুল অমদি সান্তিপুর হায়না খঙনরিবা খুল অসিগী হেক ময়াদা অবাংথংবদা চথলিবা লম্লোং কৈথেল য়ৌবা লম্বী অসিবু তিনসিং লম্বী হায়না খঙনরি। লম্বী অসিগী য়েংলোম ওইরোমদা লৈরিবা চীং অসিবুনা তীনশিং চীং হায়না ঙসিফাওবদা খঙনরি।

নোংমা পাম্বহেকী খোমলেন মঙলান্দা গুরু সান্তিদাসপু উরমই হায়দুনা সান্তিদাস গোসাইবু কৌশিল্লুরে। লায়থুং কোক্লবা মরম কয়া থিজ-হুমজদুনা হোংনবা য়াবা হোংনজরে। পম্বে লাম্বা ফংবা মরৈত্রবদা লৌরেম্বা অহল খোংনাংথাবকী মফমদা চংজদুনা নোঙ্গা বাহৈনা হায়জরে। মীতে মাইচৌ অহল খোংনাংথাবনা তাক্লখা পুরুপ ঈকোন্দা ঈরুপচরু তাকপিররে। ময়াং মথৌ

থোক্লবনা তাক্লখা ঈকোন্দা গুরু মতোম চত্তুনা থৌবু ফংজগে তানফংববু পুরুপ ঈয়ায়নুংদা সনা চীরোল চীরেইননা ঈপুথৌ পাখঙবনা অঙং শউন্না শাফোংলক্লে। থৌদৌ অদুদা খোংনাংথাবা অহলগী থোয়া নিংথিববু লৌজরুদুনা হন্না মুক্তা চংজরক্লে। মীতে অহল ইবুংঙো খোংনাংথাবনা তাকপিরকপনি ননাই ঐদি করি খঙজদে, কম্বীয়ু হায়জরক্লবদা, অনকোক-লাইকোক ফংজরে। ময়াং গুরু অথোয়বা শ্রীরামগী নাম শোন্দুনা সনা কোনুংদা হলক্লে। লায়থুং-লায়না তিনকোক্লবা মতুংদা ময়াংগী মচৎ মাবু অমুক হৌরক্লে। মীতৈগী লাই অথৌইবা মীংনাইদবনা লৈববু অকি-তুজুং পোক্লে। হে নিংথৌও অথোয়বা লৈপাক অসিগী লাই অথোয়বদি মনি কৃর্ত্তি থাম্বগুম্বনে। লৈপাক অসিদি অচম্বা নত্তেয়ে লাইফস্বু ওইরবা মনিপুর লাইনা লৈফস্বু ওইরিবা মনিপুর কৌবা মমিংবু লৈপাক্কী কোলোয় মিংলেন ওইরসি হায়রবদা "পামহৈপা" ময়াথং হোয়ারে।

## মীতৈ কংলৈপাক মনিপুর ওনখিবা : -

ঙসি কৌবা নোংদগী মীতৈ পোক্লফম "কংলৈপাক" অসি গুরুগী ময়াথং লৌদুনা "মনিপুর" কোলোইনরে হায়না অসিবাবু লৈপাক মীয়ামদা লাউথোক্লে। শান্তিদাস মথন্তনা তকসি শোন্না হরাউ-মথোয় কাজরে। লৈপাক অমগী মমিং থোন্বা মহাকথক্তা থোকখ্রে। মীতৈ পোকফম-শাৎফম ওইরিবা লৈপাকপু মানা নিংবা মিংথোন্বা হরাউবনা লুতোন শাৎলে। গোসাই মাগী নিংজবস্থু মীতৈ পোক্লফম লমদমগী কোলোয় মমিং হোংবনি। লৈপাক অসিগী মমিংবু ময়াং মরোন্না থোন্বনা ময়াং লমচৎ লৌবনি। অসিতবু উদুনা গোসাই মরাই কাংজরে।

মনিপুরদা হিন্দুগী বর্ন ৪ পুসিল্লকপা :-

১। ব্রহ্মান - ব্রাহ্মনপুর (বামোন) লৈকাই।
২। ক্ষেত্রিয় - ক্ষেত্রিয় লৈকাই।
৩। বৈশ্য - বৈশ্য ময়ুম লৈকাই।
৪। শূদ্র - কিতনা পনুং লৈকাই।

নোংমা কৌইরৌদা লৌরেম্বা অহলনা কংলা মীতিনশংদা লৈপাক চোম্না তিম্লিঙেদা খুঙহৌদনা মীয়ামগী মরুক্তগী ময়ায়মক্তদা ফোং লাওনা কনা খুঙহৌদনা ফম্লরে। ময়াংনা নাপল চাউরনা খোংনাংথাবা অহলদা থৌওই উশিত্তনা থৌগম্লোন ব্যবহার কায়বনা মাংওইনরে। লৈপাক খুঙদনা ফাওজিন্নকপদি করি মিত্রং হৈবনো শিংনররে। মতৌ অদুম তৌরবদা নিংথেম য়াওনা অঙম-অথৌ মমাংদা লৈরিবা হিয়াঙ হিরেল অচৌববু পুম্না য়ৌৎকে হায়দুনা খোংনাংথাবনা য়োৎথোক্লে। তম্না মথুন্দবু ফায়দোক্লে। লৈপাক অপুম্বা থৌদৌ অদু উবদা মীপাইনরে। মীতে অহলবু থাগৎনরক্লে। তাইবঙ কনা ঙম্লোইদববু ঙম্লে হায়না শৈশক্লরে। অদুদি ময়াং গুরু মাগী মতিক অমুক য়েংলসি হাযহিক্লবদা গুরুনা হঙ্গাম মরু উতোং অমবু হৈদোক্লে। খুনু অমবু তনওন ওন্দুনা হৈদোক্লিবা হঙ্গাম মরুশিং অদুবু খুম্লক্লে। হঙ্গাম মরুবু খুম্লিঙেদা খোংনাংথাবা অহলনা হৌদোঙ অমা তনওন ওন্দুনা খুনু মাবু মঙকশমদা লাক্লে। মযাং মাগী মথবাইমক্তি কম্বিরে, লৈপাক পুম্বা মীতে অহলবু লাইমক্লি হাযনা থাগৎনখি।

## কংলা মৈ হৌবা :-

নোংমা কৌইরৌ নুমিত্তা পামহৈবা গুরুবু মখারোমদা অস্তুম কৌইথোক্লুসি হৌরুববু খোংনাংথাবা য়াওহল্লু হায়না হায়রবদা লৌরেম্বা অহলবু কৌরুরে। কোয়রুনবা মফম হায়নরকপদা লোক্তাক্তা থমচেৎ চাবনা ফরুগনি হায়নরবদা হিং ঈশমচাইববু পুজেম্লে। হি ঈশমচাইবদি হিজাউ হিরেন ওইবনা লৈপাক হুপ্পা চৎলসি হায়নরদুনা চৎলে। হিনা অস্তুম লাকপনা লোক্তাক পাৎয়ায় য়ৌরক্লে। "তেংপাম্বা" মপু শিদবা অমম-অঙান খায়রিবা তরংথক্কী ঈপুরোইনা খোংনাংথাবা মফমদা মালং সউম পি। লংজিন-লমলা মরমবু বাংলেন খজিক মদা পাউ থারে। খোংনাংথাবা অহলনা বাংলেন খরসিগী মনুংদা করি থৌদোক থোক্লরগবা খন্দুনা নুংদা হিক্লা হিক্লা কপচরি। তরংথক্তা হিহোম্বা ঈপহকথক্তা পুলেপ্পা লাইনিংথৌ সনামহিবু থম্মোয়নুংদা চেৎনা থাগোম্নজরে। লাইনিংথৌ সনামহিনা খোংনাংথাবা মফমদা মালং

খোংওইননা লাইজ ঈপাকথক্তগী হৈরাং-লৈরাং মনম ওই খুদম্মু পিরক্কবদা লৈপাক মচাশা বাংলেন মিংকুপ অমগী মনুংদা করি করম্বা থৌদোক মাবু থোক্লগদৌরে হায়না তাকপিরে। লৈপাক মীয়াম্মা মীপাইরবদা গুরুনা ঐ লৈরি করিম্তু তৌরোইহ হায়রিঙে হিঃ ঈশমচাইবদি হিপান অনিমক অম্তুম অম্তুম বাংখৎলক্লে। মকোক মরায় কাঙনা নোম্ছদুনা ঈমায়দগী চরাঙ পাম্বিশিং লাম-লামদুনা চারক্লে অদুগা মরৈ হা-হা তম্না মশা অদু থক থক নিক্লক্লে। হি লুপকে তৌরক্কবদা লৈপাপুম্বা অবা-মায়োক্লরে। লৈপাক মীয়ামগী বাবা উবদা ময়াং গুরু সান্তিদাস মানা ঐনা হিবু থেমগনি হায়দুনা নিংথৌ শেম্বদগী থাং লৌদুনা হিবান্দা য়ানখ্রে। লুখুমদম্তু য়াম্লে ঈশেংমক্তা থোক্লে, ঈনা লেপ্পা লৈতনা হাথরক্লে। হেম্না হেম্না হি নিক্লক্লে। ময়াং গুরুনা মৈইবুং শঙ্খ জল চাইরে, মালা পরেংনা হম্না হম্না ফুবিরে অদুফাওবদা হি খাম্বা ঙমদরে। করম্মো ঐদি হি খাম্বা ঙমদ্রে, উপাই লৈত্রে হায়রক্কবদা লৈপাক চংনা লৌরেম্বা অহল খোংনাংথাবদা মখোঙ শোক্লা খুরুম্না হায়জরক্লে। হিদি মরাইনা ফজখিনি থোংপা হিঃ মইপা ঈনাউদবু হায়বিরবদা লৈপাক্লা গুরুনা হিঃ মইপদা কপ্পা হায়জরক্লে। হি মইপনা হায়রে, "হে হি ঈসম চাইবাও চিংঙু মহুৎথোক মীতে অহল খোংনাংথাবনা য়াথং পীবিরে, ফবিরো" হায়না হিরুবাক্তা খূৎনা নাম্না থেম্ববু হি নিকপদি তোক্লে অদুবু ঈ থোক্লিবা অদুদি খকপা লৈতরে। মতাং অসি য়ৌরবদি ননাই ঐগী উপায় লৈতরে, গুরুনা চীংঙু ঈয়াম্বদা হায়জবিরো হায়রক্কবদা সান্তিদাস গুরুনা মীতে অহল লৌরেম্বা খোংনাংথাবদা মখোঙ লাক্লা হি খাম্বীরো হায়না হায়জরক্লে। তাঙ্গা অদুদা নিংথেম মাম্তু শিবা কিবদগী খোংনাংথাবা মাগী মখোং কোম্নবু হি খাম্বীনবা হায়জবা য়াওরে। চীংঙু অহল খোংনাংথাবনা হি য়েংঙদুনা হায়রকই, "হে হি ঈশমচাইবাও করিগী থৌদৌ মওং সিবু তৌবনো, নহাননোং তাইবঙ য়েলহৌঙে লাইনিংথৌ সনামহিনা তরংথক্তা হি হোম্বা অদু নোংগী ঈশমচাইবা লৈবনে। মতম খজিক লৈঙমখো, অদু তুংগী তুংলমচত্তা নফমলাংদা হলবাইয়ু। হে হি ঈশমচাইবাও তেথরো" হায়রদুনা হিগী মশাদা নাম্বদা থোক্লম্বা ঈ খকখরে, শোকফম ফাওবা লৈখিদরে।

অস্নুম্না অবাবা নুংঙাইবা কয়া লাম্লক্তুনা লম্লেন ফুবালা পাংলক্লে। নিংথেম্না উতোংচাক হৌসি হায়রবদা হৌবদি লোইরে। ময়াং গুরুনা চিংনা নিংথেমস্তু লৌরেম্ব অহলস্তু ফুঙ্গা নুংদুম খিম্বগুম ফম্লে। উতোংচাক চাদ্রিঙেদা ফুঙ্গা নুংদুম খিম্বগুম ফম্লবদা খঙলাউ লাউনা খোংনাংথাবা অহলনা হাংমৈ কোথোং ওম্না তুরবদা লৈপাক লৈতঙ্গাইনা খিম্বাক্তুনা খোংনাংথাবগী লাইপক্তা ঈ থোক্লে। থোক্লকপা ঈ অদু মালেমদা তাহেদে হায়দুনা নিংথেম্না সনা শেমপাক্তা চরৈ ফি হাপ্না য়ারে। ঈ খক্লদুনা খোংনাংথাবা অহলনা তেংবাম্বা মপুবু থাগোম্না থম্মোয়নুংদা কপহিক্লে। করি থৌদৌ লৈবনো হায়না নিংথেম্না হংজবদা খোংনাংথাবনা হায়রে, “ওম্থোকপা মতৌবু ওইরে, ময়াং লম্বোইবা মাগী তুংইম্নকপা থাংজ ৭ (তরেৎ)পু থুংলরে। ন্মেংচুপ লমগী ময়াং লৈপাক্তগী লাকপনা ঙাপ্রুম চীংজেন লাম্না পাইরক্তুনা সনা কৈথেল মপা য়ৌরকপদা কৈথেল কায়খরে। কৈথেলগী ঈমা-ঈবেন পুম্নমক মপোৎ-মচৈ হুন্দোক্তুনা মহৈ-মহৈ চেম্নখরে। কংলা ঈমফমদা হায়জিনখ্রে, কংলাগী য়ুম পুম্নমক লোইনা মৈ হৌনা চাক্লে। মাঙবা তারে হায়দুনা খোংনাংথাবা ঈহাকস্তু মৈ কম্বা য়াওরুবদা মৈগী মৈশা ফংলক্তুনা খঙবনে।” ময়াং গুরু সান্তিদাসনা খোংনাংথাবা অহম্নু অঙাংগী মতৌনি হায়রবদা খোংনাংথাবনা ময়াংগী চহি হংখরে। ময়াং লম্বোইবনা মাদি শ্রীরাম রাবোনগী যুদ্ধদা লঙ্কাদা ফীরাল পায়বা ঙম্লে খুম্ববু খোংনাংথাবা অহম্না হায়রক্লে, অদুঙৈগী বানে পলেম নংবু পোকপী নমানা সান্তিদাস নংবু পোকপদা সিগুম লম্বী লাক্লবদা মীতৈগী মাইচৌ কৌরুচো হায়দুনা খোংনাংথাবা য়াকপু কৌররে। হিঃ করি মতৌনো হায়দুনা য়াক্লা চৎলুবদদি ময়াং নংবু পোকঙমদা অমাইবা অমাইবী কয়ানা কোক্তা খুৎ হাপ্না করম্নো হায়না বানা লৈনরম্লে। নংগী শাগৈ পুম্বা হৌ, পলেম নমানা হায়জরবদা খোংনাংথাবা য়াক্লা সান্তিদাস নহাকপু পোকপিরম্বনে। নমানা য়াকপু নমিং থোম্বীরম্মু হায়জরবদা ময়াং নংগী নমিংবু সান্তিদাস হায়না থোম্বিরম্বনি।

মতৌ অদু উরগা নিংথেম পামহৈবনা হায়জরে। কংলানা মৈ চাক্লম্বা থোক্লবা ঈপু খোংনাংথাবনা চুমগনি। কংলানা মৈ চাক্লমদ্রবদি গুরুনা চুমগনি অসি হায়দুনা উতোংচাক চারে অদুবু মীতৈ মাইচৌ অহলদি উতোংচাকপু

চাখিদে, ঈশিংফাউবা মরিক অমত্তা য়াতোন তংখিদরে। তাঙ্গা অদুদা থুনা য়াঙনা সনা কোনুংদগী শগোলতোংবা মী খরা থুংলরে। কংলা মৈ চাকপগী পাউবু তম্লরে। মীয়াম পুম্নমক্না মীতে মাইচৌ খোংনাংথাববু হম্না হম্না থাগৎলরে। মীয়াম পুম্নমক্না হিঃ ঈশমচাইবদা কাখৎলরে। অস্থুম পন্দনা লাকপনা লম্লেন ঈরাইলৈমা য়াতাফমদা থুংলরে। নহাননোং অবাং কৌব্রু অশুপ্পদা লাইনিংথৌ অতিয়া শিদবগী লাংওম্বদা সলাইলেন শিদবনা পানঙৈদা লাইনিংথৌ লাইলেলপীশিংনা হিয়াং হিরেল তোংদুনা সেম্লোই চীংলোন পুম্নমক্তা বাইথুংখিয়ে। নোংমা কৌইরৌ নুমিৎ অমদা লাইয়ামশিংনা অপাম-অপাম্বা খুন্দাঙৈ, কোয়না চৎনা তৌরিঙৈ লাইনিংথৌ লাইরেম্বীশিংনা শেম্লোই মতাফমদা থুংলরে। মফম চারে হায়না লাইজ-ঈশিং ঈরৈমনা লাইরেম্বী খুডম ওইনা য়াতাজরে। হিয়াং-হিরেনবু শেম্লোই চীং মখোঙদা থাংলে। অদু নোংগীবু হিয়াংনা থাংফমনে হায়বদগী কোলোইনা মাগী মফমদবু হিয়াংথাংও তৌনা কৌয়ে।

লম্লেন হিয়াংথাংগী চীংদা লৈপাক মীয়াম পুম্নমক হি ঈশমচাইবগা লোইননা বাইথুংখরে। নিংথৌনচিংবা লম্বোইবস্তু য়াঙ্গৈইথক্তা তোংনা সনা কোনুংদা থুনা য়াঙনা কাখরে। খোংনাংথাবা অহলদি অহল মতমগা ওইবনে তপ্না লাক্কে হায়দুনা লৈহৌরে। শনা কোনুং য়ৌরকপদা নিংথেমনা খোংনাংথাবা অহলবু উরে। হিঃ করিনো ঈপু খোংনাংথাবদি খোঙনা চৎহৌরগা মাংজৌননা থুংলম্লে হায়না ঙক্না লৈখরে। মীচিক-মীরাউখোল তাখিদরে, মৈনা নিংথেম শঙ্গাই তুম্না চাক্লম্লে। কংলাদি লৈপাক্না কোন্নানা চাক্লমদুনা মৈরি মৈশানা সনা কোনুংগী লৈমা য়োহেম্বীশিং য়াউনা সনা কৈথেলদা অহিংদুমা লেম্লে। গুরুনা জল সঙখদা ঈশিং হাপ্তুনা চাইরবদা কংলাগী মৈচাক হেল্লক্লে। শান্তিদাসনা ইকায়-ফিরুক খুমদুনা কংলাগী অকোয়বদা পন খিঙ্গৎলে, ঈশিংনা থন্না হৈজম্লে। অদুফাউবদা মৈ-মুৎপগী মহুত্তা থৌইনা হেম্না মৈচাক হেল্লক্লে। লৈপাক পুম্বা কায়রে, ময়াং গুরু করি পাম্বে ফংঙমদা চেম্লে। মীতে অহল মাইচৌ লৌরেম্বা খোংনাংথাবদা নিংথেম য়াউনা গুরুনা মৈ মুৎথৎপিনবা মখোঙ পায়না হায়জরে। মিৎনা উবা মৈ অসিদি কল্লগে হায়দুনা মীতে মাইচৌনা গুরুগী পন অদু ফাৎতোক্লে। মৈ তরং-ঈশিং তরংগী মিংথৈবু

শোক্তদুনা খোংনাংথাবগী মখুৎনা থিংজিন্বদা চাক্লম্বা মৈ খুদক্তা মুৎখরে। হে মৈবী মৈরেন হৌরিবা নোংচুপ লমদগী লাকপা থাংজ ৭ (সেনি তরেৎ) মক্কা কংলাগী চৎলমদা মালংখোংগী খোংয়াদা তাম্বোক্তুনা থম্লে। খোংনাংথাবা অহন্না মিৎনা উবা মৈদি মুৎথৎলে, নুংদা চাক্লিবা মৈবুদি তাইবঙ কনা খঙঙমদনা মৈচাক ফনা চাক্লিদো হায়না লৈপাক মীয়ামগী মফমদা তাকপিরে। হয়েং তুংলম অমদা মীতৈ অবিবনা য়েক-সলাইগী শাখোঙ খঙনা কংলাবু ঙমতাইরবা, কংলা মশাইকোন্দগী মীতোপ-মীরাল তাল্লবা মতমদা নুংগী মৈবু মুৎঙমগনিয়ে। ঙসিমক মুৎথৎলসি হায়ববু নিংথেম নহাকথক্তা নোংচুপলোমগী লিচৎ লৌখিবনা য়াররৈইয়ে। তৌফদে হায়বদি নিংথেম নপুন্সি পিখন্নগনিয়ে, সনা নংগী লিক্লাং পরেং চৌইজাইনগনিয়ে। পামহৈবা গুরু য়াউনা ওন্না থৈইনা কপ্তুনা নুংগী বাদি তোকপিরো হায়না খোংনাংথাবদা হায়জরে। লৈপাক মীয়াম হৌদুনা কংলৈপুংগী কংলা শঙ্গাই য়ৌজরে, অমুক নৌহৌননা খুন্সেম লৈশেম্লে।

তাম্লক অম্ভুম তৌরিঙৈদা অবান্সু লাল তারক্লে। লাল ঙমদুনা লালফায়ে, অবা মবফংনা মাঙহম্লে। অবাবা থৌদোক কয়া অমা হৌখরে। লৈপাক্লা মতম কুইনা বাদুনতা লৈরকপসি পোৎথানবা হিয়াংগৈ কুমহৈ তৌসি হায়দুনা নিংথেম পাম্বোম খায়না খোঙকাংজে শান্নরে। লৈপাক চোন্না তিম্লে, লৈপাক পুম্বা হৌরে। নিংথেম মাগী মজাইবুংঙোশিং চিংথবা লৈতনা কাংজৈতবু য়াউনখরে। ঈরোম তুমন থম্বালনা লৈপাক্কী মবেম্মা ওইনা নিংথেমগী ওইদা ফমজখরে। লৈমা নিংথেম থোক্লবদা কাংজৈনা নুঙাইবগী পন্দোম লোমখরে। নিংথৌ পানা পাম্বোমদা সনাহন্দি মোরাম্ববু য়াউখরে। মপাঙ্গলনা ইনখৎলকপগা ওইবনে মহৈ মহৈ চোংনবে য়েনরে। কাংজৈবু শিল্লিবা ঈরোম অহলদি অমুবা বাবনবু হায়ফম খঙদরে। পাঙ্গল মথং মথং চন্নরকপনা পজেন মইকৈ ওন্নরে। কাংজৈগী পনওন লাকপদা কাংজৈ শিন্না অহন্না কাংদ্রুম হুনগৈ হায়দুনা নিংথেম নাক্তা চংলকপদা, থম্বাল কৌবী লৈমরেলবী ঈবেম্মা চেংলৌ শকফম হোংনা মইখুমখরে। চরৈ ফিখুমননা সমু মায়থোং মায়োক ঙমদা লৈথোক্লে। কাংজৈ কুমহৈ মনুংদা কুমহৈ অমবু থোক্লরে। ঈরোম অহল অমুবনা নিংথেম সনা খুত্তগী

কাংদ্রুম লৌগে চংলকপবু কংলৈ লৈমরেল থম্বাল কৌবীদি মায়থোং খেঙুম লাং মরু লুক্না খাঙলম্লে। মতম খোংবাই অদুদা সনাহল সাই মোরাম্বা কাংদ্রুম ওক্কে লাকপবু অঙক-থৌদোক ওইররে। পলেম মমা থম্বাল্না তৌরিবা মতৌদু উবদগী সনাহনদি মথবাইবু খৈনা নুংঙাইত্রে। শনাহল হকচাং ঙমদ্রে হায়দুনা কাংজৈপুংদগী তম্না থোকখ্রে। মপারী থেইচাম্না অনা শক্লোইনা কাংজৈ শাম্নফমদগী থোকখ্রবদা কাংজৈ শাম্নকস্থ লোইশিন্লে। মহৈ মহৈ খোপ-খোপ্পা হম্নখ্রবদা সনাহল সাই মোরাম্বা সনা শঙ্গাইনুংদা চীক্না লোম্না পলেম অপোকপী মমাবু ঙাইদুনা লৈখরে। নিংথেম য়াউনা ময়াং গুরুনচিংবনা সনাহল নাক্তা চঙদুনা অহিংমা লৈনরে। সনাহলদি মথং নোংনা ঙাম্নকপদা মওন-মওন খল্লক্লে। মাগী নাক্তা মীয়াম চঙনা লৈরবদি মাগী নিংবদু থুংঙম্লোই হায়রদুনা অনাবা ফরে হায়খরে। সনাহলগী অনাবা ফরে হায়দুনা মহৈ মহৈ নুংঙাইনরে, মতৌ অদুম লাংনরিঙেদা সমজাই কৌবদি নুংচানবা থৌদোক 'মাবু থোক্লরে। মাইতুম্বী কৌবী মাইরেম্বম চনু 'মদা মপারী শকখঙদবা অমা পোক্লে হায়নরে। সমজাইদি মপুন্সিগী নুপী মাবু থিদনা মপারিদুম ফংলে হায়নরে। তাঙ্গাসিদা অচিকপা মতম ফংলদুনা সনাহলসাইনা থম্বাল মাগী কাদা লোম্না থুম্না চংলক্লে। নহানলোং ঈমানা কুমশিং চহি ৩ (অহুম) থবিখিবা লোইদাম মশিং কুমজা কয়াবু হৌখরে। পলেম ওইবী নকাদা নচানা ফিগাউ শাজরি। নপারীস্ু পাঙ্গল চাউরক্লে, ঈমাগী কোকখুম্না ইকায় লুরুক্লববু নপারী য়াক্তি চিংনরে। লৈপাক্কী মকেম্না অমনা মীতেগী অচম্বা অহল অমদা থৌওং থৌগলবু মতৌ অদুম উৎপিববু নপারী য়াক্তি খাংঙমদে। মজাইবুংঙো সনাহল মোরাম্বগী বাহং অশুম্না তোয়রক্লবদা মমা ইকেম্যা থম্বালদি চীম্বাল থক-খা ফাজিনখরে। সনাহলসাই মোরাম্বনা কৌইরৌ মথংমদা মরম লৈবা খিবিকপু তাকপিয়ু ঙসিগীদি নচা চৎচখ্রগে হায়না হায়রম্লগা থুনা য়াঙনা মমা থম্বালগী কাদগী থোকখরে।

কৌইরৌ মথংমগী অহিং অথেংবদা থম্বাল্না মপারী ইবুংঙো সনাহল মাগী বাহং অদু হায়দোক্লসিরা হায়দুনা নুংশুক নুংজান্না লৈরিঙেদা সনাহল মাস্থ অচিকপা তাঙ্গা য়েংনা ফিরোলনুংদা খুনশু-থাংলেন মাবু লোইননা চংলক্লে। পলেম ঈমা ঈবেম্যা ঙসিগী কৌইরৌসিদা ঈমানা নচাগী মফমদা চরৈ থুপচাননা থম্বীবদো তোকপীরো, নচাগী নফমদা অমত্তা খাক্তা

তাকথোকপীরোনে পলেমও। তাকপীরোইদবা লৈরবদি নপারী সনাহল য়ক্তি মালেমসিদা অমুক হিংলুবগী কান্নদ্রে। অপোকপী পলেমগী লমন শিংলমদনা নচাদি থাংলেন মাগী ময়াদা পুন্সি পিখন্নজরগে হায়না খুৎশু থাংলেন ওইরিবা মাগী থাংশাং অদু পুথোরকপদা পলেম মমা থম্বাল মিৎলু পিরাং চোম্না মখোন থোক্না কপ্লক্লে। থৌদৌ অদু উরদুনা লোন্না অহিংগী অথেংবা তাংফমদা হেন্না চিকপা মফম অমদা চৎখ্রে। মপারীগী মখুত্তগী খুৎশু থাংলেন অদু মুন্দুনা নহানমখে চরৈ থুপচাননা কনা হায়দোক্তনা থমজরিবা খিবিক অদু অচিকপা কা অদুদা মপারীগী মফমদা মরম পুন্নমক অমত্তা চিৎথদনা কাংলক্লে। পারী ঈবুংঙো নুংশিবা নাকোং অনীশুনা তাহৈদে, বাফম অসি কনাদস্থু হায়দোকপা য়াদেকো। পারী নংবু হেক পোকপা পন্থৌদি - - -  - - - - - - -  - - - হায়রম্লগা লৈমায়থক্তা হায়হত্তুনা তাখ্রে। শনাহলনা নিংথিথোইনা মমাবু হৌগৎচরে। পলেম মমাগী লৌবাই কৈইরেনথক্তা লাইজ ঈশিং হাপ্তুনা থৌগজ্ঞরে। থম্বাল ঙাইহাক পুঙৈইতুংদা বাখল ফংলদুনা মপারীবু য়েংনা হায়বিরে। ঈমাগী ঈবুংঙো নংদি ঈরোম মচা অশেংবনি, নংবু পোকপা পন্থৌদি নপাবুংনি হায়না ময়াম্না হায়নরিবা নিংথেম কৌবা নিংথৌসিনা হাৎখ্রবনি। নহাননোং নমা য়াক্না ঈরোম শাগৈদা লৈরিঙৈদা লোইদাম থাবুম মঙাবু পারী নংবু পীবুক্লুংদা নাউপুরিঙৈদা শাগুম লিচৎ চৎলবা নিংথৌ মনাইশিংগা লোইননা নপাবুংনি হায়রিবা "পামহৈবা" কৌবা নিংথৌসিনা পুন্সি পিখন্নহনখ্রবনি। নংবু পোকপা পন্থৌনা লৈরিঙৈদা থোকপন্নিনা নিংঙাই শংদানরে। শাগৈগী পিবা ৩ (অহুম) বু পন্থৌ য়াউনা হাত্তুনা নিংথৌনি ঙমই হায়বা মতাগুম পলেম নমা য়াকপু সনা কোনুংদা নমদুনা পুইদো। খোইজিখাদা মীতম্লীবা নাবা মাগী খনবদা পলেম নমা য়ক্তি সিসি সিঙমদা ওন্না-থোইনা মৈচাক খাংখিবনি। নংবু পোকপা পন্থৌদি শকফম ইকায়-কায়দনা পারী নংবু তাইবঙ ফাউররেদো। পারী নংনা চাউরক্লগা খম্নুংগী সবা তালহনখ্রবা অমং য়াইথোং কুমহনখ্রবা নংবু পোকপা পন্থৌবুদি নিংশিং নিংশিং ঈমানা বানা লেঞ্জবনি। পারী ঈবুংঙো নুংশিবা হৌজিক্তি ঈমানা খাকপা লৈতনা নফমদা হায়রিবা অসিনি। পলেম নমা য়াক্কী ঈখাদা মীতে শাগৈ ৪ (মেরি) মশাগী খোইজিখাদা মিংহুন চেন্নবী তুমনশিকুস্থু নংবু পোকপা

পস্থৌদা তৌখিবগুম মথংলেন মমানশিংবু হাত্তুনা সনা কোনুংদা পুখিদুনা নমদুনা লৈমশিংদা চলহনখিবনি। মীতৈগী লৈমা তরা নপাবুংনি হায়রিবা নিংথৌসিগী থৌইনশিন্তবু তৌহল্লিবনি। চিংনরম্বা পুম্নমক অমত্তা কায়দা চুম্লম্লে। সনাহলসাই মোরাম্বা মহাক্না পলেম মাগী অপোকপী থম্বালদা লোম্না চিন্নবু হংজরে। ঈমা য়াক্না ঈরোম শাগেনা শেংলবদি ঈরোম য়াক্কী শাগেদি মফম কৈদবু লৈবগে। ঈরোম শাগেদি মীতৈ কংলৈপুংগী নিংথৌ ফম্বাল কাবা য়াগদ্রা হায়না সনাহলনা য়াম্না কুপথনা হংজরে। ঈরোম শাগেদি মীতৈ মঙাং য়েকপু ওইবনি, ঈপুথৌ পাখঙবগী চাদা নাউদানি। পাখঙবগী চা-নাউদাদি নিংথৌ ওইখিবামক্তনি। মপাঙ্গল মরৌশিংবু লৈরবা ঈরোম্না নিংথৌবু ওইবদি অকায়ববু লৈতেদো।

কৌইরৌ মথংগী নুমিত্তা সনাহল্লা ঈরোম শাগে থিজরুরে। পলেম মমা থম্বালগা লোয়ননা ঈরোম অমুবগী য়ুমদা অহিং থেংনা থুংলরে। ঈপল ঈবুংঙো থোং অমুক্তা হাংবীয়ু হায়না খোঞ্জেল নিক্না সনাহলনা ঈরোম অমুবগী থোংজিন্দা দোং দোং থিন্নরে। কনানো অহিংনা তাংলৌ অথেংবদা ঈপন ঈবুংঙো হায়না কৌববু বাখল লাম্বা ফংদরে। ঈরোম অমুবা খোমলেন তুমখুন তান্নম্বদগী হৌগত্তুনা থোংজি নাতৈ কাংলক্লে। ঈরোম অমুবা অহলদি সনাহলগা লৈপাক্কী মবেম্মা ওইরিবী থম্বালগা সনা খোংলেংলকপবু উজরুবদা অঙকপনা থন্নদুনা তৌফম খঙদা লেপথরে। অহিং অথেংবদা করি থৌরম লৈদুনা মমা ঈবেম্মনা সনাহলগা লোইননা অমুবা য়াক্কী লাইরা খাংপোক্তা লেংবীরকপবু করি মরম্মু লৈবিবা হঙ্গৎলক্লে। লৈপাক্কী মবেম্মা থম্বালনা ফিজি কোকখুম্মনা খোঙবী লৈমায় লৈহোংনা মখোঞ্জেন নিক্না ননাই তোন্নবী থম্বালনি, অদুগা লোইনরক্লিবা ঈচাসিনা ননাইনা থাবুম মঙাবু পীবুক্লুংদা নাউপুজখিবা ঈরোম শাগেগী অশেংবা ঈনি। ঙসি অহিং অসিদা ঈরোমগী নৌবা ঈরেমসিনা পারী পুরীগী খোঙ্গুল শিজরকপা অসিদা থৌজাল লম্বী পিনবীয়ু হায়না ও খোঙনা কপ্তুনা ঈরোম অহল মাগী মফমদা খুরুমজরে। অমুবা কৌবা ঈরোম অহলদি সনাহল মাবু য়েংলগা মনাউ চাউববু খঙনিং নিংশিংলক্তুনা নোংখোংবগুম কপ্লক্লে। বারম পুম্বা লিবিরে। পাঙ্গল থোকপা

ওমদনা শাগেগী পিবা অহুম মাবু হাত্তুনা থোকখিবা থৌদোক অপুম্বা মচা সনাহলদা অমত্তা চিৎথদনা লিবিখরে। ঈরোম শাগেগী পিবামখে অহিংদুদা অমুবগী ইমুংদা লোম্না তিল্লে। শনাহলদি পল্থৌ মপাবুং চাউবগী ৰারী তাজরুবদা ও-খোংনা কপচখ্রে। শাগেগী মীপুম খুদিংমক্তা হন্না হন্না থাগৎনরক্লে। অহিং অদুদা ঈরোম অমুবগী য়ুমদা শাগেগী চাক খাঙদুনা ঈরোম শাগে ৰাশক্লরে অদুগা লোইননা সনা কোনুংদা লাল অসি তেমশিংনরে। থম্বালগী মরি-মতা পুম্নমক লোইনা শুনা য়াউখরে। পল্থৌ মাবু অপোকপা ঈরোম চাউবগী লমনশিংবা ওইনা অহিংগী মতম লোইরোই তৌরকপদা সনাহলনা চিংদুনা সনা কোনুংদা লাল তারে। অকম্বা লালওং থোকখরে, কয়া কয়া য়াম্নরে, থিন্নরে, অঙম-অঙম্বা হাৎনরে। নোংঙাল্লকপদা অয়ুক্কী পুংফমদা সনাহল অমদি ঈরোম শাগেনা চাউবা মায়পাক্লে। গোপালসিংহ নিংথৌদি শমজাই থোইচানবগা গুরু সান্তিদাস য়াউনা কোন্থাদা লাল চেল্লে। লৈপাক পুম্নমক নিম্নরক্লে, ঈরোম্না লৈপাক নিংথৌ ওইরবদি মীতে কংলৈপাক নুংঙাইববু থোক্লনি।

"অরি-অনৌ লাংওন-লাংতাই"

## ২–সনাহল মোরাম্বা (চীৎসাই)

সনাহল মোরাম্বা (চীৎসাই)না পালচা কুমশিং ৩১৪৬ (খৃঃ ১৭৪৮) দা চহি ৪ (মেরি) নিংথৌ ওইদুনা পানখি। চহিসিগী কালেনগী ১০নি পাম্বা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা সনাহল মোরাম্বনা মীতে কংলৈগী নিংথৌ ফম্বাল কারে। মপানি হায়রিবা গোপালসিংহ (গরিবনিবাজ) বু কোন্থাদা লৈবদি নকমল্লি হায়দুনা অমুক্তসু মনাইমশনগা লোইননা থাঙ্গচীংদা তান্থোক্লে। গোপালসিংহবু থাঙ্গচীংদা করি পাম্নে ফংদনা ৰানা খাঙলে। থাঙ্গদা নিংথেম্না ৰারকচৈথেং ফংলবসিদা রামান্দি ধর্ম্ম নৌনা অমুক লৌহনগে তৌরববু তারদুনা সনাহল মোরাম্বনা মপাবুং গরিবনিবাজবু অবালোমদা তান্থোকখ্রে। গোপালসিংহনা অবা লৈপাক্তা তরা চাকপু চাদনা, লাইজ ঈশিংবু লেত্তনা পুন্সি লেল্লববু তারবদা সনাহলনা মনাউ ঈবুংঙো তোলেল তোম্ববু থৌচৎহল্লে। নিংথৌ গোপালসিংহদি অবা লৈপাক

অচৌবগা য়েক্লা শরৌ তৌনদুনতা লৈরকপনি, অবানা য়াইবী থবাই লৌখিথোক নিংঙমহৌরোই, কৌশিন্দুনা মীতে ঈরক্তা লৈহনসি হায়রবদা তোলেল তোম্বনা ময়াম্বুংগী য়াথং তুংইন্না অঙম্বা খোঙলোই পুদুনা খোঙশান্নে। তোলেল তোম্বগা মপাবুং গরিবনিবাজগা হিদেন মতাফবা অমদা ওক্লরে। গরিবনিবাজ কৌবা নিংথৌদি শমজাইগা লোইনরক্লে। তোলেল তোম্ববু উবদা চেনখ্রে। কনামাবু লৈহৌরি য়েংবদা লোক্লুংদা সান্তিদাস গুরুদি চেম্বা নংদনা লৈরম্ববু থেংনরে। অদুইতুংদা মখুত্তা পায়রম্বা খুজাই মুন্দুনা খুজাইনা থাদুনা হাৎতোক্লে। অদুনোংগী লম্লেন অসিবু খুজাই লোকও তৌনা কৌয়ে। তোলেল তোম্বদি সান্তিদাস গোসাইনা মীতৈশিংগী মফমদা নত্তবা ওইদবা লমচৎ চৎপবু মথবাই নুঙাইতনা অঙাংগী নৌবা ওইনা চৈরোয়নৈয়ে। পম্থৌ মপাবুংনা অবাবা লাংফমদা লৈরিবসি ময়াং মহাকথক্কীনি। পুম্নমক অসি গুরু সান্তিদাস মহাক্কী থৌইনশিন্দগীনি হায়না খঙলদুনা মানা পায়বা খুজাইদুনা থাদুনা হাৎতোকপনে। মথং অমদা মপাবুংবু খামগে তান্নজববু হন্বা লৈতনা চেক্লবদা কান্নররোই হায়দুনা লম্লেন নিংথি খোংবানগী তোনফাং হিদেন্দা তানা লংববু পান্নে। তানা লেংদুনা নিংথেম গোপালসিংহ (গরিবনিবাজ) পুন্সি পিখম্নখরে। ময়াম্বুং ঈবুংঙো শমজাই খুরাইলাকপগা ঙাইহাক মাবু লাল শোক্লরে। তোলেল তোম্বগী তাজিন্না হাইজিল্লক্তুনা শমজাইদি ঈঙাঙ পাক্তক্লনা নিংথি তুরেল খোংনুংদা তাখ্রে। অতৈ পুম্নমক মনাই-মশনশিং য়াওনা লোইনা হাৎতোক্লে। তোলেল তোম্বনা মাগী মথৌ লোইরে হায়দুনা মীতে কংলৈপুংদা হন্নক্লে।

গোপালসিংহ নিংথৌনা নহাননোং মাংলমচত্তা লাইরেল তুপী চলাইলোমপবু খোমলেন তুমখুন তাল্লিঙৈদা থাংলেন খুৎশুনা খনখিবা লাইলেল মৈদিংঙুনা শিরমদাইদা নংস্তু য়াক্লুম থোকউ হায়বিখিবা অদু ঙসিদি নিংথেম্না খঙজখরে। গোপালসিংহনা লৈত্রবদা মীতে কংলৈগী নিংথৌ ওই সনাহলসাই মোরাম্বা (চৌৎসাই)না ফম্বালদা নিংথৌ ওইনা ফম্বাল কাদুনা চহি কুমজা ৪ (মরি) মাবু পানঙল্লে। ঈরোম শাগৈগী ঈশেংনা কংলা ফম্বাল ফম্বদি মতম কুইনবু পালহন্নিংঙি হায়ববু ময়াংগী কুমওন লোইদবনা লৈপাক্কী অনিংবা মতোল লোমখিদে।

তোল্লেন তোম্বনা তোনফাং হিদেন্দগী হল্লক্কগা ময়াম্মুংদা বারোল পুম্নমক লোইনা চিংথদনা তমখরে। অনন্তসাইনা তোনফাং হিদেন তাম্না চত্তুনা মপাবুং নিংথৌগী মথৌ-মওম লোইনমক্তা তৌরুরে। সনাহল্‌সাইনা মচিন-মনাউশিংগা লোইননা সনা কোনুংদা লৈরক্লে। সনাহলনা নিংথৌ হেক ওইবগা মপাবুং পামহৈবা সনা হাক্তক্তা লিখুন মুংলুরবা মীতৈগী লাই হরাউববু নৌনা অমুক হৌদোক্লে। কংলে সনা কোনুংদা ঈপুথৌ পাখঙপগী মকাইফমদা কোইলৌ নুমিৎ ৭ (তরেৎ) নি 'মাবু হরাউজরে। নিংথৌ মাগী হাক্তক্তা মীতৈগী লাই হরাউবা থৌরম্মু মীতৈগী চৎনবী মওংদা অমুক তৌহল্লি। পামহৈপা হাক্তক্তগীদি লাইফম খুদিং হরাউববু নমজা নমথেক্কনা তোকহল্লুরে। তোকহল্লুবদা নত্তনা কবিগুম্বদা লাই হবাউরম্বা থোক্লবদি অকম্বা চৈরাক পিদুনা বারকখি। সনা কোনুং অসিদা মীতৈগী অরিবা পুয়া লোয়শঙ অমুক হম্না লিংখৎনবা হোৎনরে। পুয়া ইবা অহৈবশিংবু নৌনা অমুক শেমগত্তুনা মপুং ফাহনগে তৌববু লৈপাক অসি চাক তাংঙে হায়দুনা লেপখিয়ে। ওল্লকপা কুমওন্দা অমুক থৌরমদু পাংথোক্লে হোৎনববু খুদোংচাদবনা অমুকম্তু লেপখিয়ে। নহাম্নোং পামহৈবা নিংথৌনা গুরু সান্তিদাসকা লৌতুনদুনা লিংখৎখিবা হনুমানগী মুর্তিবু সনাহলনা লৌথোক্লে হায়রবদা অনন্তসাইনচিংবা ভরতসাই য়াউনা থৌখাম্লে। মোংবহম্বা উমংলেন্দা নিংথেম পামহৈবনা সেল্লোই লংমাই চীংদগী য়োং মশিং ৫০০ (চামঙা) রোম ফাদুনা থমখিবদু মশিং য়ামথোক্লক্লে। য়োংশিং চানিংঙাই লৈতদুনা লংমাইচিং মাইকৈরোমদা অমুক চাইনা চাইনা চেন্নখরে। অদু নোংগী য়োংনা লান্দুনা চেনখিবা লৈরকপু য়োংলাল লৈরক (লেম্বী) ও তৌনা কৌয়ে। নিংথৌ সনাহল মোরাম্বনা মোংবা হম্বা উমংলেন্দা ফুরা লাইশঙনুংদা লৈরিবা হনুমান মুর্তি অসিগী মরিমখোং থিরক্লে। লম্লেন থোংনাং মরমদগী লাকপা বামোন রমেসজী অরিবমবু মরমখিবিক লিহল্লে। হনুমানদি অথেইবা রামগী মনাই অথেইবনি। মপাঙ্গলবু লৈজবনা মহাবলিবু কৌজবনি। মোংবহম্বা উমংলেন্দা উমংলাই ৯ (মোপন) মাবু ঈরাৎ থৌনি তৌনা লৈনুংচন্দুনা লৈহল্লে। উমংলাই তাইনববা নপাবুং পামহৈবনা গুরু সান্তিদাস য়াউনা লৌতুনদুনা হনুমানবু মুর্তি নাইনা থমখিবনি। হনুমান মহাক্তি য়োংজাউ মুর্তি নাইনা থমখিবনি। হনুমান মহাক্তি

য়োংজাউ মুর্তি ওইবনা লৌইনবা য়োং ৫০০ (চামঙা) দংবু নোংমাইচীং মরমলেন্দগী ফারুদুনা থমখিবনি। মহাবলিদা হনুমান্না লৈখি হায়বগী মোংবহন্বা উমংলেনবু মহাবলি উমং হায়না কোলোয়তবু গুরুন্না থোনখিবনি।

য়োংবু খুরুম্লবদি তিনচু লাইচুনরে, কনানম্বু খুরুম্মদ্রে। মতৌ অদু উবদা সান্তিদাসনা পামহৈবদা ইন্সিন্দুনা হনুমানদি য়োংমক নত্তেয়ে, য়োংগী বামোন অশেংবনি অদু নোংগীবু হনুমান থাকুরও তৌনা কৌএ। বারোল অসি তারবদা নিংথৌ সনাহল সাইনা হনুমানগী মুর্তিবু থম্লগনু হায়রবদা অনন্তসাই মনাউ মানা নোঞ্জ বাহৈনা পুরুম্লে। লৈপাক খ্বাইগী মফমদা হনুমান খুরুম্বদি তৌহৈদে হায়নবু খঙহল্লে। হনুমান্নু খুরুমদ্রবদা মোংমা হন্বা উমংলেনগী ময়াইশুপতোংপান উশিনপুংদা অশোন-অনামখৈনা মাংলমচৎকী মতৌগুম পুরুম্মরে। অদু নোংগী অশোন-অনামখৈবু তিনকোল্লরে।

নিংথৌ পামহৈবগী মতমদা সেলোই লমজাউ লম্যাংদোংবু বিষ্ণু গোস্বামী অথোইবগী শকফোংনফমনি হায়বগী লম্লেন বিষ্ণুপুর কৌনা মিংচৎনখিববু সনাহলনা করি লৈবা থিরক্লে। সেলোই চীংথক্তা বিষ্ণু গোস্বামী অথোইবনা লাৎলম্বা লাইনি হায়দুনা ঈশ্বর মাগী মমিংবু বিষ্ণু কৌনরে। মুর্তি নাইনা সনা কাকোক মনুংদা লৈরম্ববু মাঙহল্লে। পামহৈবনা শারম্বা লাইশঙবু উরগা সনাহলদি অশাউ-খাম্বী মৈচুররে। মীতৈগী অরিবা মরম্মু থুগায়নবা লাইশঙ ফুরাম্বু শারম্বনি হায়বগীবু সনাহলনা অশাউ-খাম্বী মৈহৌবনি। বিষ্ণুগী শক্তম্নি হায়দুনা নুংবী মচেৎ অমবু কাকোক্লুংদা লৈরম্ববু লোইনা তুম্না মাংহল্লে। ফুরা লাইশং খিবিক থুগায়গে তৌববু অনন্তসাই, ভারতসাই অমদি সত্রুঘনসাই য়াউনবু থৌখাম্লে। অনন্তসাইদি থরো কাংদ্রুম ওম্নবু কপচখরে। নিংথৌ ময়াথং লৌনা লৈপাক্কী অঙম্বা চোম্না তিল্লবদা অঙৌহঞ্জবা অয়েকপনা খঙহল্লে। ঙসি কৌবা নোংদগী হয়েং তুংলমচৎকী বানে, পামহৈবা নিংথৌনা বিষ্ণু গোস্বামীবু কাউজদনবা গুরু সান্তিদাসকা লৌতুনদুনা শারম্বা ফুরা অসি নিংথৌ কনাই হাক্তক শেমফরেইএ। কনা থওই উশিত্তদুনা ফুরা মাবু শেম্লবদি পুন্সি ময়েং তাগনিয়ে। ফুরা মহাক্তি অদু নোংগী থৌসি থৌশেম লৈতনা সেলোই

চীংচেপ্তা লৈখি। বিষ্ণু গোস্বামী অথৌইবদি লম্লেন লমাংতোংগী লমদমসিদা অদুঙৈ য়াতারিঙেনে হায়বগী লম্লেন বিষ্ণুপুর তৌনা কৌয়ে।

সনাহলসাই নিংথৌনা পলেম অপোকপীদি থম্বালবু লাথুপকী মরম খিবিকপু লিহল্লে। পলেম মমানা মথং মথং লিরকপদা সনাহলদি পুমঙক ঙকখ্রে, হায়ফম তৌফম অমত্তা খঙলক্ত্রে। নোংমা কৌইরৌ নুমিত্তা সনাহলনা পলেম মমা থম্বালদা মাগী নিংজবগী অরেৌইবা খঙহল্লে। মীতে লোনচৎ লমদাংবু নিংথৌ পামহৈবনা মথক-মখা ওন্বদি করি থৌরম তৌরগা অবাবা তাংককসিদগী কোকঙমগদবনো হায়না হংজরে। পারি ঈবুংঙো নুংশিবা মীতেগী অরিবা লমচৎপু লমদাং খজিক কায়ফরেৌই। মচিন-মনাউশিং পুম্নমক্কী নুংঙাই লম্বী ওইননবা মপারী ওইবা সনাহলগী মফমদা অরোম্বা লম্বীবু তাকপিরে। নয়াম্বুং ঈবুংঙো শমজাইবু নিংশিংদুনা মনাউ শাবমখৈনা পুন্না হৌনা য়েক্লরবনি হায়বসি তাকপিরে। নিংথেম পামহৈবগা গুরু সান্তিদাসকা লোন্না হায়নখিবা খিবিক থম্বাল য়াক্লা ঙম্না তারৌই। মখোয়না ঙাংনখিবদি হন্দক্কী মপোক্তা গুরুগী ধর্ম্ম মহৈ য়ান্দ্রবস্থ - - - - - - - - - - - - - - - সমজাইনা লৌহৌবা নৌবা অসিগী মহাথক্কীদি লেপ্ল ধর্ম্ম মপুং শোয়দনা ফারনি। নৌবা অঙাং অসিদি চেকশিন্না থমশি হায়নখি। থম্বালনা বারম অসি তাকপিরবদা অমুক থিন্থদরে, সনাহলনা মৌইরাংপাংনা চৎখিদুনা মাইরেন্বম চনুদা মচানি শাজিন্নদুনা নৌবা খোংগুন লিরুববু লৈরমদ্রে। শনাহলনা নৌবা অঙাং অদুগী খোঙ্গুল লীবা চৎখ্রিঙৈদা অনন্তসাইনা থৌওং ʹমাবু তৌরম্লে। মপাঙ্গলদি লৈতবনা সনাহলগা পোকমিন্নবা তোলেল তোম্ববু মপা তিন্নদবনা ময়াম্বুং নিংথৌনা চান্বিদে হায়না ইন্সিল্লুরে। তোলেল তোম্ববু অশাউ-খাম্বী মৈহৌহল্লে। ভরতসাই কৌবা ময়াম্বুংনে অনন্তসাই য়াউনা শরৌ শিন্নরে। সনাহলবু পোকপী মমা থম্বালবু হাৎননবা লাইরিকয়েংবম চনুনে, চিংঙাখম চনুনে, মৌইরাংথেম চনুনে, ঙাংবম চনুনে লেপ্পরে। থম্বাল হাৎহৌদ্রবদি হয়েং তুংলমচত্তা শাগৈ পুখোং শেংদবী মখোয়গী মরুমখৈ লোইনা তুম্লনি হায়নরে।

মরম খিবিক অসিদগী ঙাংবম চনুনা পোকপা ভারতসাইনা খুৎশু-থাংলেন পায়দুনা থম্বালবু হাৎকে হায়না লাকপদা তোলেল তোম্বগা থেংনরে। তোলেল তোম্বনা মাবু পোকপী পলেম মমাদি লান্দে উরক্তুনা মমাবু কনগে হায়না হায়জরে। তাল্লক অদুদা অনন্তসাইনা তোলেল তোম্বদা লোন্না তানা হুম্বদা পালহৌদরে। মরম অসিদগী মহৈ মহৈ য়ান্নবা থিন্নবা তৌনরে। অকন্বা লালবু শোক্লরে। থম্বালনা তাঞ্জা অসিমক্তদা লৈথোক্তুনা চেনখরে। মানা চেনখিবা উবদা তুমনশিং অদুনা ফাগদবগী তান্নরক্লে। নোংশা অমোমগা পাংখক ওইবী থম্বালনা মাবু ফাগে তাল্লকপী তুমনশিং অদু থাংনা লৌইনা য়াল্লম্লে। থম্বালনা ঈঙাং পাক্তেনা নুপা ফিজেৎ শক্লোৎনা চেল্লকপনা সনা কৈথেলদা মপারী সনাহল মোরাম্বগা শামু মায়োক্লরে। কংলা সনা কোনুংদদি তোলেল তোম্বনা ময়াম্বুংশিং পুম্নমকপু থাঙনা লোয়না খল্লে। ময়াম্বুংমঙৈদি করি তৌঙমদা লৈববদা তোলেল তোম্বনা লানখিবা খিবিক ঙাকপিয়ু হায়না খুকউ লৈতানা খুরুমজরে। পলেম মমা থম্বালবু কদাই লমদা চেনখ্রবগে হায়দুনা লাইরিকয়েংবম চনুদা খুরুমজরিঙৈদা ভারতসাই অনন্তসাই অনিনা চংনা তোলেল তোম্ববু ফাখরে। মখুৎ তুংবুন্নদুনা চৈরাকশংদা শিন্নরে।

সনাহলসাইনা কংলাগী সনাথোংদা পম্বাল লানশিন্না তকশিনখ্রে। পলেম মমা থম্বালনা নোংচুপ মহৈকে পাংনা অবাবা শকফম পুদুনা চেনখরে। সনাহলনা কংলাগী চৈরাকফম য়ৌনা চংশিল্লুববু মনাউ তোলেল তোম্বগা উনবা ফংলমদনা মমায় লৈরক্লে। সনাহল মোরাম্বনা খোংলৈ থুনা তৌদুনা পলেম মমা থম্বালগা সনা কৈথেলগী নোংচুপ্তা থেংনদুনা মথং মথং চৎখিবনা লৌইবী চীঙখোং ʼ মাবু য়ৌখরে। চীংখোংদা লোৎনা লৈরম্বদগী কৌনু চীঙজাউ কাখরে। সনাহলনা লোৎখিবা লোক্লেল লোকচাউ অদু নোংদগী সনাহল লোকচাউ কোলোয়নখি। সনাহলনা লম্লেল লৌইবী লোক্লুংদা বাখল লংজিল থুপচানবু লৈখি।

## ৩-ভারত সাই

ভারত সাইনা পালচা কুমশিং ৩১৫০ (খৃঃ ১৭৫২) দা চহি ২ (অনি) নিংথৌ ওইখি। ভারতসাই নিংথৌনা মনাউ তোলেল তোম্ব (সত্রুঘনসাই) বু যুবরাজ অদুম হাপই। মতম অসিদা অনন্তসাইগা ঙৌব্রামসাইগা অনিনা লৌতুনদুনা ভারতসাই নিংথৌগী য়াইফনবা বা তানবা শাদুনা লৈমিন্নরিঙৈদা মপান্দগী গৌরশ্যাম অমসুং চীংথংখোম্বগী মাম্মা খেলেম্বনা মরিং খুনগী খুম্নাকপগা অনিনা লুচিংদুনা লাল হৌরক্কুনা লৌনম তৌদুনা নিংথৌ ভারতসাই অমসুং সত্রুঘনসাই অনিবু ফাদুনা অবারোমদা তাম্থোকখ্রগা গৌরশ্যামদা নিংথৌ খুবম শিন্নখি।

### মীয়ামগী লৈঙাক (গনতন্ত্র সাসন) মাঙখিবা :-

মীতৈ কংলৈদা চহি চা কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবা মীয়ামগী লৈঙাক (গনতন্ত্র সাসন) অসি নিংথৌরোল মথং মথং চৎথরকপনা ঈনিংথৌ চলাইলোমপা মতম ফাউবা হিংলম্মী। অদুদগীদি মচা ঈবুংঙো নিংথেম পামহৈবনা পাম্বা মতমদা শ্রীহটদগী লাকপা সান্তিদাস গোষাইনা নিংথেমদা হিগায়বা তৌশিন্দুনা মীয়ামগী লৈঙাক (গনতন্ত্র সাসন) মাঙহনখি। তমথিরবা "শুপ্পম" লৈঙাক (ফেসিজম সাসন) লাকখি। পামহৈবা মহাকথক্তা মীতৈ কংলৈগী তোমথিন ঙাম্লম্বা নুমিৎ অদু খঙহৌদনা য়াচঙখি। মতম অদুদা মীতৈ কংলৈপাক্কী নামুংবা থবক ঙাক্তা তৌখি। থকসি-খাসি পুম্নমক মাঙখি। লৈপাক্কী পিবারেল ওইরিবা নিংথৌনা তুমন লৌহৈদববু সান্তিদাসনা অকায়বা করি লৈতে হায়না ইন্সিন্দুনা তুমন কয়া নমদুনা লৌহনখি। মসিনা মীতৈ কংলৈগী লোনচৎ থুগায়রগা লৈপাক মাঙ-তাকহল্লগা মীতৈ পুম্নমকপু ঈ থক্কে শিন্বা থৌরাংনি। থৌরাং অসিমক লেপ্পা মায় পাকখিদবা নত্তো। অসিগুম্বা সান্তিদাসকী থৌইনসিন পুম্নমক নিংথেম্না হরাউনা লৌখিবনা মীতৈ লৈপাক মথক-মখা ওল্লকখি। "শুপ্পম লৈঙাক" পু খুৎলায় ওইনা শিজিন্নরক্কুনা

মচা ঈবুংঙো শ্যাম্সাইবু মনিংতৌনা "খুরাই লাকপা" ফম হাপখি। অসিতা নত্তনা মাগী মরি-মতাশিংদা উরুংপুরেল, পাচাহন্না অমদি লৌরুংপুরেলনচিংবা ফম কয়ামরুম হাপচিনখি। মসিগী মমাংদদি মীয়ামগী লৈঙাক লৈরম্বনা নিংথৌনা মনিংতৌনা মরি-মতা অমদি শাগৈ-নাতৈ অমত্তা ফম হাপ্পা য়ারমদে। লৈপাক্কী ফমথোন্না ফমথোন পায়রিবশিংগা য়ানবা অমা পুরক্কগা লৈপাক্কী হাপনিংলিবা ফম অদু হাপ্পা চৎনরমই।

**খুদম ওইনা পন্না য়াই ঃ-** (১) ঈনিংথৌ খাগেম্বনা মনাউ ঈবুংঙো শানোংববু মমা তিন্নদে হায়দুনা বারৌখিবা য়াই খন্দুনা লৈপাক্কী ফমথোল পায়রিবা অঙম-অথৌশিংদা মশানৌ শানোংবগী ফম অমত্তং পিবিয়ু হায়না নিখি। নিংথৌ সনা য়াথংবু ফমথৌশিংনা চরৈ ফিগাউ শানা য়াদুনা শানোংববু "য়াইস্কুল লাকপা" ফমথোন হাপখি। মসিমক "মীয়ামগী লৈঙাক" হায়বা অদুগী বাহন্থোক মপুঙ ফাবনি।

(২) অতোপ্পা অমনা ঈনিংথৌ চলাইলোমপনা চোথে খুন্নাকপা মপুঙয়ায়দা লোইপোৎ পীবক্তবগী হুয়েল লাল লেঙউবদা চোথে খুন্নাকপনা মায়থিরবদা মাগী মমোমলোয় মদোম তোমথিন শাৎচবী চাইবী কৌবী শকহেন্নীবু লোইপোৎকী মশক ওইনা মীতৈ কংলৈ পিবারেল ঈনিংথৌ চলাইলোমপদা খরাইথক্তা লৈহাপ্পা, লৈরোং লাইদা কৎপগুম কৎচদুনা পিরবদা ঈনিংথৌনা পুক্নিং খোয়দানা চাইবীবু মীতৈ কংলৈপুং ময়োন্দা লৈমা ওইগে খন্দুনা পুরকখি। মতাং অসিদা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংনা নুজা মাগী চেংলৌ নিংথিবা অদু উবদা নিংথৌগী লৈমা ওইরবদি ফখ্রনিদা খন্দুনা নিংথৌ মাগী মফমদা পাউহংলকই। "ঈনিংথৌও। চোথে মপুংয়ায়দা লোয়পোৎ থৌবা সনা খোঙলেংবিরুববু মায়পাক্লকপগী শক্তম উবা ফংজে। অদুগা লোইবী চনুরা অমত্তংবু খোঙলোয়নবীরক্লিবা অসিবু তালোই লৈমা ওইহন্নীগে হায়না সনা খুৎমক্লা হেক্তুনা পুবিরকপ্রা?" বাহৈ অসি তাবদা নহা ওইরিবা ঈনিংথৌনা ঈকায় চৈরোইনন্না পাউখুম্নীরকই, "নত্তে ঈপুখোয় নাইফানি, নায় ওইগে হায়দুনা পুজরকপনি।" বাহৈ অসি তাবদা লৈমা ওইহন্নিংঙম্বা অঙম-অথৌ পুন্নমক্কী বাখল অরেম্বা তাদুনা তুমিন লৈনখি।

ওন্থোকপনি, লাইবক ফন্না ফন্না লাইবক থীরবী চাইবীগী মরাইবক -- নিংথৌনা বাহে শোয়খিবনা চাইবী লাইবক থীবী ওইদুনা লৈরাং নাহুই তোংগুম কেমদুনা নিংথৌগী লৈমা ওইবা ফংলোইদৌরিদো। ঈনিংথৌ চলাইলোমপনা নহা ওইবা বাখন্না ঈকাইদুনা লৈপাক মাঙদা নাইফানি হায়দোকউরগা নিংথৌ মাগী থবাইদি চাইবী মাগী থম্মোয়দা নুংশি কাইবী মহুম ওইখ্রবনিনা চাইবীবু কংলৈ লৈমরেল হাপকে থৌরাংলক্লে। মতম অসিদা লৈপাক্কী অঙম-অথৌ খিবিক্না "নাইনা লৈমরেল হাপ্লবদি লৈপাক মাঙ-তাকই, য়াদে" হায়না থিংলক্লে। মতাং অসিদা খুমন কংলৈ (ময়াং ঈম্ফাল) দগী নিংথৌ খন্বা শাপ্পা হুইতু চাউবনা চোংথোক্লুনা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংদা লৌনমদুনা হায়জরকই, "অঙম-অথৌ ইকায় খুম্নরবশিং পুন্নমক তাবিও। চাইবী কৌবী নুপীমচা অসিদি শাপ্পা ঐগী ঈচানে, ঈনিংথৌনা নিংজরিবা অসি অমুক্তা থুংহন্বীয়ু" হায়না হায়জরকই। মতাং অদুদা অঙম-অথৌশিংনা শাপ্পাদা য়েংদুনা হায়রকই – "শাপ্পা হুইতু অঙাওবা। শাপম মঙাঙ নংগী নচাবু মঙাঙ ঈ ওইবা নিংথৌদা পিবা য়াব্রা ? কংলৈচাগী নামুং বাশক অচৌবনি খঙদ্রব্রা ? অদুগী মথক্তা নাইনা লৈমা ওইরবদি লৈপাক মাঙ-তাকই হায়বা কাউরব্রা ?" অসি হায়না শাপ্পা হুইতু চাউববু লংনবিরে। শাপ্পা হুইতু চাউবা ইকায়খাং ওইনা হায়রকই –"ঐ ঙসিদগী মঙাঙ য়েক থাদোক্লে, খুমন য়েক ওইজরগে" হায়না ইকায়খাংদগী মঙাঙ শাপ্পা হুইতু চাউবগী শাগে মখেবু "খুমন য়েক" ওইখি। ঙসি ঙসিমক সাপমদা মঙাঙ য়েক অমা, খুমন য়েক অমা লৈরিবা অসিনি। শাপ্পা হুইতু চাউবগা ঈনিংথৌ চলাইলোমপগা লোন্না চক্লুনা ঙসি কংলাতোংবী হায়না খঙনরিবা মফমসিদা চাইবীবু লৈমা হাপ্লুনা কংলা মেন তোংখি। চাইবীবু কংলা মেন তোংখিবা মফমনি হায়দুনা লম্লেন কংলাতোংবী হায়না কৌখিয়ে, ঙসিফাওবা কৌনরি।

অন্নুম্না লোন্না কংলা মেন তোংখি হায়বা অসি খঙনরক্লুনা লৈপাক মীয়াম্না চাইবীবু কংলাদা চঙহনখিদে। পাউনম হিদেন বাংমদা য়ুম অমা শাদুনা চাইবীবু থমখি। লৈপাক মীয়াম চঙদুনা অকৌইজম চনু নুমিৎ লৈমবু লুহোংদুনা

কংলা মেন তোংহন্দুনা লৈমলেল (মহারানী) হাপখি। ঈনিংথৌ চলাইলোমপনা চাইবীবু মাগী অরোম্বা তালোই ওইখ্রবস্থু মনিংতৌনা কংলাদা পুশিন্না ঙমখিদে। মসিমক্লস্থু "মীয়ামগী লৈঙাক" চৎনৈ হায়বা অদুগী ময়েক লারবা খুদম্নি।

ঙসি মীয়ামগী লৈঙাক লৈরকনা মীখল (ইলেক্সন) তৌরিবা অসি মীতে কংলৈপাক্তদি চহী চা কয়াগী মমাঙদা লৈখ্রবনি। মীখল মওঙবু ঙসিগী য়ুখল মরুমদা তৌনরিবা অসি নত্তে, অফোংবা মীখলনি। মীহুৎ (কেন্দিদেট) ওইরিবশিং অদুনা মকোক থংনা লেপ্পগা খনগদৌরিবা মীশিং (ভোটরশিং) অদুনা মাগী মাগী অপাম্বা মীহুৎকী মখাদা পরেং শানা লেপ্পগা খুদক্তা মশিং থিবনি। অদুগা মীশিং হেন্বা মীহুৎ অদুনা খন্নে হায়দুনা খুদক্তা লাউথোকপা অদুনি। ঙসিগী তৌরিবা মীখল অসিগুম্না লৈয়াৎ (কনষ্টিটুয়েন্সি) অমদা মীহুৎ য়াম্না লেপ্নবা অসিদি নত্তে, মতিক চাবা লৈঙাক লৌশিং লৈগদবা মী খরদমক্কি। অয়াম্বা লৈয়াত্তা লম্বা য়াউদনা (অনকন্টেসতা) কাবনা অয়াম্বনি। অস্তুম তৌনা লৈয়াৎ ৬৪ (হুমফুমরী) দগী কারকপা "ফমথৌ" (এমঃএলঃএঃ) শিংনা "নোংথোল" (মিনিষ্টর) ৭, "বারেপ্পা" (স্পীকর) ১ খন্নগা "কংলৈ পীবারেল" (নিংথৌ) না "অতোং অলেম" (প্রেসিডেন্ট) ওইরগা লৈঙাকই। নোংথোলশিং অদুদি – "চাউবা নোংথোল" (চিফ মিনিষ্টর), "পুখ্রম্না নোংথোল" (হোম মিনিষ্টর), "লৌরুং নোংথোল" (রেভিন্যু মিনিষ্টর), "ঙাকশেন নোংথোল" (দিফেন্স মিনিষ্টর), "উরুং নোংথোল" (ফোরেষ্ট মিনিষ্টর), "লৈমা পোকপা নোংথোল" (পিঃদব্লিউঃ মিনিষ্টর) অমস্তুং "শেমগৎ-শাগৎপা নোংথোল" (ডিভেলপমেন্ট মিনিষ্টর) অসিনি। করিগুম্বা লৈপাক্কী ওইবা অরুবা তাংফম অমা লাকপদা কংলা বায়েন মীফম (এসেমব্লি সেসন) ফমদুনা খন্ন-নৈনবগী থবক তৌই। মীফম অদুনা য়ানরগা বারেপশিং অদু নিংথৌগী অয়াবা (এপ্রুভেল) লৌরগা থবক চৎথে। অশুম তৌনা থকসি-খাসি কায়দনা লৈপাক নিংথৌ অনী পুন্না লৈঙাকমিন্নে। অদুবু চহি অশুক লৈরগা মীখল তৌগদবনি হায়বগী অকক্লবদি লেপ্তে। ফমথৌশিংগী মরক্তা শিবা-নাবা য়াউরকপা নত্রগা য়াম্না অহল ওইশিন্নক্লবা মতমদা মথোয়গী মহুত্তা খন্নবা ওইনা মীখল তৌনৈ। অদু নত্রিমখৈদি অকক্লবা চহি নত্রগা মতম লৈতে।

অদুগা অমনা ঙসি লৈরিবা লোয়শঙ ময়াম অসি মতম অদুদা অদুমক লৈরম্লে। তশেংনা হায়রবদা মালেম অসিনা মমিং পাঙদ্রিঙেদা মীতৈ কংলৈচাশিংদি চাউখৎপগী অয়ৌবী থাক য়ৌরম্লে হায়বদা হায়মম্বা থোক্লোই। ঙসিগী মালেম অসিনা চাউখৎলক্লিবা অসিদি চহি ১৩০ (চামা কুম্‌হ্রা) মুক্তা ঙাইরি। মীতৈ কংলৈচাদি ঙসিদগী চহি ২৯৮ (চহি চনি মরিফুতরানিপাল) রোমগী মমাংদা "রামান্দি ধর্ম্ম" না নেৎখায়দুনা চাউখৎপগী শক্তম মরূ ফংনা মাঙহনখ্রবনি। লৈখা তাখ্রবা ফুরুপ অদুনা হান্না চাউখৎলম্মী হায়বসি মী অতোপ্পনা থাজদবদি লায়রদুনা ঐখোয় ঈশামরুফাওবা থাজদ্রবনি। মালেমদা লৈরিবা ফুরুপশিংনা মীযামগী লৈঙাক (গনতন্ত্র সাসন) হায়বসি মমি তাদ্রিঙেদা ঐখোয়গী মীতৈ কংলৈপাক অসিদা চহি চা কয়াগী মমাংদা মহয় য়াম্লম্লবনি। অশুম্না ওইবা মীতৈ কংলৈগী ফজরবা "মীয়ামগী লৈঙাক" অসি ঙরাংতা ভারতকী পিতা গান্ধিজীনা ঐখোয়গী মতৌ তমদুনা হৌদোকপিরম্বা ভারত অসি ঙসিদি মালেম অসিদা তোমথিন ঙাল্লে। "গনতন্ত্র ভারত" মতম কুইনা হিংবা ওইসনু।

## ৪-গৌরশ্যাম

গৌরশ্যামনা পালচা কুমশিং ৩১৫১ (খৃঃ ১৭৫৩) দা চহি ৬ নিংথৌ ওইদুনা পানখিরম্মী। গৌরশ্যাম নিংথৌনা মনাউ ঈবুংঙো চিংথংখোম্ববু যুবরাজ হাপই। মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা খেলেম্ববু মৌইরাং নিংথৌ হাপই। গৌরশ্যাম চহি ৬ নিংথৌ ওইরবা মতুংদা নোঙ্গাখি।

## ৫-চীংথংখোমপা

চীংথংখোমপানা পালচা কুমশিং ৩১৫৭ (খৃঃ ১৭৫৯) দা চহি ৫ (মঙা) নিংথৌ ওইবা মতমদা মাম্মা মৌইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা লম নিরবদা চীংথংখোমপানা লম পীদবদগী খেলেম্বনা অবাগী মতেং নিরুদুনা মনিপুরদা অবানা লাল তারক্তুনা লৈপাক কায়খি। অনীরকশুবা ওইনা অবানা লাল

তারকপদা মীতৈ পুম্নমক লাল কায়দুনা প্রজা অয়াম্বা ময়াং লৈপাক্তা লাল চেন্নে। হন্দক্কী লাল চেন্বা অসিদা লোইনবা মীকোক ১২ দংগা লোইননা কছারগী নিংথৌ সানধিকারিগী মফমদা চংজখি অমদি চান্নি-ফিনি লৌজখি। চীংথংখোমপানা লাল চেন্বদা (১) বাহেংবম চাউঙৌ, (২) য়ুম্নাম থৌইবা, (৩) অঙোম চাউবা, (৪) অহৈমব খোংজোন (৫) অনন্তসাই নচিংবা লৈপাক্কী অঙম্বশিং অসিগা খোঙলোই ওইখি। অখাম চনু ভানুমতি, কাছারগী নিংথৌ সান্ধিকারীগা লোইননা চীংথংখোমপা নিংথৌস্থু তেখাউ নিংথৌ রাজেস্বরগী মফমদা য়ৌজখি।

## ৬-খেলেম্বা

খেলেম্বা পালচা কুমশিং ৩১৬২ (খৃঃ ১৭৬৪) দা চহি ৩ (অহুম) নিংথৌ ওইখি। মীতৈ নিংথৌ লাল চেন্নিঙৈদা মীতৈ লৈপাক্তা অবাগী মতেংনা মাইরেম্বম মচা খেলৈ নবানা চিঠি থারক্লে। লাইরিক্কী মরোন্দা নিংথৌ চীংথংখোমপা মীতৈগী নিংথৌ নত্তে, মাবু হাৎতোকউ হায়না হায়জিল্লকখি। তেখাউ নিংথৌনা চিঠিগী মরোল মতুংইন্না থবক তৌবা তারে হায়রবদা মীতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্বদি চিম্বাল থক-খা কংদুনা অবাবা য়ামফক তাগুম্লে। হন্দক চীংথংখোমপা নিংথৌনা লাল চেন্বসি মীতৈ লৈপাক্তদি মাইরেম্বম মচা খেল্লে নবানা নিংথৌ ওইরিঙেনি। অবানা মহাকপু মীতৈ নিংথৌ হাপ্পা অসি বায়েন-পথাপ চুমদনা অবাগী অঙম্বশিংদা মীতৈ নুপীশিংবু য়োম্থোক্তুনা নিংথৌ ওইখিবগীদমক মাগী য়ুম্নাকপু "বায়েম্বম" হায়না খঙনখি। অরোইবা বায়েন অসিদা চীংথংখোম্বা মীতৈ নিংথৌনি হায়বা অশেংবা খঙননবা শামু অঙাউবা ফাবা তাখি। শামুগী মহৈ (বিদ্যা) দা অখন্নবা ফাউরবা কোলোয় মিংলেন নিংথিরবা "ভাস্কর" বু কৌবনি। শ্রীভাস্কর হায়বসে লম্লেন লম্মুংশি শ্রীপাট ক্ষেত্রদগী ধর্ম্ম শন্দোকপবু লাকপনি, শ্রীনবদ্বিপ ধামগী ধর্ম্ম মাগী মরাইবক লৈতবনা তেখাউদা নিংথৌগী দন্দি ফংদুনা শামুশঙদা মথবাইবু পুদুনা লৈবনি।

মাগী মহৈগী তৌবা ঙম্বা মতিক-ময়ায় লৈমন্বগী অদুক শামু শেন্নবা অথোয়বা মউং ওইনা হিংজবনি।

অহিং শুক্লা মম্বদা মচা-মনাইগী তম্পাক্তা তৌফম খঙদনা হুমাং অনপ্পী কাদুনা লৈরিবা চীংথংখোম্বগী দসানি। মীনা ফাঙমদ্রবা শামু অঙাউববু হয়েং ইনুং ঙাম্বদা চীংথংখোম্বনা শামু ফাবা তারবা পুম্নমক অসি খল্লুবদা বুদ্ধি সোইরোম চন্দুনা অচিকপা কাদা বান্থ-বান্থদুনা লৈরি। মতম চপ চারে খন্দুনা মীচিক-মীরাউখোল তাদ্রবা অহিং নোংয়াই মতমদা শামুশঙদগী অথৈইবা গুরু শ্রীভাস্কর কৌবদো নাসোন পিক্লা থোরক্তুনা চীংথংখোম্বগী কাদা চংলক্লে অদুগা মরম পুম্বা তাকপিদুনা থবক থৌরম খুদিংমক শিল্লরে। বারুগনু মীতে নিংথৌও, নচা-ননাই চাউননবা, নরৈপাক-নরমদম হজিন্নবা মরম শিন্বিগে হায়ররে। শ্রীভাস্করনা মাগী পরিচয় খুদিং লোইনা তাকপিরে অমস্তুং অহিং অথেংবদা অঙাউবা শামুকোন্দা চঙদুনা শামুগী অশেংবা লাইবাবু তমজখি। শ্রীভাস্কর কৌবা গুরুনা শ্রীগোবিন্দগী প্রেম লীলাগী মওং পুম্নমক অহিংচুপ্পা তমবিখি। অহিং মমৈ ওইরক্লবদা চীংথংখোম্বা অমদি শ্রীভাস্কর অনী বাশক্লখি। হয়েংগী শামু ফাবসি লোইরগা মীতে লৈপাক্তা নিংথৌ খুবম হজিল্লবা মতমদা ধৰ্ম্ম দিক্ষা গুরু ওইগনি অমস্তুং ধৰ্ম্ম গুরু ওইবগা শ্রীভাস্করনা শিন্বা খুজিন থৌরাং পুম্নমক ইনগনি হায়না চীংথংখোম্ববু বাশকহনখি। নুমিৎ অসিদগী হৌনা চীংথংখোম্বা নিংথৌসি মীতেগী লাইনিং লাইশোল থাদোকখি।

নোংঙাল্লে, চীংথংখোম্বা নিংথৌনা ঙরাং অহিং শ্রীভাস্করনা তম্বী-তাকপিখিবা মরম পুম্নমক ইকায় কায়দনা থৌরাং তৌরে। অঙাউকী মতৌগুম তফিং-তফিং চীংথংখোম্বা নিংথৌ অদু তেখাউ মীয়ামগী মাংদা থোরক্লে। মচিন্দা শ্রীভাস্করনা তম্বীখিবা শ্রীগোবিন্দ অমদি ভাস্করবু তৌইনা তৌইনা শোজ্জখি। তেখাউ প্রজানা নিংথৌবু উবদা মায় পাকউ হায়বগা লোইননা মহারাজগী জয় লাউখি। চীংথংখোম্বা নিংথৌদি মখুৎ য়েত্তা সাই তিংখং মনা খরা অমদি ওইথংবা মখুত্তা পামেন কোকন মশা অমবু পাইজরম্মী। তেখাউ নিংথৌ স্বৰ্গদেব রাজেস্বর সিং অমস্তুং লৈপাক্কী য়াথং ফংলদুনা

শ্রীভাস্কর কৌবা মউৎনা শামু থাদোক্লে। চীংথংখোম্ববু উবদা হান্ননা ঙাউদুনা লৈরবা শামু অদু খোংদুনা চেনশিল্লকখি। শ্রীভাস্করগী বাক্য নিংথিবা মরমতবু নিংশিংখি। অদুগা শাই-তিংখং মনানা মাংদা চায়থোকই, পামেল কোকন মশানা ফর-ফর হাইদুনা চোংবদা ঙাউরবা শামু অদু তেগল্লবা তাউবা হুইদগী হেন্না তেথদুনা লৈমায়থক্তা য়াতুখি। চীংথংখোম্বনা জয়নি, শ্রীভাস্করনা জয়নি, শ্রীগোবিন্দনা জয়নি হায়না লাউদুনা শামুবু মখুৎনা থেংনা শোকচখি।

লৈপাক মীয়াম্না চীংথংখোম্ববু শামু অঙাউবা মখুক্তা খুৎলায় য়াওদনা ফাখিবা মীতে নিংথৌদি লাইগী মচা-মশুনি শোয়দ্রবনি হায়বদু উৎখিরমই। মদুদা পেল্লদুনা মীয়াম্না মাগী মমিংবু নুমিৎ অদুদগী "জয়সিংহ" হায়না মিংথোন্নিখি। চীংথংখোম্বা, জয়সিংহনা মাগী অরেপ্পা ফিরেপ অমা খঙজরবদা হরাউরদুনা লৈনা জগোই শাজখি। ভাস্কর কৌবা মউৎপু তৌঙমদবা থবক তৌবগীদমক মনা ওইনা তেখাউ নিংথৌগী মফমদগী নিজখি। তেখাউ নিংথৌনা পিবিরবদা জয়সিংহনা ভাস্করবু শ্রীগুরু হায়না উপাধি অমা পীজখি। মতম কুইনা মীগী মীখা থানা শামুশঙদা লৈরুরবা ভাস্করনা পেল্লদুনা জয়সিংহবু ইনৌ নৌনা মরাইবক লৈবা মীনি হায়দুনা "ভাগ্যচন্দ্র" হায়বা মিংথোলবু পিজখি। লৈপাক মীয়াম্নসু য়াবিখি। শ্রীভাস্কর কৌবা গুরুনা মীতে নিংথৌ চীংথংখোম্বগী ধর্ম্ম গুরু ওইগে খনখিবনা গৌরশ্যামগী অমত্তা পোকচবী মজাইবেম্মা অঙৌস্নাবু রাজেস্বরগা নুংশিনবগী লম্বী ফাৎপিখি। নুপী ওইবীগী নুংশি মখাদা রাজেস্বর সিংহশু লুপখ্রে। পুম্নমক্তা অঙৌস্নাতনা মাগী থবাই ওইরক্লে। শ্রীভাস্করনা চিংদুনা লানগী লাম্থোং শিন্নবদা মহৈ য়াম্লে। তেখাউদগী লাম্মী মতিকচানা মীতে লৈপাক্তা বায়েস্বম খেলেম্বগী মথক্তা অকম্বা লালবু তৌররে। তেখাউগী অয়াম্বা লাম্মীদি মীতে লৈপাক তাম্না লাকপদা লম্বীদা শিহৌরবনি। লেমহৌবা লাম্মী ১০০০ (লিশিং অমা) রোমগা লোইননা ভাগ্যচন্দ্রনা অকম্বা লাল তৌদুনা মায় পাক্লে। খেলেম্বা অমদি মাগী অঙম-অথৌ কয়াবুন্সু ফাদুনা হাৎখি।

পালচা কুমশিং ৩১৬৫ (খৃঃ ১৭৬৭) দা মীতৈ লৈপাক্তা ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ খুভম হেক হজিন্নবগা মী থাদুনা ভানুমতিনচিংবা ইমুং-মনুংগী নুপী অঙাং পুন্নক লৌথোকহল্লুরে। তেখাউ নিংথৌ রাজেস্বর সিংহদা গৌরশ্যান্না পোক্লম্বী মচা ঈবেম্মা অঙৌস্নাবু অওং-অউন চাউনা তমদুনা লুহোংই। মীতৈ লৈপাক্তা থা অহুম্নোম লৈরম্লগা অউনপোৎকা লোইন্ননা তেখাউদা হনখি। অঙৌস্নাবু তেখাউগী নিংথৌরোল ইবা লাইরিক্তা "কুরঙ্গনয়ীনি" হায়না ফাউখি।

ভানুমতিগী গর্ভদা মচাঈবেম্মা অমা ফংজখি। মাগী মমিংবু থম্বালম্না কৌখি। ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাউদা লৈরিঙৈদা বাশক্লখিবনা হিয়াঙ্গৈ থাগী ৪ (মেরি)নি পাম্বা নিংথৌকাবা নুমিত্তা শ্রীভাস্করদা দিক্ষা (লোইমিং) লৌই। অম্সুম্না লৈপাক মরা চেত্তনা কোনুংদা লৈবা ঙমদদুনা সঙাইপ্রৌদা লৈরিঙৈ মনুং অসিদা চহি ৩/৪গী মনুংদা অবানা লান্দারক্তুনা মীতৈ পুন্নমক কায়দুনা ময়াং লৈপাক্তা চেনশিন্নখিল্লিঙৈগী মনুংদা অবানা "কৈবিরাম" বু মীতৈ নিংথৌ হাপ্তুনা থম্বীরমই। অবানা হেক হনখিবগা কৈবিরামবু হাত্তুনা কোকিলানন্দনা নিংথৌ ওইরমই।

কোকিলানন্দনা পালচা কুমশিং ৩১৬৮ (খৃঃ ১৭৭০) দা নিংথৌ ওই। তাম্লক অসিদা ভাগ্যচন্দ্রস্তু থোরক্তুনা সঙাইথেন্দা কোনুং শেমখি। অশুম্না মীতৈ নিংথৌনা মীতৈ কোনুংদা লৈবা ঙমদদুনা মতম অমদা সঙাইপ্রৌদা অমুক্লা সঙাইথেন্দা কোনুং ওইদুনা চহি ৪/৫ লেনখি। শ্রীভাস্করগী লৌনম চাউবা থৌরাংদা লুপ্তুনা ভাগ্যচন্দ্রদি লৈপাক্লীদমক করিমত্তা খনখিদরে। ময়াং ধর্ম্ম শন্দোক্লবা খন্দুনতা লৈরক্লে। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি য়েংদুনা অবানা অমুকশু লাল তারক্তুনা মীতৈ পুন্নমক ময়াং লৈপাক্তা অমুকহন্না লাল চেন্নে। ভাগ্যচন্দ্রনা ময়াং লৈপাক্তা লৈরিঙৈদা অবা খুজিন থৌরাংগী মখাদা বাংখৈনা লৈপাক লৌখি। বাংখৈ হায়বা অসিনা লৈপাক ঙাক্তুনা নিংথৌ ওইনা চহি কুমশিং ৩/৪ চুপ্পা পানখি।

বাংখৈনা পালচা কুমশিং ৩১৭০ (খৃঃ ১৭৭০) দা নিংথৌ ওই। বাংখৈনা নিংথৌ ওইদুনা মীতৈ কোনুংদা লৈঙাক্লিঙৈ মতমদা, ভাগ্যচন্দ্রনা

ময়াং গুরুগা লোইননা লাল চেন্বসি তখেল য়ৌখি। তখেলদগী মথং মথং গৌরিয়া ধর্ম্ম মফম মফম থিদুনা ময়াং গুরু শ্রীভাস্করনা কৌইচং চংলি। মনাই মশন লোইনরকপা পুম্নমক তখেলদা লোইনা থমখি। ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীভাস্করগা লোইননা কৌইচং চংপসি অরেম্বদা চংপা ওইরমদরে। গৌরিয়া ধর্ম্ম সিক্ষা (তম্বা) তৌবা চংপা ওইরম্লে। অস্নুম্না ভাগ্যচন্দ্রনা ময়াং গুরুগা লোইননা তখেল, খা-নবদ্বিবনচিংবা ময়াং লাইফমশিংদা চংলুরগা তখেলদগী অমুক মীতে লৈপাক্তা থোরকই। হন্দক থোরকপা অসিদদি মচা-মনাই পুম্নমক লোইনরকই। থোরক্লগা লৈপাক ঙাক্তুনা পাম্লম্লিবা বাংখেগা লমাংতোংদা অমদি ফোইজিংদা লাল থেংনখি। ভাগ্যচন্দ্রনা লাল ঙমদুনা হান্ননা অবানা ফাখিবা মচানিপা অনীমকপু অবাগী মখুত্তগী মুলহৌই। হন্দকস্থ মহাক মীতে কোনুংদা চংশিন্দুনা লৈবা ঙমখিদে। লাল লাক্কদ্রা হায়দুনা লম্লেন লমাংতোং অমস্তুং লংথবালদা কোনুং শেমদুনা হোং-হোংদুনা লৈবা হৌখি। বাংখেবু তাম্থোক্তুনা ভাগ্যচন্দ্রনা লমাংতোংদা নিংথৌ ওইখ্রবদা ময়াং গুরু শ্রীভাস্করগী অঙকপা ধর্ম্মগী প্রাচার হৌরকখি।

## ৭-ভাগ্যচন্দ্র (চীংথংখোমপা)

ভাগ্যচন্দ্রনা পালচা কুমশিং ৩১৭৩ দগী ৩১৯৬ (খৃঃ ১৭৭৫ দগী ১৭৯৮) ফাওবা চহি ২৩ নিংথৌ ওইদুনা পানখিরমই। ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মুর্তি লিংখৎনবা অমস্তুং ভক্তি প্রেমদা পুম্নুপ লুপ্পবা কন্না তকশিল্লম্মী। নিংথৌগী পুকচেল খঙলবা ময়াং গুরু অথোইবা শ্রীভাস্কর কৌবনা কাইনা কৌবা মফমদা কৌইনা চত্তুনা থিজরুই। কাইনা কৌবা মফম অসি মীতে নিংথৌ অহান্বা ঈপুথৌ পাখঙবগী য়াকাইফম্মি হায়নবু ময়াংদবু তাকপিখি। ময়াংগী বাখলদা কাইনা কৌবা মফমসি লাইগী লৈফম ওইরবনিনা মফম অসিদগী লাই অমা খনখ্রে। লৈপাক কায়বা মফম অসিদগী উজখি। ময়াং গুরুনা পম্থবা তৌদনা মীতে কোনুংদা হন্নকখি। ভাগ্যচন্দ্র কৌবা নিংথৌদা বারমপুম্বা হঙ্গৎচখ্রে।

ভাগ্যচন্দ্রবু কৌইলৌ নুমিৎ ৫ (মঙা) নি অহিং নুংথিল নাইদনা ময়াং গুরু ভাস্করনা অরোম্বা কা অমদা চিন্না বা তান্নরে। তান্নরিবা বারোলদি লৈপাক্কী মমায়দা উৎ চাইরগে হায়বা থৌরাংবু অমস্তুং লাইগী শকফম্নু কৌইলৌ নুমিৎ খুদিংগী ওইনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী খোম্লেল তুমখুন্দা মঙলান অমবু থোকহনখি। মঙলানচা অদুদা নোংপোক মৈরম পাংবদা "ভাসমুখ গীরি" কৌবা চীং অমা লৈ। চীং অদুদা থৈবোং পাম্বী অচৌবা অমা হৌরি। মদুবু য়ান্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তি অমা শাউও। কৃষ্ণ কৌবা ঐদি য়াম্না বানবু লেপ্লেদো হায়নস্থু মঙ অমস্থু মঙশিলহনখি। ময়াং গুরুগী নিংবা মতোন লোম্না থুংজখি। ময়াং গুরু ভাস্করগী বাখলদা ভাস্কর মাগী মচিন্দগী চীং অমা শাদুনা থোকহনখি হায়বগীদমক "ভাসমুখ গীরি" হায়না লৈহৌখি। "কাইনা" কৌবা মমিংবু "ভাসমুখ গীরি" হায়দুনা নমদুনা থোনজিনখি। অস্তুম্না মহ চাউবা ময়াংগী শ্রী বাক্য অথৌইববু ভাগ্যচন্দ্র কৌবা নিংথৌনা অমত্তা তেক্ত-কায়দনবু মঙদা মঙশিনহনখি। ভাস্করনা অস্তুম অস্তুম মঙউ হায়বা মঙজাউ মঙজাউ মঙশিন্দুনা লৈপাক মীতিনহন্দুনা "ভাসমুখ গীরি" বু কদাইদা লৈবগে থিহনখি। চীঙখোং চীঙয়া লোইনা থিরকপদা হান্নমা শিন্নদুনা থমখ্রবা থৌরাংগী মখাদা ময়াং গুরু ভাস্করনা "কাইনা চীঙদা" চত্তুনা ফিজেৎ ওন্দুনা শাধুবু শাদুনা লৈখি। লৈপাক মীয়াম্না শাধু অদুবু থাগৎনখি। "ভাসমুখ গীরি" হায়বা মফম অদুবু কদাইদা লৈরিগাবা হংজখি। মতাং হৈবা শাধুনা মরৌ লৈনা খুম্লকখি, নখোয় মীতেগী কাইনা কৌবা চীঙ অসি ঙসি কৌবা নুমিত্তগী হৌরদুনা ভাস্কর ঐগী চীন্দগী থোকখিবা অমস্তুং ঐনা তাকপিবদগী খঙখিবা চীঙনি হায়বদগী "ভাসমুখ গীরি" হায়না কৌহৌরো হায়না তাকপিখি। ভাস্করগী মচিন্দগী থোকখিবা "ভাসমুখ গীরি" কৌবা চীঙদগী লৈপাক ওইবগী হৌনশা থৈবোং পাম্বী অচৌবা অমা য়াম্মুখি। থৈবোংনা কুইরবা পাম্বী ওইবগী হৌনশা থাংয়ান শিরকপদা মাগী মহি অদু ঙাঙনা ঙাঙনা থোকখি। মদুতবু মীয়াম্না, নিংথৌনা অমস্তুং ময়াং গুরুনা শায়োন তৌরিবা শাধুনা লাই শাম্নবা য়ানবা থৈবোং পাম্বীদগী ঈ থোক্লে হায়জিনখি। ময়াং গুরুনা খোংজুম পীথক পীথক্তুনা

মাঙহল্লবদা অদুগুম্না ম্যাঙহল্লবা মীতৈশিংনা কুরি লৈবা হায়বফাউবা য়েংশিনখিদে। থৈবোং য়াম্লুবদা থৈবোং মশাদগী ঈ থোকখি হায়বা অসিতনা লৈপাক শারা শনখি। ভাসমুখগীরি চাংগী মনাক্তা লৈবা অংথা কৌবা খুলদা মরেক্তুনা লৈনখ্রে। থৈবোংদগী থোক্লকপা ঈ মাম্বা মহি অদু ভাগ্যচন্দ্রনা সনা কোক থোমা নপথোকশিন্নে। অস্তুম তৌশিন্নদুনা পৌইনুগী ৩ (অহুম) নি পাম্বা ইরাই নুমিত্তা থৈবোং পাম্বী অদু মরগা কোন্নুনা ফুকখি। চীংথংখোম্ন্যা লোইননা মথং মথং অস্তুম লাকপনা লাংথবালদা মফম চাবা য়াম্না হেন্নি হায়দুনা কোনুং হোংবগা লোইননা থৈবোং অদুবু মফমদুদা পুরকখি। অংথা কৌবা মফমদগী নুপা অমনা থৈবোং পাম্বী অদু হান্না উখি হায়বগীদমক নিংথৌগী থৌদাশিং অদু কোকপিখি। থৈবোং পাম্বী অদু তাইরেন পাম্বী অচৌবনা তৌবিগুম মকুগা মউগা তাইনবদা ভাংলি ভাংলি তৌবনি। লৈপাক মীয়াম হৌদুনা পেরে বেসুনগা লোইননা লাংথবাল তান্না পুরকখি।

ট্টি শুবদা হৈশিংলম্না খাপম লক্ষন সিংহবু কৌরুরে। ভাস্করনা শসু ফাঙদনা ইনশিন্নকপা অমসুং মঙহল্লকপা মঙ অদুগী মুর্তিবু ভাগ্যচন্দ্রনা লক্ষন সিংহদা তাক্তুনা শাহনখি। শাম্না লক্ষন সিংহনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্তি অদু চহি চুপ্পা শাদুনা ওন্নকপা চহিগী হিয়াঙ্গেগী ১২নি পাম্বা ইরাই নুমিত্তগী য়ুথক পুং ১ চঙলকপা নিংথৌকাবগী পুংফমদা মহেন্দ্রখেন্দা শ্রীগোবিন্দজীউ নির্পন তৌরে। ভাস্করনা তম্বীবা তৌশিন্নবা মঙদা উখিবা ফিজেৎ অদু শ্রীগোবিন্দদা থোন্দুনা জীবনাস অভিসেক তৌদুনা মন্দিরদা লেঙশিনখ্রে। (শ্রীকৃষ্ণ হায়না হায়রুরবদি মনুংগী বা চাউনা লৈ। ভাস্কর হায়বা ময়াং মচা অসিনা শ্রীকৃষ্ণ মুর্তি পুথোক্লুবদা শোয়রদুনা মাবু মরৈবাক নবদ্বীবতগী তাংথোক্লকপনি। অদুনা হন্দক অমুক ভাগ্যচন্দ্রবু মঙ মঙহন্দুনা লিংখৎপদা শ্রীগোবিন্দ হায়না মমিং ওন্থোকহৌবনি।) ভাস্করনা মীতে নিংথৌসি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা লৈবা নুপানি। মাবু ঐনা ভাগ্যচন্দ্র হায়না তেংথাউদগী মিংথোল অসি পিবিখিবনি। লান্দবনি হায়বদা লৈপাক্লদ্ব মাবিখিবনি। ভাগ্যচন্দ্রদা মঙ অমা অমুক মঙহন্দুনা মহারাস কৌবা কুমহৈ অমবু শ্রীগোবিন্দদা কৎখি। কুমহৈ অদু হিয়াঙ্গেগী ১৩নি পাম্না নিংথৌকাবা নুমিত্তা।

ভাগ্যচন্দ্রগী মচানুপ্পী চহি ৮/৯দা গুইরিবী থম্মালসাবু রাধিকা শাহনখি। মচে ঈবেম্মা অঙোম্মা, ম্মুম্নি হায়দুনা মাকুম্ব অঙৌম্না হায়নম্ব খঙনখি। শ্রীগোবিন্দ শাখিবগী হৈবোংনা লেমথরক্তুনা অরেম্বনা গোপিনাথ, মদনমোহোন, বিজয়গোবিন্দ অহুম অসি অমুক শাদুনা লিংখৎখি। (নিংথৌনা কীসোরীবু লৌরুবসি করিগীনো হায়রবদি – ভাগ্যচন্দ্রগী মাংলমচৎকী গুরু রূপ পরমান্দগী থৌইন্সিন্দগী অস্তুম হায়না খঙনখি। গুরু অসিনা অতোন-অতাগী মচা-মশু ওইবা ময়াং কয়া অমা কৌথোক্তুনা লৈপাক অসিদা খুন্দা-লৈতাহনখি। মখোয় অদুবু ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা অরেপ্পা মফম শেমদুনা থম্বিখি। ভাগ্যচন্দ্রনা খোং অমা তৌদুনা মসিদগী হেক্তিম্নেকপা য়াদে হায়দুনা ময়াংশিংদা হায়বিখি। খোং অদু নিংথৌনা তৌই হায়দুনা মদুবু নিংথৌখোং হায়না খঙনখি। কীসোরী মানা পোকপা আনন্দরাম কালারজদা গোপিনাথপু পিদুনা লাৎহনখি।) নিংথৌখোংদা লৈরিবা ময়াংশিং অদু ইকাইবা খঙদবা সরমাগী মরিদগী লমর্জিংলকই হায়বগীদমক মখোয়গী মিংগী মমৈদা শর্ম্ম হায়বসি হাপনখি। মসিদগী শর্ম্ম তাবা মিংশিং অসি মীতৈ লৈপাক্তা লৈখি। মখোয় অসি ইতোপ তোপখি। অদুনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা লৌখিবা শ্রীমতি কীসোরীগী কাংলুপ্পা নিংথেম মচা হায়না খঙনখি। নিংথেম মচা অমদি সরমাগী কাংলুপ হায়না নিংথৌখোংগী বাংমা-বাংমদা তাখি। মমৈদা ভাগ্যচন্দ্রনা সরমাগী কাংলুপ্পু মীতৈ লৈপাক্কী মফম খুদিংদা লৈহনখি। চহি কুমওন খুদিংগী শ্রীগোবিন্দদা জগোই কুমহৈ কৎহনখি। মীতৈগী লৈসেম জগোই অমদি হরাউ জগোইশিংবু গোবিন্দরাস হায়না মমিং ওন্থোক্তুনা শিজিন্নখি। তলঙ ঈনুঙপুঙ লাই (উমং লাই) হরাউবগী মতৌদু শ্রীগোবিন্দদা জগোই রাস হায়না ওইওইননা কোয়দুনা হৌদোকহনখি।

## মীতৈ লুহোংবা- সুভ বিবাহ ওনখিবা:-

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী মীতৈগী লুহোংববু সুভ বিবাহ বোনখিবদগীদি লৈমা- পীবান্না বোর- কৈন্যা হাযখবে। পীবানা-বোব হাযখবে অদুগা লৈমনা কৈন্য হাযখবে। লুহোংবদা সেৎপা ফিজেৎ লৈতেংসিংসু লোইনা

হোংখরে। পীবানা লাইনিংথৌ নোংসাবা (লাইনিংথৌ সলাইলেল) গী সকতম লাংদুনা (লৌদুনা) সলাই কোকয়েৎ য়েৎপা, ফেচোন সেৎপা, ফুরিৎ পুময়াৎ লিৎপা। নুপীনা ফনেক মপান নাইবী ফিকে ফনেক (ফিগে) সেৎপা, কোকতা কচেংলৈ উপপা, হকচাংদা ফুলিৎ অসংবা লিৎপা চৎনরমই। লুহোংবা কোয়বসু নুপানা লাইনিঙথৌ সলাইলেল (নুমিৎ)কী সকতম লৌদুনা নুপীনা ঈমা লৈমলেল (মালেম) গী সকতম লৌদুনা মালেমনা লৈনা লৈনা তপনা তপনা চৎতুনা নুমিৎপু য়েৎওইননা কোয়বগুম তরেৎলক কোয়রগা লৈ পরেং লুকপা চৎনরমই।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগীদি পীবানা লাইনিংথৌ সলাইলেলগী সকতম লাংবদুনা ফিজেৎ - লৈতেং, ফৈজোম ফুরিৎ পুময়াৎ সলাই কোকয়েৎ হান্নগুম্না মরোং হোংদনা অদুম চৎনরি। অদুগা লৈমা রোইগদৌরিবী ঈমা লৈমলেলগী সকতম লাংগদৌরিবী অদু কৈন্য রোনদুনা রাংগলি লৈসাবীনা সেৎপা পোসরান (পোৎলোয়) সেৎতুনা ফুরিৎনা রেসম (বলবেদ) অসংবা লিৎতুনা কোকতনা কজেংলৈগী মহুৎতা কুরাক পাইদুনা রাধা সাখরে। লৈ কোয়বদা য়েৎরোইননা কোয়রম্বসু রোইরোইননা কোয়খরে। ইসৈসু লাইনিংথৌগী লাইলেলপিগী মিংখৈ থাদুনা সকলমবা অদসু জোয়ো রাধে জোয়ো কৃষ্ণ হায়না সকখরে। লৈ কোয়বদা য়েৎওইননা কোয়রম্বসু, ওই ওইননা কোয়খরে। ইসৈসু লাইনিংথৌগী, লাইলেলপীগী মিংখৈ থাদুনা সকলম্বসু তোকপ্রে। সানতিদাস গোসাইনা পুয়া মৈ থাবগী মৈহুম পায়দুনা তরেৎলক ওই ওইননা চৎতুনা মৈ কোয়বগুম মীতৈগী লুহোংবগী কোয়বসু ওই ওইননা কোয়বা চৎনখরে। মীতৈনা সিবগী মৈগী পোৎলোয়বদা ওই ওইননা মৈ কোয়বা নৎতনা, হিংবগী থৌরমসিংদা ওই ওইনবা থবক থৌরম অমৎতা তৌনরমদে। থবক থৌরম খুদিংদা য়েৎওইনাবা থৌরম ঙাকতা তৌনরমই।

নিংথৌ অসিগী মতমদা মীতৈগী মাইচৌ অথোইবা (১) অঙোম চাউবা; (২) বাহেংবম চাউঙৌ; (৩) য়ুম্নাম থোইবা; (৪) অহৈবম খোংজোন মমিং চৎলি। শ্রীরূপ পরমানন্দদা লাইমিং দিক্ষা হেক লৌবগা মীতৈ মাইচৌশিংবু ময়াং ধর্ম্ম লৌদবা য়াদে হায়দুনা নমদুনা লৌহনখি। অস্তুম্না মখোয়গী অশেংবা মমিংশিং অদু ময়াংগী ধর্ম্ম হেক লৌরুবা নুমিত্তগী ময়াং মমিং ঙাক্তা থোজিনবিখি। মীতৈগী চৎনবীদা য়ুম্নাক্না মিংগী মমাংদা হেক হেক থারম্বদু ময়াংগী চৎনবী মওংদা মিংগী মতুংদা থমহনখি। শম্না হায়রবদা (১) অঙোম চাউবা = গোপী অঙোম্বা; (২) বাহেংবম চাউঙৌ = মাধবরাম বাংহেংবম; (৩) য়ুম্নাম থোইবা = খগেন্দ্র য়ুম্নাম; (৪) অহৈবম খোংজোন = খোংজোন অহৈবম। (মীতৈ নিংথৌ পামহৈবগী হাক্তক্তগী চৎনরকপা রামান্দি ধর্ম্ম থাদোকহনখি।) হাক্তক অসিদা মীতৈগী চৎন-লোনচৎ অমস্তুং য়ুমপান-কৈপান পুম্নমক লোইনা হোংদোকখি। ময়াং গুরুশিং হায়বদি শ্রীরূপ পরমান্দ, শ্রীভাস্কর, শ্রীরামগোপাল বৈরাগ্য, শ্রীকৃষ্ণদাস, শ্রীঠাকুর অধিকারী, শ্রীকামদেব ব্রজবাসি অসিনা লৈপাক অসিগী য়েলহৌঙেগী লৈজরক্কবা অশেংবা মমিং-মথা, লাইশোন-তিনশোন লোইনা মাংহল্লমই। শ্রীগুরু ভাস্করনা মাগী খোইথুম্নরবা লৌনম তৌরবা বারি শিংবুন কয়ামরুম অসিনা ভাগ্যচন্দ্রবু মাঙহন্বা ওইরগদৌরি। শ্রীকৃষ্ণগী মথেক অহুম থেকপা মুর্তি অদু মন্দিরগী মনুংদা লিংখত্তুনা থম্লুবা নুমিত্তগী ভাগ্যচন্দ্রসি প্রেমগী রসতা পুক্নিং লুপখ্রে। মতম অসিমক্তদা মাগী মচানুপী থম্বালম্না হায়বিসে মপুং মরৈ ফানা শাৎকৎলক্লিবী চহি ১৩/১৪ গী তাংকক্লি।

শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা নুমিৎ খুদিংগী থম্বালম্না অমস্তুং ভাগ্যচন্দ্র অনীনা সেবা চৎলকই। গোবিন্দগী সেবাদা পুক্নিং লুপ্লবী থম্বালম্নাবু ময়াং গুরু ভাস্করনা থৌগল মহৈ লোক্কে নিংলক্রে। হৌজিক মজাইবেম্না থম্বালম্না চহি ১৫ মপুং ফারবী লৈরাংগা পাংখক্লি। অহলস্থ ওইরবা ময়াং গুরু ভাস্করনা নোংমগী কৌইরৌদা গোবিন্দগী মন্দিরদা থুংলখি। সন্ধ্যা আরতিগী লোইশিন্নকপদা মখুত্তা বর্তি ১০৮ পায়দুনা মন্দিরদগী থোরকপদা ঙাইরিবী থম্বালম্নাবু খঙহৌদনা ময়াং গুরু ভাস্করনা খুজেং পায়দুনা মন্দির মনুংদা

পুশিনখি। অদুবু নহা ওইবীগী ইনখৎলকপা পনবু ময়াং হনুবনা য়েখায়বা ওমখিদ্রে। ময়াং মকোয় ফোয়দুনা ঈন্থুরম্নগা মন্দিরগী মপান্দা চেন্থোরক্তুনা গোপীদা কম্বীয়ু হায়জখি। ময়াং মরৌ চাউবনা কোকপৈ কৌবা বামোনগী মতেংনা চেন্দুনবু হিংজখি। গোপীনা থম্বালম্নাবু মপাবুংগী অরোম্বা কাদা পুসিন্দুনা অচেৎপা অবোনবা থৌদৌ অদুগী মরোলবু তা-ন-খি।

ময়াং মহু চাউবনা অহিং নুংথিল অনীমক্তা ভাগ্যচন্দ্রবু কোম শেন্নবগুম শেন্নদুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মধুর রস প্রেম, ব্রজগী গোপিকাশিংবু শ্রীকৃষ্ণনা বাঁসি খোংদুনা অহিং অথেংবদা উমং-বামংদা কৌথোকপা অদুগা অহিংচুপ্পা তাইবঙ য়ুমপাল লিলা শান্নদুনা লেনমিন্নখিবা পুম্নমক অমত্তা চিংথদনা মচানুপী থম্বালম্নাদা লিবিখি। লৈহিদাম য়ামসিন্নক্রবনা থম্বালম্নাবু অমুক লুহোংনবা হোৎনবদা য়াখিদরে। পুন্সি চুপ্পা য়ুম পান্নরৌহি হায়জখ্রে। অস্তুম্না মহৈ-মহৈ বানরক্রবদা ময়াং গুরুদা বারোল পুম্নমক ভাগ্যচন্দ্রনা চেৎনা তান্নখ্রে। হান্নমা খঙদুনা লৈরবা ভাস্করনা করিমত্তা কায়দে হায়জিনবিখি। ফনবা মরম পুম্নমক শিন্নিগনি হায়বিখি।

ভাস্করনা অতৈ অতোপ্পা থৌরাং কয়ামরুম তৌবা হৌরক্লে। থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমক অসিগী "কর্ম্ম কর্ত্তা" দি ভাগ্যচন্দ্রনা ওইগনি হায়বিখি। কার্ত্তা কারক ওই হায়বগীদমক ভাগ্যচন্দ্রবু "কার্ত্তা মহারাজ" হায়না ভাস্করনা মিংথোনখি। ভাগ্যচন্দ নিংথৌনা "কার্ত্তা" মিংথোনবু ওক্লা ফংজখি। শ্রীভাস্করনা শিন্নীদুনা থম্বালম্নাবু শ্রীগোবিন্দগা নুংশিনরে অমদি শ্রীগোবিন্দজীউবু কাউবা লৈতনা অহিং নুংথিল অনীমক্তা সেবা চৎলক্লে হায়না লৈপাক মীয়ামগী মফমদা লাউথোক্লে। শ্রীগোবিন্দদা প্রেম লৈবী নুপীনি হায়দুনা থম্বালম্নাবু অনৌবা মমিং "প্রেমাবতী" হায়না কৌখি। কার্ত্তা মহারাজনা মচানুপী প্রেমাবতীবু শ্রীগোবিন্দদা অওং-অউন তমদুনা লুহোংখি। মতাং অসিদা অঙোম্বা গোপী (অঙোম চাউবা) না চিক্লা বাখল তৌজখি। শ্রীগোবিন্দদা ওংলে হায়জিন্বগীদমক প্রেমাবতীবু গোপীনা "সীজা" মিংথোল পিবিখি। লৈপাক মীয়াম্নাসু মিংগৌ অসিবু য়ানখি। অস্তুম্না ময়াম্সুং ঈবুংঙো গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র মখোয় অনীগী হাক্তক্তগীদি নিংথৌগী নুপীবু "লৈমা"

হায়বগী মহুক্তা "সীজা" হায়না ওস্নোকখি। (করিগীনো হায়রবদি ময়াং লম্বোইবশিংনা ধর্ম্ম শন্দোকপা লাক্লগা মতৌ লৈবী নুপীশিংবু ময়াং লাইমিং য়েন্নবদা "গুরু মরু হুন্না" হায়বা অমা চৎনখি। মীতৈনা "লৈমা" হায়বদি য়ুমহেক পানখিবদগী নুপী অদু মালেম লৈমগুম অবা-অনা কোঙ্গাই খাঙখি। তাইবঙ য়ুমপাল পুবা ঙম্নবা অরেপ্পা পুকচেল অদুগা লোইননা মপুরোইবগী মিৎয়েং অমদি খোংথাং লৈ-লৈদুনা ইঙ্গে। অদুগুম্বা নুপী অদুনা তাইবঙ মমা ওইরকই হায়বদগী "লৈমা" হায়না কৌনখিবনি।) পামহৈবা হাক্তগী হৌনা মীতৈগী লোনচৎ শাজৎপু থাদোকপা খরা খরদি হৌরক্লবনি। অদুবু কার্ত্তাগী মতমদা মপুংফানা পাংথোকখি। শ্রীগোবিন্দদা প্রেম লৈরে হায়বগীদমক প্রেমাবতী হায়না মমিং ওস্নেক্লবী মচানুপীবু গোপীনা অতোপ্পা লাথুপকী মমিং অমস্থ থোনখি। লাই ওইবা গোবিন্দদা তাইশিল্লি হায়বগীদমক অপুম্বা মমিংবু "সীজা লাইলোৎপী" অস্থুম্না খঙনখি।

শ্রীভাস্করনা শিন্দুনা লৈপাক্কী অঙম্বশিংদা খঙহনখি। ঐগী ঈচানুপী সীজাসে নুমিৎচুপ্পা অহিং-অহিংদা শ্রীগোবিন্দগা লোয়নদুনা লৈরে, তুমিন্না য়েংবা য়াগনি হায়না (১) অঙোম্বা গোপী (২) বাহেংবম মাধবরাম (৩) হাউবমচা কুমুদনন্দনচিংবা অঙম্বা খরদা শিন্নদুনা লোন্না শঙ্গাইদা লৈনখি। অহিং থেংলক্লবদা মজাইবেম্মা সীজানা ফম্লেন সনাথক্তগী শ্রীভাস্করনা শিন্দুনা তম্বীখিবা ইকায় কায়দনা লাউবা হৌরক্লে। তাবিয়ু ঈবুংঙো শ্রীগোবিন্দনা অহিং-অহিং খুদিংগী লেংবীরক্তুনা ননাই তোম্লবীবু নুংশি মিৎয়েং পীবিদুনা হৌজিক্তি লোইদাম থাজ ৩ (অহুম) শুজিনখরেদো। অদুবু ঈবুংঙো কৈদৌবগে অয়ুক-নুংথিলদস্থ ননাইবু ননাই ওইনা লোয়নবীয়ু। লেংবিরগেরা মাধব, হা গোবিন্দা। ঈবুংঙোনা লেংবিরক্তিফাওবা ননাইদি চাবা থকপা তৌদনা খাঙজহৌরগনি। লেংবিখিনু ঈবুংঙো-ঈবুংঙো হায়দুনা ফুক হৌগৎলক্তুনা মাগী হিপলিবা কা অদুদা কৌইচেন চেম্লক্লে। অদু পুম্বা অঙম্বশিংগী মমিত্তা উহম্লে। মচাগী মতৌ অদু উরক্লবদা কাত্তানা চেনশিনখিদুনা মচানুপী সীজাবু ফাদুনা ফমুংদা নিংথিনা হিপহনখি। অসিগুম্বা হুরাম্বগী খুজিন থৌরাং অসি লৈপাক মীয়ামদা নমথাক তৌদুনা উৎথোকখি।

গোবিন্দগী ধারাবু কার্ত্তাগী মচা সীজনা ফংবা তারে হায়নখি। নুমিৎ অদুগী হৌদুনা সীজা লাইলোইবী হায়না ফাউখি। শ্রীভাস্কর কৌবগী থৌইনশিন লৌইদ্রি কার্ত্তাগী পুন্সি চেংজেল লোম্বফাউবা লৌইখিরৈইদৌরি। হৌজিক অমুক অতোপ-অতোপ্পা মঙ য়াম্না মঙহন্নগদৌরি। অহান্বদা সীজ লাইলোৎপী অসিগী অহিং অমগী খোম্লেন মঙলানচান্দা মবুংঙো গোবিন্দনা লেংলক্লুনা সীজবু শ্রীধাম নবদ্বীবতা লৈয়ু হায়না হায়রম্মী। মতম অসিদা সীজগী মশা অসি য়েংবা য়ারক্লে। লৌইদাম থাকুম ৪ (মেরি) শুরবী গর্ভবতী ওইরবী মমা হায়বদু ওইখরে। মচা নুপীনা থা য়ামশিন্নক্লগা কার্ত্তানা থৌইনা হেন্নদুম বাবা হেত্তিন্নকখি। অঙকপনিকো! লাইগী খুৎশিন, কোকপৈ কৌবা ভাস্করগী অচাম্বা মনাই অদু কার্ত্তা মহারাজগী সনা শঙ্গায়নুংগী ওক্তববু থোক্লরে। হৌজ-হৌজ থোকপনা হন্দকস্নু নিংঙোলগী ফমজাউ কারুকগী ফারক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা অয়ুক পুং ১০ (তরা) রোম তাবা মতমদা শ্রী গোবিন্দগী মন্দিরদা মালা জব তৌরিঙৈদা (বা ঙাংদ্রিঙৈদা) মীয়াম্না কোকপৈবু ফাদুনা পুরক্লে। কার্ত্তাদি মালা পায়রিবনা বা ঙাঙবা য়াদদুনা চুম্নগী মঙক্না নোমদুনা পুথোকখরো হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌখি। লৈপাক মীয়াম্নদি কোকপৈবু হাৎতোক্লুরো হায়রমাক্লে খন্দুনা মীহাৎপুংদা পুদুনা অঙাং ওলহনখ্রে। অঙকপগী থৌশিন্নি। হৌজিক্তি নিংথৌগী মপুক্তা খেইরাংদুনতা লৈরক্লে। সীজ লাইলোৎপীনা নোংমা নোংমগী মশা লুমশিন্নকপনা থাশিংস্নু ৪ (মেরি) হেত্তিন্নক্লে। বামোন মচা কোকপৈ হাৎলুকগী অবাবা অসি পুদুনা চীংথংখোম্বা মহারাজ অসি গঙ্গাদা চত্নুনা ঈরুপকে লেপখ্রে। মানা নিংথৌমক ওইরিঙৈ অসিদা বামোন মচা হাৎলুকগী নামা থোংদুনা শ্রীগোবিন্দদা মালা ধারোন তৌরুরগা অমুক সনা শঙ্গাইগীদমক খোঙশাম্লে। মচা ঈবুংঙোশিংগী মনুংদা খুইদগী অহল লাকন্যচন্দ্রদা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্লগা খোঙশান্নকপনা কানচিপুরদা অহিং অমা লেকই।

শ্রীভাস্করনা মঙজাউ মঙজাউ মঙশিহন্নমই। মপা-মচা অনীদা অহিং অদুগী মঙদা মহারাজ নঙগী রাস মন্দলদা তাদুনা লৈরিবা থৈবোং মরু অদুনা আদ্বৈত্যবু কৌদুনা ঐগী মুর্তি শকফম অসি লিংখৎলম্মু হায়জিম্লে। সিজা লাইলোৎপীগীস্নু মমঙদা অনুপ্রভু লিংখৎলু হায়না মঙ

মঙশিন্নে। নোং হেক ঙাম্বগা নিংথৌনা মী থাদুনা শাপম লক্ষনসিংহ অহৈববু কৌহন্দুনা অদ্বৈত্য, অনুপ্রভু শাহন্দুনা লিংখৎহন্নে। অদুদগীম্বু মচেৎ খরা লেমদুনা নিত্যাইনন্দ লিংখৎলে। (নিত্যাইনন্দবু লিংখৎপগী মরমদি য়াম্না চাউনা লৈ। চীংথংখোম্বগী মকেপোক পামহৈকী মনাইনুপী (লৈমা) শ্যামজাইবু পোকপিসে পামহৈবা নিংথৌনা ইস্থোক্তুনা তোপ্পা থম্মী। চেংলৌ ফজবী ঈবেম্মসি অপাম্বী হায়না ফাউখি। অপাম্বীসে লৈপাক্কীদমক খস্বদা মায় লৈজদবী নিংথৌমক্কী মায়োক্তা বা ঙাঙবা ঙমজবী নুপী অমনি। মাগী অতিংবা পুকচেলবু খজিক্তং খোয় হায়দুনা পামহৈবনা ইস্থোক্তুনা কোনুংগী বাংমদা তোপ্পা থম্মীখি। নিংথৌনা হন্না য়েংবিদ্রবদা অপাম্বীনা য়াম্না বানা পুন্সি লেনখি। পামহৈবা নিংথৌ কিজখিবনা লৈপাক কনামত্তনম্বু অরাম্বম অপাম্বীগী মনাক্তা চঙবা ঙম্নখিদে। মকুম-মথা শুরক্রদুনা অপাম্বীগী মমিত্তা মপারী অমা উবা ফংজখি। অদুনা মথং মথং মীতে লৈপাক্তা অরাম্বম শাগে লৈখি। ভাগ্যচন্দ্রনা মকেমপোক্কী অবাবা খরামখৈদি কোকচহৌরসনু হায়দুনা নিত্যাইনন্দবু অপাম্বীদা পীদুনা লাৎহনখিরম্মী।)

চীংথংখোম্বনা অদ্বৈত্যবু লিংখৎতুনা সেলোই লমাংতোংদা মাগী হৌনবী সেবা তৌহনখি। মীতে লৈপাক্তা লৈরবা বামোন মচা সরমাগী সাগৈমখৈনা অদ্বৈত্যগী সেবা তৌজদুনা মচা-মশু ফংজখি। মখোয়গী মচা মখৈনা মীতে নুপীশিংবু লৌদুনা শুথাং-পুথাং ফংজখি।

গুরু ভাস্কর, রূপ পরমানন্দ থাকুরগী থৌশিল মখাদা লোইদাম বাকচিং থাগী মাকমৈ ২০নি পান্না কৌইরৌ নুমিৎ নিংথৌকাবগী মহেন্দ্র পুংজাদা তীর্থ যাত্রা তৌজখি। তুবী লাইরেল নিংথৌনা অনুপ্রভু য়াউনা খোঙশান্নে। চীংথংখোম্বনা গঙ্গা চৎপদা লৈপাক মীয়ামগা লোইননা লম্লেল লাংথবালদা অহিং অমা য়ারক্রগা খাঁই মীয়াম্বু তুংওইননা খোঙশানখি।

নবদ্বিব অথোইবা লৈমায়দা লৈপাক হৌনা য়ারকএ। কৃষ্ণচন্দ্র মাগী লম অয়াম্বা মখৈ লৌদুনা মীতেনা খুন্দাদুনা লৈবনে। শ্রীগুরু ভাস্করগী থৌইনশিন্না শ্রীঅনুপ্রভু সনা সঙ্গায় শাবদা কাজাউ কালেন-কাতবু শাজখি। অহাম্বা কানা প্রভুগী কা ওইরম্মী। অদুগা অতোপ্পা কা অদুনা প্রভুগী মনাই শারিবী সীজগী ফমুং অমা থারম্মী। মতাং অসিদা মীতে লৈপাক্কী অঙম-অথৌমখৈনা চীংথংখোম্ববু অঙকপা ফংনা চিংনখি। শ্রীগোবিন্দনা য়ুমদিন

চাকথুং পীদুনা সীজা লাইলোৎপীনা গর্ভবতী ওইবনিবু হায়জিনখি। লৌনম্বগী থবক চৎথরকপা উবদা নদিয়াগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা আনুপ্রভু লাৎপিরগনু হায়না নিংথৌ ময়াথং পীবিখি। অস্তুম্না লৈপাক বাথোক ওইরক্লবদা ময়াং গুরুমখেনা অথুপ্পা বারোল তান্নদুনা কৃষ্ণচন্দ্রবু থেমজিনখি। অয়াম্বা শেনশিং তিংজখি। শ্রীগুরু ভাস্করনা লৌতুনদুনা অতোপ্পা ময়াং মচাশিংবু মীতৈশিংগী মথক্তা অনৌবা ধর্ম্ম মেনশিম্বা হৌগৎখি। মহাসয়গী মরি-মতা অমদি ভাস্করগী মচিন-মনাউশিংনা চীংথংখোম্ববু থাজ-থাজবা বা ঙাক্তা হায়জিন্দুনা মীতৈ লৈপাক্তা অমুক অমুক থোক্লুনবা কম্মা তরুখি। শ্রীগুরু ভাস্করনা শিন্দুনা মীতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্বা তম্মা লাকপগী খোংফমদা পৌইরৈ খোংশাম্বা তাখি। নিংথৌ কার্ত্তা মরৈপাক্তা হনগদবসিদা ময়াং মচা মখেনা খোঙবু ওইগদৌরি। শ্রীনরত্তম ঠাকুরগী অথৌইবা সিস্য (সেবক) মঙা হায়বদি (১) শ্রীগঙ্গা নরায়ন চক্রবত্তি (২) শ্রীকৃষ্ণচরন চক্রবতি (৩) শ্রীকুঞ্জবীহারী ঠাকুর (৪) পুরোহিত নিধিরাম অচার্য্য ঠাকুর অমস্তুং (৫) রামগোপাল বৈরাগ্য মঙাসিনি। শ্রীভাস্কর গুরুনা ময়াং গুরু মঙা অসিদা মীতৈ লৈপাক্তা তৌনিংবতা তৌরকউ, চৎনিংবতা চৎলকউ হায়না চেৎনা তাকপিখি। চীংথংখোম্বনা চৎপা খুদিংদা মীতৈ গুরু অনী – (১) অঙোম গোপী (২) বাহেংবা মাধবরাম অনীবু খক থাদোক্তে। মীতৈগী অখন্নবা মীওইমখৈ য়াউনা পৌইরৈ খোঙশানখিনবা অমুক থৌরাং তৌরকপা অসিদা সীজা লাইলোৎপী মকুম-মথা শুজিল্লক্কদৌরি। নোংম-নোংমগী অবাবা পম্বেংনা মাগী মপুন্সি খাঙঙুথক্তা পিখম্লগদৌরি। সীজগী মশানদি নোংম-নোংমগী মশা লুমশিল্লকপনা মপাবুংনা হন্না মুক্তা য়েংবা ঙমজদে। শ্রীগুরু ভাস্করগী থৌইনশিন্না মচানুপীবু চোপহন্নোই হায়না হায়বিখি। পৌইরৈ মীতৈ লৈপাক্তা অমুক্তং থুনা চৎলুরগা হল্লকপদা মপা-মচাগী নুংঙাইবা শরুকপু ওইগনি হায়না তাকপিখি। ময়াংতনবু হায়রবদি য়াদুনতা লাক্লবা চীংথংখোম্বা নিংথৌনি। ময়াং গুরু মঙানা লমচিংদুনা অখন্নবা মীতৈ অঙম্বা খরগা লোইনদুনা পৌইরৈ মীতৈ লৈপাক্তা খোঙশানখ্রে। হন্দক্তি চীংথংখোম্বনা মীরৈবাক্তগী থোরকপসি য়াম্না থুনা অপম্বা য়াউদনা পরপ পরপ হেক্তা লাকখি। নহান নোংগী খোংচত্তি কজেংঙাম্বী চনুশিংগা লোইননা অমদি তম্বা মীতৈ নুপা ৭০০/৮০০ লোমগা অয়ুক নুমিদাংগী চান-

থক্লবা পোৎ-চৈগা লোইননা চৎপনা খরা খোঙলৌবা থোকখি অদুগা হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদি হন্নকপগা ওইবনে, খোঙবুনগা অখন্নবা মীতা থোকপনে, কোরৌ নুমিৎ খরনিতগী মনুংদা মীতে লৈপাক্তা বাইথুংখ্রে। চীংথংখোম্বনা শ্রীনরত্তম ঠাকুর অথৌইবগী সেবক (সিস্য) মঙাগা অধিকারি কামদেব ব্রজবাসি মখোয় ৬ (তরুক) অসিগা লোইননা নবদ্বীবতগী থোক্লকই। মখোয়শিং অসিবু মীতেনা ছোই গোষাই হায়না খঙনখি। মপাবুংনা থুংলবগী পাউ হেক ফংবগা মচানুপা লবন্যচন্দ্র নিংথৌস্নু পন্থবা তৌদনা লম্লেন লম্যাংতোংদা ওকচখি। কোনুংগী অঙম-অথৌ য়াউনা মপাবুং অমস্নুং লোইনরকপশিং পুন্নমকপু সনা কোনুংদা পুশিনখি।

মচাঈকেম্মা প্রেমাবতীনা অদুঙে হৌদোক্লম্মী হায়রিবা রাসেস্বরী পালাস্নু লিংখত্তুনা মপুং ফাহল্লমই। মীতেগী নিংথৌদি মজাঈবুংঙো লাবন্যচন্দ্রনা অদুম ওইরে। মজাঈবুংঙো অসি মীতে নিংথৌগী নিংথৌ অভিসেক্লচিংবা তৌফম থোকপা হৌনবা তৌবিরে। চীংথংখোম্বগা লোইনরকপা ছোয় গোষাইশিং অসিনা গোবিন্দনচিংবা থৈবোংনা শাখিবা লাই ৬ (তরুক) অসিগী মচু শংলবা মুর্তিশিংবু উরুরগা নিংঙমদবা অমা পোকখি। লৈরিবা মুর্তি পুন্নমক মীতে লৈপাক্কী চৎনবিগা চান্নবা লাইপক্তা "পাক্নে নমশা" নম্বা ঙাক্তনি। অদুবু ময়াং অনৌবা থোরকপশিংনা পাক্নে নমশা নম্বগী মতৌবু হোংদোক্লবা কন্না হোৎনখি। মরৌ লৈরবা ময়াংশিংনা চৎনবী পাক্নে নমশা নম্ববু মুৎথৎনবা অনৌবা মওংগী চন্দন থিন্নবা মরম পুন্নমক ইবা লাইরিক "ভক্তি তত্ত্বসার" অসিনচিংবা ময়াং ধর্ম্মগী লাইরিক কয়াবু মীতে লৈপাক অসিদা য়েক্লরে। "দ্বাদস তিল্লক" হায়বা চন্দন মথিল অদু থৈবোংনা শাখিবা লাইশিংদা লোইনা থিজিন্নিখি। মীতে পুন্নমক ঙকপগী ঙমখে লৈখিদে। ময়াং গোষাইশিংনা মীতে লৈপাক্কী মীপুম খুদিংমকপু "দ্বাদস তিল্লক" অসি লোইনা থিনগদবনি হায়জিন্দুনা নিংথৌ মপা-মচানা মীয়ামদা লাউথোকহনখি। মীতে পুন্নমক হান্নগী লাইপক ময়ায়দা নমশা অমখক্তমক নম্নম্বা অদু হৌজিক্তি হকচাংগী মফম-মফম খুদিংদা চন্দোল থিনজিনখি।

নহাননোং চীংথংখোম্বগী মপুখৌ পামহৈপা নিংথৌগী হাক্তক্তগী হৌনা রামানন্দি ধর্ম্ম শন্দোকপবু লৌরোই হায়দুনা লৌখিদবা কাংলুপমখে হায়বদি – ফৈয়েং, অন্দ্রো, সেকমাই, কুম্বী, মৈইরাং অমদি চীঙমী লৈহৌবনচিংবা মীমখৈদি দ্বাদস তিলক অসি থিল্লু হায়বা য়াখিদে। চীংথংখোম্বগী মমাগী মপাম লমদম ওইরুবগী মৈইরাং লমদমদদি হৈরম-হৈফাত্তনা লাইপক্তা চন্দোল থিনখি। চন্দোল থিল্লোই হায়দুনা থিলহৌদবা চীঙমী অমদি লোয়া লমদা লৈবা মীশিংনা তমগী মীশিংনা চন্দোল থিম্ববু উবদা খাল্লা নোকচখি। তমগী মীনা নাকচিদা-নারুমদা চন্দোন্তনা পংতৈদা তৈবা উরুবদগী মখোয়না চন্দোল তৈবা কাংলুপ খুদিংমকপু "মায়তৈ" হায়না কৌরমই। চন্দোন্তনা মায়দা পংতৈদা তৈ হায়বদগী মায়তৈ হায়বদগী মমৈথংদা "মৈতৈ" হায়নন্থু খঙনখি। মপুখৌ ঈবুংঙো পামহৈবা সনা হাক্তক্তগী মনিপুর হায়না পোইরৈ লৈপাক্কী মমিং থোল্লকপবু হন্দক্তা চীংথংখোম্বা হাক্তক্তা মপুং ফাজখি। হান্না লৈপাক অসিগী মমিং "পোইরৈ" হায়বদি "মীতৈ কংলৈপাক" হায়বসিবু পামহৈবা নিংথৌনা সান্তিদাসকী থৌইনশিন্দগী "মনিপুর" হায়না ওন্থোকখিবনি। চীংথংখোম্বগী মতমদা "মায়তৈ" না লৈবা লৈপাক্কি হায়বগী "মায়তৈ লৈপাক", "মায়ত্রেপাক", "মৈত্রেবাক", "মনিপুর" তৌনা কৌএ। (ঈবৈমাবু কামখ্যা কৌখিবগী মতাংদী অমুক লা: ১৭৬তা য়েংবীগনি)।

চীংথংখোম্বনা থা অমা অনীদং মৈত্রেবাক মনিপুরদা ময়াংমচা খরগা লোইননা থোরকপা অসিগী মনুংদা মীতৈগী লোনচং-শাজং পুম্নমক পুঙমাং মাঙহল্লম্মী। লৈশেমঙৈদগী চংনরকপা মীতৈগী লাই হরাউবা থৌরম্মু ময়াংগী তিন্সোন-লাইশোন হাপচিনখি। মীতৈগী চুকশা মৌইথেম কৌবা "লাননা থৌরম" বু "শ্রাদ্ধ কর্ম্ম" হায়না ময়াং ধর্ম্মদা ওন্থোকখি। মীতৈনা চুকশা মৌইথেম তোবদি – (মীতৈ লৈপাক্কী নুংঙাই-য়াইফ মরাং কায়নবা, শিখিবা মী অদুবু হেন্না ফবা মী ওইনা পোক্লক্লবা শাগৈগী পীবামখৈগী অচেংপা লেংদ্রবা থৌরমনি। মীতৈনা শিরগা য়ুমশেং-কৈশেং লোইরগা নুমিৎ ৭ (তরেৎ) নিগী অয়ুক্তা শাগৈগী পীবামখৈনা শাগৈ শাগৈগী পুয়া পুথোক্তুনা পুয়াগী মশিং অদু লাশিং চঁয়ৈ। শিখিবগীদমক লাই নিংঙি, চাকহেন-য়েলহেন

তৌই। অদুবু চীংথংখোম্বগী হাক্তক্তগীদি "শ্রাদ্ধ কর্ম্ম" হায়জিন্দুনা তৌহৈদবা থবক ঙাহাক্তা তৌহনখ্রে। মী অমা শিবদা মতুংইন্না হায়দুনা মী ২/৩ গুম্বা চাকহেন-য়েলহেলহল্লে। অশিথোঙদা মৈচাক খাঙহল্লি অদুনা মী অমা শিবগী মথৌ-মঙম পাংথোক্কবা হোৎনবদা মী খরদি পুক্লিং হকচাং ময়েং তাদুনা খাঙউথক্তা পুন্সি চেংজেল লোম্লে। মী অমনা মরু হুনখিবা নুমিত্তগীনা শিবা ফাউবগী মনুংদা ময়াংগী তিনসোন- লাইসোন ঙাক্তনা পীক থম্না পুজা-কর্ম্ম হায়না থম্বীখি। মরম অদুগীদমক লৈপাক্কী মীওইশিংনা লোম্না লোম্না লৌশিং লৈনরক্লে। মরক-মহাদা মথবাই ফাউবা লৌনবা হোৎনখি।)

পাম্হৈবা হাক্তক্তা মীতে কংলৈপাকপু মনিপুর থোনখিবা নুমিত্তগী মীতৈগী মিঙ্গৌ-থাগৌ হোংদোক্তুনা ময়াং বঙ্গালিগী মিঙ্গৌ-থাগৌ ঙাক্তা থোনজিন্বা হৌরকখি। চুকশা মৌইথেম্মু শ্রাদ্ধ ওনখিবদগী মীতৈনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা ময়াং বঙ্গালিগী মমিং থোলহৌদবশিংবু শিরবা মতুংদা বেস ওন্বা (লম্বৈইবা) হায়দুনা থোঞ্জিন্নগা নমদুনা ময়াং মমিংদা "নাম" পিদুনা "দাস/ দাসিনি" জাতিদা তিলহনখি। খুদম ওইনা নুপাদনা – সান্তিদাস, গৌরদাস, চৈতৈন্যদাস, ঠাকুরদাস, ভগবান দাস, কৃষ্ণদাস, মধুদাস, তুলসিদাস, হরিদাস, নরত্তমদাস, বৃন্দাবন দাস, যুগোলদাস, মাধবদাস, ভক্তদাস, গোপালদাস, গোবিন্দ দাস গঙ্গাদাস অসিনচিংবা। নুপীদনা – রাধিকা দাসী, ললিতাদাসী, প্রভাদাসী, অসিনচিংবশিংনি।

চীংথংখোম্ববু মীতে মচাম্খৈনা য়েংথিরে হায়বা উরক্লদুনা মদু কোক্লবা মীতৈগী পুম্না থিগত্তুনা লৈপাক মীয়ামদা পুয়াগী খোঙ্গুল লিবিদুনা মতম খরা পোৎথাখি। মীতৈগী বারী বাখোং অমসুং বাকোক য়াউবা লাইরিকম্খেবু মহাক্লা অঙোম গোপীনচিংবা মীতে অইবশিংগা তানদুনা ফমজাউগী মমাংদা ফমদুনা ইনৌ নৌনা শিন্দোকখি। শিন্দোকপা মতমদা মীতৈগী লাইরিকম্খেবু লোইনা "অঞ্জি" হাপচিনখি। মীতৈগী লাইনিং-লাইশোল "হৈ-হা-হে" বু "হ-র-স" হায়না শেমজিন-শাজিন্দুনা ইথোক্লগা শিন্দোকখি। অসুম্না শিন্দোকখি হায়বদগী মীতে লাইরিকম্খেবু "সঙ্গাই ফম্যাংলোন" হায়না খঙনখি। মীতৈগী লাইশিংবু গুরু হায়না হায়জিনখি। মীতৈগী লুর-লুরবা

লাইফমন্নেন কয়াবু য়েলহৌঙেদগী কোন্নরল্লবা মীংথোনশিং হোংদোক্তুনা মীতোপকী মমিং থোক্তিন্দুনা লান্না ঈরাৎ-থৌনিহন্দুনা মীতৈশিংবু অনম-অহা চুহন্নবা হোৎনবা থৌরাং মপুংফানা মায় পাকখি। মীতৈ ময়েক্তা ইরম্বা কয়াবু বঙ্গালি ময়েক্তা চৎনহন্নবা হোৎনবকুম্ন মপুং ফাহনখি। চীংথংখোম্বনা "মীতৈ" বু "মৈতৈ" হেক হায়জিন্দুনা চৎন-লোনচৎপু থুগায়রুবা নুমিত্তগী মীতৈগী ঈয়েক ঈপাল পুন্নমকপু লোইনা কাশিরাম ঠাকুরগা তান্নদুনা শেমদোকহনখি। মীতৈগী ঈয়েকপু মচেৎ তাহনখি। ময়াংগী ময়েক মশোম্নু য়ানশিন্নদুনা মীতৈ পুন্নমকপু মপা-মপু মশাক খঙদবা তাখি। পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা লৈপাক পুন্নমক হৌরকপনা মীতৈগী কোনুংম্নু কম্বা ঙম্লেইদৌরে হায়বা খঙলদুনা অমুক পম্ববা তৌদনা অশম্বা লম্বী য়েংদুনা সঙাইথেল তম্না খোঙশানখি। চীংথংখোম্বনা সঙাইথেন্দগী লোইবী চীংশাং পরেং পরেং কাখিদুনা লোয়নবা মীওই ৭/১০ রোম অদুগা লোইননা লম্বী লমশাং শমপৎ-শমপৎনা চৎখি। নিংথৌদি হান্ননা আবা লাল কায়বা হাক্তক্তগী লম্বী অসিদা তোয়না খোঙদারুবনা য়াম্লম্নু খোঙলোইখি। অম্নুম্না মতম খরতদা নবদ্বীব ধাম য়ৌখিবনি।

নবদ্বীব লৈময়োন্দা লৈহৌরিবা মীতৈমখেনা সীজা লাইলোৎপীগী মং কারকপদা মঙাইরম্লি। পোৎলোইবা লোইরদুনা মহৈ-মহৈ ঈরু-ঈশেংনরিঙেদা নদিয়াগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা লাউথোক্লে। ঙসিগী তৌখিবা থবক পুন্নমক চীংথংখোম্বগী মরাল ওইরবনি। মরাল লৈবা মীবু লৈপাক অসিদা থম্বা য়াদ্রে ।------------------ অসিনচিংবা।

চীংখোম্বনা কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌগী চৈরাক চৈথেং ফংদুনা অরোইবা তানফমদা লিক্লাই মপারী শ্রী মধুচন্দ্র কৌশিন্দুনা মাগী নত্তবা লমচৎ পুন্নমক অমত্তা খাক্তনা লোইনা তমজখি। চীংখোম্বনা মীতৈ লৈপাক্তা নত্ত-নত্তবা ঙাক্তা মঙনিকা হায়দুনা পঙমঙতা মঙশিন্দুনা শ্রীভাস্কর গুরুগী মনিং থুংনবা শিঞ্জখি। মরম পুন্নমক লিবিখি। বারম পুন্নমক অসি লিক্লাই মপারীদা চেকশিন্না লুনা তাকপিরম্লই। লৈপাক কনাদম্নু হায়দোক্কনু হায়নম্নু তাকপিরম্লই।

নোংঙাক্লে, মেরা থাগী পানখৎলকপা ৩নি (হুম্নি) পাম্বা ইরাই নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা চীংথংখোম্বা পুথোরক্লে। শ্যামকৃষ্ণ লৈশাংথেম্বা, ভাগ্য থোকচোমচা, গঙ্গানরায়ন হবাইবম, মন্ত্রি নান্দেবম মখোয় মরিবু পুহম্বদা ঙমদদুনা হরি লামবম, মাধব য়ুম্নামবময়ুম মখোয় ৬ (তরুক)না সাজম লেংদা থোংনা মুর্শিদবাদ অথোইবদা কুমভিনা পাটি কৌবদা পুরক্লে। পোৎশি পোৎলোইনবগীদমক্তা চিতা মথক্তা থমদুনা থৌরাং তৌরিঙেদা ইখঙ খঙহৌদনা অকম্বা নোংলৈ-নুংশিৎ তৌরক্তুনা মীয়াম কায়দুনা মাইকে সলাই খঙদনা মহৈ-মহৈ চেন্নখরে। ঙাইহাক পুঙ্গোই মতুংদা মীয়াম্না অমুবা হজিন্নরকপদা চীংথংখোম্বগী সনা হকচাংদি চিতা মথক্তগী মাঙখরে, লৈরমদরে। তৌরিবা থৌদৌ অসি গুরু শ্রীভাস্করগী খুজিন-থৌরাংনি খঙলকপদগীদি মতম অসিদা ইখঙ-খঙহৌদনা শ্রীমধুচন্দ্র অমসুং শ্রীচৌরজিৎ অনীনা ময়াং গুরু অথোয়বনি হায়রিবা ভাস্করবু তানা থিন্দুনা হাত্তোক্লে। মতৌ অদু উবদা ময়াংমখে কায়দুনা চেন্নখি। অঙকপনি পুম্নমক মঙগী থৌদোক্কা চপ মান্নে।

চীংথংখোম্বনা মাঙখিবদা মচা-মনাইমখেনা পেন্নহৌদবনা নিংথৌগী মশা অদু তালা পাঙ্গোংনা শাদুনা ইরাই নুমিৎকী নুংথিল পুং ৪ (মরি)গী শগোলশেন মহেন্দ্রগী পুংজা মনুংদা মালা পরেং খুত্তা পায়, তুলসি শামু খুৎনা শোক, চীংঙু শামন লিরোম্বা হকচাং লাইজ পরে থোক মোনদিং য়াইরুপাক মখুম হাং কুচিং হিগোক লিওক্না চিংখে লৈনা ওই লৈগী দোলাই লৈরম্বা কোরৌ নোংথাং কোন বৃন্দাবন ফংফদবা মহাক্কী ধর্ম্ম থুমথোইবা মথক্তা চৎনা ঈশ্বর মখোংখাদা চীংথংখোম্বগী হকচাংবু পাঙ্গোংনা শাদুনা পোৎলোই থৌরম তৌজখ্রে। নোরতোম ঠাকুর ময়াং মহাসয়গী অবতারনি হায়না ময়াং বামোন মখেনা হায়জখি। পোৎলোইবগী কুরেম্নুংদা মৃতদেহ য়াওদবনা শঙ্গোম চফু অমবু থমদুনা নিংথৌগী কোকপু শাদুনা মিতমখি। হকচাং খাইবা মতমদা চফু কোক্লেন মীতম্বদু থুগায়খি। চফুদগী চেম্থরকপা শঙ্গোম্না মথং মথং চেম্থখিদুনা গঙ্গাদা তিনখি। মসিবু নোরোতোম গোস্বামীগী মতৌ মানখি হায়জিনখি। লৈরিবা লৈপাক মীয়াম্নদি থৌদৌ অদু য়ানখিদে। অসি তানফম ওইবদা লিক্লাই মপারী তুলজিৎ নাবা অখুবগা, চৌরজিৎ

লৌইবী খোংজাইঙম্বগা অমস্তুং গমভিরসিংহ শামু ফাবগা মখোয় অহুম্না কোরৌ নোংজা খুদিং লাইরেন সনা মখোংখাদা তরা লুক্তং ইম্না য়েইনা থৌগজ্জখি। লিক্লাই মপারী তুলজিৎনা লাইজ পুম্নাং পুনা মৈকৌইখি। বৃন্দাবন নামৈরাকপম মহাক্না খাম্বী মৈবু চুজখি। অস্তুম্না শিরবা থবাই য়াওদ্রবা হকচাং অদুবু পাঙ্গোংনা মীতম ওইদুনা কুরেন মৈদা থাদোকখি। পোৎলৌইবা লৌইরবদা বামোন কলহোবনা শঙ্গোম চফু ফুহিং মচেৎ অমবু আষ্টি শৌরা চিন্তামনি শক্না গঙ্গা ঈরোম্নুংদা হুন্থখি। লৈপাক হৌদুনা জয়সিংহগী শ্রদ্ধ কর্ম্ম মপুংফানা লৌইখি। শ্রীপাট ক্ষেত্র ফম্বীরেনগী ঠাকুর নিত্যাই চৈতন্য ঠাকুরনে অসিনচিংবা ভজন কু লাইফম্লেন্দগী হম্নরকপদা লাইজ পুথ্রি ঈয়োক্কোন্দগী লৈম্লে মৃতলা কৌবগা ঈলিসা কৌবগা ফাদুনা ঙাতং উৎসবপু তৌজখি। অসি পুম্নমক লৌইরদুনা নবদ্বীবতগী মীয়াম পুম্নমক হল্লকখি।

## ৮-লাবন্যচন্দ্র সিংহ

লাবন্যচন্দ্রনা পালচা কুমশিং ৩১৯৬ (খৃঃ ১৭৯৮) দা নিংথৌ ওইদুনা চহি ৩ পাল্লম্মী। চহি ৩ পাল্লগা গম্ভিরসিংহগীদমক মমাগা পোকমিন্নবা খুম্বোং চন্দ্রমনি অমস্তুং নন্দলাল মখোয় অনীনা নিংথৌ শেমগদবগী শরৌ শিন্নরে। নোংমগী নুমিত্তা চন্দ্রমনি অমস্তুং নন্দলাল মখোয় অনীনা মীয়াম খোম্লক্তুনা লাবন্যচন্দ্রবু নিংথৌ লৌথোক্লে।

## ৯-মধুচন্দ্র সিংহ

মধুচন্দ্রনা পালচা কুমশিং ৩১৯৯ (খৃঃ ১৮০১) দা নিংথৌ ওইদুনা পানখিরম্মী। মধুচন্দ্রনা মতম খরদং য়েক্ল-তিংখং লৈতনা পাল্লবা মতুংদা চৌরজিৎ যুবরাজনা নিংথৌ শেমগে থৌরাংলম্লে। মহারাজ মধুচন্দ্রনা মনুংদা তৌরিবা মরম পুম্নমক খঙলদুনা চৌরজিৎ যুবরাজবু তাম্থোকখ্রে। মতম খরা লৈরগা চৌরজিৎকা মারজিৎকা অনীনা মধুচন্দ্রগী মথক্তা লাল তারক্লে। মধুচন্দ্র মহারাজ খাঙবা ঙমদ্রদুনা ময়াং লৈপাক তাম্না চেনখ্রে।

## ১০-চৌরজিৎ সিংহ

চৌরজিৎনা পালচা কুমশিং ৩২০১ (খৃঃ ১৮০৩) দা নিংথৌ ওইদুনা চহি ১০ পাল্লমই। মধুচন্দ্র মহারাজনা ময়াং লৈপাক্তা চেনখিদুনা ময়াং নিংথৌগী মনাক্তা চংদুনা ময়াংগী মী খোমদুনা লাল হৌরক্লুনা বিষ্ণুপুরদা তেঙ্গোল শেম্লে। মধুচন্দ্রগা মারজিৎকা বিষ্ণুপুরদা লাল কন্না শোন্নরে। মদুদা মধুচন্দ্র মহারাজ খুৎলায়না পান্দুনা শিখরে। চৌরজিৎকা মারজিৎকা শঙ্গাইথেল লালগী মতমদা চহি মঙা/মঙা নিংথৌ ওইনসি হায়নদুনা য়ানখি। মদু হন্দক মারজিৎনা ময়াম্বুং চৌরজিৎ মহারাজদা হৌদোক্লে। চৌরজিৎ মহারাজনা মতমদা শুরে অদুবু মতম খরা ঙাইখো হায়রক্লবদা মারজিৎনা লাল তৌবা তারে হায়দুনা লানমী খোমদুনা লাল তারক্লে। চৌরজিৎ মহারাজনা কাংজেপুংদা মারজিৎকা লাল থেংনরে। লান্দা মায়থীবা ফংলদুনা মারজিৎ ময়াং লৈপাক তান্না চেনখ্রে। ময়াং লৈপাক্তসু মারজিৎপু গোবিন্দচন্দ্রনা মকু ঈবুংঙো মধুচন্দ্র হাৎখিবগী শাউদুনা হাৎকে হায়দুনা তান্নরক্লে। মদুদগী মার্জিৎ যুবরাজ শ্রীহট তান্না চেন্লে অদুদগী অমুক অবা য়ৌনা চেনখ্রে।

অবা লৈপাক য়ৌখিদুনা অবা নিংথৌগী মনাউ ঈয়েং যুবরাজগা মতাউ শান্নদুনা মারজিৎ অবাদা লৈরে। মারজিৎনা ঈয়েং যুবরাজদগী অবা লাল্মী ৫০০০ (লিশিং মঙা) লৌদুনা মনিপুরদা লাল তারক্লে। চৌরজিৎ মহারাজনা পাউ অসি তাদুনা সনা কোনুংগী অকোয়বা অদু নিংথিনা ঙাক্লুনা অবাগা লোয়ননা লাল কন্না শোন্নরে। মারজিৎনা লাল জয় ওইরদুনা চৌরজিৎনা উপায় লৈত্রদুনা ময়াং লৈপাক্লোমদা লাল চেনখ্রে।

## ১১-মারজিৎ (মার্জিৎ) সিংহ

মারজিৎনা পালচা কুমশিং ৩২১১ (খৃঃ ১৮১৩) দা নিংথৌ ওইদুনা চহি ৬ পানখি। অস্সুম তৌনা লৈরিঙেগী মতমদা নোংমগী নুমিত্তা মনাউ ঈবুংঙো গম্ভিরসিংহনা মহারাজবু খুরুমগে হায়দুনা চংলুবদা মারজিৎনা

কনানো হায়দুনা হংলকই মদুদা মনাইশিংনা মনাউ ঈবুংঙো গম্ভিরসিংহনি হায়না হঙ্গৎপদা করিস্ন হায়রমদনা মমিৎ খানা য়েংলম্লগা শঙ্গাই মনুংদা লেঙশিনখরে। মতৌ অদু উবদা গম্ভিরসিংহনা ময়ুমদা লাক্তুনা ময়াম্বুং ঈবুংঙো দাউজীদা তৌরকপা মরম পুন্নমক অদু অমত্তা চিংথদনা তম্লরে। মনিপুরদা লৈবা য়াররোইদৌরি হায়দুনা দাউজীগা গম্ভিরসিংহগা ময়াং লৈপাক্লোমদা চেনখ্রে। মারজিৎ মহারাজনা মমাংঙৈদা ময়াং লৈপাক্লোমদা চেনঙৈদা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা লাকচখিবা অদু নিংশিংদুনা অকন-অথৌগী মী ১০০ (চাম্মা) রোম থাদুনা গোবিন্দচন্দ্রবু ফারন্নবা হায়দুনা কাছার তান্না থাখ্রে। মারজিৎনা থাখিবা মীয়াম্না কাছার য়ৌদুনা তানখায়দুনা গোবিন্দচন্দ্রগী মরল-মথুমশিং মাংহনখি। অদুগা গোবিন্দচন্দ্রদি চেনখিবা মফম খঙহৌদ্রে। মরম অসিদগী মীয়াম্না মারজিৎপু ময়াংঙম্বা হায়বা মিংথোল অসি থোনখি।

মারজিৎ মহারাজগী মতমদা কোনুংগী অকোয়বদা চেকপল খাখরে। থাঙ্গপাৎ অকোয়বদা তৌথোক্তুনা শেংদোকই। শঙ্গায়থেলদগী য়েংলকপদা শঙ্গায় শংলেল উনবা লম্বী পাক চাউনা শেমই। মারজিৎ মহারাজনা নোংপোক থোঙদা ইম্ফাল তুরেল অচৌবা অসি থিংজিন্দুনা কোংবা তুরেল অমদি ঈরিল তুরেলফাউবা লৈরিবা থাঙ্গপাৎ মরিল তেংদুনা ঈশিং ফজনা চেলহল্লি। অদুগা হিনা পোৎথাং পুথোক-পুশিন তৌবদা খুদোং চাহল্লি।

মারজিৎ মহারাজনা চহি ৭ (তরেৎ) পাম্বা মতমদা অবা নিংথৌগা মনাউ ঈয়েং যুবরাজগা অবাদা লাল কন্না শোক্লরে। মমাংঙৈদা ঙাংনখিবা মতুংইন্না ঈয়েং যুবরাজনা মারজিৎ মহারাজবু লাল পাংলো হায়দুনা হায়রকপদা মন্ত্রি অমস্তুং প্রজাশিংনা নোংচুপাস্থানি হায়দুনা মহারাজবু চৎহন্দ্রে। মীতে লাস্মীনা মহাক্কী মতেং পাংবা লাক্তবা অদুদা ঈয়েং যুবরাজনা শাউদুনা মনিপুর থুগায়রুরো হায়দুনা পগীউন, পখউন অমবু কগাউন মথোয় অহন্না লুচিংদুনা তেঙ্গোল অহমথোক্লা থারক্লে। মারজিৎ মহারাজনা অবানা লাল তারক্লে হায়বসি তারদুনা ককচিং অমদি পল্লেলদা তেঙ্গোল অমা

অদুগা হৈরোক্তা তেঙ্গোল অমগা শারে। হায়রিবা মফমশিং অসিদা মীতৈগা অবাগা লাল কন্না শোক্লরে। লানফম অনী অসিদা মীতৈনা অবাগী মখুত্তা মায়থীবা ফংলে। অবানা মীতৈগী কোনুং লৌখরে। মারজিৎনা গোবিন্দ অমস্তুং মহারানীগা লোইননা ময়াং লৈপাক য়ৌনা চেনখরে। মনিপুর প্রজাগী মনুংদা শরুক অহুম থোক্লগা শরুক অমনা ময়াং লৈপাক্তা মহারাজগী মতুং ইন্দুনা চেনখরে। লেমহৌবা শরুক অনী অদুগী মনুংদা শরুক অমনা লানফা ওইনা ফাদুনা অবাদা পুখরে। শরুক অমনা মনিপুরদা চাইনা চাইনা লোত্তুনা লৈহৌরে। অবানা থৌবান্দা তেঙ্গোল অমা হাউবম লৈকায়দা তেঙ্গোল অমা শাদুনা মনিপুর পুম্নমক ঙাক্তুনা লৈরে। পখাউন কৌবা অবাগী লালগী লুচিংবা অদুনা ফারিবা মীতৈ পুম্নমক অদু অবা লৈপাক য়ৌনা পুদুনা চৎখরে। ঈয়েং নিংথৌনা পখাউনদা যদুসিংবু মীতৈ নিংথৌ ওইহল্লু অদুগা মারজিৎপু ময়াং লৈপাক তান্না থিদুনা নমদুনা ফাদুনা পুরকউ হায়দুনা মনিপুরদা অমুক হন্না থারক্লে। পখাউন্না মনিপুর য়ৌরগা যদুসিংহবু নিংথৌ হাপ্লে। যদুসিংহগী মনাউ মিংলাউ, গুনসিংহ অমস্তুং পখাউন মখোয় অহুম্না কাছারদা মারজিৎ মহারাজগী খোঙ্গুল লিবা চৎখরে।

**মীতৈ লৈপাক কাংখোং চাইবা:-** মরাল লৈত্রবা অসোন অনানা ফিবম হেন্না সোকখি। অবাগী অসিংনবা অৱোৎ- অনৈদা খুদোংখিবগী চাংদম লৈখিদরে। হান্না লৈরম্বা মীসিং অসি চাউরাকনা লাখ ৫ রোম লৈরমবনি। চেনবমখৈ চেন্নখরে, সিবম্নখৈ সিখরে অসুমনা হৌখ্রবগী তুংদা ইম্ফালগী অকোয়দা মী লিসিং ৪ রোমদং ঙায়সিল্লকখি। মসিবু চহি তরেৎ খুনকায়বা হায়না কাউনদ্রি, থৌদোক অসিগী মরুৱোইবদি নিংথৌ মচিন মনাউনা চহি ৫/৫ (মঙা- মঙা) নিংথৌ ৱোইনবগী থৌসিল অসি কায়রমদ্রবদি লৈপাক অসিগী চাউনা মাঙ- তাকপা অসি থোকলমলোই।

## মনিপুরগী মপান্দা লৈখিবা মীতৈসিং:-

মহারাজ মাজিৎনা অৱাগী মখুত্তা মাইথিবা ফংদুনা কাছারদা চেনবা মতমদা মণিপুরদা লৈবা মীতৈগী সরুক অহুম থোকপগী অমদি কাছাররোমদা মহারাজগা লাল চেনমিন্নখি। হৌজিক কাছার, ত্রিপুরা, বাংলাদেস, শিলেট, অসামনচিংবা মফমদা লৈরিবা মীতৈ অমসুং মীতৈ পাংঙলসিং অসি মতম অদুদা লান চেনখ্রগা লান হনজিন্নবা মতমদা লান হনজিল্লকতবা মফম অদুদা অদুম খুন তাদুনা লৈহৌবা অদুগী মচা- মসুসিং ঙাকতনি।

## চহি তরেৎ খুন কায়বদা য়াম্বেম লাবা:-

পালচা কুমসিঙ ৩২১৭ খৃ: ১৮১৯ দা মীতৈ কংলৈপাক অসি অসুক্কী মতীক খুদোংথিবা নংখি। মতাং অসিবু মীতৈ কংলৈবোন্দা "চহি তরেৎ খুনকায়বা" হায়না খঙনখি। মতাং অসিগী ৱারীনা তাকই, মদুদি মীতৈ হায়বা ফুরুপ অসি মালেমগী লৈমায়দগী মরু ফংনা মুথৎনবা হোৎনখি। মদুগী খুদমদি অৱা লালমীসিংনা পিক্লবা অঙাং কয়া ইমুংদা হোইজিল্লগা মোবোক মৈ থাদুনা হাৎখি। হায়নিংঙাই লৈতনা চৎথখিবা অওৎ- অনৈগী মতাং অমনি হায়না নিংসিংনরি। মীতৈগী খুৎহৈবা মীওই কয়া অৱা লালমীনা ফাদুনা পুখি। ফজরবা ফুরা- দলাল, নিংথিরবা য়ুম- কৈ কয়া থুগায়- য়ৈখায়দুনা মাং- তাকহনখি। মীতৈ লৈপাক্তা লৈবা কান্নরবা হি- য়াই কয়া অৱা লালমীনা খোমদুনা পুখি। মতম অদুগী মীতৈ লৈপাক্তা লৈরম্বা কম্বদা মপা লৈতবা য়াম্বেম লাবা, মরৈ মচিন- মনাও অনিসু অৱা লালমী ময়াম্না য়োমসিন্দুনা অৱা লৈপাক তমনা পুখি। পাথৌ

অসিগী সিংথাবা য়াবা অকম্বগী চাং অসি উবদা অব্বাসিংনা ময়াম্ববু কুইনা হিংহম্বা পামলমদে। মবম কয়া খন্নরবা মতুংদা নিংথি-নুংঙাইনা পিজ-পিথক তৌদনা, তুমফম-চাফম খঙহন্দনা ফাজিন্দুনা থমলমই। মতম অসিদা পাল্লম্বা কবোগী নিংথৌদি "বগীদৌ"নি। নিংথৌ অসিনা মহাক্কী সেনাপতি "বান্দুলা" হায়বা অসিদা মীতৈ কংলৈপাক্কী কোনুং ওইরিবা কংলা অসি খুন্তাক লালসি ওইহল্লু হায়না য়াথং পিখিবদগী অসিগুম্বা অচৌবা মাঙ-তাকপা অসি ওইনখিবনি।

মথংগী নুমিত্তা কবো নিংথৌগী মমাংদা কুমহৈ অমা উৎনবগী থৌরাং তৌরমই। কুমহৈ অসিদি থোইদোক্লা থম্মোয় সোকপা য়েংহৈদবা মওংনি। মপাঙ্গল সোনথারক্লবা পাথৌ য়াম্বেম লাববু চায়না পুঙদা অয়োকপা নোংসগুম পুথোকলে। অব্বাগী কল্লবা মনব্বালা অমা থাজিন্দুনা সামু অনি য়াথিন্নবগুম মখোয় অনি নম্লহল্লি। থৌদৌ অসি উবদা য়েংলিবা মীতৈ খুদিংমক মিৎতা পিরাং সিনথানখি। হান্নগুম পাঙ্গল লৈরম্লবদি অব্বাগী অকম্বা নুপা অসি উবদা হবাউনা পাম্বোম তিংলমগদবনি। অদুবু তঙাইফদনা মীতৈ অকম্বা অসি অব্বাগী অয়োকপা সামুগুম কল্লবা মন অদুগা লানবা ওইখ্রে। থৌওং অসি উবদা অব্বাগী লালফা ওইখ্রবা মীতৈ নুপা-নুপীসিংনা য়েংঙমখিদ্রে। পাথৌ য়াম্বেম লাবা অব্বাগী অকম্বা মনগী মমাংদা নোপনা খংখ্রে। থৌওং অসিগী খাঙমদবা মওং উবদা অব্বাগী লালমীনা খুবাকতা য়াইরীনা লেংদুনা পুখিদুনা লানফা ওইখ্রবা মীতৈগী অসোল-অনাফাউবা য়াওনা মীতৈ কয়ানা খংহৌদনা ব্বাহৈ খরা লাউখিবগুম তৌখি। ব্বাহৈ অদুদি "মীতৈ লৈমগী মিংচৎ থিহনগনু, য়াইবী মাংলবসু সিমিন্নগদবনি, লেমনা থাফবোই" অসিগুম্বা মীয়ামগী খোল্লাও অসি তাবদা মীতৈগী অকম্বা হান্নদগী শরুক তরা কনখৎলকখ্রে, কনাবু কিখিদ্রে। মহাক্কী মমিত্তা অব্বাগী অকম্বা মন অদু

তুমিৎ- কাঙগুম উপ্রে। ঙহাক্কী মনুংদা অৱাগা অকন্বা মন অদু লোংনা থাদদুনা মথৱাই লৌখরে। মাইকৈ মরিমক্তা মীতৈসিংন" মীতৈ লৈমনা জয় ওইরে" হায়না লাউনরকখি। মতাং অসিদা অৱা নিংথৌ অদু পেনখিদ্রমাল্লে, অনৌবা য়াথং অমা অমুক তাউথরক্লে। য়াথং অদুদি - লৈঙোই অচোংপা তাঙ তরেৎ কোকথোংদা পুরগা থাক মথোল ১০৮ ৱাংবদা কাখৎলুরগা অমুক কুমথবা ঙন্নবদি নয়ুমদা হনবা য়ারগনি" নিংথৌগী য়াথং তাবদা মীতৈ অকন্বা ঙমখৈ লৈতনা হরাউজখি। তুন্বা চাবা মনিং থুংদনা লৈরন্বা মপুক থন্না চাবা ফংলগনি মন্বদা লৈঙোয় তাঙ তরেৎ পুরগে হায়না য়াখরে। অৱা নিংথৌগী থৌসিনদি মীতৈ অকন্বা অসিনা থাক মথোন কাপ্রিঙৈদা লৈমায়দা হৱাই মরু- মরুং চাইথোক্তুনা থন্বা অসিনি। মরমদি অঙন্দা পোৎ পুদুনা কুমথরকপদা লৈমায় মথক্তা চাইখাইদুনা থল্লিবা মরু- মরাংগী মথক্তা নেৎপদা নানথুহন্বা (খোঙফম সোয়হন্বা) অসিনি। থৌসিল অসিদা য়াম্বেম লাবা মখ্বাং তেকতুনা সোইদনা সিরগনি হায়বদি অৱাসিংগী থাজবনি। অদুম ওইনমক থৌসিল কয়া অসিনা মীতৈ অকন্বা অসিগী মতু নাম্মফাউবা তৎহন্বা ঙমখিদ্রে, খরমখৈ ৱাহল্লি হায়বা অদু মঙায়রে। পুম্নমক মায় পাক্লবদা য়াম্বেম লাবা মচিন- মনাউনা অৱা লৈপাক্তা মিৎকুপ অমফাউবা পনথনিংদ্রদুনা মীতৈ পোইরৈদা খোংসাল্লক্লে।

নিংথি তুরেল অসি মচিল- মনাউনা ঈরোইদুনা লাল্লকপদা মনাড়ি মরৈ অসি লাইনা লৌরম্মী। মদুদা ময়াম্বনা মনাক নকপদা লৈবা ৱাপল অমদগী ৱা অমা ফুকতৎলগা মনাউবু ৱা অদুদা পায়হল্লি। অরৈবা মথৌনা মপাঙ্গল ফুদোক্তুনা চিংখৎপদা মনাউগী মথৱাই কনখি লোইননা মীতৈ পোইরৈদা থুংখি য়াম্বেম লাবগী ৱরী অসি মীতৈদা নত্তনা থংনবা লৈপাক কয়ানা পাথৌ অসিবু সক খঙখি। মহাক্ল পুবা ঙন্বগী চাং অসি মন ৭ লোমগী চাংনি। মতম অদুগী অৱা লৈপাক্কী চৎনবীদা তঙ অমদা সের ৩০ খরা হেন্বগী চাংনি হায়না

অথং- অহৈসিংনা লেপ্পী। য়াম্নেম লাবা অসি নিংথিজনা পিজ- পিথক তৌদুনা শেমিরবদি মন ৯ গী মথক্তা পুবা ওমগনি হায়বসি থাজনৈ।

## চহি ৭ (তরেৎ) খুনকায়বদা ওইখিবা লৈপাক ঙাকপশিং ঃ -

(১) হেরাচন্দ্রনা পালচা কুমশিং ৩২১৭ (খৃঃ ১৮১৯) দা চহি ১ পানখি।
(২) হুইদ্রোম সুবলনা পালচা কুমশিং ৩২১৮ (খৃঃ ১৮২০) দা চহি ১ রোম পানখি।
(৩) য়ুমজাউ তাবানা পালচা কুমশিং ৩২১৯ (খৃঃ ১৮২১) দা থা খরা পানখি।
(৪) গম্ভির সিংহনা পালচা কুমশিং ৩২১৯ (খৃঃ ১৮২১) দা থা খরা পানখি।
(৫) জয়সিংহনা পালচা কুমশিং ৩২১৯ (খৃঃ ১৮২১) দা থা খরা পানখি।
(৬) যদুসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২২০ (খৃঃ ১৮২২) দা চহি ১ পানখি।
(৭) রাথবসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২২১ (খৃঃ ১৮২৩) দা চহি ১ পানখি।
(৮) ভদ্রসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২২২ (খৃঃ ১৮২৪) দা চহি ১ পানখি।

## ১২-মৈদিংঙু গম্ভির সিংহ

গম্ভিরসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২২৩ (খৃঃ ১৮২৫) দা নিংথৌ ওইদুনা লাংথবাল কোম্নুংদা চহি ৯ (মাপন) পানখি। সিলেট রাজবারিদগী শ্রীগোবিন্দ বৃন্দমচন্দ্রগা লোয়ননা লেঙথোকউদুনা লাংথবালদা সেবা চংলি। গম্ভিরসিংহনা পাম্বা মতমদা অবানা তুমুদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরে হায়দুনা মহারাজদা হঙ্গংলুরে। মদু তাবদা মহারাজনা মনাউ ঈবুংঙো নরসিংহ সেনাপতিগা লান্মী ১০০০ গা থাখিদুনা অবাশিংবু থম্নাপাৎ তাম্না অমন্থুং অঙ্গোচীং বাংমা লান্দুনা নিংথি তুরেল বাংমা লাম্না তাম্থোকখিদুনা হায়রিবা লম পুম্নমক অসি লৌরম্লগা তেঙ্গোলগা লোইননা মনিপুরদা হম্লক্লে। শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিংহ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা লমগী লমখে খঙনবগীদমক্তা থিবোমে (কোহিমা) দা নুঙগী চরন ছাপা অমা থম্বীরম্মই।

পালচা কুমসিঙ ৩২২৪ (খৃ: ১৮২৬) কী ফেব্রুবারী তাং ২৪দা য়াগুবু সহরদা বৃটিসকা, অৱাসিংগা য়ান চে অমা ইনখি (সন্ধি তৌনখি)। অদুবু "য়াগুবু সন্ধি" হায়না খংনখি। সন্ধি অসিগী মতুংদা স্কুট সাহেবনা মণিপুরগী কমিসনার ওইরে, গম্ভীর সিংহনা মনিং মখাতম্বা মীতৈগী নিংথৌ ওইরে।

পালচা কুমশিং ৩২৩০ (খৃঃ ১৮৩২) দা নিংথৌ অসিগী মতমদগী পুরিগী জগনাথ (জগৎ বোম্বু) লাইগী শক্তম লিংদুনা কাং চিংবা (রথ যাত্রা) গী থৌরম মনিপুরদা হৌদোকখি। মতম অদুগী কাংগী কাংখোং অদু ১২ (তরানিথোই) পাল্লম্মী।

পালচা কুমশিং ৩২৩১ (খৃঃ ১৮৩৩) অসিদা মহারাজ গম্ভিরসিংহ নিংথৌগা বৃটিস গবর্মেন্টকা "কিয়্যাম্বা তম্পাক (কবো তম্পাক)" গী মরমদা মিটিং তৌই। মদুগী মরমদি মনিপুরনা কবোগী লম খরা খুদুম চন্দুনা লৈকী মরমগীদমক্তনি। মমাংঙৈদা মৈদিংঙু ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তা পোং নিংথৌ খিখোম্বগা মীতৈ নিংথৌ ক্যাম্বগা কবোগী লম য়েৈরে। য়েন্নবা অদুদা য়ানদুনা ওইখিবা মীতৈগী লমখেদি নোংপোক্লোমদা তিলানচীং লৌইজরি ফাউবা মীতৈগী লম ওইরম্মী। হায়রিবা লম অসি নিংথি তুরেলগী বাংমা নোংপোক্লোমদা লৈবা তিলান অমস্তুং লৌইজরি চীংনি।

গম্ভিরসিংহ সনা হাক্তক্তা নিংথি তুরেলগী নোংপোক বাংমদগী হৌনা পোং নিংথৌগী মফমদা পিখিদুনা নিংথি তুরেলনা কোম্বা নোংচুপ থংবা লম মখে মীতৈগী লম্মি হায়বদি নিংথি তুরেলনা মীতৈগী নোংপোক ওমখে (সিমানা) নি। মরম অসিগীদমক বৃটিস বেনটিঙ্ক সাহেবনা হায় - কবোগী লম খরসি কবোগী লম ওইহনখ্রসি, ব্রহ্মদেসকী মনুং চলহন্নসি। মসিগীদমক বৃটিস গবর্মেন্টনা চহি খুদিংগী লুপা লিশিং তরুক অসি খাজনা ওইনা মনিপুর নিংথৌদা থিরগে হায়না লেপ্লদুনা মখাগী বারেপ অসি ইদুনা লম অসি হায়বদি "ক্যাম্বা লমজাও" পাক-চাউবনা স্কোয়ার মাইল লিশিং তরেৎ ওইবা লম অসি কবোদা তিনখ্রে।

লাংথবালদা পালচা কুমশিং ৩২৩২ (খৃঃ ১৮৩৪) গী জানুয়ারী থাগী তাং ২৫দা কমিস্নার মেজর এফঃ জেঃ গ্রান্ট অমস্তুং কেপ্তেন আরঃ

বইলিউ পেম্বরটন সাহেব অনীনা সহী তৌদুনা গম্ভিরসিংহ মহারাজনা ক্যাম্বা লমজাও (কবো তম্পাক) অসি হনখিবগীদমক বৃটিসকা মনিপুরগী নিংথৌ গম্ভিরসিংহ মহারাজগা বারম অনী য়ানখি। রাইট ওনরেবল দি গবর্নর জেনেরেল ইন কাউন্সিলনা পীবা পাউতাক মতুং ইন্না আভাদগী থারকপা বর্ম্মীজ কমিস্নারশিংদা মেজর গ্রান্ট অমস্তুং কেপ্তেন পেম্বরটন্না ক্যাম্বা লমজাও হনখ্রে। মসিগীদমক অমুকস্তু মখাগী বারম অনী অসিমস্তু গম্ভিরসিংহ মহারাজদা খওহল্লি।

(১) সুপ্রিম গবর্নমেন্ট লেপ্লে মদুদি বৃটিসকা বর্ম্মীজ কমিস্নারশিংগা য়ানবা মতুংইন্না ক্যাম্বা লমজাও হনখিবা নুমিৎ হায়বদি পালচা কুমশিং ৩২৩২ খৃঃ ১৮৩৪ গী জানুয়ারী থাগী তাং ৯ দগী হৌদুনা থা খুদিংগী লুপা চামঙা/চামঙা মনিপুরগী নিংথৌদা পীবা।

(২) তশেং-তশেংনা খওগদবা অমদি, করিগুম্বা থৌদোক অমদগী আভাদা লানখ্রিবা লম অসি মনিপুরদা মমাংঙৈগী মতৌগুম্না হল্লক্রবদি হৌজিক বৃটিস গবর্মেন্টনা পীরিবা শেনফম অসি পীথোকপা তারিক অদুদগী পিবা লেপকনি।

সহি ঃ –

(১) এফঃ জেঃ গ্রান্ট –
মেজর কমিস্নার

(২) আরঃ বইলিউ
পেম্বরটন – কেপ্তেন
লাংথবাল, মনিপুর
তাং ২৫/১/১৮৩৪ ইং

গম্ভিরসিংহ মহারাজনা ময়াং (কছার) দা মতেক অমা নিংথৌ ওইরিঙৈদা বৃটিসকা জয়ন্তিয়াগী চীংমীশিংগা লাল থেংনৈ। বৃটিসকী লাল পাংবদা মহারাজ গম্ভিরসিংহনা জয়ন্তিয়া নিংথৌ ফাদুনা বৃটিসতা শিন্নখি মদুদগী মহারাজবু খাহিঙম্বা হায়না মিংথোনখিরম্মই।

# ১৩-মৈদিংঙু নরসিংহ

নরসিংহনা যুবরাজ সেনাপতি শুপ্না ওইবগা গম্ভিরসিংহনা পোক্লম্বা মজাঙ্গীবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ হাপ্তুনা পালচা কুমশিং ৩২৩২ খৃঃ ১৮৩৪ দা লৈপাক ঙাকই।

নরসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২৪২ খৃঃ ১৮৪৪ দা চহি ৬ (তরুক) নিংথৌ ওইরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তিবু পোকপী কুমুদিনি মহারানীনা (১) থাঙ্গাল (২) নেপ্রা (৩) রামচরন (৪) বলরাম (৫) তাম্রসিং (৬) নবীনসনা মখোয়শিং অসিগা লৌতুনদুনা নরসিংহবু হাৎনবা হোৎনরুবদা নবীনসনানা ঈনিংথৌ নরসিংহনা গোবিন্দ খুরুম্লিঙেদা মঙকশমদা থাঙনা য়াম্নবা হোৎনরমই। অদুবু নরসিংহনা পাম্বোম্না ঙাক্তুনা হৌগৎলকপদা ঙক্তদি পালহৌদ্রে মাগী পাম্বোমদা খরদং ওইনা শোকই। শিহৌদ্রবদা চন্দ্রকীর্ত্তি পুদুনা কুমুদিনি মহারানী অঙম-অথৌ খরগা কছারদা চেনখি। নরসিংহনা মী থাদুনা ২/৩ লক কৌথোকহন্বদা চন্দ্রকীর্ত্তিবু থোরকউ হায়বা য়াদ্রবদা লৈপাক মীয়াম্না নরসিংহবু নিংথৌ হাপখি। মনাউ দেবেন্দ্র ধাকা তাব্বু যুবরাজ হাপই। গম্ভিরসিংহ সনা হাক্তক্তা লাংথবালদা কোনুং ওইরম্বা অদু নরসিংহনা নিংথৌ হেক ওইবগা কংলাদা কোনুং হোংখি।পালচা কুমসিঙ ৩২৪৩ খৃ: ১৮৪৫ অৱা লৈপাকতগী মনিপুরদা হোংসাই/খোজাই চংলক্তুনা খুনতা লৈতাখী। মখোই অসি সা-লান্দা য়াম্না থোই। য়ুম হোংহোংদুনা সাই হায়বদগী মীতৈসিংনা হোংজাই কৌখি। মথংদা লোন থৈথরকতুনা খোংজাই। খৃ: ১৯৪২ জাপান লান মতুংদগী কুকী হায়না খঙনখি। নরসিংহ নিংথৌনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল অদু মাগী শাগেগী সনা ঈবেম্মশিংবু জলকেলী পালা হায়না হৌদোক্তুনা শকহল্লি। খুইরম্বনগী নম্বুল তুরেল মথক্তা চেক্কী থোং শাবা হৌরম্মী অদুবু লোইবা ঙম্লমদে। মনাউ ঈবুংঙো যুবরাজ দেবেন্দ্রসিংহদা নিংথৌ খুভম শিন্নরম্লগা পালচা কুমশিং ৩২৪৮ খৃঃ ১৮৫০ দা নোঙ্গাখি।

# ১৪-মৈদিংঙু দেবেন্দ্রসিংহ

দেবেন্দ্রসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২৪৮ খৃঃ ১৮৫০ দা থা ৩ (অহুম) নিংথৌ ওইখি। মজাঈবুংঙো খোমদোন্থু যুবরাজ হাপ্পই। মতম অসিদা নরসিংহ মহারাজনা পোকপা ভুবনসিংহ কছারদা চৎখিদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌ ওইয়ু হায়না কৌথোক্লুরগা লাংথবাল কোনুংদা লৈখিরম্মী। প্রজা অয়াম্বনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মিচঙ ওইখ্রবদা দেবেন্দ্রসিংহ মাগী মী লৈতদুনা ময়াং লৈপাক্তা চেনখি। থা অহুমখক্তং নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। মহাক্না থা ৩ নিংথৌ ওইবা মতমদা মীনাই নাইথাং কোকহন্বগী থৌদাং পাংথোকলম্মী। নোংমগী নুমিত্তা রাজবেস থোন্দুনা দরবারদা লেংথোরক্লে অদুগা রাজসিংহাসন্দা লেঙশিল্লে। অকোয়বদা প্রজা চোন্না পৈররে। মতম অদুদা প্রজা মীয়ামদা সনা য়াথং অমা তাউথরকই। মমাংঙৈদগী চৎনরকপা মনিপুরগী চৎনবী ইনাকখুন্বা নিপা অমনা লাইববা নিপা অমবু শেন পিদুনা লৈরে, মাবু মীনাই ওইরে হায়না হায়রে। অদুদগী মাগী নুপী অমা থিবিদুনা ময়ুম পালহল্লে। অদুগী মতুংদা মতৈ-মনাউ অনীদু তোঙান্না থন্বীরে, মমিংনা ফুঙ্গানাই কৌরে। মচা পোক্লে অদুদগী মশু অমুক ফংলে। মশানা শুবা-নোম্বা অদুদগী মাগী নুপীনা শুবা-নোম্বা লৌ-ইংখোল, ফিশা-লোনশা পুন্নমক মীনাইনা শুবা নোম্বনি হায়রদুনা মখোয়গী চান্নবা খরা পীরল্লগা লোইনা পুদুনা চৎখ্রে। অদুবু পুম্নমক তাদু চৎনবীনি হায়দুনা য়ানরি। অদুনা মাগী মীনাই অদু করম্না কোকপা ঙমগনি, ঙল্লরোই। মশা শিরগা মাগী মচা অদুন্থু মীনাই ওইনা অদুম ওইখিনি। মশা-মশানা শুজ-নোমজবমখে মপুনা লৌখ্রগা কদাইদগী শেল লাক্তুনা মীনাই হন্দোকপা ঙমগনি। মপোক-মপোক খুদিংমক্তা মীনাই কোকপা ঙল্লরোই। মসি খল্লুবদা নিংথৌ ঐগী থম্মোয় অসি কায়রে, লৈতাফম খঙদরে। য়েংউ হৌজিকমক মখুৎনা থাদুনা পাম্লিবা হৈ অদু মপুনা লাক্তুনা মশিং থিরল্লে। মচা অদুনা মমাদা হৈ অদু অমা পীয়ু হায়দুনা কপ্পক্লে, থেন্বা য়াদ্রে। মতম অদুদা মমাদুনা তেংথাদুনা কপচে, "হে মীনাই নংবু করম্বা কান্দা কোক্লগদবা।" মসি

মনিপুরগী প্রজাশিংনা উনরিবনি, তানরিবনি। পুম্নমক অসি নিংথৌ ঐনা য়েংবদা-তাবদা থবাই অসি পুবা ঙমদ্রে। অদুনা ঐনা নিংথৌ ওইরিঙে মতম অসিদা বায়েন বিথি অমা হোংদোক্লসি মদুদি শেন (পৈশা) পিদুনা লৈবা মী অদুখক্তমক মীনাই ওইবা অদুগা মানা লৌরুবা নুপী, মানা পোক্লকপা মচা-মশু অদুদি মীনাই ওইদবা অদুগা মাগী নুপী অমদি মচা-মশুনা শুজবা-নোমজবগী মমল অদুনা মপুরেইবগী মীনাই মমল অদু হন্দোকপা য়াবা ওইহনসি। বায়েন অসিদা প্রজাগী করি মত লৈবগে হায়না হংলক্লে ? বাদু তাবদা প্রজা অপুম্বা পাম্নরদুনা ফরে ফরে হায়দুনা য়ানরে। অদুদি পাউ অসি শামু-শগোল তোংদুনা প্রজাদা লাউথোক্লো হায়না য়াথং পিরদুনা শগোল পাউ চেনখ্রে। নুমিৎ অদুগী দরবার লৈইরদুনা নিংথৌন্সু সনা শঙ্গাইদা খোংলেংখ্রে। প্রজা মীয়ামস্নু ময়ুম-ময়ুমদা হম্নখ্রে। অস্নুম্না নিংথৌ দেবেন্দ্রগী সনা হাক্তগী হৌনা মীনাই-নাইথাং কোক্তুনা প্রজাশিংন্সু নুংঙাইনা পানখি।

## ১৫-মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ

চন্দ্রকীর্ত্তিনা পালচা কুমশিং ৩২৪৮ খৃঃ ১৮৫০ দা নিংথৌ ওইদুনা চহি ৩৬ পানখিরমই। নিংথৌ অসিগী হাক্তদা মনিপুরদা হোংসাই (খোংজাই) শিং চংলক্তুনা খুন্দা-লৈতাবা হৌখি। মখোয় অসি য়ুম হোং-হোংদুনা শাই হায়বদগী হোংসাই কৌখি। মমৈদা লোল থৈথরক্তুনা খোংজাই কৌনখি। মখোয় অসি শা-লান্দা থৌই হায়দুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা লাম্মী ওইনা লৌশিল্লি। পালচা কুমশিং ৩২৭১ খৃঃ ১৮৭৩ শুবদা বৃটিস ওফিসার সাহেব অহুম লাক্তুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা মনিপুরগী অবাংগী সিমানা কদাইফাউবনো হংবদা মহারাজনা ডিমাপুর, গোলাঘাট, লমদিং অমস্নু যোরহাট ফাউবা মনিপুরগী লমনি হায়রবদা সাহেবশিংনা নাগা পহারগী থিবোমৈ (কোহিমা) অসিদা মখোয়গী লাম্মী পল্টন অমা থম্নগা লম্নোন-ইতিক কারবার তৌবদা খুদোং চানবা মফম অসিদা জিলা (দিষ্ট্রিক্ট) অমা শেমগে হায়রে। সাহেবশিংগী রাজনিতি য়াউদবা বাঙাং অসিদা মহারাজনা শাওদুনা বা অমত্তা ঙাঙদনা শঙ্গায় মনুংদা লেংশিনখি।

মতম খরা লৈরগা বরলাট ২০ শুবা লোর্ড নোর্থব্রুক্কা মনিপুরগী মহারাজবু উনদুনা বা খরা ঙাঙননিংই, ঐবু মনিপুরদা লাকচৌ হায়ব্রা নত্রগা মহারাজনা সিলচরদা লেঙবিরক্কেরা মরোল অমত্তা তাজনিংই হায়না হায়রকই। বরলাট সাহেবকী চিঠি মরোল তারগা মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী পুক্নিংদা চিংনদুনা মখোয়না মনিপুরদা মনিং থুংদ্রগা লাল তৌগে হায়গনি, চৎপনা চুমই হায়না অঙম্বশিংগা তান্নদুনা লাংবন হিয়াং লোইরগা সেপ্তেম্বর থাগী মনুংদা ঐহাক কছার মালুগ্রামদা লাক্কে হায়না চিঠি থাখি।

শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবারগীদমক সনা কোনুং অসিগী অঙম-অথৌ পুন্নমক শিন্নদুনা শেম-শাবা লোইরে। মীতে সিফাই ৫০০ (চামঙা), শগোল লাম্মী ৫০ (য়াঙখে), শামু মৈইরাংশা, শামু ধনতর, শামু কোন্দুম্বা, শামু হেরামৎ, শামু অরাংচৌবা, শামু জিরিশা, শামু রাজ বল্লাভনচিংবা পুন্নমক থৌরাং তৌরে।

জয়পত্র খামেনচৎপা শেৎপা ফিরাল পায়বা নিপা অমনা খুইগী মাঙদা থা, ফিরাল পায়বা নিপা ১২ না তুংদা ইন, মতুংদা বঝাই বেঙ্গুন খোংবা নিপা ৩০না বঝাই বেঙ্গুন খোং মদুগী তুংদা য়াঙ্গৈই লানশা তোংবা লাম্মী কাবাক থাঙ লেংদা থোং, মীতে সিফাই ৫০০ মাংদা থা, মতুংদা বড়সেনাপতিনা মাঙদা থাদুনা মীতে সিফাই ৫০০ নোংমৈ লেংদা থোংনা চৎ, সিফাইশিংগী তুংদা অঙম-অথৌশিংনা য়াঙ্গৈই লানশা তোংদুনা থাঙ-তা, খুৎশু-খুৎলায় পায়দুনা সনা থৌগন মাঙদা থা, অসিগী তুংদা য়াঙ্গৈই শামু মৈইরাংশাগী মথক্তা সনারম্পা ফিশাং থারগা, মথক্তা সনারম্পা কোঙ্গোন থিম্বা শেম্বাং মহুম্না নিংথৌথক্তা খন্দুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ফম্বাল লাংলগা শেলুংবা ৮ না শামু তোংদুনা য়েৎ-ওইদা কাংহই চামর থৌগল তৌ, শৌগাইজাম্বা, থাঙ্গাল মেজর অনীনা শামু অমমম তোংদুনা য়েৎথাঙ-ওইথাঙ থৌগল তৌ, শামুগী তুংদা লাম্মী ৫০০ না শ্রী যুৎকী তুংইন থৌগল ওইনা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা সনা কোনুংদগী খোঙলেংথোরকপা, ফজবা নিংথিবদা মপা লৈতবনা সোরারেন্না শামু ইরাবত তোংববু অশুক য়াম্না নিংথিজরিগদ্রা হায়না লৈপাক প্রজানা শোয়ে।

অস্তুম্না খোঙলেংথোরকপনা তোংজে মরিল লম্বী চত্তুনা শিলচর জিলা য়ৌরগা দরবারদা ময়াংতাবা শেলুংবনা মরোলপুম্বা হান্নানা লাইরিক ওইনা ইদুনা মদু বরলাট সাহেবতা পাদুনা তাহল্লে। বরলাট লোর্ড নোর্মব্রুক সাহেবনা মনিপুর মহারাজনা লান্দে হায়বা খঙদুনা মহারাজগী মফমদা হায়রকই, "মহারাজ। বৃটিশ ঐখোয়গী মরুপ ওইবা মপাবুং গম্ভিরসিংহ হাক্তক্তগী মিত্ররাজ্য ওইনা লৈরক্লবনি। মসিদা ঐখোয়না কারবারগীদমক শ্রীযুৎনা থিবোমে কৌবা লম মচেৎসি মমল ওইনা তৌজৌ হায়বরা মফমসি ঐখোয়দা পিনবীয়ু মসিগী মরম খঙহন্বীয়ু হায়জবনি।"

বারমসি তাবদা শ্রীযুৎনা বৃটিশ গর্ভনর বেন্টিম্ককী মফমদা করবারগীদমক ফম্বদি ফম্বীয়ু মফমসিগী মমল লৌবদি লৌজরেই, য়োম্হোকপা মরমস্তু ঐ তৌজরেই হায়না সনা য়াথং তাকপিরবদা বরলাট সাহেবনা মফমদি মমল লৌদনা ঐখোয়গী সিফাইশিং ফমহন্বীবগীদমক মনিপুরগী থিবোমেদগী অসাম তাবা লম্বীসি ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা ফননবা শেম্লগনি অদুনা মনিপুরগী সনা কোনুংদগী থিবোমে য়ৌবা লম্বী অসিনা শ্রীযুৎ মহারাজনা শেম্বীয়ু হায়জে। অসিগীদমক বৃটিশ লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্ক বোডিগী মনুং কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ (K C S I.) মনিপুররেশ্বর সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ হায়বা মিং অসি য়েক্তুনা ঙসিদগী থল্লে। শ্রীযুৎ মহারাজ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ গী মফমদা খুৎলায় নোংমৈ ১০০ গা লুপা লাখ অমগা বকসিস তৌজরি হায়না পিরকখি।

বরলাট সাহেবনা মনিপুরগী হীয়াঙ কুমহে য়েংনিংই হায়না হায়রবদা মহারাজনা অঙোম তোনুগা, নিংথৌজাম্বগা অনীবু হি তোংদুনা হীয়াঙ কুমহে উৎলি। হীয়াঙ লোইবগা সিলচর কাংজেবুংদা পানা শগোল কাঙজে, মুক্না, লমজেল, থাঙ-তাগী মখল-মখা অয়াম্বা কুমহে তৌদুনা সাহেবশিংবু মথবাই তানা য়েংহন্দুনা পুম্না নুংঙাইমিন্নে।

শ্রীযুৎ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা সিলেটতা লৈবা সনা শঙ্গায় অদু শেমজিল্লি। মদুবু সিলেট রাজবারী হায়না মমিং চৎলি। সিলচর মালুগ্রামদস্তু সনা শঙ্গায় অমগা শেমই মদু হৌজিকফাউবা মালুগ্রাম শঙ্গায় হায়না মমিং চৎলি।

ক্বাথা হায়বা খুল অসিদা লৈবা মীশিং অসি ক্যাম্বা নিংথৌনা তখেলদগী পুরকপা মীশিংনি। মখোয় অসিনা নিংথৌগী থা খুদিংগী গ্বা (ক্বা), ক্বা মনা অসি কৎলমই অদুগা মদু কায়দনা নিংথৌরোল খুদিংগীস্থু কৎলমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ক্বাথা খুলবুস্থু শেমগৎপিরমই।

## ভ্রাতৃদ্বিতীয়া (মেবুঙ চাক্কৌবা):-

ভ্রাতৃদ্বিতীয়া হায়বা থৌরম অসি মীতৈকংলৈদা লৈরমদে।অদুবু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা নোংচুপ (বেঙ্গোল) লোমগী ভ্রাতৃদ্বিতীয়া হায়বা থৌরম অসি লৌশিন্দুনা চৎনহম্বা হৌখি। মতম অদুদা নিংঙোল ওইবীশিংনা মবুঙ ওইবশিংবু চাক্কৌনরমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজবু মচে-মচলনা চাক্কৌবগী থৌরম অদু পাংথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না ব়ানা থোক্লমই। মরমদি লৈপাক্কী পীবারেল ওইরিবা নিংথৌ অমবু চাক্কৌবা হায়বা অসি তরাই-তরাইবা থবক অমদি ওইরমদে। মরম অদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মচে-মচলশিং অদুগী অব়াবা উবদা নিংঙোলনা পীবা চাক্কৌবগী মহুত্তা পীবানা নিংঙোল ওইবীশিংবু চাক্কৌবা ওইনা ওস্থোকখি। অদুদগী হৌদুনা ঙসি ঙসিফাওবা কায়দনা "নিংঙোল চাক্কৌবা" হায়দুনা চৎনরক্লি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মমাং চৌরজিৎ অমদি মারজিৎকী হাক্তক্তা চহি ৭ (তরেৎ) খুন্তাকপা অদুদা লাল কায়দুনা চেনখিবা কছার, ত্রিপুরা অমস্থুং আসামদা লৈরিবা মীতৈশিংদি নিংঙোল চাক্কৌবা তৌনদে, খঙস্থু খঙদে মরমদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ভ্রাতৃদ্বিতীয়া অদুগী মমাংদা লাল চেন্দুনা মীরেবাক্তা লৈখি। অদুগা অমনা ম্যানমার (বর্ম্মা) দা লৈখিবা মীতৈশিং অসিস্থু নিংঙোল চাক্কৌবগী থৌরম তৌদে। বঙ্গালা দেশতা লৈরিবা মীতৈশিং অসিস্থু নিংঙোল চাক্কৌবা তৌদে। হোজাই, লংকাদা লৈবশিংস্থু তৌদে।

(অদুগা অমরোমদা নিংঙোলগী মোংফম মপামদা লৈতবনিনা উচেক্কী মতৌগুম মই-মই তোঙান-তোঙান্না ময়ুম পান্নখিবনা মচিল-মনাউশিং, মমা-মপা কাউদুনা লৈনখ্রবা মপোক্লি। অদুনা মচিল-মনাউ, মমা-মপা অমদি মবুং-

মৌপ্পাশিংবু নোংমতং উনহন্দুনা নিংশিংনহনবা হায়বা অসিমদি তওাইফদবনি। মাংলমচত্তা মীতে কংলৈচাশিংনা মেরা থাগী নোংমা পাম্বদগী হৌরগা থান্দিল (পুর্ণিমা) নুমিৎ ফাউবা তুখোং, লম-তু শেংলগা মীতে কংলৈচা ঈপা-ঈপুশিংনা মেরা থাগী ১৬নি পাম্বদগী থাশি নুমিৎফাউবা মাগী মাগী শাগেগী অপোকপদা লুক্রেন কংপদা নিংঙোলশিংনা মাগী মাগী মপা-মপু অপোকপদা কংনবা অথেনপোৎ পুরক্তুনা কংলগা অপোকপগী লুকমন ফংই। চহি অমা কাউনখ্রবা মচিল-মনাউ, মমা-মপা, মকুং-মৌপ্পা উনহন্দুনা নিংশিংনবা থৌরম অমা মতম কয়াগী মমাংদগী চংনদুনা লাকখিরমই। মদুগী মহুত্তা "নিংঙোল চাক্কৌবা" হায়না ওন্থোকখিশ)

## মনিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা লাকপা:-

জোনষ্টোন সাহেব কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ না মনিপুরদা হেক য়ৌরকপগা মহাক্না ইংলিস স্কুল অমত্তং লিংখৎকে হায়না খনখি। অদুবু নিংথৌগী য়াথং ফংদবনা মহাক্না থবক অদু পায়খৎপা ঙমদনা লৈখি। মতম অসিদা থাঙ্গাল মেজরনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজদা মনিপুরদা ইংলিস স্কুল অমা লিংবা য়ানবা সনা য়াথং ফংহন্বীয়ু হায়না তক্নবিখি। থাঙ্গাল মেজরনা হোৎনবদগী সনা য়াথং থুনা ফংজখি। য়াথং হেক ফংবগা য়াম্না থুনা পালচা কুমশিং ৩২৮৩ খৃঃ ১৮৮৫ দা মিডল ইংলিস স্কুল অমা মনিপুরদা ইহান হান্না লিংখৎখি। মহারাজ মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা লম অমম্বুং স্কুল শঙ পুথোকপিরে অদুগা প্নজা অয়াম্বন্নু মচা-মশুশিং অদু লাইরিক তমহন্নবা কন্না তকশিন্নিরে। জোনষ্টোন সাহেবনা ওজা থিদুনা লাইরিক-লাইশু, চে-চাং লৈবদা চংগদবা শেলগী দায়তা লৌবিরে। রেসিডেন্সিদা (গভর্নরগী ইংখোল) "জোনষ্টোন স্কুল" লিংখৎখি। অদুবু য়েলহৌঙেদগী মনিং-মথা তম্না পাঞ্জরকপা মীতেশিংনা মখোয়গী হান্না লৈজরক্কবা মীতে ময়েক থাদোক্তুনা বঙ্গালা লোল অমম্বুং ময়েক তমগদবা য়াম্না নিংজিং-মাংজিংনখি। মরম অদুনা নৌনা থারক্লিবা পাম্বী অসি পালচা কুমশিং ৩২৮৯ খৃঃ ১৮৯১ ফাউবদি শুংগ্রং-মাংগ্রংনদুনা হিংগনি হায়বা য়ৌনা থাজদনা লৈখি।

# ১৬-মৈদিংগু সুরচন্দ্র সিংহ

সুরচন্দ্রসিংহনা পালচা কুমশিং ৩২৮৪ খৃঃ ১৮৮৬ তা চহি ৪ (মেরি) নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। মনাউ ঈবুংঙো কুলচন্দ্রনা যুবরাজ হাপই। টিকেন্দ্রজিৎনা সেনাপতি ওইদুনা মতম খরা ঈংনা পাল্লে। "তুরোল্লবা অরাইবনি, অরুবদি চারোল্লবনি" হায়বা মীতে পাউরৌ অসি শ্রীযুৎ মহারাজ সুরচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা থোক্লরে। মচিন-মনাও নিপান অসি পুকচেল তিন্নরক্তদুনা মরী/মরী তংখায়-তংখায়গী ফিভমদা নাকপাক তানরে। সুরচন্দ্রনা মাগা পোকমিন্নবা মনাউ পকাসনা, থম্বৌসনা অমস্তং গোপালসনাবুনা হেন্না লুনা তৌবা অদুগা মমা তিন্নদবা অতোপ্পা মনাউ অতৈবুনা খরা মীরায়না তৌবা অসিগুম্বা মহারাজ সুরচন্দ্রগী অচান-মীরায় নাইবা মতৌ অদু উবদগী পেন্দ্রদুনা অহিংদা সেনাপটি টিকেন্দ্রজিৎনা লুচিংদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ সুরচন্দ্রগী মথক্তা লাল হৌরে। সুরচন্দ্র মহারাজ খাঙবা য়াদ্রদুনা হাপ্তা বাঙ্গালাদা চেল্লে। মনাউ কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রনচিংবা মনাউ ঈবুংঙোশিংবু অচান-মীরাই নাইবিদনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবিয়ু হায়না হায়জবদা সুরচন্দ্র নিংথৌনা য়াদ্রদুনা মনাউ ঈবুংঙো কুলচন্দ্রদা নিংথৌ খুভম শিন্নরম্লগা বৃন্দাবোন লেঙগনি হায়না মনাউশিং অহুমগা লোইননা ইম্ফাল থাদোকখি। সুরচন্দ্র মহারাজনা কছারদগী বৃন্দাবোন্দা চৎনবা মহারাজ কুলচন্দ্রদা লুপা ১০,০০০ (লিশিং তরা) থারকউ হায়না পাউ থারক্লমই। মহারাজ কুলচন্দ্রনা মচিন-মনাউ তাল্লরগা হায়রিবা শেনফম অদু থাদনবা লেপ্পরে। শেল থারক্তবা অদুদগী শাওদুনা সুরচন্দ্র মহারাজনা কলিকতা য়ৌখিদুনা বৃটিশ সাহেব বরলাটতা নিংথৌ খুভম হক্তিলহন্বীনবা হায়দুনা দরখাস থারুরে।

## ১৭-মৈদিংঙু কুলচন্দ্র সিংহ

মৈদিংঙু কুলচন্দ্রনা পালচা কুমশিং ৩২৮৮ খৃঃ ১৮৯০ দা চহি ১ নিংথৌ ওইরম্মী। মনাউ ঈবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎপু যুবরাজ হাপ্পই। অঙৌসনাবুনা সেনাপতি অদুগা জিলাঙম্বুনা শামুহঞ্জবা হাপ্পই। কুলচন্দ্রনা পান্বা মতম অসিগী মনুংদা সুরচন্দ্র মহারাজনা থাখিবা দরখাস মতুংইন্না মনিপুরদা সাহেব মরীখক যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হুকুম পুদুনা লাকখি। (১) এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি লেফটিনেন্ট (২) এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি সিভিলিয়ান কসিন্স (৩) লেফটিনেন্ট কর্নেল স্কীন (৪) লেফটিনেন্ট ডবলিউ ঐইচ সিম্পসন মরীগা নোংমৈ পায়বা গুর্খা লাশ্মী ৪০০ (চামরি) গা লৌইননা মনিপুরদা থুংই। পালচা কুমশিং ৩২৮৯ খৃঃ ১৮৯১ মার্চকী তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিত্তা চীফ কমিস্নারনা হেক থুংকগা শ্রীযুৎ মহারাজ কুলচন্দ্রদা দরবার তৌসি হায়না হায়রক্লে। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রনা মনাউ ৩ গা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিং য়াওনা নুমিৎ য়ুংদ্রিঙেদা দরবার তৌনকগীদমক চিফ কমিস্নারগী বঙলোদা খোঙলেংলে। মতম অদুদা কমিস্নার সাহেবতি চাক চাদরি হায়দুনা থোক্লক্তরে। মতম ফনা কুইনা ওইরবা মতুংদা কমিস্নার সাহেবনা দরবার তৌসি হায়বা য়াদরে। শ্রীযুৎ অমদি অঙম-অথৌ পুন্নমক হল্লক্লে।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌগা লৌইননা দরবার তৌসি হায়না তৌরে। মতম অদুদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎতি খরা থেংনা য়ৌরক্লম্মী। মহাক্না লাকপদা হান্নমা লৈরম্লিবা নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌশিংনা মপান্দা নুংশাদা বানা খাঙদুনা লৈরম্বদু উবদা টিকেন্দ্রজিৎ শাওবগী ওমথৈ লৈখিদে। সাহেবশিংগী লুজদবা লৈবাক মচা তাদবা মতৌ উবদা দরবার য়াওরোই হায়দুনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ হনখি। মদুদা মিষ্টর কুইন্টন মথবাই খরা নুংঙাইখিদে। মহারাজ কুলচন্দ্রদা টিকেন্দ্রজিৎপু পীয়ু হায়না হায়রক্লম্মী। মদুদা মহারাজনা, "ঐনা পিবা ঙমদে" হায়না খুমখি। অদুদগী দরবার লোয়রবা মতুংদা নুমিদাংদা

মিষ্টর কুইন্টনন্না "রাস লিলা" য়েংগে হায়দুনা য়েংহল্লি। রাস লিলা লোইরগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফাননবগীদমক্তা সাহেবশিংনা সিফাই খরগা লোইনন্না তুরেল অচৌবা মপান মিনুথোংলোমদগী লোম্না চংলক্তুনা যুবরাজগী শঙ্গায় মমাং তুরেল মপান্দা লুমদুনা লৈররে। মফম অদুদা মীতৈ লাল্মীগা বৃটিশ লাল্মীগা ঙাইহাক কাপ্পরে। মদুদা বৃটিশকী সিফাই সুবেদার হেমাচন্দ্রনচিংবা খরা শিরে, মীতৈগী লাল্মী খরসু শিরে। মতুংদা নোং ঙাল্লক্লবা মতম অদুদদি নোংপোক থোঙদা বৃটিশকা মীতৈগা অকন্বা লাল অমা ওইনা থোকখরে। লানফমদু মীতৈ লাল্মীনা থুগায়দুনা হাপ্তা বাঙ্গালা তান্না চেনখরে। হাপ্তা বাঙ্গালাদসু মীতৈ লাল্মীনা বোম কাপশিন্দুনা থুগায়রে। অদুগী মতুংদা বৃটিশনা সন্ধি তৌনরসি হায়দুনা ফিরাল হায়গৎলক্লে। শাহেব মঙাদি খুৎলায় থাদোক্তুনা মনিপুরগী দরবার হোলদা বাঝাই শঙদা চংলক্লে। হায়রিবা সাহেব মঙা অসিগা মনিপুরগী অঙম-অথৌ পুন্নমক্কা দরবার তৌখরে। দরবারদা ঙাঙনরিবা বা অদু য়ানদদুনা সাহেব মঙা অদু অঙাং ওলহন্নবা হুকুম তৌখরে। অদুগী মতুংদা মনিপুরদা তৌরিবা থৌদোক অসি ভারত সরকারনা তারদুনা লম্বী অহুমদা তেঙ্গোল অহুম থোক্লা থারক্তুনা মনিপুরদা লাঙ্জাও অমা থোকখি।

অবাংলোমদগী লাকপা তেঙ্গোলদি ইম্ফাল য়ৌরক্তে। নোংচুপলোমদগী লাকপা লান্মী তেঙ্গোলদি মেজর মেকগুয়েলনা লুচিংখি। হায়রিবা লাল্মী তেঙ্গোল অসিনা সনা কোনুং পায়শিনখি। মখারোমদগী লাকপা লাল্মী তেঙ্গোলদি মীতৈ লাল্মীগা অকন্বা লাল থেংনখি। সনা য়াইস্কুল লাকপনা থৌবাল অথোকপমদা তেঙ্গোল অমা শেমদুনা লাল ঙাকই মতমদুদা বৃটিশকী মাইকৈদসু লাঙ্জাবা মী খরদং লাক্তুনা অথোকপমদা খুন্নক চংলকই। মসি মীতৈ লাল্মী খঙহৌদে। খঙহৌদনা মফম অসিদা লান্দারক্তুনা অকন্বা লাল থেংনৈ। বৃটিশ অমসুং মীতৈ লাল্মী অনীমক কয়া কয়া শিনরে। য়াইস্কুল লাকপনা শংগোলদগী তাদুনা লৈবা সাহেব অমা শিরবৌই নিংদুনা মনাক চংশিল্লুবদা শিরমদদুনা পিষ্টোলনা কাপ্পুনা য়াইস্কুল লাকপা হাংখরে।

অনীশুবা মথংগী তেঙ্গোল শাফম খোংজোমদা পাউনা মেজর, চোংথাম মিয়া অমস্থং য়েঙখোয়বা মেজরনচিংবা তেঙ্গোল অমনা লাল ঙাকই। বৃটিশকীস্থ লাংঙথেলদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈ। মীতৈগী তেঙ্গোলগা বৃটিশকী তেঙ্গোলগা অনীমক খোঙজোমদা অকস্না লাল শোক্লখি। য়েক্লবগী শগোলতোংবা লাম্মী তেঙ্গোলবু কোয়শিন্দুনা হাকথেংননা য়াম্নখি। হাকথেংননা লান্দা মীতৈ লাম্মীনা য়েক্লবা বৃটিশ লাম্মী তুম্না হাৎলবদা বৃটিশনা লাংঙথেল চীঙথক্তগী বোম-তোপ মথং-মথং কাপথরকই। অস্তুম্না মীতৈ বোম-তোপ মথং-মথং কাপশিল্লকপদা মীতৈ তেঙ্গোল কায়রম্মী। অস্তুম্না মীতৈ তেঙ্গোল কায়রবদা য়েংখোয়বা, চোংথাম মিয়া মেজর অসিনচিংবা লাম্মী খরদি মথৱাই হিংননবা হন্দোকখি। পাউনা ব্রজবাসিদি চাউরবা বৃটিশকী লাম্মী তেঙ্গোল অদু মীতৈগী থাং-তেনদা হৈ-শিংবগী মতিক-মগুন উত্তুনা ঙাক্লম্নগা লানফমদা মায় ওন্দনা থৱাই থাদোকখি। পাউনা ব্রজবাসি লৈত্রবদা মীতৈ তেঙ্গোল পুম্নমক কোনুং তাম্না হনখিরম্মী।

নোংচুপলোমগী তেঙ্গোলগী লুচিংবা মেজর মেশুয়েল সাহেবনা পালচা কুমশিং ৩২৮৮ খৃঃ ১৮৯১ এপ্রিল ২৭ তা বৃটিশনা লাল ঙমদুনা সনা কোনুং চঙদুনা মনিপুরগী নিংতম্বা মুনখি। নুমিৎ অদুদা মনিপুরগী নিংতম্না পাইজরম্বা ফিরাল মতম চুপ্পগী ওইনা চিংথখ্রে। বৃটিশনা মনিপুর লৌশিনখ্রবা মতুংদা কুম্নচন্দ্র মহারাজ, টিকেন্দ্রজিৎ অমস্থং থাঙ্গাল জেনেরেলবু ফাদুনা কোর্টকী হৌনবী বিচার চৎথখি। মতৌ অস্তুম্না বিচার লোয়রগা কোর্টকী রায় মতুংইম্না কুম্নচন্দ্র মহারাজবু মনাই খরগা লৌইননা বন্দি ওইনা হাজারিবাক্তা থমখ্রে। অদুগা টিকেন্দ্রজিৎ অমস্থং থাঙ্গালবুনা ফৈদাপুংদা পালচা কুমশিং ৩২৮৮ খৃঃ ১৮৯১ গী অগষ্টকী তাং ১৩ দা ফার্সি তৌদুনা হাৎখি।

## থাংগাল জেনরেল:-

থাংগাল জেনবেল মীতৈ মচানি। মহাক (১৮০৬-১৮৯১) ৱাংখৈ অঙোম লৈকাইদা পোকখি। অসেংবা মমিংনা কাংঙবম চিতানন্দ

সিংহ কৌই। অপোকপগী মমিংনা কাংঙবম ক্ষেত্রি সিংহ কৌই। মহাক চৈরাপকী ফমবৈ ফম্বা অঙম্বনি। অদুগা অপোকপীগী মমিংনা থোকচোম চনু পোইনু হায়না কোই। থাংগাল খুন্দা জেনরেল ওইনা লাল চৎলুবদা নিংসিংবা ওইনা গম্ভির সিংহ নিংথৌনা মঙোন্দা "থাঙ্গাল" থোনখিবনি। জেনরেল ওইদ্রিঙৈদা হাজারী, অপানবা সংলাকপা, মেঞ্জোর, লাইফম লাকপা (১৮৭০), জেনরেল (১৮৯৭), পুখ্রম্বা (১৮৮১) ওইরম্মী। ইংরেজী খঙই, হিন্দুস্থানী খঙবা ঙম্মী, নিংথৌ মরী সম্নরকই (গম্ভির সিংহ, চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ, সুরচন্দ্র সিংহ, কুলচন্দ্র সিংহ)। সা-লান্দা থৌবা, লৈপাক ঙাকপদা য়াম্না হৈসিংবা, সাথিবা মীসক অমনি। গৌরসমপ্রদাইনি, মন্দির সারম্মী, নট ঈগৈ সকই। অঙকপা, য়াম্না সিংথানিংঙাই ওইরবা মীসক অমনি। মসাগী চহি ৮৫ সুবদা সন্না কৈথেলগী ফৈদা পুঙদা বৃটীসনা ফার্সি তৌদুনা হাৎখি। লিংজেল মাতা অমনি, সিরমদাইফাউবা থৌরি থুগে য়াখিদে নীংঙাই তৌদুনা লৈখি।

## খোংজোম পবর্ব:-

"খোংজোম পবর্ব" হায়বা ঈসৈ সৈসক অসি সমজেৎসাবম লৈনৌ (ধোবী লৈনৌ) হায়বা কাংঙবম লৈকায়দা লৈরম্বা মমা-মপা নৌনা কায়নখিবদগী কঙাউনদুনা লৈরম্বদগী অচোপ-অরেম খঙদনা অফং-অফংবা থবক সুদুনা মসা হিংননবা হোৎনজরকপা মতম অদুগী লমহেন-তুহেম্বা মীসক অমসু ওইবা, ব্রাঙাং-সাঙাঙ য়াম্না হৈসিংবা, মীতিক-মীরৌ য়াম্না খঙবা, মফম মতম খঙনা চৎপা মীওই অসিনা হৌদোকখিবনি। কুলচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিষ্টর কুইন্টন কর্নেসকিসকন, মিমকসন অমসুং কেসী দানচিংবানা ফিসু ফিজাম্নবা থমখি। সিনফম অসিনা মাবু "ধোবী লৈনৌ" হায়না মীয়াম্না খঙনখি।

ধোবী লৈনৌনফিসু- ফিজাম্বদগী ফংলকপা পৈশা খরানা মাগী ইমুং- মনুং থাক্তুনা লৈরমই। অসামগী চিফ কমিস্নারগা লোইননা সাহেব মরি সা- মমাঙদা মীতৈ লানমী অমসুং প্রাজসিংনা হাৎখ্রবদা পালচা কুমসিঙ ৩২৮৯ খৃ: ১৮৯১ গী মার্চকী তাং ২৫ দা মিসিজগ্রিমউদ অমসুং বোইলুগা লোয়ননা গুর্খা সিফায় ২০০গা লোয়ননা তোংজৈ মরিলদা ফাউদুনা কছার লৈবাক্তা চেন্নবা হোৎনবদা ইংরেজগী মপোৎ- মচৈ পুননবা মীতৈ মচা ৫০ ফাবদা ধোবী লৈনৌসু য়াউখি। ইকুই কুইদনা ইংরেজনা মনিপুরগী মথক্তা লাল তারকপদা ধোবী লৈনৌসু অমুক যাউবকখি। খোংজোমগী লানফমদা থোকখিবা থৌদোক কযা ধোবী লৈনৌ মমিৎমক্না উহৌখি। খোংজোম লাল লোইরবা মতুংদদি ইংবেজসিংনা মনিপুর থাদোক্তুনা হনখিরমই। অদুবু ধোবী লৈনৌদি মমা লৈপাক ওইবা মীতৈ লৈপাক্তা লৈহৌখি। ধোবী লৈনৌ হিংননবা হোৎনবদা পুন্সিগী ওইবা উপায় কয়া থিবা হৌখি। মমৈথংদা পাম্বৈ অমা ফংদুনা লৈকায়- লৈকায়গী সন (ষন) মযামসিং অদু সেন্দুনা সংগোল অমমমদা থাদা সিকি- সিকি ফংদুনা সন ময়াম সোনখি। মমৈথংদা অমুক লৈনৌ অসি বমদ্যারদা লৌতাদুনা লৈখি। মতম খরা অমুক খাঙলবা মতুংদা খাইদেম খুলদা মতম খরা অমুক লৈখি। কাইনথংদা থীনুংগৈদা অমুক লৈখি। লৈনৌনা খোংজোম লান্দা থোকখিবা থৌদোকসিং অদু অসুম অসুম নিংসিংলক্তুনা মপুক্লিংদা নুংশিবা অমদি, নীংঙমদবা পোকখি। মথং- মনাও নাইনা নীংসিংদুনা মখুউদা অমদি কৌটাদা তাল থাদুনা নীংঙমদবা অমগা লোয়ননা থব্রায় সোক্লা তেংথাবা অমদি সক- সোম্বা হৌখি। থবক সুফমদা সক- সোম্বদগী হেন্দোক্তুনা ময়ুমদাফাউবা মীতৈগী হান্না লৈজবা সৈহেক- সৈদা অমসুং তানথাদা চান্ন- চুনবা খোম্থোক্লা লোইননা অসুম- অসুম সকপা হেনগৎলকখি। মমৈথংদা মাগী হৈনজবগা লোইননা মরনাই সৈহেক- সৈদাদা

নুংসি- নুংওনগী ব্লাহে- ব্লাতা কয়া সৈরাংজরগা সকপাদা কৈরোই লৈকাইগী মীওইসিংনা তোয়না তারকখি। ধোবী লৈনৌগী মমাদা পোকপদগী লোইনজরক্কবা নুংসিবা খোঙ্গোল, খোলহে- খোন্দা অমসুং তাল- মেল কায়দবা / চুনবা মীসক অমা ওইবনা মহাক্না সকপা সোনবা পুম্নমক তাকবগা মীয়াম্না মহাকপু কলাকার অমগী মগুণ নিংথিনা য়াওবা মীসক অমনি হায়না শিংথানরম্মী। মমৈথংদা মীয়াম্না ধুলোক অমা পীদুনা লৈকায় লৈকায় তিন্নদুনা খোংজোম লালগী ব্লাবীবু সৈসক অসিনা মথ্বায় হাপ্পুনা তোযনা তাবা হৌগৎনবকখি। ঈসৈ সৈফম অমদা মীযাম্না নুংসিবীদুনা সিকি অমমম দক্ষিনা তৌদুনা তোয়না সকপা হৌবকখি। নোংম- নোংমগী সক- সোম্বা হেনগৎলকপনা ফজ- ফজববা ব্লাহে- ব্লাতা, লৈসি লৈথোম্বা, সৈহেক- সৈদা মীতৈগী চান - চুনবা মাত্রদা সেম- সাদুনা সক সোলকপনা কুইর- কুইরগা ফজবা অসুম- অসুম হেনগৎলকখি। মমৈথংদা সৈসক অসিবু মীতৈ লৈপাক্না " খোংজোম পবর্ব" হায়না খঙনবকখি অমসুং ঙসিফাউবদা খঙনদুনা লৈবি।

## ১৮- মৈদিংঙু চুরাচান্দ সিংহ

চুরাচান্দ সিংহ হুয়েন লাঞ্জঙফবা সিঃ বিঃ ঈঃ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ (C.B.E.K.C.S.I.) পালচা কুমশিং ৩২৮৯ খৃঃ ১৮৯১ দা নিংথৌ ওইদুনা চহি ৫০ পানখি। নহা ওইরিঙৈদা পালচা কুমশিং ৩২৯৩ দগী ৩২৯৯ ফাওবা আজমীরগী মেয়ো কোলেজদা লাইরিক তমখিরমই। পালচা কুমশিং ৩৩০৪ দা ঙাংবম চনু ধনমঞ্জুরি দেবীগা লুহোংদুনা মহারানী হাপখিরমই। পালচা কুমশিং ৩৩০৫ শুবদা মইনোরিতি লোইদুনা গুরু লমপাক্তা সভা অচৌবা রাজবারীদা হোংজিন্দুনা পালচা কুমশিং ৩৩০৬ খৃঃ ১৯০৮ ফেব্রুয়ারী ৪ দা রাজ অভিষেক তৌই। পালচা কুমশিং ৩৩০৬ খৃঃ ১৯০৮গী মনিপুর পুম্বা চেইন জরিপ তৌদুনা লৌ ইঙখোলগী খাজনা চহিদা পরি অমদা লুপা

মঙা লৌবা হৌখি। পালচা কুমশিং ৩৩১১ খৃঃ ১৯১৩ দগী পোৎথাঙ সরক থোম্বা প্রজানা তৌরম্বদু তোকহন্দুনা মদুগীদমক সরকারনা লৌ পরিদা লুপা মঙাগী মথক্তা দন (অনা তরামঙা) অমা হেনগৎলি। পরিদা লুপা ৫ গা দন অমা (লুপা ৫ পৈশা ৯৪) খাজনা ওইনা লৌই।

চিংমী, লোয়ামী, তমমী অহুমগী মরি ফগৎনবা হোৎনবদা মহারজ চুরাচান্দনা লৌখিবা থৌদাং মহৈ মসিং তম্বগী লমদা স্কুল ময়াম লিংবা, হৌই চিঙদগী চেনথরকপা ঈসিং বিজার্ব তৌবা পুখ্রি তৌবা:- ককব্রা পুখ্রী, চনম পুখ্রি সযাঙ পুখ্রি, থাংমৈবন্দ পুখ্রি, তেরা কৈথেল পুখ্রি, ক্বাককৈথেল পুখ্রিনচিংবা কয়া তৌরমই। খৃ: ১৯৩০ দা অহানবা ওইনা মনিপুরদা হায়দ্রো ইলেকত্রিক পাৱাব লৈমখোংদা পায়খৎখি।

পালচা কুমশিং ৩৩১২ দগী ৩৩১৬ (খৃঃ ১৯১৪ - ১৮) ফাওবদা পৃথিবীগী অহান্বা লাঞ্জাওদা মহারাজ চুরাচান্দনা বৃটিশ গভর্নমেন্টকী মতেং পাংখি। মহারাজনা লালদা অশোক-অনা পুবদা শিজিন্নবা তেংবাং শেল ওইনা হৱাগারী মরী অমস্তুং এরোপ্লেন অমগী মমল বৃটিশতা পাংখি। অদুগা ভারতকী লাম্মীগা লালগী থৌরাং তৌমিন্নবা মেসোপোটেমিয়াদা মীতৈ সিফাই থারম্মী। অস্তুম্না লাঞ্জাও অদুদা মহারাজনা তৌবিখিবা অদুগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা বৃটিশ সরকারনা “মহারাজ” হায়বা মিংথোল অসি মহারাজদা নত্তনা চারোল-শুরোলফাওবা নিংথৌ হেক ওইবগা ফংজৌ হায়না পিখি। অদুগা মহারাজদা সিঃ বিঃ ঈঃ (C B E ) অসিগী মমৈদা কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ (K C S I ) হায়বা মিংথোল অসি হাপচিন্দুনা C B E K C S.। হায়না বৃটিশ গভর্নমেন্টনা পিখি।

...........

## হোংসাই লাল (কুকী বার):-

লমদম অসিগী মরি লৈনদবা লাল অমগীদমক লালগী বোজাই পুননবা থোরকপা হুকুমগী মায়োক্তা মতম অদুগী মীতে ইমাশিংনা খুণ্ডা ফিশা-তেম অমম পায়দুনা ঐখোয়গী নুপাশিংবু লালগী বোজাই পুনহন্বা য়ারোই, ঐখোয়গা ওইনা লাল তৌনসি হায়না হায়রুই। শক্তি লৈরবা বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা শিংনরুই। মীতে নুপীগী অপুন্বা শক্তম থৌনা লিংজেল খঙখ্রবা বৃটিশনা তম্পাক লমদা য়াররোই খঙলদুনা চীংগী লমদা হুকুম থোক্নুবদগী পালচা কুমশিং ৩৩১৫-১৬ (খৃঃ ১৯১৭ - ১৮) দা চান্দেল দিষ্ট্রিক্ট খেঙজোই টিঃদিঃ রোক্কী মনুংচন্বা লোনপী (মোম্বী) খুলগী হোংসাই ময়াম হৌরক্তুনা হোংসাই লাল (কুকী বার) থোকখি।

শ্রীযুক্ত চুরান্দ মহারাজনা মনিপুরগী প্রজা পুম্নমক হায়বদি মীতে পাঙল, চীংমীনচিংবা প্রজা পুম্নমক অসিবু অচান-মীরাই, ঈচা-মীচা খায়দনা সাসন চপ মান্নবা লুনা তৌই হায়বগীদমক বৃটিশ সরকারগী K C S I (Knight Commander of the star of India) হায়বা উপাধি অসিস্তু পীখিরমই। চুরাচান্দ মহারাজ অসি শগোল কাংজৈ, ক্রিকেট অমস্তুং টেনিসনচিংবা শান্নবগী মরমস্তু ফজনা খঙই অমস্তুং ফজনা শান্নবস্তু হৈ হায়দুনা তক্কমান য়াম্না ফংই।

## মনিপুরদা গোরখা (নেপলি) খুন্দাখিবা:-

পৃথিবীগী অহান্বা লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা বৃটিশ সরকারগী গোরখা লাম্মী ওইনা শিঞ্জিনবা লাম্মীশিং মখোয়না থবক্তগী পোৎথারবা মীওইশিং মনিপুরদা খুন্দা-লৈতাহন্বা হৌখি। পালচা কুমশিং ৩৩১৮ (খৃঃ ১৯২০) দা পাঙ্গে নেপালি বষ্টি, চীংমৈরোং নেপালী বষ্টি অমদি ইরং নেপালী বষ্টিদা খুন্দাবা হৌহনখি।



মনিপুরদা খৃষ্টান ধর্ম্ম অহানবা হৌদোকলম্বা মীওইশিংগী ফোটো

**মনিপুরদা খৃষ্টান ধর্ম্ম চংপা হৌখিবা:-**

শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা অমাং-অশেংগী বাথোক কয়া অমনা প্রজাশিংগী মরক্তা অচৌবা পল অমা ওইনা লৈরম্মী। পালচা কুমশিং ৩৩০৬ খৃঃ ১৯০৮ দা পেত্তিগ্রু সাহেবনা চীঙগী ঈচিল-ঈনাউশিং অমদি লোয়ালমগী কাংবুশিং গৌর ধর্ম্ম চত্তবা মাংই হায়দুনা ইন্থোকপমখে খৃষ্টান ধর্ম্মদা পুশিনখি। পালচা কুমশিং ৩৩০৬ খৃ ১৯০৮ দা ইহান হান্না মৈত্রবাক মনিপুরদা গৌরা ধর্ম্ম চংতবা মাংই হায়দুনা ইন্থোকপমখে খৃষ্টান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবা মীওইশিংদি ঃ - উখ্রুলদগী রুইচুমহাউ তাংখুল, লুইখম তাংখুল, এমঃ কেঃ সিমরে তাংখুল, অবান গারো অদুগা কাংপোকপীদগী হেনখুপ হোংসাই (খোংসাই), পাখো হোংসাই, ফৈয়েংদগী এঃ পোরোমসিং অসিনচিংবা অসিনি। উখ্রুলদা ইহান হান্না চর্চ (Church) শাদুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চংপা হৌখি। মথংদা কাংপোকপীদা চর্চ অমা অমুক শাদুনা খোংজাইশিং খৃষ্টান ধর্ম্ম চংপা হৌখি।

## মীতৈ পাঙলনা মুসলমান ধর্ম্ম ওনখিবা:-

মখৎদা মীতৈ নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদগী হৌনা মীতৈ য়ুম্নাক-শাগৈ ওন্নম্লবা মীতৈ পাঙলশিংকুন্দু অমাং-অশেংদগী তোঙান্না লৈননবা হায়রিবা পেত্তিগ্রু সাহেবকী মতমসিদগী মুসলমান ধর্ম্ম লৌখি। মীতৈগী মিঙ্গৌ-থাগৌ থাদোক্তুনা মুসলমানগী মিংঙ্গৌ কৌনবা হৌরকখি। অদুবু খাগেম্বগী মতমদগী হৌনা পিরম্লবা মীতৈগী য়ুম্নাক-শাগৈদি ঙসিফাওবা অদুম লৈরি, হোংবা লৈতে। পোরোমপাত্তা ইহান হান্না মসজিদ অমা শাদুনা আলাহ শোন্দুনা মুসলমান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি।

## চকপা ফুরুপ:-

লোয়ালমগী ঈপা ঈচাশিংদি খৃষ্টান ধর্ম্মন্দু চৎখিদে, গৌরধর্ম্মন্দু চৎলু য়াদে। ঙসিফাওবদা মীতৈ ঈপা ঈপুনা হান্না চৎলম্বা লিকচৎ (ধর্ম্ম), মনাৎ অমদি লোল অদু ঙাক্তুনা চেৎনা কোনদুনা লৈরি। মীতৈ ঐখোয়গী অশেংবা ফিজেৎ-চাকচা, লাইনিং-লাইশোল অমদি ধর্ম্ম-কর্ম্ম খঙগে হায়বা তারবদি লোয়ালমগী ঈপা- ঈচাশিং অসিদগী খোঙ্গুল লিরগা খঙগনি।

## বিহারী তেলি :-

মনিপুরদা বিহারী তেলি খুন্দখিবা – বিহারী তেলি পালচা কুমশিং ৩৩২১ খৃঃ ১৯২৪ দা মনিপুরদা হঙ্গাম থাউ শুম্লবগীদমক শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজনা বিহারদগী বিহারী টেলিশিং কৌথোক্তুনা, খুরাই টৌলিপতি অমদি মন্ত্রিপুখ্রিদা খুন্দাহন্দুনা হঙ্গাম থাউ, থোইদিং থাউ শুম্লবগী থবক তৌহনখি। হান্নদি মীতৈশিংনা থাউ শুম্বদি শুম্বলদা শুরগা খুৎনা শুম্লমই। মদু তোক্তুনা বিহারী টৌলিশিংনা কোলুদা শুম্বগী থবক হৌদোকখি। থাউ যোনবসু লৈকাই-

লৈকাইদা চত্তুনা খুন-খুন্দা চত্তুনা য়োম্বা হৌখি অমসুং থাউশুম্বা খুঙ্গংদা চত্তুনা য়োম্বগী শিনফম ওইরি। গুরুদয়াল - মুখরাল সাহু মচিন-মনাও অনিনা কোলদা সননা শুমবগী মহুৎতা এলেকত্রিক মেচিন্না থৌইদিং থাও, হংগাম থাও শুমবগী থবক মীতে কংলৈপাক (মেনিপুর)দা ইহান হানবা ওইনা হৌদোকখি।

## নাউরেম ফুনদ্রে :-

মৈত্রবাক মনিপুরগী বাংমদা লৈবা কছার লমদমদগী অহল ঈবুংঙো নাউরেম ফুন্দ্রেনা মালেমদা মীতে হায়বা ফুরুপ অমা মশাগী মরমদম লিকচৎ, লোল, নাৎ ঙাক্লা হিংলমই হায় হায়দুনা য়াকায়লোল শকপা হৌরক্লে। পালচা কুমশিং ৩৩২৩ খৃঃ ১৯২৬ কী অদুবাইদা রঙ্গীয়া থানাদা লৈবা মতমদা মীতেগীদমক্তা খম্বা অস্থম অস্থম হেক্তিল্লকখি। মতম অসিদগী হৌনা মাঙদুনা অমদি লৈখা তাদুনা লৈরবা মীতেশিংবু করম্না কনগদগে হায়না কন্না খনখি অমসুং লাইনিং লম্বীদা থবাই য়াম্না য়াউশিনখি।

পালচা কুমশিং ৩৩২৫ খৃঃ ১৯২৮ জানুয়ারী ১৮ বাকচিং থাদা মহারাজ চুরাচান্দনা কলিকতাদা লাকপদা অমীনগাউদা অহিং অমা পন্দুনা লৈখি। মদুদা সাধু দারোগা ফুন্দ্রেনা মীতেবু নুংশিজবা ঈমালোলগী ফজবা কয়া, মীতে ঈপা-ঈপুগী মরি-মখোঙ লিজবদা মহারাজ চুরাচান্দনা মীতে লৈপাক্তা হল্লক্লগা মীতেলোলবু মাংই হায়না ঈশৈ শকপা য়াদবা, মৈইরাং লিলা শান্নবা, মৈইরাং কংলৈরোল পেনা শকপা পুন্নমক থিংলম্বা অদু লৌথোক্তুনা অপম্বা অমত্তা লৈহনখিদে। লাইনিংহল ঈবুংঙোনা পালচা কুমশিং ৩৩২৭ খৃঃ ১৯৩০ দা হাফলংদা সরকারগী থবক্কী অরোইবা ওইখি। চহি অসিমক্তদা থবক থাদোক্তুনা মীতে খুন্নাই কন্নবা থবক পায়খৎপা হৌরে। গৌর ধর্ম্ম ঈচাউনা পুম্নম-থুমহৎলবা অমদি মতমদুগী নিংথৌশিংগী চৈরাক্কী মরক্তা হঙ্গৎনা য়েংলুবদা মীতেগী লৈজরম্বা পুন্নমক অমত্তা উখিদ্রবা মতমদা অহল ঈবুংঙোনা চহি অসিমক্কী হায়বদি পালচা কুমশিং ৩৩২৭ খৃঃ ১৯৩০ গী শজিবু থাগী নিংথৌকাবা নুমিৎকী য়াইফরবা পুংফমদা "অপোকপা মরুপ" মশামক্লা লিংখত্তুনা ফোংনা মীতেবু মালেমদা ফুরুপ অমনি হায়না

শক তাকপা হৌরকই। মীতৈগী ঈপানাৎ-ঈপুনাৎকী লিকচৎ, লোল, ময়েক, পুতিন কন্নবা হোৎনখি। "অপোকপা মরুপ" লিংখৎলবা মতুংদা কছারদা লৈবা মীতৈ হিন্দু কয়ানা "হিন্দু ধর্ম্ম" থাদোক্তুনা অমদি হিন্দু বামোনফাউবা অপোকপা মরুপ্তা য়াওদুনা লাইনিংহলগী তুংইন্বা কয়া ওইখি।

লাইনিংহল ঈবুংঙোনা পঙথরুরবা, তুন্নুরবা মীতৈবু মতম চানা মিংকপ থোকহন্বীদুনা মীতৈ ঐখোয়বু মালেমদা মশক খঙহন্বীরমই। কার্ল মার্ক্সনা "দাস ক্যাপিটেল" ইবিদুনা রুশিয়ানশিংগী থম্মোয় হুবগুম লাইনিংহলনা ইদুনা থম্বরম্বা লাইরিক খরনা মীতৈ খুনাইগী অওম্বা অমা খঙহৌদনা পুরকখি। মীতৈ কংলৈদম্নু অপোকপা মরুপ, মীতৈ ফুরুপ কৌদুনা লুপ কয়ামরুম্মা লিখুন মুৎলুরবা মীতৈ লিকচৎ (ধর্ম্ম), নাৎ, লোল, ঈয়েক থিবা হৌনরকখি। চীংমী, লোয়মী অমসুং তম্মী অমগা অমগা অমাং-অশেং, শোক্ল-শম্লবা য়ারমদবদু কোমথোরক্লে। অমগা অমগা হান্নগী মতৌগুম চারৌ-মৌরৌনরক্তুনা চামিন-থকমিন্নবা য়ানরক্লে। গৌরিয়া ধর্ম্ম চৎলিঁঙেদা মনিপুরী হিন্দুগী মিঙৌ থাগৌ থোল্লম্মা তোক্তুনা মীতৈ ঈপা ঈপুগী মিঙৌ ওন্থোকপা হৌনরকখি। খুদম ওইনা হায়রবদা কালা হায়রম্বদু "অমু", রঞ্জিৎ না "লানঙম", ভাগ্যা না "য়াইফবা", কোমল না "থম্বাল", বোরা না "চাওবা" অমসুং শান্তি না "অঈংবা" হায়না কৌনদুনা ওন্থোক্লবা হৌনরক্লম্মী।

## নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসাভা:-

নিখিল মণিপুবী হিন্দু মহাসাভা পালচা কুমশিং ৩৩৩১ খৃঃ ১৯৩৪ দা "নিখিল মনিপুরী হিন্দু মহাসভা" লিংখত্তুনা অচৌ-পিশাক, অশেং-অমাংগী, ঈন্থোক-ঈনশিন তৌরে অমসুং শেংদোক-শেংজিন্দা শেন্দাল লম্বী ওইহনখি। গৌরধর্ম্ম চত্তবামখৈনা শোক্ল-শম্লবা য়াদে অমসুং চংনবা য়াদে হায়দুনা থিংখি। হাও, ময়াং, মীতৈ, পাঙল হায়না অমাং-অশেং খায়দুনা চাউরবা পল অমা মনিপুরগী মীয়াম মরক্তা থম্বা হৌরকখি। মীতৈগী অশেংবা য়েক-শলাইদা লৈবা চীংমী ঈচিল-ঈনাও ফুরুপমখৈবু মাংই শোক্ল-শম্লবা য়াদে হায়দুনা ইন্থোকই। মথংদা মীতৈ য়ুম্নাক লৌদুনা মতম কুইনা তিম্নদুনা লাক্লবা

মীতৈগী ওইবা মিঙৌ-থাগৌ লৌরম্নবা মীতৈ পাঙলবু মাংই হায়দুনা ইহ্রোক্রমই।
"নিখিল মনিপুরী হিন্দু মহাসভা" না পালচা কুমশিং ৩৩৩১ খৃঃ ১৯৩৪ দা পুলিস লেন্দ (1st M.R. Ground) দা মেলা তৌরগা মনিপুরীগী বারী শিংবুন ইননবা মীতৈনা মনিপুরীনি হায়বসি মনিপুর লৈঙাক্লা য়াবিনবা অমসুং বৃটিশ লৈঙাক্লা শক খঙবীনবা হায়জবা হায়না বারেপ লৌখি। নিংথৌনা প্রসিদেন্ট ওইরগা লৌবা বারেপশিং নিংথৌনা শৃচিংবা ষ্টেট দরবারনা য়াবিখি। মীতৈ মনিপুরীশিং কাষ্ট হিন্দু ওনখি। মৈত্রবাক মনিপুর হিন্দু ওনবদা গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্টনা পালচা কুমশিং ৩৩৩২ খৃঃ ১৯৩৫ দা অয়াবা পিখি। মীতৈগী লোল, নাৎ অমদি লিকচৎ মাঙবা হৌরকখি। চীংমীশিংনা গৌরধর্ম্ম অসি লৌজগে হায়বদা শেংদোকমন শেল সের ১ (লুপা ৮০ গা পই ৮) পিবা তাখি। মসিনা মরম ওইরদুনা গৌরধর্ম্মগী মায়োক্তা খৃষ্টান ধর্ম্ম, মুসলমান ধর্ম্মচিংকী ঈহৌ শাগৎলকখি। মতম কুইনা মীতৈনি হায়না হিংজরম্বা অমদি হিংজরকপা পুন্নমক কাংখোং চায়খি।

হিজম ইরাবতনা "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" গী মরীশুবা মীফম পালচা কুমশিং ৩৩৩৬ খৃঃ ১৯৩৮ গী ডিসেম্বর তারিক ২৯/৩০ দা ফমখিবা চীংঙা মীফমদগী রাজনিতিগী খোন্নাও পুথোক্তুনা ইহান হাম্বা ওইনা মীয়ামগী ওইবা রাজনিতিগী ইহৌ শাগৎপা হৌরকখি। মীফম অদুদা লমদমসিগী ধর্ম্মগী খেন্নবা থমদনবা "হিন্দু" হায়বা বাহে অসি লৌথোক্তুনা "নিখিল মনিপুরী মহাসভা" হায়না রাজনিতিগী দল ওইনা ওম্হোকখি।

ইরাবতনা মহাসভাগী ৱার্কিং কমিতিগী মিতিং অমা খ্বাইরাকপম মাঘগী য়ুমদা কৌদুনা ফমখি। মিতিং অসিদা ইরাবতনা নুপীলানবু সৌগৎনবা ৱারেপ পুখৎলকপদা মেম্বর ৯গী মনুংদা মেম্বর ৪ শকতনা সৌৎপদগী ৱারেপ অদু মায়থিখি। নুমিৎ অসিমকতদা হিজম ইরাবতকী ৱারেপ্পু সৌগৎপা মেম্বর ৪ না মিতিং অমা তৌদুনা মনিপুর প্রজা সমমেলনী কৌবা দল অমা লিংখৎখি। দল অসিনা নুপী লানবু মতেঙ পাংনবা ৱারেপ লৌখি। অনিসুবা নুপীলান অসিদা অচৌবা থৌদাং লৌরুবগীদমক ইরাবতপু রাজবীদ্রোহিনি হায়না লাউথোক্তুনা ফারগা সিলেত জেলদা চহি ৩ অহুম

থমজিনখি। জেলদগী থাদোকরক্কবসু মহাক মনিপুরদা চঙবা য়াহন্দবদগী ইরাবত কসারদা লৈখি। সরকারনা ইরাবতপু মনিপুরদা থোরকপা য়াহনখি। চহি অসিগী ওক্তোবর ৪ দা মনিপুরদা অপুনবা পাতি অমা সেম্নবগীদমক নিখিল মনিপুরী মহাসভা, প্রজা সঙঘ অমসুং কৃষক সভানচিংবা দল কয়াগী মীহুৎসিংগা লোয়ননা মিতিং অমা এরিয়ান থিয়েতর হোলদা ফমখি। মিতিং অদুদা মোত মান্নরক্তবদগী হিজম ইরাবতনা লুচিংদুনা কৃষক সভাগী মেম্বর অয়াম্বা মিতিং মফম অদুদগী মপান থোকখি। ইরাবতনা লুচিংবা মীসিং মপান থোকখ্রবা মতুংদা রাজকুমার ভুবনম্না অমসুং য়ুমনাম খোইমচানা মথংসীৎনা প্রসিদেন্ত অমসুং য়ুমনাম খোইমচানা মথংসীৎনা প্রসিদেন্ত অমসুং সেক্রেতরী ওইদুনা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্তি সেমখি। নুমিৎ অসিদগী হৌনা নিখিল মনিপুরী মহাসভা লোইসিনখি। মহাসভা অসিগী মখাদা সেমলমবা ওর্গেনাইজেসন কয়াগী মেম্বব অয়াম্বা মানা মানা পাম্বা পর্তিদা য়াউনখি।

**মীতে নুপীলাল অহানবা :-**

পালচা কুমশিং ৩৩০২ খৃঃ ১৯০৪ দা খঙহৌদনা হৌরকপা মৈনা খাইরম্বন্দ কৈথেলগী শঙ ২৮ (কুম্নিপাল) গা লোইননা মতমদুগী শুতো সাহেব মিষ্টর জেঃ দিঃ ডনলপকী বঙ্গলোদু মৈ চাকখি। করম্না কদাইদগী হৌরকপা মৈনো খঙহৌদে মদুগী লংলা লংজিন থিননবা সাহেবশিংনা কম্না হোংনখি। মৈ হৌরকপগী মরি-মখোং তাকপা ঙম্বা মীদা মনা পীগনি হায়না লাউথোকখি। শুতো সাহেবনা পালচা কুমশিং ৩৩০২ খৃঃ ১৯০৪গী সেপ্তেম্বর তাং ১২ দা হুকুম অমা থোকখি। ইম্ফালগী মীতে মচাশিংনা "কিয়াম্বা লমজাউ" (কবো তম্পাক) দগী চীংশু উ য়াম্লুরগা মৈ চাকখ্রবা শুতো সাহেবকী বঙ্গলো অদু শাগদবনি হায়খি। মনিপুরগী মীয়ামশিংনা হুকুম অদু তাবদা মৈ হৌনা শাউনখি। মদুদা য়ানিংদবা ফোংদোক্তুনা মীতে নুপীশিংনা বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা অকম্বা ঈহৌ চংশিন্নকখি। মসিদা মতমদুগী সিফাইশিংনা খোয়শাওনরবা মীতে নুপীশিং অদুবু থিংবা ঙমখিদে। মমৈথংদা উপায় লৈত্রদুনা বৃটিশ সরকারনা মখোয়গী শুপ্লম সাসনগী হুকুম অদু হোংখি।

# অনীশুবা নুপী লাল

পালচা কুমশিং ৩৩৩৭ খৃঃ ১৯৩৯ গী পৌইন্ থাগী ফৌ লোকপা থা, ফৌ মরাং-কায়না ফংবা মতমসিদা মপান লমগী শেঙ্গাও পায়বা মারবারী লম্লোলবশিংনা চেঙ তক্লবা মিল লিংখত্নুনা মনিপুরগী ফৌমখৈ মমল হেন্না পিশিল্লগা বাল্লম্মী অদুগা মিলদা তক্লগা চেঙ ওইনা মপান্দা থাদোকখি। মদুনা ফৌশু-চেঙশু তৌদুনা হিংজবী মীতৈ নুপীশিংগী শিনফম অদু মুন্থীখি। চহিদুগী পৌইন্ থাদ্দি মপান্দা চেঙ থাদোকখিবনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা চেঙ অমফাওবা বান্না ফংনখিদে। পুন্নমক অসিগী মায়োক্তা হৌরকখিবদগী থোকখিবনি অনীশুবা নুপী লাল। খুৎশেমগী ওইবা য়াম্না শাহিবা চাক তাঙবা অমা হায়রিবা চহি অসিদা থোকহনখি। চেঙ লৈনা-লৈনা চেঙ বান্না ফংনখিদে। ফৌ তাইবা লাকপা ষনগারী মপোৎ মপোৎ মারবারীশিংনা মমল বাংনা পিশিন্দুনা বানশিনখি। চৌইনা ফৌ নত্রগা চেঙ বানগে হায়না থিবদা কৈথেলদা ফংখিদে। নুমিৎচুপ্পা কৈথেলদা মনা-মশিং, পোৎ-চৈ য়োল্লুরগা অতোংবা খরা অদুনা চরা নোংখন্নবা চেঙ বান্না ফংদবদগী নংবংনখি। নুপীশিংনা কষ্টুরি অমদি মনাওনুপা ফুলচান্দ অমদি অতৈ মারবারীশিংগী দুকান্দা চেঙ লৈনা লৈনা চেঙ বান্না ফংখিদে। কষ্টুরি অমদি অতৈ মারবারীগী দুকানশিং থোং হাংনখিদে। নুপা ময়াম্না থোঙ হাংউ চেঙ বানগে হায়না হায়রুরে। ঐখোয় নুপী ময়াম্না থোঙ হাংউ চেঙ বানগে হায়রগা নখোয়না করিগী থোঙ হাংউ হায়বা য়াদ্রিবনো হায়না নুপী ময়াম্না লাওশিল্লমই। নুপী ময়াম্না লাওবা তারবস্তু কষ্টুরিদি থোরকউ য়াখিদে, মচানুপা য়ুরিয়ানা হন্দক্কী চহি অসিমদি নখোয় চগেম্মু চাবা ফংলি, মথং চহিদদি চেংকুপ চগেম নৈইখায়রগা মনিপুর প্রজা পুন্নমক পীজগনি অসি হায়না লাওরদুনা মনুংদগী খুল্লক্লমই।

য়ুরিয়ানা লাওরকপা বাহে তারুবদগী খোয়শাওনরবা নুপীশিংনা কষ্টুরি মারবারীদা তাইনন্নবা পুরকপা সেগা লম্বীরোমদগী লাকপা ষনগারী ১১ নুপীশিংনা ফারগা মুন্দুনা লৌহৌরগা থানাগী ওফিষ্টা থৌজিন্দুনা থম্লে। নুমিৎ অসি

ডিসেম্বর তাং ১১ দনি। নুপীশিং অসিনা হয়েংগী নুমিৎতা য়ুমথোঙ-য়ুমথোঙ খুদিংমক্কী নুপী অমমম থোক্লক্তবা য়াদে হায়দুনা অকস্বা পাউ চেল্লমই। নোংঙাস্বদা হৌনরুবা লৈতনা য়ুমথোংগী নুপীশিং থোক্লক্তুনা পুল্লপ পুল্লগা কোনুংগী দরবারদা লাক্তুনা চেঙ মপান্দা থাদোকপা থিংউ হায়না হায়ররে। ঈনিংথৌদি নবদ্বীবতা লেঙখি। নিংথৌগী বা তাদনা চেঙ থাবা থিংবা ঙমদে হায়রে। হৌজিকমক নিংথৌদা টেলিগ্রাম থাউ হায়দুনা নুপী ময়াম্না হোৎচিন্দুনা দরবার প্রিসিদেন্ট ওইবা মিষ্টর টিঃ এঃ শার্প, আইঃ সিঃ এসঃ পু ফাদুনা টেলিগ্রাম ওফিস তান্না পুরকখি। নিংথৌদা পাউ থাবা মতমদা নিংথৌ চৎথোকখি, পাউখুম ফংদে হায়রে। পাউখুম ফংদ্রিফাওবা পাউ থাগদবনি হন্বা শুকয়া য়ারোই হায়দুনা নুপী ময়াম্না টেলিগ্রাম ওফিস অদু কোয়শিন্দুনা থম্লে। প্রিসিদেন্টনা মহাকপু টেলিগ্রাম ওফিষ্টা নুপীশিংনা কোয়শিন্দুনা থম্লে, থোকপা য়াদ্রে হায়দুনা সিফাই থারক্লবা পাউ পীখ্রে। পাউ অদু ফংবদগী অয়ুক পুং ১১-৩০ রোম তাবা মতমদা মরীশুবা আসাম রাইফলসকী কমান্দেন্ট মেজর বলফিলড অমসুং সিভিল সর্জন মেজর কমিসন মিষ্টর মার্ব অনীনা প্রিসিদেন্ট সাহেবপু কন্বা লাকখি। মখোয় অনীকুম্ন নুপীশিং অসিনা কোয়শিন্দুনা থমখি। নুংথিল পুং ১ রোম তারে, আসাম রাইফলসনা এলার্ম খোংখ্রে। হৌজিক্তি আসাম রাইফলসকী লাম্মী তেঙ্গোল অমা ওইনা খুৎলায়গা কোন্ননা কোয়শিল্লিবা নুপীশিং অদু তানখায়নবা থাদোরক্লে। নুপী ময়াম অদুনা খুৎলায় পায়বা সিফাই ময়াম উরবস্নু করিশু নাচুংদনা লেঙদনা অদুম্মক লৈরম্মী। নুপী ময়ামশিং অদুনা কায়দুনা চেন্দ্রবদা সিফাইশিং অদুনা খুৎলায় পায়দবী ঈমা-ঈবেলশিং অদুবু খোঙপাক্লা কাওদুনা, বটনা শুদুনা তানখায়বা হৌরক্লম্মী। অদুফাওবদা চেন্দ্রবদা মমৈথংদদি নোংমৈ শঙ্গিন্না থিন্দুনা তানখায়রক্লে। কয়া অমনা মশম পায়দুনা চিংদুনা পুরগা মনাক্তা লৈবা পুখ্রিদা লংথখি, লৈখোম-লৈনাং মনুংদা নমশিনখি। অদুবু মপান্দা চেঙ থাবদি থিংখি। নুমিৎ অসি পালচা কুমশিং ৩৩৩৭ পৌইনু থা খৃঃ ১৯৩৯ ডিসেম্বর তাং ১২ দা থোকখিবনি। হায়রিবা নুপীলাল অসিদা মরুওইনা লমজিংবীখিবা ঈমাশিংদি - সবী, তোংগৌ, লৈবাক্লে, রজনী, ঈবেমহল, চাউবী, সনাতোম্বী অসিনচিংবশিং অসিনি। নুপী লালগী মতুংদা মহারাজ সার চুরাচান্দ সিংহ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ সিঃ বিঃ ঈঃ শ্রীধাম নবদ্বীবতা নোঙ্গাখি।

## "কবুই কৈওইবা":-

(কবুই কৈওইবা হায়বা অসি নিংথেম পাম্‌হৈববুনি। পাম্‌হৈবা অসি কবুই থাঙ্গাল খুন্দা থাঙ্গাল খুল্লাকপা-খুল্লাকপী অনীনা মপা-মমা শাদুনা য়োক্লুবনি। পাম্‌হৈববু ঈনিংথৌ চলাইলোমপনা মচানি হায়না শেংদোক্লমদবা মরম্না মীতে কংলৈচা পুম্নমক কবুইনি হায়না লৌখি। অখণ্ডবা মাইচৌশিংনস্থু লৈপাক মীয়ামদা শেংদোক্লুবা ঙমদবনা শেংদোক্তে, শুপ্না কবুইনি হায়না লৌনখি। কবুই থাঙ্গাল খুল্লাকপগী মচানুপা পাম্‌হৈবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইখি হায়বা অসিতমক লৈপাক খুন্নাইনা খঙনখি। অস্তুম ওইবা কবুই পাম্‌হৈবনা মীতে কংলৈগী নিংথৌ ওইরবা মতমদা শ্রীহটতগী থোক্লকপা শান্তিদাস গোষাইনা মৈইথেম কয়া তৌদুনা ইচম-চম্না লৈজরম্বা নিংথেম পাম্‌হৈবগী পুকচেলবু কৈগুম তমথিরবা পুকচেল ওইহনখি। মসিবু মীতে মায়চৌশিঙনা "কবুই কৈ ওইবা" হায়না পাউরৌ তৌরম্বনি।

**বারী** ঃ- অহান্বমক্তদা "কবুই কৈ ওইবা" মথন্তা লৈজবী হনুবী অমবু থেংনদুনা চাগে থৌরাংখি, মদুদা হনুবী অদুনা হায়রকই - "হে কবুই কৈওইবা, হনুরবী মহাও য়াওদ্রবী ঐবু চাগদবগী শরুক্তা মবুং তরেংকী মনুংদা মদোম শাৎচবী মশক-মতৌ ফজরবী থাবা কৌবী নুজা অসিবু চারুও" হায়রদুনা থাবাগী লৈফম তাক্তুনা কবুই কৈওইববু থারকই। হনুবীনা তাকপা মতুংইন্না কবুই কৈ ওইবা থাবাগী ময়ুম তান্না লাক্লে। থাবাদা "নবুং ৭ লাক্লে থোঙ হাংঙো" হায়রুবদা থাবানা "মবুং ৭ কী মখোল মান্দে" হায়দুনা থোঙ হাংঙো হায়বা য়াদ্রে। মতম অদুদা কবুই কৈওইবা করি পাম্বে লৈত্রদুনা হনুবীগী মফমদা অমুক লাক্লে, হনুবী নঙনা তাকপা থাবা হায়বী অদুদি মবুং ৭কী মখোল মান্দে হায়দুনা থোঙ হাংঙো হায়বা য়াদ্রে হায়রবদা হনুবী অদুনা হায়রকই – "চুম্মী, মবুং ৭ কা হায়নবা বাহে অমা লৈ, অদুনা চগেম চবইনু নবুং ৭ লাক্লে থোঙ হাংঙো হায়য়ু শোয়দনা হাংলগনি।" বাহে অসি

তারবদা কবুই কৈওইবা অমুক লাক্লে অদুগা হনুবীনা তম্বীবা ৱাহে অদু হায়রুবদা থাবানা মবুং অশেংবা ওইরবোই নিংদুনা থোঙ হাংলুরে, খঙহৌদনা মবুং তরেৎকী মনুংদা মথন্তা য়াওজবী থাবাবু কবুই কৈওইবনা ফাদুনা পুখ্রে।

কবুই কৈওইবনা হান্না খুৎমারুবা হনুবী অদু মতম কৌবী লাইরেম্বীনি। মীতে কংলৈগী মতিক-মঙাল, লীচৎ, ৱাঙউলোন পুন্নমক উতোন লোম্না কারুরগা কাফম লৈত্রদুনা অমুক হন্না কুম্নকই হায়বগুম মীতে কংলৈগী মতম লোইরক্লদুনা মতম কৌবী লাইরেম্বীগী ঈচেলদা তাউথদুনা মাঙখিগদৌরবা মতম ওইরকপা অদুবু হনুবী হায়না হায়বনি। অদুগা মবুং ৭ কী মনুংদা মতোমতা য়াওজবী হায়বদি মীতৈগী য়েক ৭ সলাই ৭ কী মনুংদা অহিংদা অমত্তা লংনা থোকপা থাবাগুম ফজখ্রবা মীতে কংলৈ লীচৎপু থাবা হায়বনি। মতম মানা পুরকপা মহৈবু কবুই কৈওইবা (পামহৈবা) ফংজদুনা মীতে লীচৎপু খুদুম চন্দুনা থমখিববু থাবা ফাখিবা হায়বনি। অদুগা থাবাবু “চগেমনু-চৱাইনু” হায়বা মবুং ৭ কী ৱাহে অসিনা পৌরোল অমা ওইনা লোন্দুনা থম্ববু মতম কৌবী লাইরেম্বী অদুনা ৱাহৈশিমক কবুই কৈওইবদা তম্বীদুনা থাবাবু ফাখিবনি। মতম ওইরক্লদুনা মতম কৌবী ঈমানা কবুই কৈওইবদা তোংখিবনি। অশুম্না মীতৈগী ফজরবা লীচৎ ওইবা থাবাবু ফাখিবা শান্তিদাসকী রামান্দি ধর্ম্ম নমদুনা পীখ্রবা মতম অদুদদি মীতে পুন্নমক অসি চগেমগুম কেমদুনা মাঙলরগনি, লৈপাক অসিদা মীতোপ্লা খুম্লিঙদুনা পাম্লরগনি, চৱাইফম ওইরবগনি হায়বগীদমক্তা প্রমান-পাম্লে ওইনা হায়বা ৱাহৈনি “চগেম্নু-চৱাইনু”।

থাবাবু কবুই কৈওইবনা ফাখ্রগা চাথোকপা ঙমখিদে। থাবানা ঈশিং খৌরাংলে হায়দুনা উতোং অহোবা অমা পীদুনা “ঈশিং শোক্লুচো” হায়দুনা থাদোরকখি। কবুই কৈওইবনা উতোং অহোবদা ঈশিং শোক্লবা কন্না হোৎনরিঙেদা থাবানা কবুই কৈ ওইবগী মখুত্তগী নাম্থোক্লুনা চেনখি। মতম অসিদা শ্বাক অমনা কবুই কৈওইবদা তাকখি, “হা কবুই কৈওইবা। ননিং-নমাং হোত্রোং হো, নতু লৈমা কাং কোক” অস্তুম হায়না শ্বাক্কী ৱাহে অদু তাবদা কবুই কৈওইবনা ৱাখল লাক্লুনা “ঐনা ঈশিং শোক্লে তৌরিবা উতোং

অসিদি মনিং-মমাং হোবা ওইরে, ঐনা ঈশিং শোক্লবা হোৎনরিঙেদা থাবা চেনখ্রবৌইরে" হায়বা খঙলক্তুনা থাবাবু তান্নখি। মবুং ৭ নম্মু থাবাবু কোয়না চোইজাইননা থিবা হোৎনরি। লাইগী নোংদমদগী থাবানা মবুং অমগী মনাক য়োৌরকখি, খুদক অসিদা কবুই কৈওইবম্মু য়োৌরকখি। মচল ফাখিবা কবুই কৈওইববু তানা লেংদুনা হাক্তোকখি। মমৈদা চোইজাইননা থাবাবু থিবা চৎনখিবা মবুং ৭ মক্কা থাবাগা থেংনদুনা অরাবগী য়ুখল হাংদোকখিদুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউথমিন্নখি।

ক্বাক অদু লৌনম চাউবা ক্বাক্কী লমচৎ চৎপা শান্তিদাসনি। শান্তিদাস অমদি কবুই কৈওইবা অনী লৌতুনদুনা মীতে কংলৈ লীচৎপু লোইনা মাঙহল্লগা রামান্দি মপুঙ ফানা চৎহনগে হায়দুনা পুয়া মৈ থাবা, পুয়া মৈ থাবা মতমদা পুয়া পাইথোকখিবা অদুদা মীতে কংলৈ লীচৎ অমুক হজিল্লকখিগনি হায়বা বাফম্মু শান্তিদাসনা কবুই কৈওইবা (পামহৈবা) দা তাকখিবা ৱাহৈবু "হা কবুই কৈওইবা। ননিং-নমাং হোত্রোং হো, নত্তু লৈমা কাংকোক" হায়বনি। অদুগা থাবানা কবুই কৈওইবগী মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা চেল্লকপদা হান্না থেংনখিবা মবুং অদু কনাম্মু নত্তে, লোইবী চীংলোল মাপন ৱাংমা লান্না লৈখ্রবা নাউরিয়া ফুন্দ্রে/লানিংহলনি। কবুই কৈওইববু তানা লেংদুনা হাৎখিববু লাইনিংহন্নি হায়বদি লাইনিংহন্না মীগী ধর্ম্ম নমদুনা মীতে কংলৈ লীচৎ সনাবু থেংনদুনা তুমদুনা লৈরিবা মীতে পুম্নমকপু খঙন-তাননবা লেংদুনা থম্বীরম্বা য়াকাইরোল লাইরিকশিংবু "কবুই কৈওইবা" তানা লেংদুনা হাৎলে হায়বনি। ঙসিদি য়েক-সলাই ৭, চিংপুলোয়-লোইপুলোয়-তমপুলোয় পু অহুম অসি ঈমুং মনুং অমত্তনি হায়বা শকখঙনরক্নে। পুম্নমক অসি নাউরিয়া লাইনিংহন্না কবুই কৈওইবা হাৎতোকপিখিবদগী ফংলকপা মহয়নি।

লাইনিংহল নাউরিয়া ফুন্দ্রেনা কবুই কৈওইবা হাৎখিবদগীদি কবুই কৈওইবগী ওইরম্বা খোঙলোয়শিং - নিখিল মনিপুরী হিন্দু মহাসভানা চীংমী, লোইমী, তম্মী পু অহুমগী মরক্তা অমাং-অশেংগী শিংচেপ থাদুনা খাইদোক্লরম্বা অদু মাঙখিদুনা হৌজিক্তি ঐখোয় মশেল অমত্তা ওইবগী বাখল লাক্তুনা চীংপুলোয়-লোইপুলোয়-তমপুলোয় অহুমগী মীশিংনা অমাং-

অশেং থাদোক্লদুনা চামিন-থকমিন্নবা, চারৌ-মৌরৌনদুনা ফুরুপ অমত্তা ওইবগী বাখল লাক্তুনা অমগা-অমগা শকখণ্ড-মায়খণ্ডনরক্লে।)

## ১৯-মৈদিংঙু বোধচন্দ্র সিংহ

মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ পালচা কুমশিং ৩৩৩৯ খৃঃ ১৯৪১ দা নিংথৌ ওইদুনা চহি ১৪ পাল্লকই। নহা ওইরিঙৈদা রাইপুরগী রাজকুমার কোলেজদা লাইরিক তম্মই। অদুগী মতুংদা লণ্ডন্দা থা ৬ লোম লৈরুই। নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা মনিপুরদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগীদমক পৃথিবীগী লাম্মী ময়াম (বৃটিশকী তেংবাংবা লাম্মী) পৈরে। পালচা কুমশিং ৩৩৩৯ খৃঃ ১৯৪১ গী ফাইরেল থাদা মনিপুরদা ইহান হান্না বেলুন (এরোপ্লেন) অমা জপান্নীজনা মনিপুরগী তুরেল অচৌবা (ইম্ফাল তুরেল) মরিল মতুংইন্না মখারোমদগী পাইরক্তুনা গোবিন্দগী মন্দির তম্লগা কংলা কোনুং অমম্বদা পাইরম্লগা অবাং পাংনা কৌক্রু চীংলোমদা ফাউরগা ডিমাপুর তম্না পাইখি। মসিনা মনিপুরদা এরোপ্লেন পাইরকপা অহাম্বনি। জপান্নীজশিংনা ব্রহ্মদেশ লৌরগা ভারতপু লৌশিনগে হায়বগীদমক মনিপুরদা পালচা কুমশিং ৩৩৪০ কালেন থা খৃঃ ১৯৪২ মেগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিত্তা ইম্ফালদা বোম অহাম্বা ওইনা থাদখি। অদুগী মতুংদা অমুক থা অসিমক্কী তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ অমসুং তাং ২০ য়ুমজকৈশা নুমিত্তা বোম থাদখি। মমৈথংদদি মনিপুরগী মফম জগা খুদিংদা বোম য়াম্না থাদখি লোইননা অশি-অনা অমসুং অশোক-অপন য়াম্না য়াওখি। মপুন্সি চুপ্পা বোম্না পাম্বদগী শোয়নাইদুনা লৈখিবা কয়া অমসু য়াওখি।

..............

MANIPUR PALACE
AROUND 1950



1 MAIN BUILDING
2 SRI SRI GOVINDAJI COMPLEX
3. MAHARANIS' S COMPLEX
4 RAS MANDAL
5 SAGOLSANG
6 CRICKET GROUND
7 RANI ' S COMPLEX IN THE TIME OF
MAHARAJA CHURACHAND SINGH
8 PAKHANGBA
9 NONGSABA
10. YUMJAO LAIREMBI
11 SANA OFFICE
12. SANGAI MACHA
13. RAJ MATA 'S COMPLEX
14. KHONHNANG JATRA
15. PULEIROMBA BUNGLAW
16. TAMPHASANA GIRLS' HIGH SCHOOL
17. C C HIGH SCHOOL
18. THANGAL GENERAL'S
TEMPLE. ETC.

পালচা কুমশিং ৩৩৪০ খৃঃ ১৯৪২ লমদা থাগী মার্চ ২২ দগী সুভাসচন্দ্র বোসনা লুচিংদুনা ভারত অমদি মনিপুরদা লালচংবা হৌখি। মনিপুরদা জপাম্নিজ তেঙ্গোল ময়াম চংলক্তুনা বৃটিশকা অকস্বা লাল চহি ৩ (অহুম) লোম তৌই। লাল অদুদা মনিপুর প্রজা কয়া হায়নিংঙাই লৈতনা অবাবা নংখি। পালচা কুমশিং ৩৩৪৩ খৃঃ ১৯৪৫ গী থবান থাদা লাল অদু লোইশিন্নে। লাল লোইরদুনা ভারতনা স্বাধিন্তা হেক ফংবগা মনিপুর ষ্টেটস্তু সমপুর্না স্বাধিন (মেপুং ফানা নিং-খা তম্বা) লৈপাক ওই। পালচা কুমশিং ৩৩৪৫ ইঙেন থাদগী মনিপুর ষ্টেট দরবার কৌরম্বা অদু তোক্তুনা মনিপুর ষ্টেট কাউন্সিল কৌরে। হান্না ষ্টেট দরবার মেম্বর কৌনরম্বদু তোক্তুনা ষ্টেট কাউন্সিল মিনিষ্টর হায়না খঙনরে। পালচা কুমশিং ৩৩৪৫ খৃঃ ১৯৪৭ থবান থা ওগষ্ট ১৫ (তাং ১৫-৮-১৯৪৭ ইং) দগী ভারত স্বাধিন হেক ওইবগা লোইননা মনিপুর লৈপাকস্তু স্বাধিন ষ্টেট ওইবদা বৃটিশ অমদি ভারত সরকারনা চহি ৫৬ পালচা কুমশিং ৩২৮৯ দগী ৩৩৪৫ (খৃঃ ১৮৯১ দগী ১৯৪৭) ফাওবা মনিপুর সাসন তৌরম্বা অদু লোইশিনখরে। পালচা কুমশিং ৩৩৪৬ ইঙা থা খৃঃ ১৯৪৮ জুন ১১ দগী হৌরগা জুলাই ২৭ ফাওবা এসেমব্লিগী মীখল পাঙথোকই। মীখল অদুদা হিজম ইরাবত উৎলৌ কেন্দ্রদা প্রজাগী মীহুৎ ওইনা কারকই। মতম অদুদা ভারত কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংনা মনিপুরদা কম্যুনিষ্ট লিংনবগী বাফম লাকপদগী পালচা কুমশিং ৩৩৪৬ থবান থা খৃঃ ১৯৪৮ ওগষ্ট ২৩ দা ইহান হান্না মনিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি।

## ঈরৈমবু কামখ্যা কৌখিবা :-

ঙসি হিয়াংথাংদা লৈরিবা ঈমা লাইলেমপী অসিগী মমিং ঈলৈমা (ঈরৈমা) কৌই। অদুবু ঈমা লাইলেমপীগী (লোইরেম্বীগী) মমিং অশেংবা অসিবু লুখা থাদুনা কামখ্যা দেবী হায়খিদুনা ঈরৈমা ঈমাদা নিজগদবা থৌনি অদু ওন্ন-তৈননা থৌনিহন্নে। মসিনা ঈমাদগী ফংগদবা মহয় অদু ফংহন্দ্রে। ঈরৈমা ঈমাদা খুরুম্বদি নুপী ওইবীশিংনা ঈরম-খোংলম চুমদ্রবা ঈমা-ঈন্দোন, ঈচন-ঈচেশিংনা নোংমাইজিং খুদিং নত্রগা থানিন খুদিং নত্রগা থাশি খুদিংদা খুরুমজরগা তিনকোক-লাইকোক্নে হায়দুনা খুরুমজবনি। ঈরৈমা ঈমা অসিদি

লাইনিংথৌ সলাইলেলনা কৌব্রু চীংদগী হি হোন্দুনা লেংলকপদা লম্লেন হিয়াংথাংদা খুবম ওইয়ু হায়দুনা থম্বীরম্বনি। "তাইবঙ চাদোন-শুদোন্না ঈরম-খোঙলম কায়রক্কবদা ঈরৈমা নংবু খুরুমজরগা তিনকোক-লাইকোকপিসনু" হায়না লাইনিংথৌমক্না য়াথং পিদুনা থম্বীরম্বা ঈমানি।

লাইবক থীবদি ময়াং লিচৎ (ধর্ম্ম) চৎখিঙেদগী তৌহৈদবা থৌওংঙাক্তা তৌখ্রে। ত্রেতা যুগতা শ্রীরামচন্দ্রনা লংকাগী নিংথৌ রাবনবু হাৎপা ঙম্নবগীদমক্তা কামখ্যা (দুর্গা) দেবীবু পুজা তৌখি। পুজা তৌখিবা থানা মেরা থাদনি। মেরাগী ৮নি পান্বা নুমিত্তা শ্রীদুর্গা দেবীগী বর ফংদুনা শ্রীরামচন্দ্রনা "রাবন" বু হাৎপা ঙমজখি। অসিগুম্বা বারী অসিবু পুশিল্লক্তুনা মীতে কংলৈপাকপু মনিপুর থোজিল্লগা ঈরৈমা ঈমাবু কামখ্যা দেবী কৌদুনা মেরাগী ৮নি পান্বা নুমিত্তা মীতে কংলৈচা মীয়াম্বু মী হাৎচগে হায়দুনা বর নিহনখি। ঈরৈমা ঈমাদি মীহাৎপগী য়াইফরোন নিবা তৌহৈদে। ঈরম-খোঙলম কায়হন্বীগনু হায়না থৌনিজগদবনি। মীতে কংলৈচা পুন্নমক্না ঈরম-খোঙলম কায়হন্বীগনু হায়না ঈমাদা থৌনিবীয়ু। কামখ্যা দেবী নত্তে, ঈরৈমা ঈমানি হায়বা অসি মীতে চীংপুলোয় লোইপুলোয় অমদি তমপুলোয় পুন্নমক্না কাউবিগনু।

## পুংদোংবম ঘটনা :-

পালচা কুমশিং ৩৩৪৬ লাংবন থা খৃঃ ১৯৪৮ সেপ্তেম্বর ২১ দা পুর্ববাঞ্চল শেম্নগী মায়োক্তা প্রাতিবাদ সভা অমা চত্তুনা অমম্বুং এমঃ দিঃ য়ুঃ হোলদা প্রজা সঙ্ঘ, কৃসক সভা অমদি ছাত্র ফেদরেসন কৌদুনা পাংথোক্লবা থৌরাং তৌরমই। সভা অদু য়াওনবগীদমক মনিপুরগী মইকৈ কয়াদগী লৌমী প্রজা কয়া হাইগৎনরকখি। অবাং-নোংপোক পুংদোংবম মইকৈদগী মীয়াম হৌদুনা পুর্ববাঞ্চল শেম্নগী মায়োক্তা শ্লোগান দাবী কয়া লাউদুনা প্রোসেসন ওইনা লাকপদা পুংদোংবমদা সিফাইগা লোইননা পুলিস ফোর্স অমগা মায়োক্লখি। মদুদা মীয়াম্বু লাকশিন্নবা হোৎনবা পুলিস ফোর্স অদুগী কমান্দরনা

ফয়ারিংগী হুকুমদা ওঃ সিঃ নরান বাবুদা শোয়দুনা পান্বদগী শিখি। ঘটনা অদুদগী মতম অদুগী প্রিয়ব্রতগী ইন্টরিম সরকারদা অচৌবা শাফু অমা পিখি। অসিনা মরম ওইদুনা সরকারনা ইরাবতপু ফাননবা ৱারেন্ট ইসু তৌরকপদগী অমরোমদা নুমিত্তুদা এমঃ দিঃ য়ুঃ হোলদা মিটিংগী শিল-লাংলম্বা অদু ইরাবতনা পাউ অদু হেক ফংবগা ঐখোয় ঙসিদগী ফোংনা লৈবা য়াররোইহি হায়রম্লগা সাইকল অমা তোংলগা অরোম্বা লম্বীদা লম্ফেল মইকৈ পাংখি। নুমিৎ অদুদগী হিজম ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ তাখি।

ভারতনা স্বাধিন্তা ওইখ্রবা মতুং মথং মথং শ্রীযুৎ বোধচন্দ্রগী মতম ফাওবা মনিপুর ষ্টেট দরবার কৌরম্বদু তোক্তুনা মনিপুর ষ্টেট কাউন্সিল অমুক ওন্থোকখি। অরোইবদা অমুক মনিপুর নিংতম্বা ওইরবস্ত প্রজাগী মত লৌদনা নিংথৌবু "য়ানচে" (মর্জর এগ্রিমেন্ট) দা নমদুনা সহি তৌহন্দুনা নিংথৌ অমা ওইবগী শক্তি পম্বা লৌথোকপিখি। মহাবাজ বোধচন্দ্র সিংহগী মচা মসু পরৈহনবা ওকেন্দ্রজিৎ সিংহ মচা নুপা. লৈসেম্বা সনাচাউবা মসু নুপানি।

## মনিপুর মর্জর এগ্রিমেন্টঃ-

মনিপুরনা ভারত্তা তিনখিবগী "য়ানচে" (মর্জর এগ্রিমেন্ট) অদু মনিপুরগী মহারাজ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহনা শিলংদা মতমদুগী আসামগী গভর্নর শ্রী প্রকাশনা সাক্ষি ওইদুনা সহি তৌখি। ভারত সরকারগী মায়কৈদগী মিনিষ্টর ওফ ষ্টেটকী এদভাইজর এমঃ ভিঃ মেনন্না সহি তৌখিবা য়ানচে অদুগী মপুংফাবা ৱারোল মখাগী অসিনি ঃ -

মনিপুর অমসুং ভারত লৈপাক অনীমক্কী য়াইফনবগীদমক য়েংদুনা মনিপুর লৈঙাক সাসন অসি ভারতকী দোমিনিয়ন গভর্নমেন্টকী মফমদা শিন্নথোকখিবা হায়বসি ময়াম্না পাম্নরবা ৱাফম্নি।

## আর্টিকল (১)

মনিপুরগী মহারাজনা লমদম অসিগী ঙাক-শেন্নগী অমদি লৈঙাক শাসন তৌবগী শক্তি অদু ঙসিদগী থাদোক্লে। লৈপাক অসিগী লৈঙাক শাসন অসিগা মরি লৈনবা থবক পুম্নমক ঙসি তাং ১৫/১০/১৯৪৯ ইংদগী ভারত সরকারগী মফমদা শিন্নথোকখিবা হায়বসিদা মশানা য়াজরে। হায়রিবা নুমিৎ ওক্টোবর ১৫, ১৯৪৯ অসিদগী হৌরদুনা লমদম অসিগী লৈঙাক শাসনগী থবক অমদি শক্তি খুদিংমক ভারত সরকারনা নত্রগা মহাক্না থারকপা মীহুৎ অমনা অপাম্বা মওংদা অমদি ফগনি খল্বা মওংদা মানা শিজিন্নবা য়ারগনি।

## আর্টিকল (২)

শ্রীযুৎ মহারাজনা মশাগী লনাই ওইবা লল-থুম, ঈকাইখুম্নবা, মিংথোল, লাইনিং-লাইশোনগী নিংতম্বা, নাৎ-চৎনবী অমদি অতৈ সংস্থানশিংদা মাগী ফংফম থোকপা হক, য়ানচে, অসি সহি তৌনবদা য়াওরমদ্রবদি ফংফম থোকপা পুম্নমক হান্নগুম করিমত্তা কায়দনা ফংগনি।

## আর্টিকল (৩)

শ্রীযুৎ মহারাজনা হায়রিবা নুমিৎ অসিদগী হৌনা লমদম অসিদগী কারকপা "আয়" (রিভিন্যু) দগী চহি চহিগী লনাই শেনফম ওইনা লুপা লাখ অহুম মপুন্সিগী ওইনা ফংগনি। হায়রিবা শেনফম অসি নিংথৌ অমদি মাগী ঈমুং-মনুং ঙাক্লনবা সিফাইশিং য়াওনা দরকার ওইবা খরচশিং, য়ুম-কৈনচিংবা শেমজিন-শাজিম্বা, লুহোং-কৈহোংবা অমদি থৌদোক-থাথোকশিং অসিনচিংবদা চংগদবা খরচশিং তৌবা ঙম্নবনি। মসিগী মথক্তা নিংথৌগী মরি-মতাশিংনা য়ানচে অসি সহি তৌনদ্রিঙৈগী মমাংদা ফংলম্বা

এলাকেন্সশিং অদুবু শেনফম অসিদগী পিগনি। অদুগা করিগুম্বা মরম অমা নত্রগা অমগীদমক শেনফম অসি হেঙ্গৎপা নত্রগা তাথবস্থু তৌরোইহি।

ভারত সরকারনা বারম অসিমস্থু য়ারে মদুদি হায়রিবা লুপা লাখ ৩ (অহুম)গী শেনফম অসি চপ মান্নবা শেনফম মরী থোক্লা খায়দোক্লগা থা ৩ গী অহৌবদা সরকারগী নত্রগা ভারত সরকারনা খল্লকপা ত্রেজরি অমদগী পিথোক্কনি।

## আর্টিকল (৪)

য়ানচে অসি সহি তৌনবা নুমিত্তা লৈরম্বা শ্রীযুৎ মহারাজগী লনাই ওইবা লল-থুম লনগৈ পুম্নমক (সরকারগী ওইবা লল নত্তবমখৈ) মশাগী মিংদা লেংদনা অদুম লৈগনি অমদি শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবা য়াগনি।

শ্রীযুৎ মহারাজনা মশাগী অসিগুম্বা মরল মথুম, থাংদোক-থাংজিন য়াদবা লমশিং অমদি লৈজবা শেলগী শেলশিং অসিনচিংবগী চপ চাবা মশিং (লিষ্ট) অমা ইথোক্তুনা পালচা কুমশিং ৩৩৪৮ বাকচিং থা খৃঃ ১৯৫০ জানুয়ারী ১ ফাওবগী মনুংদা ভারত সরকারদা পিশিনগদবনি।

অসিগুম্বা লল-থুম অসিদা সরকারগীনি নত্রগা লন্নাইগীনি হায়বনচিংবগী মতাংদা চয়েৎনবা নত্রগা খৎনচৈনবা থোক্লবদি হায়কোর্টকী জর্জ অমবু জুদিসিয়েল ওফিসার হাপ্লগা মওোন্দা বাফম অদু শিন্নগনি লোয়ননা ওফিসার অদুগী বারেপ্পা অরোইবা ওইগনি অমস্থুং মদু নাকল অনীমক্লা ইকায়খুম্নগনি।

অদুগা শ্রীযুৎ মহারাজগী শিলংদা লৈবা "রেদ লেন্দস" অসি লেস চাতালেতস হায়না খঙনবা লৈনবা য়ুমশিং অমদি গৌহাতিদা লৈবা মনিপুরী বষ্টি হায়না খঙনবা লম অসি শিজিন্নবগী হক অদুবু করিগুম্বা মখলগী অয়েৎপা অমত্তা (ভারত সরকারনা) পিরোইদবনি।

## আর্টিকল (৫)

শ্রীযুৎ মহারাজগী ইমুং-মনুংগী মীশিংনা পালচা কুমশিং ৩৩৪৭ থবান থা খৃঃ ১৯৪৯ ওগষ্ট ১৫ গী হেক মমাংদা মনিপুরগী মনুং অমস্থুং মপান্দা ফংলম্বা হক, মিংচৎ অমদি ইকায়খুম্নবা পুম্নমক ঙাক্তুনা থমগনি।

## আর্টিকল (৬)

লৈপাকসিদা হান্না চৎনরম্বা মওংদা নিংথৌগী সিংহাসন ফংহৌবগী চৎনবী অমদি শ্রীযুৎ মহারাজগী ইকায়খুম্নবা, ফংফম থোকপা হক, মিংচৎ, লাইনিং-লাইশোল অমদি চৎনবী ঙাকপদা হান্না ওইরম্বা মশক-মওং অদু কায়দনা থম্নবগী অচেৎপা থাজবস্থু ভারত সরকারনা পীগনি।

## আর্টিকল (৭)

শ্রীযুৎ মহারাজ মশামক্না নত্রগা মহাক্কী লৈঙাক-সাসন মনুংদা মাগী য়াথংনা লঙশিল্লম্বা য়াবা করিগুম্বা মরাল অমগীদমক মনিপুরগী বায়েনশঙ অমত্তদা বায়েন চৎথরোই লোইননা ভারত সরকারগী লোয়শঙ অমত্তনস্থু মাগী মথক্তা থিজিন-হুমজিন্বা নত্রগা বাহং-পাউহংবগী থবকস্থু তৌরোই।

## আর্টিকল (৮)

(ক) ভারত সরকারনা বাফম অসিগী অচেৎপা থাজবস্থু পিরি, মদুদি পব্লিক সার্ভিসকী লেঙদবা মেম্বরশিংগী থবক অদু মনিপুরগী সাসন ভারত সরকারদা শিন্নদ্রিঙৈগী মমাংদা ফংলম্বা খুদোংচাবশিং অদুদগী করিমত্তা তাদনা ফংহন্দুনা মখা চৎথহনগনি নত্রগা মতিকচানা ক্ষতিপুরন পীগনি।

(খ) ভারত সরকারনা মখাতানা থাজবা পিরি মদুদি ভারত্তা তিন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা মনিপুর সরকারগী মখাদা থবক তৌরম্বা থবক্তগী পোৎথারবা নত্রগা পোৎথারমদাইগী ছুটিদা লৈখ্রবা মীওইশিংদা শ্রীযুৎ মহারাজনা

পিথোক্লম্বা পেন্সন অমস্তুং ছুটিগী মহুত্তা পিবা তলব অদুবু মখাতানা অদুমক ভারত সরকারনা পীগনি।

(গ) মনিপুর পব্লিক সার্ভিসকী মসা ওইবা তোঙান-তোঙাম্বা ওফিসশিংদা মনিপুরীশিংগী মতিকচাবা চানবা থবক পিন্নবা থৌরাং কয়াম্তু ভারত সরকারনা পায়খৎকনি। লোয়ননা মনিপুরীশিংবু মদুদা য়াওশিনহন্নবা মওং কয়াদা পুক্কিং থৌগৎকনি। মখাতানা মনিপুরদা চৎনরিবা সমাজিক, শেল-থুমগী অমদি লাইনিং-লাইশোলগী লমদা মনিপুরদা চৎনরিবা তোঙান-তোঙাম্বা চৎন-পথাপ, ঈনাৎ অমদি চৎনবী কয়া অদুস্তু মাঙহন্দনা ঙাক-শেন্দুনা থমগনি হায়বগী থাজকম্তু পীরি।

## আর্টিকল (৯)

ভারত সরকারনা হান্না লাউথোক্লবা খরদু নত্তনা মনিপুর সরকারগী কর্ম্মচারি অমত্তগী মথক্তা ভারত্তা লৈঙাক্লোল শিজিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা তৌবা য়াবা, মাগী মথৌ পাংথোকপদা মরি লৈনবা অরাম্বা থবক অমগীদমক থিজিন-হুমজিন্বা অমস্তুং সিভিল নত্রগা ক্রিমিনেল প্রোসিদিংস অমত্তা চৎথহল্লোই।

হায়রিবা বাফমশিং অসি য়ানরদুনা ভারত সরকারগী মহুৎ শিন্না অমদি ভারতকী গভর্নর জেনেরেলগী শক্তি শিজিন্নদুনা ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ ষ্টেটকী এদভাইজর শ্রীবাপল পাঙ্গুনি মেনন্না মশাগী সহি তৌরি অমদি মনিপুরগী মহারাজ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহনা মহাক মশা, মাগী শাগৈ-নাতে অমস্তুং মাগী মহুৎ শিলহৌগদবশিং অদুগী মহুৎশিন্না মশাগী সহি তৌরি।

শ্রী প্রাকাশ
গভর্নর ওফ আসাম, শিলং
সেপ্তেম্বর ২৯, ১৯৪৯
(পালচা ৩৩৪৭ লাংবন থা)

(বোধচন্দ্র সিংহ)
মনিপুরগী মহারাজ
(ভিঃ পিঃ মেনন)
ভারত সরকারগী এদভাইজর
মিনিষ্ট্রি ওফ ষ্টেট

পুংদোংবম ঘটনা অসিগী মতুংদগী কৃষক সভা, প্রজা সংঘ, ছাত্র ফেদেরেসন্নচিংবা সংস্থান পুন্নমক বে-আইন্নী হায়বদি আইন্না য়াদবনি হায়না লাওথোকখি। মসিনা মরম ওইদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অসিসু অন্দরগ্রাউন্দ থবক তৌবা হৌখি।

পালচা কুমশিং ১৩৪৮ গী কালেন, ইঙা, ইঙেন (খৃঃ ১৯৫০ গী মে, জুন, জুলাই) থাদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নহারোল লুচিংবশিং থোকচোম বীরা, ঙাঙোম মহেন্দ্র, নিংথৌজম বিনয়, মৈইরাংথেম ঈবোহল, থিংবাইজম নোংয়াই, লোংজম জ্ঞানেন্দ্র, নিংথৌজম অজিৎনচিংবা মথং মথং ফাবা হৌরকখি। পালচা কুমশিং ১৩৪৯ লাংবন থা (খৃঃ ১৯৫১ সেপ্তেম্বর ২১) কেশ পানশিন্দ্রনা মখোয় পুম্নমক্তা মখল কয়াগী দণ্ডিশিং পিশিন্দুনা চহি ৭ (তরেৎ) জেলদা থমখি মথংদা খরাই মাইকৈদগী ছাত্র ফেদেরেসনগী কম্মি খরা ফাদুনা অহিং অমা লোকপ্তা থল্লগা মথং নুমিত্তা লাইরিক তম্লিবা ছাত্র ঙাক্তনি হায়দুনা থাদোকপিরকখি। ফারুবা ছাত্র কম্মিশিং অদুদি পংশাতাবম ঈবোয়াইমা, মংসিদম নোবিন শঞ্জিরাম কুলেশ্বর, ৱারিবম প্রেমেশ্বর, চনমথাবম বিহারি, সোয়াম বলাহারী, ক্ষেত্রিময়ুম ইবোহলনচিংবশিংনি (অতৈদি নিংশিংবা থোক্তে)।

পালচা কুমশিং ১৩৪৯ গী লাংবন থা (খৃঃ ১৯৫১) সেপ্তেম্বর হৌরকপদা ইরাবতনা পিপলস কমরেদ পার্টিগী লুচিংবা ওইনা বর্ম্মাগী মোলাইক দিষ্ট্রিক্টগী মনিপুররোমদা থোরকখি। মনিপুর অমসুং বর্ম্মা অনী তাইনবা ঙমখৈদা লৈবা মীতে তাবা লমশিংদা ওর্গানাইজেসন তৌরকপগী শেম-শাবা হৌরকখি। অদুবু লাইবক থিবদগী চৈরক অদুদা খঙহৌদনা বর্ম্মাগী অঙ্গো তাবা কবো খুল অনী তাংবো অমসুং সেদোদা লাংবন থা অদুবাইদা খঙহৌদনা তাইফোইডনা নারকখি। খুদোংচাদবা লমদমনিনা নুমিৎ ৫/৬ নিরোম লাইকম্নরম্লগা খঙহৌদনা চহি অসিমক্কী সেপ্তেম্বর ২৬ তা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি। পিপল কমরেদ পার্টিগী গোরিলা কম্পনি অমনা ইকায়খুম্নবা উত্তুনা নোংমৈ কাপ্তুনা সংস্কারগী থৌরম চাউনা পাঙথোকখি। অরোইবদা

**COMRADE IRABOT SINGH DIED ON 26TH SEPTEMBER 1951**

হায়না নিংশিং নুংপাক অমদা মথক্কী বারোলশিং অসি ইদুনা ইরাবতকী মোংফমদা ঙসিফাওবদা থম্লি।

কমরেদ ইরাবত মীয়ামগীনি। শু-নোমদুনা হিংলিবা মীয়ামগী স্বার্থ ঙাক্লিবদি কম্যুনিষ্ট পার্টিদনি হায়না মহাক্না থাজজবা মতুং ইন্না কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা মহাক্কী বীপ্লবীক ওইবা থৌদাংদু কম্যুনিষ্ট অমগী মীনুংশি অমস্তুং কৎথোকপগা লোইননা পাংথোক্লম্মনি। অদুমক্না মহাকপু ঙসি "মীয়ামগী লুচিংবা" (জন নেতা) হায়না মীয়াম্না নুংশিনা কৌনরি।

## মনিপুরদা জাপান লাল:-

লাল মহারজ বোধচন্দ্র সিংহগী সনা হাকতকতা থোকলকপা থৌদোক ব্রিটিসনা জাপান লালগীদমক ডিমাপুরদগীনা ঈম্ফাল ফাউবা হৱাগাড়ী অনি থৈনবা য়ানা লম্বী সেমগৎলমই। অসোমদা অসুম তৌরিঙৈ মনুংদা জাপানসিংনা সিংগাপুর, য়াংগোন, মনদলে, অংকো ফাউবা তকসিল্লকতুনা কবো মনুংদা মী অতোপপা অমসুং কবো মসামকসু লৈবা ঙমদদুনা লোইনা কায়দুনা লান চেন্নরে। অদুগা মনিপুরদা হায়দোরকতুনা লালচেল্লকখ্রে। চেল্লকলিবা মীসিং অসিগী লৈফম নিংথিজনা মেম্বী কোইরেংগৈ অমসুং মেনজোর খুন হায়রিবা মফম অসিদা থমই। মীচেনসিং অসি ব্রিতেননা য়ামনা নিংথিনা পিজ পীথকই অদুগা মনিপুরশ্বর মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহসু সনা খোঙমক লেংদুনা অচা অথক্কী মরমদা অসোয় অঙাম য়ামনা চেকসিন্না মিংয়েং তাবি।

মনিপুরদা ইহান হান্না পাইরকপা বেলুন (এরোপ্লেন) পালচা কুমসিং ৩৩৪০ (খৃ: ৪২ ফেব্রুৱারি) অসিদা পাইরকই এরোপ্লেন অসি মনিপুরদা থুংলবা অসিনা অহানবনি। তসবীর- ফোটো নম্বা লাকপনি লাকপা লম্বীদি তুরেল অচৌবা ঈমফাল তুরেল মরিল সুগনু রোমদগী অসুম পাইরকই অদুদগী লিলোং য়ৌরকই তুরেল মরিলদা পাইরকপনা ঈমফাল য়ৌরকতুনা গোবিন্দগী মন্দির সনা তোপপা তমলকই অদুদগী অমুক কৌব্রু চিংদোল তমখিদুনা ডিমাপুর রোমদা পাইখি।

অদুগী মথংদা পালচা কুমসিং ৩৩৪০ কালেন থা (খৃ: ১৯৪২) দা মনিপুরদা জাপান্না বোম থাদবা হৌরে। মে থাগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎতা বোম ৩ লক্ থাদবদা ঈমফাল ময়োল অপুন্বা কায়দুনা লৱাই থৱাইদা চেন্নখ্রে। অসিগী মতুংদদি মনিপুরদা বৃটেনগী লানমী ময়াম থাজিল্লকপসি চাউরাকনা মসিং থিবা ঙম্বা নৎতে, লাকলাক থাজিল্লকই। ঈমফালগী য়ুম অহাংবা পুমনমক সিফাইনা লৈখ্রে। ব্রটেন সরকারগী লাকলিবা লানমীসিং অসি মীতৈ ময়াম চংদুনা য়েনসাং মনা মসিং খোংদ্রুম মাইরেন, খামেন, পাল, চু, ঙা অসিনচিংবা অসি ৱাৎতনা হুল্লি। মসিগী মনুংদা হামেং য়াউ, সন অসি মীতৈ পাঙলনা হুল্লি। মীতৈ পাঙলনা সন হুনবা অসিদা মীতৈ প্রজানা উরকলে। শ্রীযুক্ত মনিপুরেশ্বর মহারাজদা হংগৎলুরে মীয়াম্না লাউরারিবা ৱা পুম্নমক মুন্না তারগা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টকা তান্নরগা মনিপুরদা সন চানবা হুনবা য়াদে অদুগা লানমীসিংদসু মীতৈগী মমাংদা সন হাৎপা য়াদে হায়দনা মনিপুরদা লৈবা লানমী ময়ামদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী কৃপাদগী ষন য়োনবা অমসুং হাৎপা তৌহনখিদে।

পালচা কুমসিঙ ৩৩৪০ - ৪১ খৃ: ১৯৪২- ৪৩ ফাউবা অসি অসুম তৌদুনা লৈরি। অসুম তৌরিঙৈ মনুংসিদা মনিপুরদা অহিং- নুংথিল অয়ুক নুংদা মতম অহুম অসিদা জাপান্না বোম মরক মরকতা থাদরে মী খরা খরাসু সোকই সিবসু য়াউই। খুরাই চিংগাংবম মানদোপতা মীয়াম উসোবকী চাক চারিঙৈদা জাপান্না মানদোপ মথকতা বোম থাদারকপদা মী য়াম্না সিখি। মফম কয়াদসু মী সিনখি। মনিপুরদা অসুম তৌদুনা লৈরি, কবোরোমদগী জাপানসিংনা মনিপুরদা লেপনদুনা পালচা কুমসিঙ ৩৩৪২ খৃ: ১৯৪৪ মার্চগী তাং ২২ দা কবোদগী মনিপুরদা লানচংলকপা হৌরে। মসিগী মনুঙসিদা নেতাজী সুবাসচন্দ্র বোসনা মনিপুরদা ঐখোয়গী লাল লাকলে হায়দুনা নোটিস অনি অহুমলক থারকই। অদুগা মনিপুরদা লাকইবা তেংগোল অসিসু সুবাসনা পুবা তেংগোলনি। কবোদগী জাপান


BK 111800
10,000
BANK OF INDEPENDENCE
UNLIMITED
10,000
10,000
GOOD WISHES
10,000
10,000

আই. এন. এ. পী নোট (পৈসা)

তেংগোলনা মনিপুর চংলকপা লম্বী মখারোমদা আরাকান, টিদিম ফলাং তুমু লম্বী হৈতুপপোক তুহু লম্বী উখ্রুল লম্বী কোহিমা তাবা ঈমফাল তাবা হায়রিবা লম্বীসিং অসিদা লাকতুনা পালচা কুমসিঙ ৩৩৪২ খৃ: ১৯৪৪ মে থাদা থুংঙদুনা মনিপুর কোইসিনখরে।

কোহিমাদা মতম খরা কাপনরম্লগা জাপাননা লৌখরে, কোহিমা অসিদগী লানমীসিং অদু কংলা তোংবী ফাউবা তকসিল্লকই। উখ্রুলদা লাকপা লানমী মপাউ চীঙ ফাউবা তকসিল্লকই। মখারোমদগী তেংগোল অসিদি মোইরাংগী মায়োকতা তেংগোল অচৌবা সারে মোইরাং কায়দুনা ঙমনা চেনখ্রে। মদুদগী খোইব্রেন তাক তাইরেনপোকপিদা জাপানগী তেংগোন সারে। মসিনা কাংচুপ লম্বী ফাউবা তকসিল্লকই। মনিপুর মনিপুর মনুঙদা লানজাউ হেক থেংনবসি মোইরাংদগী লোকপাচিঙ ফাউবা অসিনা খ্বায়দগী অকনবা অচৌবা লানফম ওইনা লান থেংনবা মাফমনি জাপানগী তেংগোন্না মনিপুর কোইসিন্দুনা সোক্লবসি খৃ: ১৯৪৪ মে জুন জুলাই থা অহুম অসি কাপনখ্রবনি থা ৩ সিগী মতুংদদি জাপানগী তেংগোনসিংসি চেঙ- চাক খুৎসু- খুৎলাই চানা থকনবা ব্রাৎলকপাগা অমসুং চিংজিন (নোংজুথা ওইবনা ঙমলকতদুনা নিংহন্নখ্রে। হায়রিবা থা ' অসিদা মীতৈ পোইরে লৈপাক্লা ব্রাবা, নংবসি হায়নিঙঙাই লৈতে। লানগী মৈসানে চানা থকনবা ব্রাৎপনে, চেনথোক চেনসিনগী সিজিল্লকপনে খৃ: ১৯৪৪গী জানুৱারী অসি ফাউবা বৃটেন লানগীসিংনা জাপানবু কবো তান্না তানথোকখি। অসুমতৌনা খৃ: ১৯৪৫ দদি খরা খরা লান লোইসিল্লকতুনা লানজেন্নখিবা খুদিংমক ময়ুম ময়ুমদা হনজিনবা হৌনরকলে।

পালচা কুমসিঙ ৩৩৪০ খৃ: ১৯৪২ দগী ১৯৪৫ ফাউবা অসি অকনবা লানজাউ মরকতা মীতৈনা অরাপপা লম অমদা চৎলুবা লৈতনা লানমীগা য়েৎসিন্নদুনা অদুমমক লৈখিবনি। অদুনা খৃ ১৯৪৫ ফাউবা অসি

মচা-মচা পরেং-পরেং সাদুনা লুকমাই অচৌবা-অপাকপাসিংদা পোৎচৈসিং হাপ্তুনা থেন্দুনা য়োল্লি। লৈবগী থবকস্তু ঈমা-ঈবেন্সেসিংতনা তৌই। লৈবা-য়োন্বগী থবক কৈথেলদা নুপীসিংতনা তৌনৈ নুপাসিংনা তৌনদে। অনিসুবা জাপন লাল মমাং ফাউবা নুপানা কৈথেলদা পোৎ য়োনবা লৈবগী থবক তৌনরমদে। নুপীত্তনা তৌনরমই।

## খ্বায়লমপল কৈথেল মরক্তা দুকান পুসল্লকপা (নুপী মরক্তা ফৌমান য়ান্সিল্লকপা)

**দুকান**-দুকান হায়বা বাহৈ অসি ফারসী লোন্নি। য়োন্নবা পোৎ ময়াম থমফমসং হায়বনি। সাহেবসিংনা পাল্লবা মতুংদা মখোয়গী খোঙলোয় ওইরকপা বাঙ্গলীসিং অমদি মারবারী ললোন্বসিংদা খ্বায়লমপল লৈথেলগী মখা অমদি অবাংদা লৈবা লমহাংসিংদা লম পিদুনা দুকানসিং সাহন্দুনা মীরৈপাক্তগী পোৎ পুসল্লক্তুনা মীরৈপাক্কী পোৎ য়োন্বা হৌদোকখি। বাঙ্গালীসিংনা মীতৈগী য়ুম্নাক-সাগৈদা খরা তিনখি। অদুগা মারবারীসিংদি মীতৈ য়ুম্নাক-সাগৈদা তিন্দে মারবারী ওইনা ঙসি ফাউবা অদুম লৈরকখি। খ্বায়লমপল কৈথেলগী মখাথংবা মপান কাংজৈপুঙ মনিংদা সদর বাজার হায়দুনা দুকান প্লোট ১৯ পিথোক্তুনা দুকান সাহনখি। অমনা খ্বায়লমপল কৈথেলগী অবাংথংবদস্তু দুকান প্লোট ২০ পীথোক্তুনা পোলিটিকেল এজেন্ট মেক্সুবেল সাহেবকী মিংদা মেক্সুবেল বাজার হায়না মিং থোন্দুনা সাহনখি। দুকানসিংদা নুপানা পোৎ য়োন্বগী থবক তৌদে। মনিপুরদা নুপানা পোৎ য়োন্বগী থবকসিং ময়াং নুপানা য়োন্বসিনা অহান্বনি। পালচা কুমসিং ৩২৮৯ খৃঃ ১৮৯১ গী মমাংদা মীতৈ কংলৈদা (মনিপুরদা) দুকান অমত্তা লৈরমদে।

# দুকান দলাল ওইরকপা

**দলাল**-দলাল হায়বা বাহৈ অসিস্তু ফারসি লোলনি য়ুম অনি মথক-মখা সাবা হায়বনি। মীতৈ লোন্দা সগাই কৌনৈ। পালচা কুমসিং ৩৩৪০ খৃঃ ১৯৪২ গী মমাংদা লৈরম্বা বাঙ্গালি অমদি মারবারী দুকানসিং হায়বদি খ্বাযলমপল কৈথেলগী অবাংথংবদা লৈবা দুকান ২০ (কষ্টুরী থোং ফাউবা) দা লৈবা কষ্টুরী থোংগী অবাংথংবদগী খুয়াথোং ফাউবা লমহাংনি। খ্বায়লমপল কৈথেলগী মখাথংবদা লৈরম্বা দুকান ১৯ (তরামাপল) এমঃ এনঃ বিঃ টকিজ ফাউবা মখাথংবদি কৈসামপাৎ থোং ফাউবা, লম্বীগী মমাং মনিং পবেং লমহাং ঙাক্তনি। অনিশুবা জাপান লাল মতুংদগী পালচা কুমসিং ৩৩৪৫ খৃঃ ১৯৪৭ কী মতুংদগীদি হান্না দুকান ওইনা লৈরম্বসিং অদু দলান বোন্থোকনরকখি।

# দলান প্লোট পিবা হৌরকপা

নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা ঈম্ফালগী ময়োন্দা লৈরম্বা লমহাংসিংদা লনাই মীওইসিংদা লম পিরমদে। ঈনিংথৌ মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতম ফাউবদা লম পীবগী থবক তৌরমদে। সাহেবসিংনা পাল্লম্বা মতমদস্তু মেকসুয়েল বাজার, সদর বাজারদা দুকান খরা পীবা নত্তনা অতৈ লনাই মীওইসিংদা লম পীবগী থবক তৌরমদে।

পালচা কুমসিং ৩৩৪৬ খৃঃ ১৯৪৮ STATE COUNCIL লাকপা মতুংদগী ঈম্ফাল ময়োন্দা লনাই মীওইসিংদা লম পীবগী থবক হৌরক্লে। পালচা কুমসিঙ ৩৩৪৭ খৃঃ ১৯৪৯ দা ভারত লৈঙাক্লোন্দা য়াউরবা মতুং (কংলাগী লম পীবা হৌবা - ১৯৭৩) খৃঃ ১৯৬৩ গী মতুংদগী খ্বায়লমপল কৈথেলগী মখারোমদা লৈবা লমহাংসিং রাজ ভবনগী মনিং কৈসামপাৎ থোং ফাউবা, সোরোক্কী মনিং-মমাংগী লমহাংসিংদা দলাল প্লোট ময়াম পিথোকপা হৌরকখি। মথংদা খ্বায়লমপল কৈথেলগী অবাংথংবা কষ্টুরী থোংগী অবাং খুয়াথোং ফাউবদা লৈবা লমহাংসিং লনাই মীওইসিংদা দলাল প্লোট পিথোকখি।

মথংদা মতম মতমগী লৈঙাক-সাসন পায়রিবসিং অমদি ঈম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিল লাকপদগী খ্বায়লমপল কৈথেলগী অকোয়বদা লৈবা লমহাংসিং ঈনিংথৌসিংগী মতমদগী লৈরকপা ঈসিং চানবা-থক্লবা অমদি মৈহৌ-লাংপোক কন্নবা মফম চানা চানা তৌদুনা থনম্বা ঈসিং-ঈকোম (পুখ্রি) পী।পাটা পীভম লৈক্ত্রদুনা নালা মথক্তা ফাওবা পাত্তা পীরে। সিং ফুন্দুনা দলান প্লোট পীবা হৌরকখি। পুখ্রি ময়াম অমত্তা লৈত্রে। মপান কাংজেপুঙ, ফৈদাপুঙ (সহিদ মিনার) গী অৱাংদা লৈরম্বা লমহাংসিং দলানগী দলান ঙাক্তা লৈখরে। হৌজিক আলুগলি, বোরাগলি হায়না খঙনরিবা অকোয়বদা লৈরম্বা লমহাং ময়াম, পুখ্রি ময়াম অমত্তা লৈত্রে দলানগী দলান ঙাক্তা ঙায়খ্রে। দলান মথোল অনিদগী অহুম, মরি, মঙা, তরুক সাগৎনদুনা হোটেল, কারখানা, স্কুল, বেঙ্ক, লাইসং, মিল, ওফিসসিং লোইনা ওন্থোকখ্রে। গান্ধি ইভিনিয়ুগী খা বাংদা লৈরম্বা লমহাংসিংস্তু দলান প্লোট ওন্থোকখ্রে। হৌ কৈথেল হায়না লৈবম্বা কৈথেল সু দলন প্রোট ওনখবে।

মালেমগী, পৃথিবীগী মফম অমত্তদা উবা ফংদ্রবা, লৈত্রবা, নুপীসিংতনা সিম্ফম ওইবা মীতে খুন্নাইগী হিংবদা চংবা পোৎসিং য়োন্বা লৈবগী সিম্ফম খ্বায়লম পল লাইরেম্বী ঈমাগী সক্তম লাংলিবী "ঈমা কৈথেল" মমিংতা ঙাইসিল্লক্লে। দুকানগা, দলানগা প্লোট পীবদি লেপ্তে। ঈমা-ঈবেলসিংগী সিম্ফম হিংবদা মরুওইবা নোংমদা চংদবা য়াদ্রবা চফু-উয়ানগী পোৎলম - চেং, এন্সাং-নাপী, মনা-মসিং, ঙাতেক-ঙানৌ, মরৈই-মপাং, থুম-মোরোক, ঙারি-ঙাতাই, হৈ-রা, ঈংখোনসিংদগী, কৈসিংদগী পুরক্তুনা থেল্লনবা পোৎফম সঙদি লৈতবনা সোরোক নালাদা থেন্দুনা নোংজু-নুংসা মরক্তা অৱাবা কয়া খাঙদুনা মীয়ামগী সেবা তৌরি। ঈমা-ঈবেলসিংগী পোৎ থেন্দুনা য়োন্নবা কৈথেল সঙসিংদি পাকথোক-চাউথোক্লবা অমত্তা হোৎনবিদে, দুকান প্লোট, দলাল প্লোট মসিংদি হেনগৎলক্লি।

# নিংথৌ পাম্লিগুঁ মতমদা ঈম্ফাল ময়োন থৌরাং লৈরম্বা (ঈম্ফাল টাউন প্লান)

ঙসি ঐখোয়না কংলা হায়না খঙনরিবা মফম অসি ঈপুথৌ পাখঙপা হাক্তক্তগী মীতৈ কংলৈগী কোনুঙ ওইরকপা মফমনি। কংলা কোনুংগী লমখৈদি – মিনুথোংদগী মনিং পাংনা খোয়াথোংলোমদা লাক্লিবা থাঙপাৎ পরেংনা মখারোমদা সনসেম্থোং ফাউবা, সনসেম্থোং বাংমদগী থাঙপাৎ পরেংনা নোংপোক পাংনা পুলৈরোম্বা খোংনাং অদুদগী নোংমৈপুঙ, নোংমৈপুঙদগী অবাং পাংনা অহোংকৈ কৌনাথাবী পরেং (হৌজিক তেলিপটি) ফাউবা অদুদগী মনিং পাংনা থাঙপাৎ পরেংনা মিনুথোং ফাউবা অসি কংলা কোনুংগী লমখৈনি। কংলা থাঙপাৎকী অকোয়বদা লম্বী লৈ, লম্বীসিং অদুগা লমহাংগা তাইনবনি। সম্না হায়রবদা কংলা কোনুংগী অকোয়বদা পাক চাউনা লমহাং থম্মী।

সন্না কৈথেল, কৈথেল অচৌবস্ু কৌই। কংলাগী নোংচুপথংবা মফমদা পাক-চাউনা লৈরমই। ফৈদা পুঙ, মপান কাংজৈপুঙ হাংনা থমই। কৈথেলগী খা-বাংদস্ু লমহাং ওইনা থনম্মী। মেজোর খুল পিঃ দব্লিউঃ দিঃ খোয়াথোং মফমসিং অসিস্ু লমহাং ওইনা লৈরমই। B.O.C., A O.C. খুমন পন্দোম্নচিংবা মফমসিং অসিস্ু লমহাং ওইনা লৈরমই।

কাংচুপ লম্বীগী মখাথংবদনা ফৈদা পুঙ, মনিংদনা মপাল কাংজৈপুঙ পাক-চাউনা থনমই। অমনা রাজভবন হায়না খঙনরিবা মফম অসি মমাংঙৈদা হপ্তা বাঙ্গলা হায়না খঙনরম্মী। মফম অসিস্ু লমহাং ওইনা লৈরমই। মহারাজ চন্দকীর্ত্তগী মতমদা সাহেবসিংনা লৌসিং তৌদুনা সউন সাবু অমগী লমদদি পীবিয়ু হায়জবদা পিথোকখিবা লম্নি। রাজভবনগী মনিংদা লৈরিবা দুকানসিং অসিস্ু লৈরমদে লমহাং ওইনা থনমই। কাখুলোং হায়না খঙনরিবা খুল অসিস্ু সাহেবনা পান্দ্রিঙৈ মমাংদদি লমহাংনি, সাহেবনা পাম্লবা মতমদা খুন্দাখিবনি।

ঙসি জেল সারিবা মফম, ওল্ড বাবুপারা, হেড ওফিস ডাকঘর, টেলিগ্রাফ ওফিস, সেক্রেটরীয়েট, চিফ মিনিষ্টরগী বাঙ্গলা, পুলিস হেড ওফিস, বেঙ্গোলি হায় স্কুল, মনিপুর ফার্ষ্ট বটালিয়ান ওইরিবা মফমসিং অসি সাহেবনা পাল্লবা মতমদা লৈখিবনি অহান্নবদদি লমহাংনি। অস্থু ম্না কংলা কোনুঙগী খা-ৱাং, নোংচুপ-নোংপোক্তা পাক-চাউনা নিংথৌ পাল্লিঁঙেদা লমহাং ওইনা থমনম্মী।

নম্মুল তুরেল হায়না খঙনরিবা তুরেল অসি ঈম্ফাল ময়োনগী ঈশিং থকহন্নবগী থৌরাং (ৱাটর সপ্লাই প্লান) ওইনা থৈরকপা ঈথে তুরেলনি। ঈম্ফাল ময়োনগী তুরেল, খোংবানসিংদা খুন্দাবা অসি তুরেল খোঙবান্দগী ফুট ৪০০/৫০০ হন্দোক্লগা ইংখোন সেমদুনা খুন্দানৈ। মদুগী খুদমদি সেগালম্বী (টিডিম রোড) হায়না খঙনরিবা লম্বী অসিগী নাক-য়েত্তা চাউরবা খোংলম লৈরমই। ঈপান থাদা নম্বোন্দগীনা কৈসামপাৎ ফাউবা হি চৎলম্মী। অস্থুম তৌনা ঈম্ফাল ময়োনগী থৌরাং (টাউন প্লান) অসি ফজনা লৈরমই। ঈম্ফাল পানা (সেন্ট্রেল ডিষ্ট্রিক্ট) অসিবু সাখায় (সবদিভিজন) মরি থোক্লা খায়দোক্তুনা খুরাই, ৱাংখৈ, খ্বাই য়াইস্কুল কৌনা ঈম্ফাল পানা সেম্লমই। সাখায় পুম্নমক লম্বীদগী ফুট ৪০০/৫০০ হন্দোকনা খুন্দা-লৈতাবা ঙাক্তনি।

কংলাগী নোংপোকথংবা ঈম্ফাল তুরেলগী ৱাংমদা লৈরম্বা, কংলাগী লমসিং সাহেবসিংনা লৈরিঙেদা লনাই মীওইসিংদা লম অমত্তা পিরমদে। সাহেবসিং ভারত অমদি মনিপুর থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতুংদা, ঈসানা লৈঙাক সাসন তৌরবা মতুংদা মতম মতমগী লৈঙাক সাসন পায়রম্বা অমদি পায়রিবা লৈঙাক মপুসিংনা অফ-ফত্তা খন্থবা ঙমদবা, অমাঙ-অতোং থিবা, অচুম-অরান থিদবা, তিনসিন্বা হৈবা, খাইদোকপা হৈতবা মীয়ামগী খন্দবা-মসাগীতা খন্বা লৈঙাক মপু খরনা লম খোপচিন্দুনা অমদি লম পিথোক্তুনা ঈম্ফাল ময়োনগী ফজবা থৌরাং, ঈনিংথৌসিংগী মতমদগী থনম্বা লমহাংসিং পুম্নমক

মাঙহন্বা হৌবকখি। পালচা কুমসিঙ ৩৩৭২ খৃঃ ১৯৭৩ দগী কংলাগী নোংপোক থংবা ঈম্ফাল তুবেলগী ৱাংমা, নোংপোকথংবদা লৈবা লমসিং, থাঙপাৎনা কৌইসিন্বা অমদি থাঙপাৎ মবিল যাউনা কংলাগী ফজবা লমসিং পিথোকপা হৌবকখি। পালচা কুমসিঙ ৩৩৮৫ খৃঃ ১৯৮৬ ফাউবদা নোংপোকথংবা কংলাগী লম পুম্নমক থাঙপাৎ মবিলস্থু যাউনা মাংহনখ্রে। হৌজিকস্থু থাঙপাৎ মবিলগী অহাংবা লমসিং খবা, মনুংগী অহাংবা লম খবদা লম পিবা লেপত্রি। খৃ: ২০১০ ফাওবগী ৱাবোইনি।

.......



কংলা কনবা লুপ মীতৈ লৈপাক, ইম্ফাল।
তাং ২৩।০৯।৭৮ ইং

# MEMORANDUM

To

The Honourable Adviser,
Government of Manipur

*Sir,*

We the undersigned on behalf of the people of Manipur beg to submit the following few lines for your kind consideration and speedy action

1. That, Kangla had been an old administrative centre of Manipur from time to time immemorial. It is also a place of pride not only of all the people living in this small state of to-day but of all the Manipuris living outside.

2. That, the ancient rulers and people of Manipur kept this sacred place of ours in firm security from aggressions by digging a moat (Thangapat) all around it which is about 2 kms. Square (or 4 miles in perimeter approximately), the old course of which in still existing, whereas the western half of it in a present under the Kangla Park scheme when the eastern half in silently losing its own trace being occupied by encroachers recently.

3. just at the centre of this old capital providing entrances of all sides, indicates the skilful and just administration of the past rulers on the one hand and remains us rather of the wisdom and architecture of our ancestors.

4. And that, from the administration point of view, the to-

pography of Kangla, situating just the heart of the valley of the Imphal River running through it, the magnificent straight rectangular roads crossing just at the centre of this old capital providing entrances of all sides, indicates the skilful and just administration of the past rulers on the one hand and remains us rather of the wisdom and architecture of our ancestors.

5. Also that, there are still historical monuments inside the campus exposing to the constant weathering and suffering decay, though they are worthy of protection and preservation.

6. These facts, being a few of the historical background of Kangla, we deem it high time that a planning should be taken up to preserve this old capital of ours and the moat be redug up all round it to perpetuate its lasting fame and to attract the visitors and tourists from outside to learn its past glory.

7. We further beg to remind you that suggestions have been made recently by the politicians and intellectuals for transferring important administrative units inside the campus of Kangla. This idea is highly praised by the general people.

8. Besides, the government is also planning a series of schemes to be taken up for the expansion of town, its beautification, and development of tourism etc. In this connection also it deserves mentioning that the proposed extention of the Kangla Park scheme will not only result in the expansion of the town but also will make the capital more fascinating than overto the visitors and tourists. And thus it may be developed into a

tourists centre. Further, the roads round it, if developed will become a beautiful venue for many State functions like Republic day Celebration etc.

9. Further we feel that these schemes indirectly help to promote the film industry which Manipur can do to day proud of.

10. Lastly, it is also desirable, therefore, that the ugly enchroachments in and around the campus of Kangla be removed to make provisions for this planning or other schemes which the government may take up subsequently or in future.

A map of the Kangla Park in enclosed herewith for your kind reference.

Imphal,
The 20th August, 1973.

*Yours faithfully,*

(S. Kuleshwar Singh)
Kangla Park Extensiun Demand Committee

*কংলা পার্ক্কী নোংপোক্রোমদা শাংদোকহৌনবগী মতাংদা ইকাইখুম্নরবা এডভাইজর টু দি গবর্নর শ্রীছিবরদা কংলাপার্ক এক্সটেনসন ডিমান্দ কমিটিনা পিখিবা মেমোরেন্দমগী শন্নপ্পা বারোল ঃ-*

# মেমোরেন্দম

মাননয় এডভাইজর টু দি গবর্নর

মনিপুর সরকার ।

ঐখোয় মখাদা সহি তৌজরিবশিংসিনা মনিপুর প্রজাগী মহৎশিন্না মখাগী বাফম খরসি নৈনবিনবগীদমক অমদি অথুবা থবক লৌখৎপিনবগীদমক লাখোকচরি।

১) মদুদি কংলা হায়বসি মতম কুইনদগী হৌনা লৈরকবা লৈপাক ঙাক্নোনগী ময়োল ওইদুনা লাকই। ঋসি মনিপুরগী মনুং অমসুং মপালগী মনিপুরি খুদিংমক্কী চাউথোকচনিংঙাইনি।

২) মদুদি কংলা নিংথৌশিংনা অমদি প্রজাশিংনা মসিগী অকৌইবদা থাঙপাং অমা তৌরমই। ঋসিনা কোনুং অসিবু লালহৌবা কাংবুদগী ঙাকথোক্লমই। কিলোমিটর ২ রোমগী স্কোয়ার ওইবা থাঙপাং অসিগী নোংচুপথংবা শরুক্তি কংলা পার্ক স্কিমগী মখাদা থবক লৌখৎখরে। অদুবু নোংপোকথংবা শরুক্তি লম ককশিন্নখিদুনা মমি মুৎপা হৌরক্লে।

৩) থাঙ্গপাৎ অসিনা কংলাবু ঙাকথোকপগা লোইননা অমদি পোৎ থাংদোক-থাংজিনগী কান্নহল্লম্বগা লোইননা সহর মচা অসিগী ফজবা অমম্বুং মশুন লৈকম্বু হেন্সংহল্লমই।

৪) অদুগা লৈবাক ঙাক্লোনগী মাইকৈদা য়েংলুরকম্বু কংলাগী লৈরম্লিবা মফম অসি হায়বদি মনিপুরগী তম্পাক ময়াইমক্তদ, লৈবা, ইম্ফাল তুরেল্না ময়াইদা চেল্লিবা, অচুম্বা লম্খেলশিংনা ময়াইফাওনা চৎলিবা অদুগা মাইকৈ খুদিংদগী চংফম থনল্লিবা মওংশিং অসি য়েংলুরগা মমাংঙৈগী নিংথৌশিং অদুগী লৈবাক ঙাকপদা হৈ-শিংবা অমদি মতম অদুগী অহল-লমনশিংগী লৌশিং শিংবা অমদি খুৎ-শা হৈবদু তাকই।

৫) অদুগা হৌজিকফাউবা মফম অসিদা ইতিহাসিক ওইনা ফুরাশিং লৈরি। মখোইশিং অসি নিংথিনা শেমজিন্দুনা তেক্ত-কাইদনা থমফম থোক্লকম্বু অতৎপা লৈতনা নুংশিং-নুংশা লাংদুনা নিংখাইরক্লবনি।

৬) ঈতিহাসকী ওইবা মফম অসি মতম শাংনা লৈহৌনবগীদমক কোনুং অমম্বুং থাঙ্গপাৎ অসি শেমজিন্নবগী থৌরাং পাইখৎপা অমম্বুং মসিগী মিংচৎ শাংনা লৈহৌনবগীদমক থৌরাং পাইখৎপা মতম ওইরে। থৌরাং অসিনম্বু মপালগী লমকোইবা কয়াবু চিংশিনগনি অমদি লৈবাক অসিগী ফজরবা মিংচৎ নৈনরগনি।

৭) মসিমম্বু নিংশিংনিংঙাই ওই মদুদি হন্দক্তা রাজনিটিগী মীওইশিং অমদি লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা লৈবাক ঙাক্লেনগা মরি লৈনবা বিভাগশিং কংলাগী মনুংদা হোংজিন্নবগী থাফম হৌদোক্লরকখি। মীয়াম্না থাফমসিবু য়াম্নম্বু থাগৎনৈ।

৮) মসিদা নওুনা সরকারনা মখল-মখা অয়াম্বা থৌরাংশিং টাউন চাউথোক্লবা, সহর ফজহন্নবা অমদি ট্যুরিজম চাউখৎনবা কয়াম্বু তৌরি। মতাং অসিদা পম্বা য়াবা অমদি কংলা পার্ক শাংদোকপা হায়বসিনা সহরবু চাউথোকহম্বতা নওুনা কোনুং অসিবু লমকোইবশিংগী মিওা শুম্মৎনিংঙাই ওইহনগনি। মতৌ অম্মুম্না

মফম অসি ট্যুরিষ্ট সেন্টর অমা ওইরক্কনি। মসিগী মথক্তা অকোইবদা লৈরিবা লম্ফেলশিং অসি শেমজিন্নবদি ষ্টেটকী ওইবা কুম্মৈ-ফিওংশিং হায়বদি রিপব্লিক ডে নচিংকগীদমক য়াম্না ফজরবা মফম ওইগনি।

৯) অদুগা থৌরাংশিং অসিনম্তু ঙসি মনিপুরনা চাউথোকচনিংঙাই ওইরবা ফিলম ইন্দষ্ট্রি চাউখৎহন্নবদম্তু নাকোইননা মতেং পাংবা য়াই।

১০) অদুগা অরোইবা ওইনা, মরমখিবিক অসিদগী কংলাগী মনুং অমম্তুং অকোইবদা লৈরিবা লম কনশিল্পিবশিং অসি তকথোক্তুনা সরকারনা হৌজিক নত্রগা মতুংদা পাইখৎপা য়াবা থৌরাং কয়াগীদমক থম্মীবা য়াই।

মে ২০/০৮/১৯৭৩ ইং সহি/ এসঃ কুলেশ্বর, সেক্রেটরি

ইম্ফাল।! (কংলা পার্ক এক্সটেন্সন ডিমান্দ কমিটি)



পালচা কুমসিঙ ৩৩৯৮ ১ বাকচিং (খৃ: ১।১।১৯৯ ইং) দা বাকচিং চৈহৌ থা থৌবম নিংসিংবা।

# MEMORANDUM

To

The Honourable Chief Minister,
Government of Manipur

*Sir,*

We the undersigned on behalf of the people of Manipur beg to submit the following few lines for your kind consideration and speedy action.

1. That, Kangla had been an old administrative centre of Manipur from time to time immemorial. It is also a place of pride not only of all the people living in this small state of to-day but of all the Manipuris living outside.

2. That, the ancient rulers and people of Manipur kept this sacred place of ours in firm security from aggressions by digging a moat (Thangapat) all around it which is about 2 kms. Square (or 4 miles in perimeter approximately), the old course of which in still unexisting, whereas the western half of it in a present under the Kangla Park scheme when the eastern half in silently losing its own trace being occupied by encroachers recently.

3. And that, when Kangla itself flourished with its own glory in the past, the water chanel besides its being important for the protection of the old capital and for serving means of water transportations in those days of antiquity rather increased the promptness and

magnifiency of the citadel.

4. And that, from the administration point of view, the topography of Kangla, situating just the heart of the valley of the Imphal River running through it, the magnificent straight rectangular roads crossing just at the centre of this old capital providing entrances of all sides, indicates the skilful and just administration of the past rulers on the one hand and remains us rather of the wisdom and architecture of our ancestors.
5. Also that, there are still historical monuments inside the campus exposing to the constant weathering and suffering decay, though they are worthy of protection and preservation.
6. These facts, being a few of the historical background of Kangla, we deem it high time that a planning should be taken up to preserve this old capital of ours and the moat be redug up all round it to perpetuate its lasting fame and to attract the visitors and tourists from outside to learn its past glory.
7. We further beg to remind you that suggestions have been made recently by the politicians and intellectuals for transferring important administrative units inside the campus of Kangla. This idea is highly praised by the general people.
8. Besides, the government is also planning a series of schemes to be taken up for the expansion of town, its beautification, and development of tourism etc. In this connection also it deserves mentioning that the proposed extention of the Kangla Park scheme will not only result in the expansion of the town but also will make the capital more fascinating than overto the visi-

tors and tourists And thus it may be developed into a tourists centre. Further, <u>the roads round it, if developed will become a beautiful venue for many State functions like Republic day Celebration etc.</u>

9. Further we feel that these schemes indirectly help to promote the film industry which Manipur can do to day proud of.

10. Lastly, it is also desirable, therefore, that the ugly enchroachments in and around the campus of Kangla be removed to make provisions for this planning or other schemes which the government may take up subsequently or in future.

A map of the Kangla Park in enclosed herewith for your kind reference

Imphal,
The 20th August, 1977

Yours faithfully,

(S. Kuleshwar Singh)
Kangla Preservation Demand Committee



Kangla Preservation Demand Committee

# লমদম অসিগী মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা

## " কংলা কনবা লুপনা লৈঙাক মপুদা পিবা থাকৎ চেরোল"

*ইকাইখুম্নরবা ইরৈপাক্কী লৈঙাক মপু*

"কংলা কনবা লুপ" না মীতৈ চীংমী তম্মী মীয়ামগী মহুৎশিন্দুনা মীতৈ লৈপাক্কী অরিবা কোনুং কংলাগা মরি লৈনবা থাফম খরদং খঙহল্লরি। মদুদি চহীরোল কয়াদগী লৈরক্লবা অরিবা কোনুং কংলা অসি মীতৈ চীংমী তম্মীগী কংলৈরোল (ইটিহাস) গা য়াম্না মরি লৈনবা মফম অমা ওইবতা নত্তনা মীতৈ ইপা-ইপুশিংগী শেংলবা মফম অমম্ভু ওইরিবনি। ঙসিদগী হঙ্গৎনা থিবদা চহী ৮৭ লোমতমক ঙাইহরিবা ইং ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৭ কি মমাঙ ফাওবদি মীতৈ চীংমী তম্মীগী নিংতম ফিরালনা কংলা অসিদা মনিংতম্না পাইরম্মিবনি।

পিক্লবস্থু পিক্না মীতৈ লৈপাক মতম অমদা মালেমগী নিংতম্বা লৈপাকশিংগী মরক্তা মশোং ফম্না মঙাল শাম্না পাক্লম্বনি। লোয়নন্না কৎথোকপা ঙম্বা থৌনাফবা কয়া পোকখিবা লমদম অমা ওইকনা য়ুমথংনবা লৈপাক কয়ানস্থু মকোক নোক্লম্বা লোয়নন্না লৌইপোৎ কয়া কারক্লম্মীবনি। মীতৈ চীংমী তম্মীগী ফুরুপ্পা হিংবগী মশক শেংবা হিংননবা ঙসিস্থু লমদম অসিদা কৎথোকপা ঙম্বা থৌনাফবা কয়া থোরকপা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি। অদুগুম্বা তুংগী থৌনাফবা কয়া থোরক্লবগীদমক অচৌবা মচাক অমা ঙসিগী অরিবা কোনুং কংলা অসিনা ওইরিবনি মফম অসিগী চেকশিম্না লৈরম্বা লানকলগী মওংশিং লোয়নন্না অমুকস্থু কোনুংবু য়েক্লবশিংনা ইরাই লায়না চংশিক্লকপা ঙমদনবা পাৎনা ইকৌই কৌইশিন্দুনা থম্লম্বা পুম্নমকশিং অসি য়েংলগা নিংতম্বা পাম্বা মীতৈ ইপা-ইপুশিং অদুগী অশেংবা থৌনা লিংজেল অদু অমুকহন্না লাক্কদৌরিবনি।

কংলাগী অকৌইবদা পাৎনা কৌইশিল্লিবা লোয়ননা মাইকৈ মরিদা সন্নাথোঙ ফাত্তনা থোঙ ঙাকপা লান্মী থৌগল্লোইশিংনা চেকশিন্না ঙাক্লম্বা অসিনা মতম অমগী মীতে লৈঙাকপশিংগী লান্দা হৈশিংলম্বা অমসুং চেকশিন্নম্বগী মমি অমা ময়েক শেংনা তারি। মরম অদুনা কংলাগী শক্তম মাঙহন্বা হায়বা অসিদি মীতে চীংমী তম্মীগী কাংলুপ মালেমগী লৈমায় অসিদগী মুৎখিনবা হোৎনবা ওইগনি।

বাফম অশোমদদি য়াম্না অরুবা মতাং অমা ওই। তুং ফাওবগী নিংশিং খুদম ওইদুনা লৈহৌগদৌরিবা মফম অসি মাংহন্নিংদবা, মপা-মপুগী খোসুল লিননবা চংশিল্লিবা, থৌনাফবা, মরৈপাক নিংবা কয়া লমদম অসিদা লৈরমগনি হায়বসি ঙসিগী লৈঙাকপশিংনা তঙাইফদনা খঙবীফম থোকই।

অশেংনমক, ইপা-ইপুশিংনা থম্বীরম্বা অশেংবা মীতেগী ইপোৎ-ইরলবু নমদুনা মাংহন্নবা হোৎনরবদি লৈপাক অসিদা ইমু-নাইমু তানবগী অচৌবা বাথোক কয়া থোক্লৈইদৌবগী মরম লৈতে। মশাগী তোংঙান্বা শক্তম লৈজবা ফুরুপ অমবু মুৎথৎনবা হোৎনবা হায়বা অসিদগীনি মালেমগী লৈমাইদা ফুরুপ মশেলগী মরক্তা ইমু-নাইমু তানবগী লাল তত্তনা থোক্লিবা।

মরম অসিনা লৈঙাক মপু অমসুং লৈঙাক থৌপুবিরিবশিংনা লমদম অসিগী তুংগী মীরোল ফাওবগী য়াইফনবগীদমক খন্থবীদুনা অথুবা মতমগী মনুংদা থবক ওইনা পাঙথোকপীরক্কনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থম্বগা লোয়ননা "কংলা কনবা লুপ" না মথাগী বাকৎ খরা অসি লানখৎচরি।

**বাকৎশিং ঃ–**

১) হৌজিক হৌজিকমক কংলা পাৎকী অবাংথংবা শরুক খর ফুঙিন্বা হৌরক্লিবা অসি খুদক্তা লেপহন্বীয়ু।

২) অবাৎপা পাৎকি মরিলশিং অসি তৌথোকপীদুনা মমাংঙৈগুম্না কংলাবু পাৎনা মায়কৈ মরিদা কৌইশিলহন্বীয়ু।

৩) কৈথেল অচৌবা (খ্বাইরমপল) দগী কংলা ফাওদুনা নোংমাইজিং তাবা লম্মী শেম্বগা লোয়নননা নোংপোক থোং শাননবা অথুবা থবক পায়খৎপীয়ু।

৪) মরম চাদনা লৈশিল্লিবা ৪শুবা আসাম রাইফল্‌স য়াম্না থুনা হোংদোকহন্দুনা কংলাদা মীতৈ চীংমী তম্মী য়েক সালাইচাশিংনা ইপা-ইপুগী খুবম নিংশিংবদা নিংতমহল্লীয়ু। লোয়নননা বাকৎশিং অসিগী অরেপ্পা ফিরেপ অমা তাং ২৩/০৯/১৯৭৮ ইং ফাওকী মনুংদা লৈঙাক লোইশঙগী মায়কৈদগী মীয়ামদা শেংদোকপীয়ু।

করিগুম্বা মীয়ামগী বাকৎশিং অসিবু লৈঙাক লোইশঙনা থওইবীদ্রবদি "কংলা কনবা লুপ" না মীয়ামগা লোয়নননা পায়খৎফম থোকপা থবক পায়খৎলগনি মদুদগী থোক্লকপা অফবা-ফত্তবা পুম্নমক্কী মাহেদি লৈঙাক লোইশঙগী ওইবীগদবনি।

বাকৎচরিবা ঃ-

কংলা কনবা লুপ, মীতৈ লৈপাক, ইম্ফাল,

## শিন্দোকপা বাকৎচেরোল থারিবশিং ঃ-

১) ইকাই খুম্নরবা কংলা শঙলেন মপু।
২) ঈকাই খুম্নরবা শেল থুমগী মন্ত্রি।
৩) লৈঙাক লোইশঙগী থৌপুলোয় (এমঃ এলঃ এঃ)।
৪) ইম্ফাল মিউনিসিপালিটিগী থৌবুরেন (প্রেসিডেন্ট)।
৫) ডিপুটি কমিস্নার, সেন্ট্রেল ।
৬) অতৈ মরি লৈনবশিং ।

কংলা কনবা লুপ মীতৈ লৈপাক, ইম্ফাল।

তাং ১৬/০৯/৭৮ ইং

চেজাই

**অফ-ফত্তা পুন্নমক লৈঙাক লোইশঙগী ওইগদবনি**

* কংলা পাৎ ফুম্বা য়ারোই ।
* অবাৎপা পাৎকি মরিল তৌথোক্কদবনি ।
* নোংপোক থোং শাদুনা কংলাগী নোংপোক লম্বী হাংগদবনি।
* আসাম রাইফল্‌স হোংদোক্তুনা কংলাদা মীতৈ চীংমী, লোয়ামী অমস্তুং তম্মীনা ইপা-ইপুগী খুভম নিংশিংবদা নিংতমহনগদবনি।

বাফমশিং অসি থওইদ্রবদি লমদম অসিদা ইমুনাইমু তানবগী অচৌবা বাথোক অমা থোক্রোই হায়নিংঙাই লৈতে।

হন্দক্কী কংলা পাৎ ফুম্বগী মতাং অসিদি ইপা-ইপুশিংনা হায়নবা লৌরি-শিংজা কা শোকপা হায়বদুমক থোক্রবনি। মরম অদুনা লমদম অমগী অশেংবা কংলৈলোন (ইটিহাস) মুৎথৎপা পামদবা মরৈপাক নিংবা মীওই কয়াগী পুক্নিং শোকপা বাফম অমা ওইবনিনা তুমিন্না লৈবা য়াররোই।

কংলা কম্বা লুপকীদি মীয়ামগা লোয়ননা মথৌ মশক খঙদবা লৈঙাক লোইশঙগী মথক্তা হন্বা লৈতবা খোংজং অমা চংশিল্লগনি।

ইরৈপাক মচা পুন্নমকস্তু কংলা কম্বা লুপ্না চৎথরকপা থবক থৌরম পুন্নমক্তা অঙম্বা শরুক য়াবীয়ু।

কংলা কনবা লুপ

মীতৈ লৈপাক, ইম্ফাল

তাং ২৩/০৯/৭৮ ইং

# মীতৈ কংলৈ (মনিপুর) দা নাগা লৈতে

শম্লপ্পা বারি লিখুন ঃ– নহাননোং লাইনিংথৌ সনাইলেন সিদবা লাইলেনপী লৈমলেন সিদবী অমদি লাইয়ামসিংনা কৌপলু চিঙদগী তম্পাক্লমদা কুমথরক্তুনা কংলা থেনপুঙদা থুংলরে। লৈরোন নোংলোন কয়াৎ য়েংদুনা য়ুমকৈ শাদুনা কোনুং ওইনা পান্নে। কংলা ঈম্ফমবু লাইয়ামসিংনা পানবা মফমনি হায়বগী কংলা লাইফম হায়না কৌখরে অস্তুম তৌনা পান্নবদা লাইনিংথৌ সনাইলেন সিদবা অমদি লৈমরেল সিদবী অনীগী তাইবংপাল কুমহেদা লাইগী মহেবু তাইখংমী ওইদুনা কোনচিন তুকথবা ঈপুথৌ পাখঙপা পোক্লে।

ঈপুংলোয়নবা অপকপা সিদবা তেংবানবা মপুগী হকচাং কয়াত্তগী তাদুনা থোকখিবা লাইনুরা ৭ কা ঈপুঙথৌ পাবঙপগা পান্নদুনা মঙাঙ, লুবাঙ, খুমন, অঙোম, মোইরাঙ, খা-ঙানপা, সনাই-লৈসাংথেম মপারী তরেৎ পোকলে। মপারী ৭ কী কংলৈ তরেৎ থোক্লা য়েনথোকপিরে। অস্তুম তৌনা কংলৈ ৭ কী চাদা নৌদা মসিং য়ামখৎলক্তুনা লোয়ালম ফাউবা পাকসন্না খুন্তা-লৈতাদুনা পানবা হৌরকলে। লোয়ালমদগী অমুক সা-ঙা, তু-খোং, পাৎ-কোম, উহে-বাহে, পান-মঙ্গা মরাং কায়না ফংবা মফম মফম য়েংদুনা লৌইপী চিঙদস্থু খুন্দাবা হৌরক্লে। লোয়ালম (চিঙগা-তমগা লোম্নবা) অবাং সেকমাইদগী মখান, মখান্দগী মকুই, মকুইদগী কৌপলুচিঙ কাখিবা ফুরুপ মখেবু মীতৈ কবুই হায়না লোয়ালমদা লৈহৌবা ফুরুপনা খঙনখি। মীতৈ কবুইদগী কাঙলুপ খাইদুনা মথৎ-মথৎ খুন্দাখিবসিং ঃ - লিয়াংমৈ, রোংমৈ, জেমৈ, থাঙ্গালমৈ, মরেমমৈ, মাউমৈ, পাউমৈ অমস্থুং পুইমৈ। খিপোমৈ, (কোহিমা) দা খুন্দাখিবা কাংলুপসিংনা লিয়াংমৈ, আউমৈ, অঙ্গামৈ, লোথামৈ, জেলিয়াংমৈ হায়না খঙনখি। মীতৈ কবুইগী য়েক-সনাইদি পামৈ, নিউমৈ, সিংরেংমৈ, খিউমৈ, মরেলমৈ, চরাংকতিংমৈ অমস্থুং রাউমৈনি। মখোয়না নাংকী জগোই সাবা মতমদা কোকতা উচেক লাংমৈদোংগী মচু থেৎকনি।

লোয়ালমদগী মৈইরাং লাইচি কাখিবা কাংবুসিংনা মীতে কোম হায়না খঙনখি। কোম ফুরুপ্তগী খাখিবা কাংলুপসিং ঃ- অনাল, কৌইরেং, চিরু, চোথে, পুরুম, আইমোন, খোঁইরাউ, লমকাং, খারম, মোয়োন, মোনসাং অমস্তুং সাকাং। তরাউ কোমগী য়েক-সলাইসিংদি ঃ– রগুং, থাউ, মলিম, পালপা, লাংসাই, মকল অমস্তুং কক্কুং।

মৈরম লাইচি মাইকৈদা কাখিবা ফুরুপ্পুনা মীতে মরিং, খোঁইপু মরিং হায়না খঙনখি। উসোইপোকপীদগী ফুনাল, ফুনালদগী মথং-মথং কাখি। মীতে মরিংগী য়েক সলাইসিংদি ঃ- দম্লো, রজা, দিংথোঁই, চোংদুর, থোঁইতক, সমপার অমস্তুং থাঙঙা।

মৈরম লাইচি মাইকৈদা কাখিবা ফুরুপ্পুনা মীতে তামখুল হায়না খঙনখি। লেপশুম, লেপশুমদগী মথং-মথং কাখি। মীতে তামখুলগী য়েক সালাইসিংদি ঃ – দুইদাং, সাদাং, খোদাং, খাপুদা, চৌদাং, কৈথুদাং অমস্তুং কিংদাং। অস্তুম তৌনা তমদা লৈহৌবা ফুলুপ্পুনা তমগী "পু" হায়না ; লোয়ালমদা লৈহৌবা ফুলুপ্পুনা লোয়গী "পু" হায়না; চিঙদা কাখিবা ফুলুপ মখেবুনা চিঙগী "পু" হায়না "পু" অহুম থোকখি।

পালচা কুমসিঙ ৩০৯৫ (হৈং ১৬৯৭-১৭০৭) দা তুপী চলাইলোমপা ঈনিংথৌগী মতম ফাউবদা মীতে কংলৈপাক্তা য়েক-সলাই ৭ কী তমগী মী, লোয়ালমগী মী, চিঙগী মী অহুমগী লোল, নাৎ, লিকচৎ (ধর্ম্ম) অমত্তা ওইনা লৈরমই। তমগা লোয়াগা, চিঙগা চারৌ-মৌরৌনদুনা পুকচেল-খোয়জেল মান্নানা নুংঙাই-য়াইফবা, বাত্ত-পাদবা লৈপাক অমা ওইনা লৈরমই।

পালচা কুমসিঙ ৩১০৭ (হৈং ১৭০৯-১৭৪৮) পামহৈপানা নিংথৌ হেক ওইখিবদগী লৈপাক অসিদা পুমঙন ওনবা অওনবা অমা লাকখি। সিলেত্তগী সান্তিদাস গোসাই থুংলরে। কুমজা কয়া হৌখরে। মীতেগী মরোল খঙলবগা নিংথৌ মাগী মফমদা ওইদবা পরেং সাবিরে। নিংথৌবু হান্না "ময়াংগী ধর্ম্ম " লৌহন্নে। সান্তিদাসকী মনাই অথোঁইবা গোপালদাস কৌবদা

লাইমিংগী পথাপ লৌখিবনা "গোপাল সিংহ" কোলোই হোংজরে। গোপালসিংহ হায়বা মীং অসিনা মীতৈ কংলৈপাক্তা নোংচুপলোমগী ময়াংগী মীং থোম্বা হৌবসি অহাম্বনি। পামহৈপা নিংথৌসি গোপালসিংহ মীংগৌরুঙে লৈপাক্কী বাথিংকাই ওইরে। নোংচুপলোমদগী লাকপা ময়াং লাইরবা অতোন-অতাবু নাউকোম্বিরে হায়দুনা গরিবনিবাজ হায়না মিংথোল অমমুক সান্তিদাসনা থোম্বিরে। মথংদা নোংচুপলোমগী মীনা থেম্বা য়াই হায়বগী মায়চৌ খোংনাংথাবনা "নিংথেম" হায়না মিংথোল অমমুক থোম্লে।

অস্থুম চৈরক অসিদা ময়াংগুরুনা হায়রক্লে। হে নিংথৌও নঙগী লৈপাক পুম্বা রামান্দি ধর্ম্ম লৌহল্লসি অরিবা লিচৎ হোংহন্দুনা অনৌবা ধর্ম্মদা চৎনরসি হায়না তাকপিরে। ময়াংনা হায়বদা য়াদুনা লাক্লিবা পামহৈবনা সগোল পাউবু চেন্দুনা নমদুনা রামান্দি ধর্ম্ম লৌহল্লে। চিঙদা লৈখিবা চিঙমীসিংদি অনৌবা লিচৎ রামান্দি ধর্ম্ম লৌ হায়বা য়াখিদে। হান্না ঈপা-ঈপুনা চৎলম্বা লিচৎ (ধর্ম্ম) অদুম চৎখি। লোয়ালমদা লৈবা লোয়াগী মীসিংস্থু রামান্দি ধর্ম্ম লৌ হায়বা য়াখিদে। অস্থুম তৌনা তমগী মীসিং নমদুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা "পু" অমা লোয়ালমগী রামান্দি ধর্ম্ম চৎলু য়াদবা হান্নগী ঈপা-ঈপুগী লিচৎ চৎপা "পু" অমা চীঙগী ধর্ম্ম চৎলু য়াদবা "পু" অমা অস্থুম্না তমদা লৈবা তম্মী, লোয়ালমদা লৈবা লোয়াগী মী, চিঙদা লৈবা চিঙগীমী হায়দুনা "পু" অহুম থোকখি।

## মনিপুর থোনখিবা:

হে নিংথেমও লৈপাক অসিগী লাই অথোইবদি মনি কৃর্ত্তি থাম্বগুম্লে। লৈপাক অসিগী অচুম্বা নত্তেয়ে লাইফম্বু ওইরিবা মনিপুর কৌবা মমিংবু লৈপাক্কী কোলোয় মিংলেন ওইরগে হায়বদা, নিংথেম ময়াথং হোয়ারে। ঙসি কৌবা নোংদগী মীতৈ পোক্লফম কংলৈপাক অসি গুরুগী য়াথং লৌনা মনিপুর কেলোইনরে অসি বাবু লাউথোক্লে। মীতৈ কংলৈপাকপু মনিপুর মিংলেন থোনখিবদগী মীতৈ লোনস্থু মনিপুরী লোন ওনখরে। মীতৈ কংলৈপাক্কী লম্মিৎ-তুমিৎ, মিংকৌ-থাকৌ পুম্নমক মনিপুরী লোন্দা থোম্বা হৌরক্লে। মীতৈ

কংলৈপাকপু মনিপুর, মোংবাহন্বা উমংলেম্মু মহাবলি। লংমাইচিঙবু বারুনীচিঙ, হীয়াংথাং লাইরেম্বী -কমখ্যা, সেলোই লমাঙতোং - বিষ্ণুপুর, ঈম্ফাল তুরেলবু বিজয়া নদী, চিংখৈ নিংথৌবু মহাদেবা, বাংব্রেনবু যমরাজ। মিঙ্গৌম্বু ওম্বা হৌরকখি। অমু - কলা, চাউবা - বোরা, থম্বালবু কোমোল, লানঙম - রঞ্জিৎ, য়াইফবা - জয়, থাবল কক্ক চান্দনী, সোরারেন - ইন্দ্র, ঈয়াম্বা - - তাদা, ঈতোন খুরা অমস্তুং ঈমান - মামা।

## মৈত্রবাক মনিপুরঃ

মহারাজ চুরাচান্দনা মৈত্রবাক মনিপুরগী নিংথৌ ওইবা মতমদা মনিপুরীনি হায়জবা পাম্বা মৈতৈ মচাসিংগী মহুম ফারে। খৃঃ ১৯৩৪ দা নিখিল মনিপুরী হিন্দু মহাসভা লিংদুনা অসেং-অমাংগী ইন্থোক-ইন্সিন তৌরে, সেংদোক-সেংজিন্দা সেন্দান লম্বী ওইনখি। গৌর ধৰ্ম্ম চত্তবাম খৈ সোক্ক-সম্মবা চংনবা য়াদে হায়খি। হাউ, ময়াং, মৈতৈ, পাঙল, লোই, সাহেব হায়না জাৎ নিংথৌনা লুচিংবা ষ্টেট ডরবারনা য়াখি। মৈতৈ মনিপুরীসিং কাষ্ট হিন্দু ওনখি। মৈত্রবাক মনিপুর হিংহম্বদা গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট ১৯৩৫ না য়াবীখি। মীতৈলোন, মীতৈ নাৎ, মীতৈ লিকচৎ (ধৰ্ম্ম) মাঙবা হৌরকখি। চিঙগী "পু" চিঙমী, লোয়াগী "পু" লোয়ামী গৌর ধৰ্ম্ম চৎনবা, সেংদোকপদা সেন সের অমা (লুপা ৮০ গা পাই ৮) লৌহি। গৌর ধৰ্ম্মগী মায়োক্তা খৃষ্টান, মুসলমান ধৰ্ম্মগী ঈহৌ সাগৎখি। মতম কুইনা মীতৈনি হায়না হিংজরম্বা অমদি হিংজরকপা পুম্নমক কাং-খোং চাইনখি।

খৃঃ ১৯০৮ দা পেত্তিগ্রু সাহেবনা চিংগী "পু" কাংবুসিং অমদি লোয়াগী "পু" ফুরুপসিং সেন সের অমা (লুপা ৮০ পাই ৮) পীদুনা সেংদোকপা ঙমদবামখৈ খৃষ্টান ধৰ্ম্ম দা পুন্সিনখি। খৃঃ ১৯০৮ দা ইহান হাম্না মীতৈ কংলৈপাক্তা (মেনিপুরদা) খৃষ্টান ধৰ্ম্ম দা লাইমিং লৌখিবা মীওইসিংদি - লোয়ালমদগী পোরোম সিংহ, উখ্রুলদগী রুইচুমহাউ তাংখুল, লুইখম তাংখুল, এমঃ কেঃ সিমরে তাংখুল, অবান গারো, কাংপোপিদগী হেনখুপ কুকি, পাখো কুকি, উখ্রুলদা ইহান হাম্বা চর্চ সাদুনা খৃষ্টান ধৰ্ম্ম চৎপা হৌখি।

জাপান লান মতুংদগীদি চিংদা লৈবা চিংমীসিং ঃ — কবুই, কোম, মরিংসিংন্সু খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা হৌরকখি। তমদা লৈবসিংদি অয়াম্বনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চত্তে হান্নগী ঈপা-ঈপুগী লাইনিং (ধর্ম্ম) চৎলি। লোয়া লমগী ফুরুপসিংদি খৃষ্টান ধর্ম্মন্সু গৌর ধর্ম্মন্সু চৎখিদে। ঙসি ফাউবা মীতে ঈপা-ঈপুনা চৎলম্বা লিকচৎ, মনাৎ, লোন অদুম ঙাক্তুনা মীতে অরিবা ওইনা ঙসিফাউবা চত্তুনা লৈরি। ঈনিংথৌ খাগেম্বা মতমদগী মীতে য়ুম্নাক-সাগৈ ওল্লকুবা মীতে পাঙলসিংন্সু পেণ্ডিগ্রু সাহেবকী মতমদগী মুসলমান ধর্ম্ম লৌখি। মীতেগী মীঙৌ-থাগৌ থাদোক্তুনা মুসলমানগী মীঙৌ-থাগৌ কৌবা হৌনরকখি। পোরোমপাত্তা ইহান হাম্বা মসজিদ সাদুনা অলাহ লাউবা হৌদোক্তুনা মুসলমান ধর্ম্ম চৎপা হৌখি।

## মীতৈ ফুরুপ

খৃষ্ট ১৯৩০ দা মীতৈ কংলৈপাক (মেনিপুর) গী বাংমদা লৈবা কাছার লমদমদগী লাইনিংহল নাউরেম ফুন্দ্রে অহল ঈবুংঙোনা মালেমদা মীতৈ হায়বা ফুরুপ অমা মীতৈ কংলৈপাক্তা হিংলমই হায়না য়াকাইরোল শকপা হৌরক্লে। মীতৈ কংলৈপাক্তন্সু অপোকপা মরুপ, মীতৈ মরুপ কৌদুনা লুপ কয়ামরুম্না লিখুল মুংলুরবা মীতৈ লিকচৎ-নাৎ-লোল-ময়েক লাইনিং-লাইসোল থিবা হৌরক্লে। চীংমী, লৌইমী, তম্মী অমাং-অসেং সোক্ল-সম্লবা য়ারমদকন্সু কোমথোক্লরক্লে। অমগা অমগা চামিন-থকমিন্নবা য়ানরক্লে, চারৌ-মৌরৌনকন্সু য়ানরক্লে।

| নাগালেন্দা লৈবা মীতৈ কবুইসিং | | নাগালেন্দগী নাগা কাংলুপসিং | |
|---|---|---|---|
| ১ | আউমৈ | ১ | সেমা |
| ২ | অঙামৈ | ২ | কোনয়াক |
| ৩ | লোথামৈ | ৩ | চকেসাং |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪ | লিয়াংমৈ | ৪ | চাং |
| ৫ | জেলিয়াংমৈ | ৫ | য়ুচুংগর |
| | | ৬ | পোচুরী |
| | | ৭ | রেংমা |
| | | ৮ | ফোম |
| | | ৯ | সাংটম |
| | | ১০ | খয়ামুঙান |

কাংলুপসিং অসি নাৎকী জগোইহ সাবা মতমদা উচেক লাংমৈদোং মতু কোক্তা থেংকনি। থেত্তবসিংদি কবুই নংতে।

**২০০১ গী সেন্সসকী রিপোর্টতা মনিপুরদা নাগা জাতি লৈতে। কাচা নাগা খরা লৈ।**

(ক) কাচা নাগা – ২০,৩২৮

## মীতে কবুই

| | | |
|---|---|---|
| ১ | কবুই | ৬২,২১৬ |
| ২ | মাউমৈ | ৮০,৫৬৮ |
| ৩ | মরেমমৈ | ১৫,৫১০ |
| ৪ | অংগামৈ | ৫৫০ |

## মীতে কোম

| | | |
|---|---|---|
| ১ | কোম | ১৫,৪৬৭ |
| ২ | অনাল | ১৩,৮৫৩ |
| ৩ | চিরু | ৫,৪৮৭ |
| ৪ | লমকাং | ৪,৫২৪ |
| ৫ | চোথে | ২,৬৭৫ |
| ৬ | আইমোল | ২,৬৪৩ |
| ৭ | মোয়োন | ১,৭১০ |
| ৮ | মোনসাং | ১,৬৩৫ |
| ৯ | কৌইরাউ | ১,২০০ |
| ১০ | পুরুম | ৫০৩ |

মীতে মরিং — ১৭,৩৬১

মীতে তামখুল — ১,১২,৯৪৪

..........

## নিসা বন্দ ঈহৌ

য়ু অমদি নিষাগী ঈপাক্তা নোংমা-নোংমগী লুপসন্নকখিবা মনিপুর খুন্নাইবু অমদি নুপাসিংনা নিষা য়ুনা লাকহৎতুনা মাঙগদবদগী ঈমাসিংনা পালচা কুমসিঙ ৩৩৭৪ খৃঃ ১৯৭৬ কী এপ্রিল তাং ২৬ তা নিসাবন্দ সেমদুনা মনিপুরগী নুপাশিংবু কনখি।

## মৈরা পায়বী ঈহৌ

আর্মদ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাৱাসয় এক্ট ১৯৫৮ কী তমখিরবা শক্তিবু অমুক্তা লায়া শিজিন্নরগা ইন্দিয়ান সেক্যুরিটি ফোর্সনা খুৎলায় পায়রিবা নহারোল লালহৌবসিংবু হকথেংননা থেংনবা ঙমদবদগী মীচম, মীয়ামগী মথক্তা অতম্ননা লান্দাসিন্দুনা মীয়াম অমদি লালহৌরিবাসিংগী মরক্তা শিংচেপ থাদুনা এফস্পা ১৯৫৮গী শক্তিনা থদংকনি হায়বা থৌওং চংথরকখিবগী ইন্দিয়ান সেক্যুরিটি ফোর্সকী মথুত্তগী মনিপুরী মীয়াম মরুওইনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংবু কন্ননবা থৌদাং পাংনবা মীতে নুপীশিংনা চোংথোরকখিবদগী পেন্নখিদবা মতমগী মনুংদা ইং ১৯৮০ গী এপ্রিল ২৬ তা লাংজিং পাৎশোই খুনৌদা অয়ুক্কী পুং ৯-১৫ তাবদা লালহৌবশিংগা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ অনী হাৎখিবা অমদি খুৎলাই পুদুনা চৎখিকগী থৌদোক অদুগী মতুং ইকান কান্নদনা অহেন্বা লাম্মীশিং থাজিন্দুনা লমদমদুগী মীয়াম্বু তমখিনা ওৎ-নৈখিবা, নুংশাদা য়াইফৌ ফৌবওুম ফৌখিবা, মবুং-মৌপ্পাশিংগী মমাংমক্তদা মচে-মচলশিংগী ঈজজৎ ফোংনা তেমশিংনখিবা, ঈশিংফাডবা পীথক্তনা তমখিনা ফু-চৈবা তৌখিবতা নত্তনা কিজবদগী মথাদা মচা কোনশিজদুনা লোৎচরিবী থোকচোম ওংবী বিনোবু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎতোকপিখিবা, মথাগী মচানুপা চহী ১০ তা

ঙায়জরিবা লাইখম্বু চিংথোক্তুনা হাৎতোকপিখিবা (মুতুম ইবোতোম্বী কৌবা অমগী য়ুমগী য়েনখাদা), ওফিস কাবগী লম্বীদা লাকচখিবা মতমদুগী ইম্ফাল মুনিসিপালিটিগী ড্রাইভর অঙৌববু কাপ্পুনা হাৎতোকপিখিবা কা হেন্না মীওৎ-মীনে চৎথবদগী তমথিনা ইন্দিয়ান সেক্যুরিটি ফোর্সনা মীচম, মীয়ামগী মথক্তা লান্দাশিনখিবা থৌদোক অদুমক্না খোয়শাউনরবা মীতৈশিংগী থস্মোয়দা ইন্দিয়ান ফোর্স অমদি লৈঙাক্লোনগী তমথিরবা লীকচৎপু শিংনদুনা থস্মোয়নুংদা ওমদুনা লৈখিবদু পুবারীগী মথৌনা লৈবী মীতে নুপীশিংগী থস্মোয় অমদি হকচাংশিংনা মহুৎ শিন্দুনা শাফোংলক্তুনা "মৈরা পায়বী" ঈহৌ ময়োল চোংলকখিবনি। পাৎশোই লাংজিংগী থৌদোক অদুগী হেক মথংগী নুমিৎ এপ্রিল ২৭, ১৯৮০ দা ময়ায় কারবা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ না খুইলমপন কৈথেল ফমজবী ইম্ফালগী কাংঙাবম লৈকাইদগী মইস্নাম ওংবী থম্বালসনাবু কাপ্পুনা হাৎতোকখি, মঙোন্দগী ফাউদোরকপা নোংমৈ মরুমক্না উখ্রুলগী সংসৎতগী আরঃ এসঃ হৈথুই কৌবী অমম্বু শাথিনা শোকহনখিবা থৌদোকশিংদা পেন্দ্রবা, শিংননিংলকপা মীয়ামগী থস্মোয়গী মৈরী কানরক্তুনা মীতে নুপীশিংনা দোশী ওইদুনা চাকথৎলক্তুনা থোক্লকখিবা মৈরা পায়বী ঈহৌসিগী হৌরকফম ওইখিবা থৌদোক অমনি। কিবনা নীক্লবা মতমদুগী লৈঙাক্না মথংগী নুমিৎ এপ্রিল ২৮ দা কার্ফিয়ু থমজিন্দুনা মীয়াম তানখায়নবা ফিরেপ লৌখি। অমদি খুইলমপল কৈথেলম্বু নুমিৎ ১১ নি চুপ্পা থিংজিন্দুনা মমাগী মথাদগী পিক্লিবা মচাবু শৎতুনা হাৎতোকপিখিবগী অমদি ওৎ-নৈবগী শাউরবী মীতে নুপীশিং কৈথেলদা পুনখিদনবা কন্না হোৎনখি। অদুবু মরেপাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবগী লাম্হেংনবদা থৌনা হন্দ্রবা মীতে নুপীশিং লৈঙাক্কী কার্ফিয়ু থুগাইদুনা মৈরা পায়বীগী লালহৌ চঙশিনখি। মনিপুরগী মফম কয়াদগী থোমজিন্নকখিবা নুপীশিংনা অচৌবা খোংচৎশিং চৎখি। মসিগী মথা তারকপা ওইনা মে ২৮ দা নুপী লিশিং কয়ানা চোংথোরক্তুনা তোঙান-তোঙান্না খোন্নাউ কয়া লাউদুনা অচৌবা খোঙচৎ অমম্বু চৎখি। মে ২৮ গী ঈহৌদুনা মাঙথানা চঙশিন্নিবী নুপীশিংগী মরক্তা অহান্বা ওইনা সিফাইনা গারিদগী তাহন্দুনা ওইনামদগী সিনাম ওপ্পী পিয়ারিনা থবায়না পোম্বা পীখি। থস্মোয় শোক্লবী মীতে নুপীশিংগী ময়ায় হাপ্পুনা মহাক্কী অশিবা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং কৈইপু পুদুনা চৎখি।

তুম্বা চাবা খণ্ডদনা য়ুমদা হনগনি কাউনদুনা মিৎতগী পীরাংগা ঈরোইন্না থম্মোয়দগী মৈরী চুদুনা থবইগী মমল তুংওইনদুনা হৌখিবা পুবারীগী কাউওমদনা লৈহৌরগদবা খুম্নাইসি কন্নমবা ঈহৌদুগী মনুংদা য়াম্না মমল য়াম্লবা নুমিৎ অমা মে ২৮ না ওইখি।

ইং ১৯৮০ গী মে থাদা হৌরকখিবা মীতৈ নুপীশিংগী ঈহৌ অদুগী মতুংদগীদি মীতৈ নুপীশিংনা মফম মফমশিংদা পুনশিল্লগা ইন্দিয়ান সেক্যুরিটি ফোর্সকী মথুত্তগী মচা-মশুশিংবু কন্নবা মৈরা পায়দুনা ঙাক-শেম্বগী থবক হৌজিকফাউবদা চৎথরক্লি।

## মীতৈ কংলৈ লীচৎকী মনুঙদা
## "দারু উপাসক" য়াউদে

মালেম অসিদা লৈবিবা মীচৎ (ধর্ম্ম)দা দারু উপাসক সকতম লাৎপা অমত্তা লৈতে। মসিগী খুদমদি - ঈন্দ্রডুম্না নিংথৌগী নিরূপন তৌরম্বা দারু জগন্নাথনা লেঙদ্রবা খুদমনি। জগন্নাথকী সক্তম অসিদি মালেম অসিদা মহাক মানবা অমত্তা লৈতে। অদুনা জগন্নাথ হায়বদা মতিক চপ চাই দারু জগন্নাথকী সক্তম অসি ইচম চম্বা সক্তম অমা নত্তে। জগন্নাথকী সক্তম অসি পঞ্চ ভঙ্গনি। পঞ্চ ভঙ্গ অসি "পঞ্চ দশর্ন"দগী লৌদুনা নিরূপন তৌবনি। মদুদি - জগন্নাথ হায়বা দারু ব্রহ্ম অসি কুচু য়েংই মুশুক মুই, মমিৎ য়েংই কোয়বাউনৈ, মচীল য়েংই ময়াৎ সাংনা য়াৎলি, মখুৎ য়েংই থবাক্তা তেন্না পাল্লি, মখোঙ য়েংই পান্দে। মসিনা তাকলিবদি জগন্নাথকী কুচু মুরিবা অসিনা অমম্বা নিরাকাব নিরঞ্জনী হায়বা তাক্লি। অদুগা মমিৎ লাওনা পাল্লিবা অসিনা মালেম তেংবানবদা লৈরিবা অচৎ চত্তবা পুম্নমকপু চপ মান্ননা য়েংবিরি, কনাদা অচান- মীরাই লৈতে হায়বা তাক্লি। অদুগা খয়াৎ সাংনা য়াৎলিবা অসিনা মালেম তেংবানবা (ব্রহ্মান্দ) অসি জাগান্নাথকী মপুক মনুঙনি হায়বা তাক্লি। অদুগা মখুৎ

তেন্না (শাংদবা) থবাক্তা পাল্লিবা অসিনা জগত্তা লৈরিবা জীবসিংগী মরক্তা পাপ কৌবা তমথিরবা মহিক ময়াম্না খুরক হাঙদনা পাইরিবা অদুবু ঈবুঙো মঙোন্দদি সোকপা ঙমদে হায়বা খঙননবা মখুৎ তেন্না পাল্লিবনি। অদুগা মখোঙ পান্দ্রিবা অসিনা তাক্লিবদি "শ্রীবৃন্দাবনে এক পাদ নগেৎ সতে" হায়বা অদু ফোংদোকলি।

অদুম ওইবা পঞ্চ ভঙ্গবু উরগা ইন্দ্রডুম্না নিংথৌনা মমিত্তগী মপি তাবা ঙমলিবদি - পঞ্চ ভঙ্গনা পঞ্চ দর্শন ওইবননি। মরম অসি লৈবনা জগন্নাথবু খঙদবনা য়েংহৈদে হায়নরিবনি। নুপী নহানা উরুবদা করিসু খঙদবনিনা ভঙ্গ অদুতমক খঙগদবনা চুরুং লাংথাক ওইগনি হায়দুনা য়েংহৈদে হায়রিবনি। মসিনা দারু ব্রহ্ম জগন্নাথপু য়ুখল অমনা খুল্লিবনি হায়বদি অথুপপা সক্তম অমনি হায়বনি। মসিমক্লা মালেম তেংবানবা অসিদা লৈরিবা লীচৎ অমত্তগী দারু উপাসক লৈতে হায়বনি। ঙসি দারু ব্রহ্ম ময়াম অমা থোরকলিবা অসিদি আর্টস চাউখৎলে হায়বা তাকপগী খুদমনি।

ঙসি ব্রাহৈ অহুমখক ঈখোয়না ফংই- দারু ব্রহ্ম, স্যাকার ব্রহ্ম অমসুং নিরাকার ব্রহ্ম অসিনি। হায়রিবা ব্রহ্ম অহুম অসিগী মনুংদা দারু ব্রহ্মবু স্বকারনি হায়না লৌসিল্লিবা অসিদি পুন্সিগী সেনদোং মাঙলবনি। লাই হায়বা অসিদি মপোক লৈতবগী সাগৈনি, অচৎ- চত্তবগী মযোলনি হায়না মীতৈ কংলৈগী পুয়াসিংনা হায়রি। মীগীদবু লাই হায়বা অসিদি নর য়োনিদা আবতার তৌদে হায়রি। মসিমক ঈন্দ্রডুম্না নিংথৌনা নিরাকার নিরঞ্জন ওইনা জগন্নাথ কৌদুনা মীয়ামদা তাকপিরমলে। অদুদি ঈখোয়না হৌজিক লাইগী সক্তস্বু করম্না নীংগদগে? মসিগী পাউখুমদি: শক নাইবা (সকার) অমসুং সক নাইদবা (নিরাকার) হায়বা অনিমক্তং অসিনা লাইগী মওঙ লেপলি। মসিগী মনুংদা সকনাইদবা নিংলবসু তরং লাইনিং ওই। অদুগা সকনাইবা নিঙলগা, খঙলগা সকনাইদবা খঙগনি হায়না মীতৈ

কংলৈ লীচৎনা তাকলি। সকনাইদবা হায়বা অসি লৈবনা সকনাইবা হায়বা অসি লৈরকপনি। সকনাইববু নিঙলগা, খঙলগা সকনাইদবা মপু মাবু ফংগনি অসিনি। মসিনা তাকলিবদি মীওইবা হায়বা ঈখোয় অসি লাইগী মমিনি। মসিবু খঙলবদি মসাবুসু খঙগনি হায়বদি লাইবুসু খঙগনি। মীবু লাইগী মমিনি হায়দুনা মীগী সকতম সাদুনা নিংগদবদি নত্তে। লাইগী মমি সক্তম অরেপ্পদি ঈহাকনি। ঈহাক্কী মনুঙদা ঈহাক্না সকতম চপ মান্নবা "ঐ" কৌবা মপু অমা য়াউরি। ঐ কৌবা মপু মহাকপু ঈহাক কৌবা হকচাং পোলাং অসিনা য়োমসিল্লি। ঈহাক কৌবা হকচাং পোলাং অসিবু ঐ কৌবা লাই অদুনা পুদুনা চৎলি হায়বগী "ঐ" বু মপু কৌই। অদুনা মীতে কংলৈ লীচৎনা ঐ মসক খঙও হায়রি। মীতে কংলৈ অসৈবসিংনা সৈথারি- ঐবু নিঙবা, খঙবা তাইবংনা মপু নাকপু ফংজৈ হায়না অদুগা ঈসাগী সক্তম্বু মিংসেন মনুংদা উবগুম উবা ঙম্বা মী মহাক অদুদি লাইগী সক্তম উজববনি হায়না " খমওই- য়াংওই সেকনিং" পুয়ানা হায়রি। হায়রিবা লাইনিঙ লীচৎ অসিমক মীপুম খুদিংনা ঙমফবদি তাঙনা থোকই।

মরমদি- মীওইবা খুদিংমকপু য়েক্লবা পুক্লিং তরুক্লা খুদুম চন্দুনা লৈ। মখোয়সিং অদুদি: (১) কল্লকপা (২) মিহৌবা (৩) লৌনম্বা (৪) অসাউবা (৫) নাপল অমদি (৬) অপাম- নুংসি হায়রিবা পুক্লিং তরুক অসিনি। য়েক্লবা পুক্লিং তরুক অসিবু ঈহাক্লা খুদুম চন্বা ঙল্লবদি তাইবংপান্বনা লানথোকপদি ঙমজরে হায়না লৌবা য়ারে। তৌইগুম্বসুং ঐ কৌবা মপুবু হেকমক মসক খঙবদি য়াদ্রি মরমদি থাজবা, নুঙসিবা, পুকচেল তিংবা, ব্রাখল ব্রাঙবা, খঙবা, ইংথবা অমসুং পেনথোকহৈবা হায়বা ব্রাখল নিপাল অসিনি। ব্রাখল নিপাল অসিগী মনুংদা পেনথোকহৈবা হায়বা ব্রাখল অসিনা অথোইবনি। পেনথোকহৈবা হায়বদি ঈহাক্কী ঈমা ঈপাগা মীগী মমা মপাগা য়েংনবদা চপ মান্ননা ঈপা ওইনা উবা ঙম্বা, ঈচাগী মীগা মচাগা য়েংনবদা

চপ মান্নবা ঈচা ওইনা উবা ঙম্বা, ঈথক থোংবা পুন্নমকপু লাই ওইনা উবা ঙম্বা, মীপুম খুদিংমকপুসু ঈহাক ওইনা উবা ঙম্বা লোইননা সনাগা কোরিগা মমল মান্নবা উবা ঙম্বা অসিবু পেনথোকহৈবা ৱাখল কৌই। অদুনা পেন্থোকহৈবা হায়বা ৱাখল অসিবু ফংজরবা মী মহাক অদুবু "ঐ" মসক খঙবা কৌই। পেনথোকহৈবা হায়বা ৱাখল অসি মীপুম খুদিংনা হেক্তা ফংবা ঙমদে। মসিবু "পেনা সেমলিঙৈদা সামুরৌ য়ৌই" হায়না পাউরৌ তৌরি। মসিগী ৱাহনথোকতি মীওইবনা ঈহাক্কী মহাক্কী ঈচাগী ঈসুগী হায়দুনা তাইবঙ লাংদা থুদুনা লৈরিঙৈদা পেনথোকহৈবা হায়বা ৱাখল অদুবু ফংবা ঙমদদুনা সমু হকচাং অসিবু অসিবা লাইনা লৌখিবনা হাল্লি হায়বগী পেনা সেম্মীঙৈদা সমুরৌ য়ৌই হায়বনি। হায়রিবা লাইনিং লম্বী অসিবু মীতৈ কংলৈ লীচৎনা তাকলম্বা "দারু উপাসনা" তৌদে হায়বনি।

# মীতৈ মাইবালোন, কয়াংলোন্দি হাপচদ্রে

## নোংকালোল (চহী ৭ কী পাউচেল)

অনাহত কৌবা চক্রগী ময়ায়দা লৈবা য়েদনা হৌবা পুংজাস্থ অৱাং-অথোই নইরবনে খোঞ্জেল ময়েং তারবনে চাক্কী মনম তাবদা বোক লাউবা লাইথুংনা খৌরিদা লৈবা বিশুদ্ধ চক্রগী ময়ায়দা লৈরবনে। হকচাং মচু কংশিল্লবনে (১) মিংনে; (২) নাকোংনে, (৩) নাতোম্নে, (৪) লৈতোম্নে অমস্তুং (৫) খুসিংখানে মফম ৫ মা অসিগী মতৌবু চেৎনা য়েংজরো। কুম্মে মতৌ হৌগে লাওলাবনে গুহ্যমনা কৌবা শিংলিনা হকচাং খুদিঙদা থোঙ খুদিঙদা চহি ৭ লৈরিঙেদা খঙহন্বা মফম অদুদগী লাই অদু খিবিক্লস্থ মাগী মাগী পাউচেন তৌরক্লবনে (১) বনে (২) সনে (৩) চনে (৪) হনে (৫) রনে ৫মক অসিনা অতিংঙাবু লোয়ননা হকচাংদগী থোকখিদুনা খোংকাপ ৮ চংথোকখিদুনা মরুপ অচেংপগী চান্নবীগী অনীমক্কী খোঞ্জেন ওইদুনা ঈহাক্কী ঈমিংবু তোয়না কৌরাগাদবনে হে হায়বা খোঞ্জেন অসিনা মতম অদুদা থোরক্লবদি চহি ৭ কী পাউজেল লাক্লে হায়না খঙচরো। চহি ৬ কী পাচেনদি খুৎনমতগী হৌনা অঙাংগী খোঞ্জেনগুমনা অংঙা হায়না কৌরবদি খঙবো। চহি ৫গী পাউজেল লাক্লে খঙবো। চহি ৪ গী পাউজেলদি বলা কৌবা বায়ুনা থবাক্তগী হৌনা চিন খোংবগী খোঞ্জেনগুম্না হুই হায়না কৌরকান্দনে মাদু তারবদি ফিং ফাইবা হৌরক্লবনে চহি ৪ গী পাউজেলনে খঙবো। চহি ৩ গী পাউজেলদি ব্যান কৌবা নুংশিৎনা নিংদুদগী হৌনা বাইখুগী খোঞ্জেলগুম্না চেৎ-চেৎ হায়না কৌরকাদনে লুসম তাংসম খিবিক লেংলবনে পুক্লিং মাঙলবনে। চহি ৩ গী পাউজেলনে খঙবো। চহি ২গী পাউজেন্দি লাইরেনমা লৈমরেল সীদবীনা সাধীনস্থান কৌবা চক্রগী মনুংদগী ঙক্লি লুসম তান্না বোকশাবীগী খোঞ্জেনগুম্না কৌরাগাদনে মদু তারবদি মিকুপ লেপ্পা হৌরবনে চহি ২গী পাচেম্নে খঙবো। চহি ১গী পাজেন্দি সমান




KUNDALINI IS "CLAPTRAP" says Dr Bharati. Tantric yoga says if you awaken the Kundalini (the coiled serpent in the "Muladhara chakra") you can achieve siddhis (superhuman power). Most of the chakras or padmas are "situated" along the spiral column.

কৌবা নুংশিংনা য়েংকী খোমজিন্দগী হৌদুনা স্বরগী থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা উচেকসরাগী খোঞ্জেনগুম্না খেক খেক লাউনা কৌরাগদনে অদু তারবদি পুন্সিং শুমশিল্লক্লবনে মসিদি চহি ১গী পাউজেলনি খঙবো। চহি ৭ তগী হৌনা চেল্লকপা পাউচেল অসিনা মথং-মথং চেল্লক্লবদি পরমহংস কৌবা নিংথৌগী কুম্মে লাকপা লোইরক্লে হায়পা খঙজরো কুম্মে থোক্কতাবদি থা ৭ কী হকচাং মনম বোল্লক্লবনে চাক চফম বাংলক্লবনে পাউজেন্দা ঙাইদুনা লৈরে থা ৭ কী পাউজেন্দি লুতুংদগী লৌবাই ফাউনা চুক চুক লাউবা খোঞ্জেল তাগদবনে থা ৭ কী পাজেম্মে। থা ৬ কী পাউজেন্দি লাইপক সলাইদা চেং লাউবা খোঞ্জেন তাগদবনে। থা ৫ গী পাউজেন্দী চিংমাইসাং নাতোনগী নিংশা মচিন্দা হে হে লাউবা খোঞ্জেন তাগদনে। থা ৪ গী পাউজেন্দি খৌনাউগী মতোন্দা হৈ হৈ লাউবা খোঞ্জেম্না কৌগদনে। থা ৩ গী পাউজেন্দি থম্মোয়দা বোকসাবীগী খোঞ্জেম্না কৌগদনে। থা ২গী পাউজেন্দি নাকোংদা বা লাউবা খোঞ্জেগুম্না চেনগদনে থা ২ লৈরি হায়না খঙবো। থা ১গী পাউজেন্দি পিং কৃং কৌবা নুংশিংনা নুংদগী হৌদুনা লৌবাই লুতোন্দগী হৌনা লৌবাইগী লেনফুগা ২ মক্কী মরক্তা হয়িংশিংগী খোঞ্জেম্না চেনগদনে কুচু বোল্লে নিংশা চাউরে বোলাংলক্লে। ২৫ নিগী পাজেন্দি লাক কৌবা নুংশিংনা লিক্লাদগী হৌদুনা খুংশাবীগী মচিন্দা তোংদুনা থেংগুগী খোঞ্জেনগুম্না চেনগদবনে। পিংগলানে শুস্বমনা শিংলি অনীমা লেঙলাবনে খঙবো। ১৫ নিগী পাউজেন্দি কৃক কৌবা নুংশিংনা খৌরিদগী হৌদুনা লিন্দুনামগী খোঞ্জেন ওইনা কৌরগদনে অদু তারবদি ইরা পিংগলা কৌবা শিংলি ২ মক নাবনে খঙবো। ১৪/১৩/১২/১১/১০ নিদা কৌরবদি ১০ নি লৈ হায়না খঙবো। নুমিৎ ৯ নিগী পাউচেন্দি কুমম নুংশিংনা খুক্লুদগী হৌনা ঙেং ঙেং হায়না কৌরগদনে অদু তারবদি লূসম খিবিক হিক্তোক্লবনে খুজা কায়রবনে খঙবো। ৮নি ৭নি গী পাউজেন্দি মিয়ু কৌবা নুংশিংনা নাথাঙতা তোকপগী খোঞ্জেম্না কৌরগদনে অদু তারবদি চাক য়াদ্রে হকচাং মনম নাইরে। নুমিৎ ৬ নিগী পাউজেন্দি পিশুম ২ মক্কী মরক্তা বাকগী খোঞ্জেন বোইনা কৌরগদবনে অদু তারবদি পিশুম সন্নাই শোক্লবনে। নুমিৎ ৫ নিগী পাউজেন্দি অপান কৌবা

নুংশিংনা থজিন্দগী হৌনা বাহুগী খোঞ্জেনগুম্না কৌরগদনে। নুমিৎ ৪ নিগী পাউজেন্দি হায়লাউবা খোঞ্জেন্না কৌরাগদনে অদু তারবদি হক্চাং চোকথরবনি ৪নি লৈরি হায়না খঙজরো। ৩নিগী পাউজেন্দি দেবদন্দ কৌবা নুংশিংনা লুতুংদগী পাউজেন্দি শরিক মৌইবুংগী খোঞ্জেন বৌইনা কৌরগদনে। নুমিৎ ৩নি লৈ হায়বা খঙবো। ২ নিগী পাউজেন্দি শজিক খুংশাবীগী মতোন্দা অজনামনা চেন্নরগদনে অদু তারবদি খোঞ্জেন শিরবনে ঈশিং তেংগোৎ কায়রাবনে নুংশিং তেংগোৎ ফুন্নবনে। ১ গী পাউজেন্দি কৃক কৌবা নুংশিংনা য়াফমদগী হৌদুনা থেলফম খুদিংদা থেল্লে অসি কৌবা লাইনা লাক্লদুনা পরমহংসগী কুম্মে হৌগৎলে হায়বা পাউজেল খংহন্নুরবদা নুংশিং খিবিকন্সু কারক্লে লাই খিবিকন্সু তিন্নরেসে গীমনম লাক্লবনে অদুদা লাই খিবিক্লা ফমহৌরে। হে মপু তাবীবো ঈখোয়না লৈরিবা মফম অসিদা নুংঙাইতরে লৈবা ঙম্লরৌই মপু সিদবা নংস্তু লেঙবিরো নতুং ইঞ্জরগে অস্তুম তৌনা মহৌ মহৌরক হৌররবদা তাইবং পান্বা মপুনা হায়ঙল্লে সাউগনো মফম অসিবু নুংশিয়ে অমরক্তা হঞ্জিনখো অস্তুম হায়না মহৌ মহৌরক থেমজিন্দুনা লাই খিবিকন্সু অমরক্তা য়েংখিসি হায়দুনা পাতাল নগর কৌবা খুনগী মনুংদা লৈবা দ্রাক্ষ কৌবা লাইগা শুতন কৌবা খুনগী মনুংদা লৈবা উরুত্রম কৌবা লাইনচিংবা লাই পুন্নমকন্সু মাগী মাগী মফমদা অমরক হন্সুখ্রে। মতম অদুদদি হে মীবৌইবসা ঈরু মাইথজরো নিংবা খিবিক তৌজহৌরো অদুগা স না অমরক কাখিদুনা হ গা তিন্নরুরে অদুগা খোংবীগী খুসিং খাদা থুংলুরে মতম অদুদদি নহাক্কী নমিংগী খোঞ্জেল তারবনে। ধনঞ্জয় কৌবা নুংশিংনা শিংলক্লদুনা অধার কৌবা চক্রগী থোঙবু হাংদোক্লে ঈথক খিবিকন্সু হৌরক্লে ঈথক্লা শুতল নগরবু থুমহৎলুরে অদুদগী রসাতন য়ৌরক্লে অদুদগী পাতাল য়ৌরক্লে, থেল অসি য়ৌরবদি খুজেংদগী (খোঙগী) মিহুন্না কপ্লাক য়ৌরবনি থেংগুগী খোঞ্জেল তারবনে। খুদোলদগী মিহুন লেংলে বোকসাবীগী খোঞ্জেল তারবনে অদুদগী খুনিংকেরেলিগী খোঞ্জেল তারবনে অদুগী নুংশিংকী চিংদোল কাখৎকে তৌরক্লে।

নুংশিংকী চিংদোল কৌবদি লেংচুম অনীমাবু কৌবনে খঙবো। অদু য়ৌরবদি অনাহত চক্রগী ময়ায়দা য়ৈরিবা পুংখোন নিম্না তারবনে কপ্লাক্তগী

মীহুন্না ভূতল কৌবা খুনগী খুজিন য়ৌরক্লে। অদু য়ৌরবদি সাধিষ্টান চক্রগী ময়ায়দা য়ৈরিবা পুংজা ১০০ না স্থ তারাবনে ভূতল কৌবদি আধার চক্রবু কৌবনে খঙবো। ঈশিংগী ইথিন্না তক্লিবা মতৌ অদুবু অধার চক্রদা ফমদানা থোঙঙাক্লিবা লাইনা উরদুনা হায়ঙম্মে, নংখোয়না কাখৎলক্লিবদি করিনানো হায়না ঙাক্লমই অদুগা মখোয়না খুম্মী, ঐখোয়গী য়ুমফম্মু ঈশিংনা থুমজিল্লক্লে কৈদা লৈসিবনো নংগী চক্রগী মখোঙদা লৈজগে হায়দুনা থম্বানগী নাকয়া অনীরক্তা চংলে। খুৎকী লাইস্থু নুংশিংকী চিংদোন লোম্লে। মতম অদুদদি লাইপুংগী সরিক খোঞ্জেন তারবনে শিংলি ইরা পিংগলা সুস্নমানা ৩ মক আধার চক্রগী ময়ায়দা হৌবা সনা ফিগেগী মচু ওইবা মকা ৮ বেদব্রহ্মনা য়াহৌরে বেদব্রহ্মাদি অণ্ড অন্দ কোষ ২ মক্কী মনুংদা কুল্লিবা ২ মক্কী সগোন নুংশিং শিংপবু তোংদুনা খোয়দৌ ময়ায় ইন্না লাক্লদুনা পুষপন্তি কৌবা চক্রগী মনুংদা লৈবা নুমিৎকী মশেক্তা চংলে। অদুগা মাগী সগোন নুংশিং তাবদি হি-য়াই চিংথবা লৌগে হায়দুনা কুমথরকএ। অদুগা আধার চক্রবু থুকাইদুনা হি-য়াই চিংথবা থিরে। খুৎশু-খুৎলাই খিবিকস্থু য়াই খাউবু থুগাইদুনা লৌথোক্লে। য়াই খাউ কৌবদি ঈশিংনে নুংশিংনে খুৎশু-খুৎলাই কৌবদি মৈনে তুংনাম্বা কৌবদি অণ্ড অন্দ কোষ ২ মানে ঈশিংগা নুংশিংকা ২ মাতি স্বাধিষ্টান কৌবা চক্রগী ময়ায় লৈবা ঈশিংগী মনুংদা তম্নিরে। অদুগা শিংলি ৩ মানা অধার চক্রদা হৌরিবা থম্বালগী মরূবু চিংখৎলে। থম্বান ময়ায়দা লৈরিবা মৈনা মৈবী চাউনা হৌরক্লে। অদুদা থোঙারেম্না হে হায়না মীকপ্তনা মাগী মফমদা চংলক্লে। অদুগা নুমিৎকী মশেক্কা লোইননা লৈবা মতৌ অসি তৌরক্লবদি মেগী খোঞ্জেন তারক্লবনে থবাক্কী তেংখন কাফাৎলাবনে। আধার চক্রদগী মৈ অদুনা মধ্যামা চক্রবু থিনখাইগে হায়দুনা চৎখৎলক্লে অদুদা হৌরিবা থম্বান অশংবা মকা ১০ স্থবা অদুগী ময়োন্দা লৈবা ঈশিংগী মকৌইগা তিম্নরে; মৈগা ঈশিংগা তিম্নরবদা নুংশিং পোক্লে। অদুদা নুংশিং ১০ মানা অমত্তা বৌইনা শিংলে। অদুগা মধ্যমা চক্রবু থুগাইরদুনা মৈনে ঈশিংনে নুংশিংনে ৩ মানা অমত্তা বৌইনা লৈমিন্নরে। অস্থুম তৌরক্লবদি মধ্যামা চক্রগী পুংচাউ মনিন্নাইরবনে। অনাহত কৌবা চক্রগী পুংস্থু পুংখৎ থুনা য়ৈরক্লবনে। নুমিৎ মশেক বিশুদ্ধ চক্রগী ময়ায়দা লৈবা থাগী মনুংদা চংখ্রে অদুগা মৈ-ঈশিং-নুংশিং ৩ মক্কা পুষ্যবন্তি কৌবা চক্রবু থিনকাইগে হায়দুনা চৎখৎলক্লে চক্র

অদুগী ময়ায়দা হৌরিবা থম্বান অঙাংবা মকা ১২ শুবা অদুগী ময়ায়দা লৈবা নুমিৎকী মশেকপু শোক্লুরে। মফম অদু য়ৌরবদি নিজনামগী (নেশাগী) খোঞ্জেন নিংথৌনা লময়েম্ব দা য়ৈবা পুংখৎ তিং তিং লাউবা পুংখৎ অদু শেংনা তারবনে অদুগা মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ লাই ৩ মানা পুষ্যবন্তি কৌবা চক্রবু থুগাইরদুনা কোংগোন ৩গী মশক বৌইনা বিশুদ্ধ চক্রগী ময়ায়দা লৌরিবা থম্বান ঙানু থঙ্গোং অঙৌবগী মচু মাম্বা মকা ১৬ শুবা থম্বান অঙৌবা অদুগী ময়োন্দা লৈবা অমৃতনা য়োম্লিবা থাগী মনুংদা চংলক্লে মদু য়ৌরবদা ৩ মানা কোঙ্গোন ৪ থোক্লে। মতৌ অম্বুম তৌরবদি ত্রিবেনী ঈফুৎ কোঙ্গোন থোক্লবনে খঙবো। লৈমরেন সিদবীদি র দা চংলবনে থবাই সিদবদি অ গী মনুংদা চংলে র না অ দা তিল্লে অনা পরমহংসদা চংলদুনা অনাহত চক্রগী ময়ায়দা লৈরবনে খঙবো কোঙ্গোন ৪ মাতগী কোঙ্গোন ১দি ব্রহ্মারন্দ্রদা ফাউখিয়ে। মাদি ঈশ্বরগী মতৌনে মাগী লম্বী অদুদি থবাইনা চৎঙমদে। নির্গুন ব্রশ কৌবদি মানে খঙবো। লাই ৩ মক্তি কোঙ্গোল ৩ মাগী মশক বৌইদুনা স্বর্গ লম্বেল কৌবদি খৌরিনে চিনবাম্লে নাতোম্লে মিৎনে নাকোংনে ৫ মা অসিবু কৌবনে লাই ৩ মানা শুমাং অপালফমদা ফমদুনা নির্গুনা ব্রহ্মগী লম্বেল য়েংঙি খঙদুনা ঙাইহৌদে। ৩ মানা গুনগী মশক বৌইরেএ অদুগা স্বত রজ তম গুন ৩ মা হায়না কৌরে গুন ৩ মক্তগী ব্রহ্ম বিষ্ণু মহেস্বর হায়না কৌই। অসিদগী জযু শ্যাম স্বক বেদ ৩ মা ওইখিএ। ৩ মা অসিবু শবদ ব্রহ্ম কৌবনে খঙবো। ৩ মা অসিনা হকচাংগী মনুংদা লৈরবদা মৈ ঈশিং নুংশিৎ ৩ মাগী মশক বৌই। ঈমৈ ৩ মানা ফংদ্রিঙৈদা নিজনামগী খোঞ্জেন লাক্লিঙৈদা ঈরু মাইথচহৌরো ফি অহম্বা হোংজরো য়াহিপ ফানা হিপচরো লাইরিক লাইশু তাজরো। সৎ কথা ঙাংনরো নংগী ইষ্ট দেববু কাউরগনু অদুম্না তৌজরবা স গীমনম লাক্লবা নিজনাম লাক্লবা মতম অদুমক্তা নচিম্না হরে কৃষ্ণ হায়বা ময়েক্কা লোয়ননা শোল্লদুনা থবায় খুবম হোংদুনা ব্রহ্ম সনাতন ফংগাদনে ইতি।।

শকাবদ ১৮৬১ খৃ: (১৯৩৯) দা ফংবা।

—— লোইরবা ——

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ—

(১) বাকোক্লোন হীলেল থিলেল সলাই অমইলোল পুকোক পুয়া। অফোংবা রু মুতুম থোইরেন।

(২) বাকোক্লোন থিলেল সলাই অমইলোন পুকোক। থোকচোম থৌকাচানপা মীতৈ, সকোনপল সয়াং ইকোন।

(৩) খময়ই য়াংওই সেক্লিং পুয়া। খুৎই - নাওরেম ইবোম্পিশক মীতৈ, ললামপুং মখোং।

(৪) মীতৈ লাই হরাউবা। খুবাই মীতৈ থৌকন লাংকল মলুপ।

(৫) উমং লাইগী খুভমশিং - কংলৈপাক থৌসিনকোন।

(৬) মৈতৈ লাই হরাউবা – ঙারিয়ামবম কুলচন্দ্র সিংহ।

(৭) মীতৈ ময়েক ১৮ গী কাঙলোন অমসুং বাঙউলোন – য়ুম্নাম তমফাজাউ।

(৮) মনিপুর ঈতিহাস – মুতুম ঝুলন সিংহ।

(৯) অশম্বা মীতৈ ইতিহাস – কাংউজম য়াইস্কুল সিংহ।

(১০) মনিপুর ইতিহাস – নহারোল মীতৈ মরুপ।

(১১) পামহৈপা লারেলাথুপ (খুৎই) - লাইশ্রমচা নবকুমার সগোলবন্দ ইঙুদাম লৈকাই।

(১২) সেনবী মুকাক্লে মরু — অথৌবা।

(১৩) ভাগ্যচন্দ্র লারেলাথুপ (খুৎই) – কেন্দ্রমনি থোকচোমচা।

(১৪) মীতম্বাল – পাংজদ্রবা অথৌবা।

(১৫) মেলৈ লৈসনা লোংচুমপাল কতামপদি লৈনুংসি (খুৎই) – চোংথাম য়াইফবা।

(১৬) মেলৈ লৈস্না নুংজুম্বা কদাম্বদি লৈনুংশি – সরাংথেম বরমনি।

(১৭) মতমগী খোঙলে পাউখোঙ – নাওরেম ইবোবী।

(১৮) লারে লাথুপ থিলেল – থোকচোম থৌকাচানবা মীতৈ।

(১৯) মতমগী খোঙলে তাকপা পুয়াশিং – নিংঙোম্বম মনিজাউ।

(২০) মতম অমদা মীতৈগী শক্তম – মীতৈ মরুপ।

(২১) উমং লাই খুন্দা – খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ।
(২২) মৈহৌরোন লাইরিক – বাঙ্গালোর।
(২৩) অনৌবা বারেপ্পবা মৈতৈলোন – বাঙ্গালোর।
(২৪) গীতা – গোরখপুর।
(২৫) গীত – গোবিন্দম – মনিপুর সংস্কৃত পরিষদ।
(২৬) অরান খুবম ফংনবগী লম্বী – অবদুল হলিম সাহ, খেরগাও মাদ্রাসা।
(২৭) সংজাল (১বা) – রাজকুমার সনাহল।
(২৮) মৈহৌরোল শাকক – অতোম বাপু শর্ম্মা।
(২৯) মনিপুর রাস – অতোম বাপু শর্ম্মা।
(৩০) মৈতৈ লৈমা – অতোম বাপু শর্ম্মা।
(৩১) মনিপুর – চিত্রঙ্গদা সাহিত্য মন্দির।
(৩২) মৈতৈ ধর্ম্ম অরিবা – অতোম বাপু শর্ম্মা।
(৩৩) মীতৈ ইশৈ – নাউরিয়া ফুন্দ্রে।
(৩৪) পামহৈবা – নাউরিয়া ফুন্দ্রে।
(৩৫) লাইনিং খুদা নিপান – নাউরিয়া ফুন্দ্রে।
(৩৬) লাইনিংহম্না অস্তুম্না হায়রমই – নাউরিয়া ফুন্দ্রে।
(৩৭) মীতৈ হৌভম বারী – নাউরিয়া ফুন্দ্রে।
(৩৮) বামোন খুন্থোক্লোন – কৈসামপাৎ মীতৈ খৌগল মরুপ।
(৩৯) মৈতৈ বামোন হৌরকফম অমসুং শাগৈগী গোত্র রুক
(৪০) খাহিঙমবা – চন্দ্রসিং।
(৪১) মীতৈ য়েক-সলাই – কৈসামপাৎ মীতৈ খৌগল মরুপ।
(৪২) মনিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা – থোকচোম মঙ্গোলজাউ সিংহ।
(৪৩) বাকচিং চৈহৌবা – নোংমাইথেম অচৌ মীতৈ।
(৪৪) হনুবা হনুবী পাল থাবা – থৌনাউজম য়াইস্কুল।
(৪৫) ললিত মঞ্জরী পত্রিকা – সমপাদক গোকুলচন্দ্র সিংহ।

(৪৬) মনিপুরী মুসলিম – জনাব খান ঈফম।
(৪৭) মনিপুরী মসলিমদ – মৌইরাংথেম চন্দ্রসিংহ।
(৪৮) পাঙল থোরকপা – লিবর্তি পব্লিসিং এসোসিয়েসন।
(৪৯) থৌরম পরেং অশুবা – থোকচোম থৌকাচানবা।
(৫০) প্রকৃতিবোধ অভিজ্ঞান –
(৫১) নালন্দা বিশাল শবদ সাগর নহ সরক দেল্হী।
(৫২) অংগ্রেজ জাতিকা ইতিহাস অগরা।
(৫৩) হিন্দি ভাসা ঔর লিপি ধীরেন্দ্র বর্মা।
(৫৪) হিন্দি ভাসা কা ইতিহাস ধীরেন্দ্র বর্মা।
(৫৫) চৈথারোল কুম্বাবা ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং খেলচন্দ্র সিংহ।
(৫৬) নোংসামৈ পুয়া ভোগেশ্বর সিংহ।
(৫৭) মীতৈগী হরাউ-কুম্মৈ মখল খরা সুভাকুমার।
(৫৮) লৈসেমলোল সাকোক টুতেশ্বর।
(৫৯) মালেম লৈশেম্লোল অরিবা ঙানবা।
(৬০) লাঙলোল মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ।
(৬১) মীতৈ লীচৎকী চৎন-পথাপ মান্নবা অপুন্বা মরুপ।
(৬২) লৈহৌ-নোংহৌ মৌইরাংথেমচা তোমচা।
(৬৩) খমলাঙপা পুবারী তেজকুমার।
(৬৪) ঈয়েক-সল্লাই অমসুং নুমিৎ-থাপান।
(৬৫) পোম্বী-লাং এনঃ মনিজাও।
(৬৬) ইমৈইনু অহোংবীগী তুংনফম য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র। নিংথৌমচা মনিসনা।
(৬৭) মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বা নিঙোম্বা মনিজাও।
(৬৮) ইমৈইনু অহোংবী লোংজম অচৌ মীতৈ।
(৬৯) লৈচিনলোন অমসুং য়ুমসারোন কৈসামপাৎ মীতৈ থৌগল মরুপ।
(৭০) নোংপোক পাম্থোইবী মৌইরাংথেম চন্দ্রসিংহ।
(৭১) পাখঙপা নাউয়োম কাংঙবম চাউবা।

